এন্, আই, সেরিজগী



ꯑꯔꯤꯕ ꯈꯨꯟꯊꯩ ꯂꯥꯢꯔꯤꯛꯁꯤꯡ

# অরিব খুংই লাইরিক্সিং

(অহানবা সরুক্)

নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি



# অরিব খুৎই লাইরিক্সিং

**নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি**
সগোল্বন্দ, নাউবেম্থোং, খুমন্থেম্ লৈকাই,
জিবোন্ লৈবক্, ইম্ফাল্- ৭৯৫০০১

লাইরিক্ মমিং : অরিব ঋৎই লাইরিক্সিং
অফোঙ্‌ব : নিংথোম্বম্ জিলাঙম্ব,
উরিপোক্, খুমন্থেম্ লৈকাই, ইম্ফাল্।

অহান্‌ব ফোঙ্‌ব : ২০১০ ইং
কোপি মশীং : ১০০০

লাইরিক্কি মমল্ : লুপা ৩০০/-



---

দি : তিঃ পিঃ : রোবিন্ থৌদাম্
*কাকৈথেল্, মোইরাং পুরেল্ লৈকাই, ইম্ফাল্।*

# ৱাহৌদোক্

লম্দম্সিগী লাই ওইশ্রব ইপা ইপুসিংন তোংঙান্ তোংঙান্ব হীবম্ কয়া সোক্ক ইদুন থম্বিবম্ব অবিব খূৎই লাইবিক্ কয়া ঙসিগী মীবোল্ন পুযা হাযন খঙ্নদুন খুন্নাই অসিগী মীওই কযাগী মখূৎত মবাং কায়ন লৈনবি। অসিগুম্ব মমল্ য়াম্লব লাইবিক্সিং অসি লাই ওইশ্রব অহল্ লমন্ ইপা ইপুসিং অদুন মীবোল্ অমগী মথংদ মীবোল্ অম মথং মথং খূৎসিন্নবিবম্দুন নীংথিন মাঙ্হন্দন থম্বিবম্বন ঙসিদি ঙসিগী মীবোল্ন ইপা ইপুসিং অদুদগী পূক্কে, লন্গৈ অম ওইন ফংজহৌবব পোৎসক্ ওইবে। অসিগুম্ব ঙসিগী খুন্নাই অসিগী মীবোল্ন কল্চবেল্ হেবিতেজগী মসক্ ওইবব খূৎই লাইবিক্ অসি অমুক্ তেক্ত কায়দন মাঙ্হন্ তাক্হন্দন তুংদ হৌবক্কদৌবিব ইচা ইসূসিংগীদমক্ নীংথিন লীসিন্দুন থম্বিবম্ব হায়বসিসু ঙসিগী মীবোল্ অসিগী অচৌব থৌদাং অমনি হায়ব ৱাফম্ থম্জবগ ফোঙ্লিব লাইবিক্ অসিগী ৱামাঙ্ য়ান্ব ৱাবোল্ “ৱাহৌদোক্” অসিগী সন্ধক্ অম ওইন অবিব খূৎই লাইবিক্সিং অসিগী মবম্দ খবদং খঙ্মিন্নবগী তাঞ্জা অম লৌবগ লাইবিক্সিং অসিগী মবম্দ নৈনদুন মসক্ তাক্প, মগুন্ লেপ্ল হায়বসি যাম্লমক্ মকওইব অমনি হায়ন লৌই।

লাইবিক্সিং অসিগী মতেংন ফূব্ধপ্ অসিগী হৌবক্লোন্, খুন্নাইবোল্, নাৎকি লীখূল্, চৎনবী, য়ূম্লৈ কৈবৈ, চাক্চা ঈথক্, ফিজেৎ চাক্চা, হৌন-লোন্চৎ, অঙন্ব মতম্গী খুন্নাইদ ঙাঙ্ন-সক্রবম্ব লোন্গী মসক্, লৈঙাক্ ৱায়েল্ থৌদা, সিন্সূ সিন্লং, হিংবগী মহিং, সেন্বা থুম্বাবোল্নচিংব কয়াগী খোঙ্গূল্ লীনব হোৎনবদ অচৌব মতেং, উপাই, কান্নবব মচাক্ অম ওইনবি।

অসিগুম্ব অবিব খুৎই লাইবিক্সিংদ নৈনবম্লিব হীবম্সিং অসি যাম্ন পাক্ চাউই। হৌজিক্ হৌজিক্ ফংব ঙল্লিব চাউবাক্প লাইবিক্সিং অসিগী মনুংদ ফংব ঙম্ব তোংঙান্ তোংঙান্ব মচাক্, লীখূল্, মসক্ য়েংলুবগ চাউবাক্ত মখাগী হীবম্সিং অসিদ পৌবপ্ন খায়দোক্লুন উৎপ য়াই। মদুদি ঃ- (১) ইতিহাস্কি ওইব, (২) সাহিত্যগী ওইব, (৩) লম্মীৎ তুমীৎকি ওইব, (৪) সা-লান্গী ওইব (৫) লাইনীং লম্বীগী ওইব, (৬) লৈঙাক্ পথাপ্, ব্রায়েল্ থৌদাগী ওইব, (৭) পাঞ্জিগী ওইব, (৮) লায়য়েং পথাপ্কি ওইব, (৯) মৈহৌবোল্ যূমদা, য়ুম্খাইবোল্গী ওইব, (১০) লৈসেম্ নোংসেম্লোন্গী ওইব, (১১) ঈবাৎ থৌনিবোল্গী ওইব, (১২) জগোই ঈশৈগী ওইব, (১৩) তুংদ থোলক্তদব থৌদোক্ তাক্প, (১৪) ব্রাংউলোন্গী ওইব, (১৫) লাইফম্ তীন্ফম্ তাক্প, (১৬) লাইসোল্ তীন্সোল্গী ওইব, (১৭) লাই-তীন্গী রাবী, (১৮) পাউবৌ পাউতাক্কি ওইব, (১৯) লাইব্রা তীনব্রাগী ওইব অসিনচিংব হীবম্সিং অসুম্ন খায়দোক্প যাই।

মনিপুরন নোংচুপ্ লমগী চৎনবোল্, লোন্ অমদি সাহিত্যগ কা হেন্ন নক্সিন্নকবন লম্দম্ অসিগী লোন্ অমদি মযেক্তসু অকন্ব সাফু পীদুন অহোংব, অওন্ব কয়া লার্কখিবগী খুদম্ ফংঙি। সংস্কৃত্ অমদি বাঙ্গলাগী খোম্থোক্ কয়া চান্নব ইনব হোৎনবদ অনৌব মযেক্ কযা সেম্গৎলক্লুন মযেক্ মসীং হেন্গৎলক্পগী খুদম্ কয়াসু ফংঙি। অসিদসু নত্তন ইবগী মওং, নমুনাদসু মযেক্ অমগ অমগ তপ্সিন্নবনচিংব অহোংব কযা লাক্ই। মবম্ অসিন খব ঙল্লিঙৈ মতম্গী লাইনিক্ক খব থেঙ্থবব মতম্গী লাইবিক্ক অনীগী মবক্ত অচৌব খেৎনব কয়া উব ফংঙি।

অবিব খূৎই লাইবিক্সিং ইবদ সীজিন্নবম্লিব ব্রাহৈসিংগী মতাংদ খবদং নৈনবম্ব তাববদি অবিব লাইবিক্সিং ইবদ সীজিন্নবল্লিব ব্রাহৈসিং অসি হৌজিক্ হৌজিক্ সীজিন্নদ্রব, ঙাঙ্গন-সক্রদ্রব অবিব লোন্ন অযাম্বনি। হীবম্ অসিদ চঙ্সিল্লুব, থিজিল্লুব, নৈনক্ব মীওই নত্তন অবিব লোন্সিং অসিগী অর্থ মীওই অমন হেক্ত খঙ্ব ব্রাগনি। খুদম্ ওইন ব্রাহৈ অম অনীদং লৌখৎতুন য়েংলবদ ফজব, নীংথীববু অচুল্ব, পোক্পবু ফুইব অমদি সাৎপ, হল্লক্পবু ওন্দেবক্প অমদি হল্ব্রাইবক্প, চীন্বান্বু মোইকাই, ব্রাবু কোঙ্য়াং অমদি লাংলেন্, থাঙ্বু কজেং অসিনচিংব।

কবিগুম্ব পোৎসক্ নৎত্রগ ব্রাহৈ অমবু তোংঙান্ তোংঙান্ব ব্রাহৈ কয়ান খঙ্নবম্বসু থেংনৈ। খুদম্ ওইন সিব হায়বসিবু খঙ্নবল্লিব ব্রাহৈসিংদি— অমল্, অসি, খম্নুং, খাঙ্লেন্ব, নোংগাব, নোংমন্ব, নোংহাম্ব, পন্দন্ব অসিনচিংব।

ঈসিংবু— লাইক্ত ঈ, ত্রবং, ঈব্রা, ত্মলেন্, ওংগা, ঈনুং, ইমৃ, লোকল্লৌ য়াব্রা অসিনচিংব ব্রাহৈসিং অসিন খঙ্নবম্মি। মৈবু— খেৈল্লে, খাম্বী, মৈত্রেঙ্, অবাব, চক্মোম্, যাই অদুগ নৃংবু— খেল্, চেঙ্জা, নৃংখেল্, থৌদু অসিনচিংব ব্রাহৈসিং অসিন খঙ্নবম্মি।

অবিব খৃৎই লাইবিক্সিংদ ব্রাহৈ অমন তোংঙান্ তোঙান্ব অর্থ কযা খঙ্হন্বসু লৈ। খুদম্ ওইন তাঙ্জ হাযব ব্রাহৈ অসিন খঙ্হল্লিবসিংদি -লিন্, ঙক্, কোক্, ঈকাইব, মায, খোঙ্, সম্, লৈ অসিনচিংব। পুনুং হাযব ব্রাহৈ অসিন খঙ্হল্লিবসিংদি—মবেপ্, চফ্, পৃক্নুং, ফ্বীৎ, লফনচিংববু খঙ্হল্লি। সমু হাযব ব্রাহৈসিন—খোঙ্, খৃৎ, হক্চাং, নংগল্, ঙক্, কোক্, লেংজুম্, পাংগল্ হাযবিব ব্রাহৈসিং অসিবু খঙ্হল্লি। সরান— লাইবক্, সো, তু, থবাযপান্ব অসিনচিংববু খঙ্হল্লি।

অবিব খৃৎই লাইবিক্সিংদ সীজিন্নবম্ব ব্রাহৈগী তোপ্- তোপ্প থোইদোক্ হেন্দোক্প অমন ব্রাহৈ অনী নৎত্রগ অহুম্বু তুংতপ্- মাঙ্তপ্ তৌবগ ব্রাহৈ অমও ওইন সীজিন্নবম্ব কযা অসিনি। মসিগী খুদম্ ওইন ব্রাহৈ অমনাদং লৌখৎপ তাববদি- নাউথেম্সৈ হাযব বাহৈ অসিগী অর্থদি অঙাং থেম্বদ সক্নব ঈসৈবুনি। ব্রাহৈ অসিদ নাউ—নাউব্রা, থেম্—থেম্ব, সৈ--ঈসৈ হাযব ব্রাহৈ অহুম্ অসি তুংতপ্- মাঙ্তপ্ তৌই। লান্থৌযাঙ্ হাযবগী অর্থন লান্দ থৌব হাযবনি। অদুবু মসিদ লান্ লান্দ, থৌ—থৌব, যাঙ্ - যাঙ্ব হাযব বাহৈ অহুম্বু তুংতপ্ মাঙ্তপ্ তৌদুন ব্রাহৈ অমত্ত ওইন সীজিন্নৈ। অসিগুম্ব মওংসিং অসি খৃৎই লাইবিক্সিংদ তোযন থেংনৈ। অসিগুম্ব ব্রাহৈসিং অসিগী অর্থ হন্নব হোৎনবদ কত্ ওইব ব্রাহৈসিং খাইদোক্লগ ব্রাহৈ অদুগী অর্থ লাযন থিব যাই।

অবিব লোন্গী যাম্ন হেন্ন লুব, য়াম্ন হেন্ন ফজব অমন ব্রাহৈ অনী, অহুম্ অমদি মসিদগী হেন্ব ব্রাহৈসিংন পূল্লগ তোংঙান্ব অর্থ পীব কযাসু লৈ। মসিগী খুদম্ খব পীব তাববদি—লুচিংববু হাওসি ঙম্গ চিংব, হনুববু হন্নু মালৈ কাব, সনাবু মালেম্ লৈম্না অঙাঙ্ব, লুপাবু কোবৌ নোংলুপাল্ অঙৌব, সিববু অমল্ থবৈ কৃম্ব, অমল্ সিবৈ তেংব, অমল্ যাইখোঙ্ কৃম্ব, অসম্ব থিববু পোইবৈ তাব থিব ব্রাংঙম্ হাযমন্ তান্ব অসিনচিংব। অসিগুম্ব ব্রাহৈসিং অসিদি ব্রাহৈ ব্রাহৈগী ওইন অর্থ হন্ব যাদে। তঙাইফদন অসিগুম্ব ব্রাহৈসিং অসিগী অর্থদি চীন্ফা পুব চঙ্ঙি। নৎত্রবদি ইবম্লিব লাইবিক্ অদু মমূৎ তান নীংথীন খঙ্ব ঙম্লোই।

অবিব খুৎই লাইবিক্সিং অসি তোংঙান্ তোংঙানব মতম্দ ইবম্বন মসিগী অবি অঙন্গী মমি লাইবিক্সিংদ তাই। মহৌসান অঙন্ব মতম্গী লাইবিক্সিংদ অইব মীগী মমিং মথা, ইবগী সক্ তাবিক্ থাবগী চৎনবী লৈবম্দে। লাইবিক্সিংগী ফিভম্ সোক্চিল্লক্প, অমদগী অমদ মথং মথং সিন্দোক্নবম্বন লাইবিক্কি লোইসিল্লক্প সরুক্ মিকোন্ থাগোন্বগী সরুক্ত সিল্লিব মীসক্ অদুন মমিং মথা ইসিঞ্জব তাববসু ইজবনি হায়বনচিংব রাহে সীজিন্নবম্বন কনান তসেংন ইবনো হায়ব খঙ্বদ অরাব ওইহল্লি। তসেংন অইব মীগী মমিং অমদি সক্ থাবান্নচিংব ইবম্রবসু লাইরিক্ অমবু কবম্ব মতম্দ ইব ওইবম্ব য়াবগে হায়ব থিনব, খঙ্নব উপাই খব সীজিন্নব য়াই। হায়বিব উপাইসিং অসিগী মতেংন লাইবিক্ অমবু ইবম্বগী মতম্ চাউবাক্ল লেপ্থোক্প ঙম্নৈ। মপূং ওইব লাইবিক্ ইবম্বগী মতম্ পুথোক্লব উপাইসিংদি— (১) লাইবিক্কি মসাদ মসক্ নাইব মীগী মমিং মথা পল্লম্ব য়েংব। (২) লাইবিক্কি মসাদ লম্মীৎলোন্দ য়াওব লম্ মমিংনচিংব পল্লম্ব য়েংব। (৩) ময়েক্কি দেভেলপ্মেন্ট য়েংব (৪) রাহে রাতাদ অনৌব রাহে, মীবোল্নচিংব পল্লম্ব য়েংব (৫) লমদম্ অসিগী নত্তব হিন্দুগী লাইসিংগী মমিং পল্লম্ব য়েংব (৬) লাইবিক্ ইবম্বগী মমিং অমদি সক্ থাবান্নচিংব পল্লম্ব য়েংব। (৮) ইতিহাসকি ওইব মক ওইব থৌদোক্ পল্লম্ব য়েংব। হায়বিব উপাই খবসি সীজিন্নবগ লাইবিক্ অমবু ইবম্ব মতম্ চাউবাক্ন লেপ্থোক্প ঙম্মি।

পৃথিবিগী ওইন অবিব খুৎই লাইবিক্সিং ইবদ সীজিন্নবম্ব মচাক্সিংসি মপূং ওইন চে, নূং, উপাক্, উকু, তেংন মনা, কোনা মনা, সউন্, ফি, কোবী, সনা, লুপা, চেক্, লৈবাক্নচিংবদ ইবগী থবক্ তৌনবম্মি। মনিপুবদ মপূং ওইন সীজিন্নবম্ব মচাক্সিংদি মৈতৈচে, আগববাক্, তেংনা মনা, রাচেৎ, কোবী কোন্পাক্, নূং হায়বিব পোৎচাক্সিং অসিদ অয়াম্বন ইবম্মি। যাম্ন হেন্ন মবাং কায়ন সীজিন্নবম্বদি লম্দম্ অসিদ লনাই সাজব মৈতৈচে হায়ন খঙনব চে অসিনি। মনিপুবদ চে সাব হৈত্রিঙৈদ উকু অমদি তেংনা মনানচিংবদ ইবগী থবক্ তৌনবম্মি হায়বগী থাজবী লৈনৈ।

মৈতৈচে অসি সূ হায়ন খঙ্নব অপীক্প পাম্বী অমগী মকুদগী লৌব লসিংগুম্ব অমোন্ব, অকৃপ্প মসিংন ঈসিংদ হৈবগ সাবনি। হৈব লোইবব চেবু নুংসাদ কংহল্লগ মসা চেৎসিন্নব, লিংনব অমদি মূক্ চুপ্সিন্দনবগীদমক্ ইবোইয়া কৌব চাক্ য়াম্ন কন্ব, মহাও অমদি চনাংগী সরুক্ য়াম্ন যাওদব ফৌ মখল্ অমগী চাক্তগী শেম্ব চনাং থাদুন চেগী মপাংগল্ কল্হল্লি। মৈতৈচেদি এসিদকি

সন্ধক্ য়াওদব মবম্ন মতম্ কুইন সাংন চৎপ গুম্মি। হৈবব চেবাংবু ইব য়ানবগীদমক্ কাংখিন্ নৎত্রগ লম্ওক্তি ময়ান তক্- নান্দুন চেগী মমায় ন্যল্হল্লি। চেদ ইরম্ব খুৎই লাইরিক্সিং অসি লাথুপ্ অমদি লাতম্ হাম্নদুন মখল্ অনীথোক্ন খায়দোক্ই। লাথুপ্তি পাক্হন্নিংব চাংদ সাংন কক্লগ মথুপ্ মথুপ্ থুপ্চিল্লগ ইব লাইরিক্নি। লাতম্ন পাক্প সাংব মান্নন কক্লব চেনাসিংদ ইব লাইবিক্নি। মৈতেচে সাব, হৈবগী অকূপ্প কাঙ্লোন্দি তোপ্ন লৈব্রে। হৌজিক্তি চে সাবসি সূ পাম্বী ফংদবদগী হান্নগী চেমল্ন নৌন হৈদুন সানবে।

খুৎই লাইবিক্সিং ইবদ সীজিন্নবম্ব মূক্ অসিসু লম্দম্ অসিদ ললাই সেম্জবগ ইনবম্বনি। মূক্ সেম্বদ চঙ্ব মচাক্সিংদি উদ সৌব চা, কালি, চেঙ্ অকাব, উতী হায়বিব পোৎচাক্সিংসি চাং চান য়ান্সিন্নদুন মৈদ লোন্থোক্লগ সেম্বনি। মৈতৈগী মসান সেম্জব মূক্তি মূব,  চেৎপ হেন্বত নত্তন ঈসিংন চাম্বদ চৎতব অদুগ এসিদসু য়াওদব মখল্নি। মবম্ অসিন মতম্ কুইববসু ময়েক্ মাঙ্দন মূন লৈব গুম্মি। ইব মতম্দদি ইন্নব কলম্ ওইন সন্নেবী ঈতীংবগী বাচেৎ, কমেং, লাইবানচিংবসিংন মতোন তুম্ন ঈৎথোক্লুন মতোন্ মৈ মূবগ কলম্ সেম্দুন লাইবিক্ ইনবম্মি। কবিগুরুম্ব মতম্দ উচেক্ মতূগী কলম্ সীজিন্নবম্বগী বাফম্সু থেংনৈ।

মৈতৈগী অবিব খুৎই লাইবিক্সিং ইবম্ব অসি অঙন্ব মতম্দগী হৌবগ য়াম্ন থেঙ্থবক্লব মতম্ মৈদিংঙু চন্দ্রকির্তিন পান্ব মতম্ ফাওব ইথবম্বগী খুদম্ ফংঙি। অদুবু চৈথাবোল্ কুম্বাবদি মৈতৈ ময়েক্ন অদুম্ লেপ্তন ইথবি। হৌজিক্ হৌজিক্ ফংলিব লাইবিক্সিং অসি ইবম্বগী মতম্ অমদি মসিগী খুৎইদ অহোংব মসক্ কয়া লাক্প উকবগ অবি অনৌগী তাংকক্ অসি মৈদিংঙু গরিবনিবাজন পান্ব মতম্দ মৈতৈ লাইবিক্সিং মৈ থাদোক্খিব থৌদোক্ খৃঃ ১৭৩২ গী মমাঙ্গী লাইবিক্সিংবু অঙন্ব মতম্গী লাইবিক্সিং অদুগ থৌদোক্ অদুগী মতূংদ ইথবক্প লাইবিক্সিংবুন অথেঙ্ব মতম্গী লাইবিক্সিংনি হায়ন লৌনৈ।

তাংকক্ অসিগী মমাঙ্গী লাইরিক্সিং অমদি মতুং তাবক্প লাইরিক্সিংদ চাউন অহোংব, খেৎনব মসক্ কয়া উব ফংঙি। চাউবাক্প খেৎনবসিংদি অথেঙ্ব মতম্গী লাইরিক্সিংদ অইবগী মমিং মথা সক্ থাবান্নচিংব পল্লক্প, সংস্কৃত্, বাঙ্গলাগী লোন্গ নক্সিন্নরুবন লোন্গী খোঙ্থোক্ত অহোংব, অওন্ব লাক্পন অঙাইফদন ময়েক্ত অমদি ইবগী মওংদ অহোংব লাক্প। হিন্দু ধর্ম লৌরুবন লাই-তীন্গী মমিংদ হিন্দুগী লাইগী মিং সীজিন্নবক্প অমদি

মৈতৈলোন্গী মতূত্ত সংস্কৃত্কি বাহে কয়া তোংসিন্ য়ানসিল্লক্প, রামায়ন্ মহাভারত্কি খণ্ড কয়া মৈতৈলোন্দ ইৱ হৌরক্প অসিনচিংব অহোংব মসক্সিং অসি উব ফংগ্নি। অসিদগী হেন্দোক্লুন বাঙ্গলা ময়েক্ন ইৱ লাইরিক্ ফাওব য়াওরক্ই।

হায়বিব মথক্কি বাফম্সিং অসিন অবিব খূৎই লাইবিক্সিংগী মরম্দ চাউরাক্প বায়োল্ অম ওইন থন্নগ পুথোক্লিব লাইরিক্ অসিগী মবম্দ বাবোল্ খব মখা তান থন্ন তাববদি ঙসিদগী চহী খবগী মমাঙ্দগী অরিব লাইরিক্সিংগী মরম্দ থোইন খঙ্-হৈবব লাই ওইব্রব অহল্ লমন্সিং অমদি হীরম্ অসিদ খঙ্-হৈরব হৌজিক্ হৌজিক্ হিংলিব মীওই কয়ান অরিব খূৎই লাইবিক্ কয়া প্রিন্তিং টেক্নোলোজিগী মতেং লৌরগ ফোঙ্দোক্লব্রে। অদুবু লইরিক্ অম ওইন ফোঙ্দোক্পদ য়াব অচৌব লাইরিক্ কয়া অমদি ফোঙ্দোক্লুন লাম্দম্সিগী মীওই কয়াগী মখূৎত লৈনববসু লাইবিক্ অম ওইন ফোঙদোক্পদ যাবোইদব লাথূপ্ ওইন অমদি লাতম্ ওইন ইদুন থন্নস্ন মসীং য়ান্নব লাইবিক্ মচা কয়া অমদি মীওই খবখক্কি মখূৎত পায়দুন লৈনবি। অসিগুম্ন অপীক্প লাইবিক্সিং অসিগী মনুংদ থোইন হেন্ন মগুন্ লৈব, লম্দম্সিগী নাং অমদি পুবাবীগী লম্দ থিজিল্লিব থিজিল্লোয় কয়াদ কান্নবব মচাক্ পীব ঙম্ন লাইরিক্ কযা অম যাওবি। অসিগুম্ন অপীক্ অপীক্প লাইবিক্ মচাসিংবু পুন্নপ্নে পূন্সিন্নগ লাইবিক্ ওইন মথং মথং ফোঙ্দোক্লুন লৈবাক্ মীয়াম্ন উব, পাব ফংজনবগী পান্দম্ অম থন্নগ অহান্বগী ওইন পূন্ন লাইবিক্ মচা মসীং ৩২ খোম্জিন্দুন মসিগী অহান্ব সরুক্ ওইন লাইবিক্সি পুথোক্লব হোংনজবনি। পুথোক্লিব লাইবিক্ অসিন ইবৈবাক্চা খ্বাই থিবিক্কি মফম্দ কান্নব খবদং পীব ঙন্নবদি হোংনজবিব অসিগী মহৈ য়াল্লে হায়ন লৌজগনি।

অবোইবদ লাইবিক্ অসিবু দি. তি. পি. তৌবগী অচৌব থৌদাং লৌবিবিব কাকৈথেল্ মোইবাংপুরেল্ লৈকাই, ইম্ফাল্দ লৈব ইনাও বোবিন্ থৌদাম্ অমসুং লাইবিক্ অসিবু মতম্ চান মীয়াম্ মাঙ্দ পুথোক্লবগীদমক্ নম্বগী অহক্প থৌদাং লৌবিরিব লম্য়ান্ব প্রিন্টসকি মেনেজর মঙ্গি অমদি মহাক্কি প্রেসকি ইচিল্ ইনাও পূম্নমক্কি মফম্দ তৌবিমল্ খঙ্ব উংচরি লোয়নন মখোয়গী সিংঙম্লরোইদব লমন্ তোল্লবনি।

ইম্ফাল্
তাং ১২/৮/২০০৮ ইং

নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি

# য়াওফম্ তাক্প

# ১. ৱাংবরেল্ খুন্‌গুম্বলোন্

ই হয়া হে । অৱাং ফাংলৌ লাইমখোম্ব[১], চীংঙু য়াইবী মতুম্মগী অতিংঙা উংলৈচীং অথূপ্প, কজেং থাঙ্‌কোক্কুগুম্ববু চাজন্‌হৌনবক্‌প, অৱাং কৌব্রু অসূপ্প[২], লাইয়াম্‌ন খুন্দা অহান্‌ব, নোংহৌ মক লিংব চীং, চাইথবক্‌প

*চীংঙু- লাই। য়াইবী থৱায়। কজেং থাঙ্।*

১ *অৱাং ফাংলৌ লাইমখোম্ব—লাইয়িংথৌ সনামহীবু খঙনব মমিং অম। লাইয়িংথৌ সনামহীগী অতৈ মমিংশিংদি লাইয়িংথৌ অসীব, লাই ৱাহায়ব, অইবংথায়বনচিংবশিং অসিনি। লাইযিংথৌ অসীবন লৈসেম্ নোংসেম্‌ঙৈদ মপল্ কুক সিদবগী মযাথংন মালেম্ অসি সেম্লবদ তেংবান্‌বদ লৈবিব লেঙ্গলি পাল্লিব উ-ৱা, নাপী- সীংবী, তীল্ কাঙ্, ৱাহি-মুনু, সা ঙা, অইবংমীনাচিংব পূম্নমক্ সেম্লিখি। লাইয়িংথৌ অসীব সনামহীন মথংগী লাংঙন্দ মৈদিংঙু কংবাম্বগী মৈতৈলৈম থিংবাফবীগী পায়ম পীবুক্কুদ খোযজি মিতম্ হন্দুন লাইয়িংথৌ ঈসিং চাইব পোক্লখ। লাই ওইখি। লাইযিংথৌ ঈসিং চাইবন পাউনম্‌দ য়ুম্‌দাদুন হৌজিক্ হৌজিক্ ম্বাই নাগ মপান্দ খুতম্ লিংদুন লৈবি। মথংদ লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মৈতৈলৈম নোংথিল্‌চাইবীগী পীবুক্কুদ চঙ্‌দুন সনা ৱাপিহল্ ওইন পোক্‌খি। চহী অবেং মপূং ফববদ লাই ওইখিদুন লম্‌লেন্ ৱাঙ্গোইদ লোংজম্ থৌক্লাউজম্ম লাইপু ওইদুন খুতম্ য়াবি।*

২ *অৱাং কৌব্রু অসূপ্প— মৈতৈগী অৱাং নোংচুপ্ মাযকৈ ঙাক্‌প লাইনি। মমিং কৌবেংঙেং কৌই। কৌব্রু চীংদ পাল্লি হায়বগী কৌব্রু হাযন মিংগৌনৈ। লাইয়িংথৌ কৌব্রুন মচানিপা খান চাউব ৱাংব্রেন্‌বু মখা মায়কৈদ সবোয ঙাবোয ফত্তবসিং কাবক্তনব ঙাক্‌হন্‌খি। লাইয়িংথৌ কৌব্রুন মচানুপী থৌদু নুংথেল্‌লৈমবু লাইযিংথৌ মার্জিংগী মচানিপা তোলোংখোম্বদ থাজদুন মচানিপা সক্র য়োক্‌খি। লাইযিংথৌ তোলোংখোম্বন নোংচুপ্ মায়কৈ ঙাক্লনব লোইজি লোইয়া লম্‌দ লৈখি। লাইযিংথৌ অসিগী মমিং লোইজি লোইয়া লাক্‌ই হায়দুন লোয়ালাক্‌প হায়ন খঙনখি।*

লাইজন তম্যা চোন্ন পন্‌ফাবিব, মসানৌ ইবেম্ম খাবম্ চনু পাফবী, থৌদু নূংপাক্‌থক্ত লাংওন্‌ফবী, ঙান্‌ব লৈবোৎপীগ কৌব কৌনু অনীমন মপাবি ঋাংহুক্‌লেন্‌বু নোংনেম্ খান পাংব, লাইজ ঈরাইতা, খম্‌নুং[1] যাংদৌ লম্বু খুন্‌কুম্‌ব হাযন মপাবি চেংলৌ মীৎথীৎন, সমু মখূৎ পাযন পাউমেল্লক্‌এ হাযদববা।

মপল্ কৌব্রু অসূপ্‌পগী কৌব লোক্‌সা ঈমায থৎন লম্‌কুম্ববু চীংঙু মহিবোই খোইযুম্ মহিসাং পূম্ন লাইজ ঈপাক্‌থক্ত অসৈ তেবান্ সক্‌ন খুন্‌কুম্‌লক্‌এ হাযদববা। লাইজ ঈপাক্‌থক্ত সুক্লুব সোইকুবন থাবৌএ। কোঙ্‌যাং বাপোৎ সেম্‌ন পামেল্ উযাম্ পৈন লম্‌কুম্‌থবক্‌পদি পলেম্ মমান মপাবি চেংলৌ সক্‌থোঙ্ যেংন কৌন কৌন মিকপ্‌খিএ। অদুনোংগীবু কৌনুও তৌন কৌএ।

হে ইপাবিও! পলেম্ ইথানুংগীবু সেৎনবে। নপল্ পম্বৌগী মবাল্ লম্‌কুম্‌ফম্‌বু তোপ্ন হুল্লাল্লম্‌এ। নোংনেম্ খান পাংববম্‌দ লম্‌কুম্‌থবদি চেংলৌ মীৎযেং তাম্‌খ্রগনিএ। লোইদাম্ মনুং ওই, লাংহৈ কুম্‌ওন্ খুদিংগি নপল্ পলেম্ ঐন কৌবী সীংথাগে, পামেল্ উথাবম্‌বু ঋাংঙম্ সুদোল্ তান সিংথা-ও তৌন কৌন ও। মপল্ কৌব লৈমচান মপাবি বাংহুক্‌লেন্‌বু সমু মখূৎ পাযন পাউমেল্লক্‌এ। হে ইপাবিও! নঙ্‌দি নপল্ ঐন ইঙা কুম্‌দম্‌লক্‌পবু নোংঠৌ ও। ইঙেল্ কুম্‌খাইবক্‌পবু কুম্‌কাউগনো হাযন সমু মখূৎ পাযন পাউমেল্লক্‌এ। হে ইপাবি নঙ্‌দি নোংনেম্ খান পাংববম্‌দ লাইজ ঈথোঙ্ লোন্ লেম্‌লৈ ঈথোঙ্ থিংলুবো। কোলোয নমিংথোংবু নোংনেম্ খান চাউবও তৌন কৌনও। হাওবৈ অৱাংবদগী পুথবে হাযবগী ঋাংববেল্‌ও কৌনও।

---

*মসানৌ মনাও ইবেম্ম। নোংনেম্ খান পাংব মখা মাযকৈ পাংব। খম্‌নুং অশি লৈপাক্। যাংলৌ লম্বী। চেংলৌ মাযথোঙ্। মপল্ মপা। মহিবোই মাগ লোযনব। খোইযুম্ লাই। মহিশাং মবী মতা, মকপ্ মপাং। অসৈ ঈশৈ। কোঙ্‌যাং বা। পামেল্ উ। পলেম্ মমা। ইপাবি ইচানিপা। লোইদাম্ থা। লাংহৈ চহী। কোবী শীংনাং। লেম্‌লৈ সুগনুদ্দগী খা থংব লম্। কোলোয মিং। হাওবৈ হাওন লৈব লম্। ঘান্‌বী শল্।*

---

১ *খম্‌নুং—মৈতৈগী অমন্ সিকম্‌লোন্‌গী ঋাংউলোন্দ খম্‌নুং অসি অশিবগী লৈবাক্লি হাযন লৌনৈ। খম্‌নুং থোঙ্‌ঙাবেল্‌ন অশিবগী নিংথৌ ওইন খম্‌নুং লৈপাক্ত পান্দুন অশিবসিংগী যাইবী থৱাযন লাইথিংথৌ খম্‌নুং থোঙ্‌ঙাবেল্‌গী ফাংথোঙ্ পাযকই।*

মান্‌বী লিহেপ্‌প, মসল্ ঙাঙ্‌ব চিহেন্‌বগ কাওরেল্ কোন্‌থৈব মুব য়াংগেল্ সল্‌গ কাওরেল্ অনীমন ফম্‌ফম্‌নকও। সওম্ থাবৈ তাঙ্‌ন তীন্‌মু চানসুনো, পান্‌ব কৈয়েক্‌প মপী মচাদি কৈথোক্‌লেন্ চাক্‌মবিক্‌প অনীমন লাইমু চানসুনো। থবৈ লম্‌তাবম্, খম্‌নুং য়াংদৌবম্, লাইজ ঈৱাইতা, মহৌ খুন্‌থোক্‌লম্, সেন্‌বি সীংজঙ্‌খোক্, খোংনাং চীংমহূৎ, মোংবি চীংনামুং, পামেল্ উচাল্‌পোক্ থৌদু নূংসুম্‌চীং, লোইবী হৎতর হৎত চীংবু ঙম্‌ওল্ নাতৈনন লম্‌থুংল্‌বগ থৌদু সাফূ পীন য়াথোঙ্ থিংলুও। তেৎনৌ লাংহৈবীন, য়াথোঙ্ লোন্নকও। সৱা লম্‌কূম্‌লম্‌বু লম্‌ঙাক্‌লুও হায়ন পাউমেল্লবদ চীংঙু মহিরোইনাই, খোইয়ুম্ মহিসাং পূম্ন হূপ্‌নে অসৈ তেরাল্ সক্‌ন লাইজ লম্‌কূম্‌থবক্‌এ। কৌববেল্ মচা অহন্‌ব, কেগে[1] সাইদাংনখিএ, ঙাংঙোই যূম্‌দাংনখিএ।

অৱাং কৌব মপাবি, খান চাউব ৱাংবুবেল্, থবৈ লম্‌কূম্‌ফম্বদি লাইজ ঈথোঙ্ খিংবনে, লেম্‌লৈ ঙাথোঙ্ লোন্‌বনে, তেৎনৌ চূপ্‌থা ফবনে, য়াংদৌ লম্‌থিং হৈবনে হাযন লম্‌কূম্‌থবক্‌পবু লাইনিংথৌ অসীবন[2] কংলৈ ফম্বাল্ মুন্নঙেগী মালেম্ লৈবেল্‌হন্‌বীন মপাবি খোম্মদোন্দ থৌইন্‌সিন্‌খিবগী য়াইবী মনুং হৌন কোবৌ নোংলাংপান্দ কোবৌ নোংকাববদ কুকন ৱাংন কোযন যেংবদ চেংলৌ সক্ উঙম্‌দবগীবু মালেম্ লৈবেল্‌হন্‌বীন থেম্‌ন নৌন কোবৌ নোংলাংপান্দগী কৌথবদ অসীবন খুন্‌কূম্নবদ কুকন অৱাংবদ কোযন যেংলম্‌ব

---

*মান্‌বী- শল্। থবৈ ঈথাই কৌগাক্‌চাউদগী মখা থংব সুগনু ফাওবগী লম্। ঙম্‌ওল্ নাতৈনন- থংনন। থৌদু- নূং। তেৎনৌ- যোং। কেগে- মোইবাং তুবেল্‌গী নোংপোক্ থংব লম্। ঙাংঙোই- মোইবাং তুবেল্‌গী নোংচুপ্ থংব লম্। কংলৈ- ইম্ফাল্‌গী লম্। মপাবি খোমদোন্- মচানিপা অতোম্ব। যাইবী মনুং হৌন- থৱায শোক্ত শাউন। কোবৌ নোংলাংপান্দ- অৱাংব নোংমদোন্‌থক্ত।*

---

১. *কেগে—মোইবাংগী লম্‌নি। মোইবাং তুবেল্‌গী নোংপোক্‌থংব লম্ মখৈবু কেগে কৌই। মোইবাং তুবেল্‌গী নোংচুপ্ থংব লম্‌ন ঙাংঙোই কৌই।*

২. *অসীব—লাইথিংথৌ সনামহীগী লৈসেম্ নোংসেম্‌ঙেগী ইহান্ হান্‌ব লাংওন্নি।*

মফম্বু ৱাংগোই[১] কৌই। অসীবন কূম্লক্প মফম্বু লৈকোই কৌই। উন্নপূৎদ কুকন সমু খূজেং পায়ন পাবি নকা ফম্লেন্ লুচিংলম্গে হায়ন তাক্প মফম্দ লোক্নিংথৌও কৌন থবে লম্কূম্ফবদ সমু মখূৎ পায়ন তলা উবিংও, পামেল্ উথাবো, পাবি কোলোয় নমিংথোংবু লোক্নিংথৌও[২] তৌন কৌবম্গে।

চীংঙু নসানৌগী খোইয়ুম্ মসালোন্ন ৱাংঙম্ সুদোন্ তাবদ কংলৈ নিংথৌ পুন্সি খঙনব পামেল্ মিতম্উ, নমু পোংতম্ উবু তলা উবিংফবো, পামেল্ উথা তম্বিও হায়ন মপাবি অসীবদ সমু সূৎসিন্নবম্ব লোক্নিংথৌগী লাইজ ঈতাফম্, তলা উবিংকোল্ পামেল্ উসাইকোল্, মোংব তুথূপ্ফম্দ পামেল্ উবিংবদি তলা মউ চাউবন পুন্সি চহে সাং, মপাবি হাকোক্ য়াম্ও। পামেল্ মসা থোংলবদি নিংথৌ মহাক্ সোল্লো। তলা ময়োল্ কং পামেল্ উকোক্ লোম্বদি লৈপাক্ চাক্তোন্ লোম্, নিংথৌ ফিদোল্ লোম্ও। তলা উৱাং ফাওবন তান্থোঙ ময়ুং কুই, পামেল্ খুইন মাঙবন লান্ফম্ য়াইবী মাঙনও। তলা উনীং চোংবন নিংথৌ মহূৎ পোক্পনে। তলা উসি চঙ, পামেল্ উবাই কংবদি মহাক্ লাইচেল্লো হায়ন তলা মখূৎথাবু পামেল্ উসঙনঙেনে।

লাইজ ঈথাবম্দ থবে খুন্দাবক্পবু চেংলৌ মীৎথীৎলবগী থৌদু নূংথোঙ সেম্ন, লাইজ ঈপল্ সোইসেম্লবগী লাইজ উঙাম্ থৎন পন্থিংলবগী, চীংঙু খুন্দাবন খোইয়ুম্ লোক্নিংথৌগী মোংব মসঙ্গাইদ মবাল্ থৌচৎলে। খোইয়ুম্ লোক্নিংথৌবু চেংলৌ সক্ উনববদ ৱাহম্লক্লে। হে ইবুংঙো, লাইজ নঙগী ঈতাবম্মু কবিগী থোইন ঈপল্ সোয়নাপ্পনো। লাইজ ঈথিংবনো হায়ন ৱাহম্লবদ খোইয়ুম্ উথাব, তলা উবিংবন হোইদ হে ইচুংঙাও ! থবে ঈবম্খৈদি চীংঙু কনাবু খুনথোক্ফবোইএ। খোইয়ুম্ অতোপ্পবু খুন্দাফবোইএ হায়ন পাউখুম্লবগী চীংঙু খুন্দাবন ৱাহম্লক্এ।

---

*তলা- উপাম্বি। চহে- চহী। হাকোক্- পোক্প। লাইচেল্ব- লাইমুং পক্প। ঈপল্- ঈশিংদ থিংব পল্। মোংব মসঙ্গাই- ময়ুম্। ৱাহম্লক্লে- ৱা হায়বক্লে।*

---

১. *ৱাংগোই—ঈম্ফাল্গী খা মায়কৈদ মযায় লম্বীদ চাউবাক্র কিঃ মি. ১৭ লোম্ চৎলগ লৈব লম্ অমনি। ৱাংগোইদ লৈসেম্ নোংসেম্ঙৈগী ৱাবীগ শাগোম্নব লাইফম্ কয়ামকম্ লৈ। ৱাংগোইগী লাইফম্ কেহ ইংখোল্ হায়ন কৌই।*

২ *লোক্নিংথৌ — লাইথিংথৌ সনামহী। সুন্নগী লাইয়িংথৌ ৱাংবকেন্গী লাইশাঙ্গ লাইয়িংথৌ ৱাংবকেন্, লাইথিংথৌ সনামহী অমসুং লাইথিংথৌ লোক্নিংথৌ অহম্গী খুজম্ য়াদুন লৈ।*

হে ইচুংঙাও। চীংঙু নহাক্ন সমু মীৎলৈন, যাইবী ননুং হৌ, তিল্লাং নখোয সাউন ৱাওইববদি চীংঙু ঐসুঙ্ লাইজ ঈথোঙ্ থিংলুও, সৱা পৌবোল্বু লোল্লুও হাযন থৌসিবক্পবু থবৈ কদাইবম্বু পৌবোল্সিবনো হাযন ৱাহংখোল্গীবু চীংঙু লোক্নিংথৌন পাউখুম্লক্এ। হে ইবুংঙো। খম্নুং ৱাইচৎলম্ সৱা পোংচৎলম্, নমু সিংগুম্ লম্দি লম্ ৱাৎলিঙেনে। চীংঙু ইবম্ হেন্, খোইযুম্ থবৈনুং, সৱা লম্কুম্ফম্দ খুন্দাফবোইএ হাযন পাউখুম্লবদ চীংঙু ঈথোঙ্ থিং, সৱা চুমীৎ লোন্ব, নমু সিংগুম্ থোঙ্থিংবন পাউমেল্লক্এ। হে ইচুংঙা-ও! অৱাং কৌব ঈ মক, খাব উলেন্ হীবু ঙম্থং নাতৈনব, কোবৌ নোংমদোল্, মালং হুম্বচীংদ লম্লোই ঐবু কবম্ন খুন্কাবসিবনো। থবৈ মবম্থৈগীবু খুন্দাফবোই হাযনঙম্গনো।

নচুংঙা ঐদি চীংঙু নসকক্পু লৌঙম্লোইএ। অনাল্, নাল্ফৌ মবৈপৃং খুন্দোল্ মহৌ তোন্সেন্ ৱাইনেম্ খুন্গং খুপুং লোইবী থাখুম্ হৈখা লম্কাং তবাউ খুন্গং পূম্নমন লাংহৈ কুম্সীং খুদিংবু কুম্কাউদন তাউজিং হৈকৎহল্লো। সীংঙেল্ লৈকং হান্ন তম্ও। সৱা মীথোঙ্ থিংববম্দি নচুংঙা ঐবু থিংনগে হাযন পাউতীক্খোন্গীবু খোইযুম্ লোক্নিংথৌন লাইজ ঈপল্ ফাৎ, থৌদু নুংপল্ থিংলম্ববু লাইজ ঈথাবিবে। উঙাম্ সীংবুল্ লান্ন লাইজ ঈকুম্ ফবক্লে। চহী কুম্জা খুদিংমক্কি তাউজিং হৈকা হান্ন তম্খিবে হাযদববা। চীংঙু লোক্নিংথৌও তৌন কৌদ্রিঙৈগী খোইযুম্ মওল্ নীংথীববু খঙ্নব সনামহী হাযনবু থম্লম্এ। ৱাংববেল্ খান চাউবন খুঙ্লোক্লম্, সৱা চুমীৎ লোন্ব লম্দি খোইযুম্ খুন্দাবক্লে, হাযদববা। লাংহৈ কুম্ওল্ খুদিংগী তাউজিং হৈবান্নখি, সীংঙেল্ লৈবান্নখিএ হাযদববা।

কুকন পাউতাক্লম্ব, পাবি ইবুংঙো লোক্নিংথৌ, তলা উবিংব, পামেল্ মিতম্ থাব নঙ্বু যাইবী ননুং হৌফবোই, তিল্লাং নখোয সাউফবোই। ইচাগী নকা ফম্খোল্ ১৬৮ বু ইপান নোংদম্লিএ। নসানৌ কোন্দে তনৌবন কংলৈ খুভম্ ফংবদি যাইবী ননুং হৌগনো হাযন পাউমেল্লবদ হযেং ৱাংঙম্ সুদোন্ তাবদ কংলৈ নিংথৌ খুভম্ চেৎন পুন্সি চবৈ নুংসাংনব নোংদম্বীও হাযন কুক

---

*ৱাওইববদি- শাউববদি। সৱা- সো, পৌবোল্। নমু মী। নচুংঙা- নঙগী মকপ্। সীংঙেল্- লৈ। তাউজিং- হৈ।*

কোলোয় ময়াথংবু পাউতাক্পীবগী তলা উরিংকোল্, পামেল্ উথানুংবু ইবুংঙো নঙ্গী মোংব য়ুম্দম্খবঙেনে। চীংঙু ইহিবোই, লাইরেল্ ইহিসাং, ময়ায় সুম্তোংপাল্, য়াংগোই সাবোক্পুংগী ফম্ফম্ বায়েল্লিবগীদমক্পু খাবী মথং সিন্ন, অমাই লৈতাই হৈবন চীংঙু ঐবু হান্ন তাইহল্লো। ইবুংঙো নঙবু কোন্ন তাইঙম্জৌও।

পুন্সি অথোই তোং, তান্থোঙ্ ময়ুং কুইব, লেম্থোঙ্ মফৈ পাক্পবু লন্কুবিগে হায়ন পাউমেল্লবদ খান চাউবন পাউখুম্এ। হে ইচুংঙা-ও। খাবী মথং সিন্ন, অমাই মথং খন্ন, খোইয়ুম্ লাই তাইববু ইচুংঙা নঙবু হান্ন তাইঙম্ওঁ হায়ন চহী কুম্জা খুদিংমক্সুং চাপী চনৌ হান্ন কৎনসুনো। নচুংঙা ঐদি কোন্ন চাবী পীনসুনো। তলা নঙ্গী মিতম্উ, পামেল্ নঙ্গী নমু পোংতম্ উদি চীংঙু ইসাইকোন্দ লৈসুনো। মালং নুংশিং লাংহল্ফবোইএ। চীংঙু ইঙাক্লম্গে, খোইয়ুম্ ইকল্লম্গে। পামেল্ উঙাক্ উসেল্লম্গীবু তাউজিং হৈকৎহন্সে। সনা কোন্চন্ব, লুপা য়াইচল্বসুং চন্মনসে হায়দববা। ◪

# ২. সদিং সকোক্

হুঁ লাইযিংথৌবু মকোক্পবু খুকম্ন ইজবক্কে। লৈমবেল্ সিদবী[1] মকোক্পু খুকম্বনে। অতিংকোক্পু[2] খুকম্বনে। অসীববু খুংকম্বনে। অকোক্পু খুকম্বনে। কোঞ্জিন্ তুথোক্পবু[3] খুকম্বনে। মকোক্পবু খুকম্বনে। লৈমবেল্

---

১ *লৈমবেল্ সিদবী—লাইযিংথৌ অসীব অমসুং কোঞ্জিন্ তুথোক্প পাখংবগী মমা, তেংবান্বগী মমা ওইবীনি। মৈতৈগী যুম্নম্ খুদিংদ যুম্গী লপ্লেন্ কাদ ইমা লৈমবেল্ সিদবীগী খুডম্ যানৈ। মবম্ অসিন ইমা লৈমবেল্ সিদবীবু লপ্লেন্ কাজাউ যাবী হায়ন কৌনৈ।*

২ *অতিংকোক্—তেংবান্বগী মপু, লাইযিংথৌ অসীব অমসুং কোঞ্জিন্ তুথোক্প পাখংবগী মপানি। তাইবংপান্বগী হৌফম্ মকনি। অতিংকোক্ মক সিদবগী যাথংন লাইযিংথৌ অসীবন তাইবং মালেম্ অসি সেম্খি। মৈতৈগী যুম্নম্ খুদিংদ যুম্গী উবেপ্ উহৌ (যাত্রা) মখোঙ্দ তাইবংপান্বগী মপা ওইব অতিংকোক্ মক সিদবগী খুডম্ যানৈ।*

৩ *কোঞ্জিন্ তুথোক্প—লৈসেম্ নোংসেম্ঙেগী পাখংবনি। লাইযিংথৌ কোঞ্জিন্ তুথোক্প পাখংবন লোইনাই পাখংব কৌন পাখংব লাংওন্ মথং-মথং চম্ববক্খি। মৈতৈগী চক্ মবিগী পাখংব লাংওন্দি হযিচক্ত লোইনাই পাখংব, হয়াচক্ত (খুনুং চক্ নংত্রগ খুনুং লাংবচক্) লৈনুং লোঞ্জা পাখংব (তাওজ লিম্না পাখংবসু হায), লাংবচক্তি লোইবম্দাইদ লোনাং পাখংব, কোম্রচক্তি হৌগংলক্পদ নোংদা লাইবেল্ পাখংব অসিনি। পাখংবগী ইকোন্ কোন্ব লাংওন্ ওইব নোংদা লাইবেল্ পাখংবসি মনিপুর ইতিহাসকি ইহান্ হান্ব নিংথৌনি হায়ন নৌনবিব খৃঃ ৩৩ দগী ১৫৪ ফাওব পান্খিব নিংথৌ অসিনি। তাইবংপান্বগী মপু অতিংকোক্ মক সিদবন মহাক্তি ফম্নাল্বু কবম্ব মচাদ শিম্নবম্সিগে খন্বদ মচা অনী লাইযিংথৌ অসীব অমসুং কোঞ্জিন্ তুথোক্প অনীবু হায় পুংলবদ **

সিদবীবু খুরুম্ন হায়গে। অসীবগী মচিন্দগী লৈমবেল্গ কুরুগ অসীবগ ৩ মবু খুবম্দন লাইহিংথৌ তুবী চবাইরোংবগ[1] কুক ৭ মগ হায়নরম্বু হায়বম্গে। কুরু ৭ মন হায়বক্এ। হে লাইনিংথৌ তুবী চবাইবোংবও! লাংবচক্ লাক্লে হায়দন হিপোক্প, য়াই লৈবিব খৈবীক্পু হায়বক্কে। সদিং সকোক্কি ব্রাবু হায়বক্কে। সদিং সকোক্কি ব্রাবু হাল্ন হায়গে।

হয়িচক্তঁদ[2] মীবু পোং কৌএ। কুকন হায়এ। অসীবগ অতিংকোক্ অতিয়াগ কোজ্ঞিন্ তুথোক্পগ ৪ মদা লৈপাক্ সেম্মু হায়দন ৪ মন লৈসেম্ব নোংথৌ হৌব লোইবে। হৌজিক্তি অসুপ্ন ব্রাবু হায়বক্কে। অসীব হায়বদি নুমিৎনে। অতিংকোক্তি নুমিৎকি থব্রায়নে। কোজ্ঞিন্ তিংথোক্পদি থানে। থব্রায়দি সজিক্নে। লৈমনুগী থব্রায়দি থবানে। মকোক্ সাবদি কুকগী মমীৎনে। অসীব হায়বদি কুকগী নাতোল্নে। কোজ্ঞিন্ তিংথোক্প হায়বদি কুকগী লিন্সাংনে। সচুং তেল্হৈব[3] হায়বদি কুকগী থম্মোয়নে। মথোয় অসিন হী য়াই পোক্প হায়বক্কে। হী য়াই খৈবিক্ পোক্এ। হী য়াই ৫০ পোক্এ। মান পোক্প য়াইদি মথুন্ কোম্লোক্য়াই ওইবনে। কোবেক্চৈ ২ লংবনে। মুক্তায়াই ওইবনে, ফৌলৈমনে, ঙারৈমনে, থুম্লৈমনে, হীখোম্নে, মকুয়াইনে, হঙোইয়াইনে, খুনুয়াইনে, সেন্দাংয়াইনে, হবিয়াইনে, সেল্য়াইনে, সল্মনিক্ য়াইনে, ব্রহংসো য়াইনে, মনিক্য়াইনে, সবয়াইনে, বিমনিক্য়াইনে, কোমনিক্ য়াইনে, ক্ষয়াইনে অসিনে।

অমসু হায়গে। অতিংকোক্ য়াই পোক্প হায়গে। সজি খুবাংয়াইনে[4], সজিয়াইনে, কৈগী তুনিংথৌনে, হৌদোংগী তুনিংথৌনে, হূইগী তুনিংথৌনে, সনম্বগী য়াইনে, য়াই অঙাইবীনে, অঙাইবনে, মপুয়াইনে, মমায়াইনে, নিংথৌয়াই, লৈময়াই, মায়কৈ ৪ গী য়াইনে, কৌব্রু য়াইনে, থোঙ্ঙাবেল্

* *ফম্বাল্ সিন্নবম্গে ফন্বদগী নোংথোঙ্ অবেংলক্ কোয়হন্নি। পলেম্ মমা লৈমবেন্ সিদবীগী পাউতাক্র মনাওনিপা কোজ্ঞিন্ তুথোক্পন মপল্ পহৌগী ফাংথোঙ্ব্রু অবেংলক্ হম্ম কোয়জদুন পাখং মোইবেন্ব কৌন লৈপাক্তি নিংথৌ ওইহৌখি।*

১. *তুবী চব্রাইরোংব—খৃঃ ১৬৯৭ ওগী ১৭০৯ ফাওব পান্খিব মৈতৈ নিংথৌনি।*

২. *হয়িচক্—মৈতৈগী চক্ মরিগী মনুংদ ইহান্ হানব চক্নি।*

৩. *সচুং তেল্হৈব—মৈতৈগী থব্রান্মিচাক্ কুম্ভবেংকি মনুংদ মণ্ডাসুব থব্রান্মিচাক্তি মমিংনি।*

৪. *সজি খুবাংয়াই—সজি খুবাং কৌব জিব অমগী মশাদগী থোক্প য়াই মথল্ অম।*

য়াইনে, থাংজিং য়াইনে, মার্জিং য়াইনে, সল্গী য়াইনে, সগোল্গী য়াইনে, সামুগী য়াইনে, সঙাইগী য়াইনে, লম্হুইগী য়াইনে অসিনে।

কোঙ্গিন্ তুখোক্পন পোক্প য়াইদি লাইবেল্য়াইনে, পিল্গী য়াইনে, খোইগী য়াইনে, তীন্ফাগী য়াইনে, কাক্ফেগী য়াইনে, খুগী য়াইনে, ঙা য়াইনে, থাঙ্গী য়াইনে, চক্থাঙ্নে[1], পুকক্থাঙ্নে[2], হেবা থাঙ্ খোঙ্গোম্বনে, থাঙ্গোয়রেম্বনে, কাইবেম্বনে, চৈস্ থাঙ্নে, লৌবিথাঙ্নে, নাকোক্থাঙ্নে, নাবেক্থাঙ্নে, খাঙ্সুতানে, সিল্সুথাঙ্নে, হৈসোই থাঙ্নে, তেল্বীয়াইনে, থাঙ্জৌয়াইনে মায়কৈ ৪ মগী য়াই ৪ মনে অসি খৈবিক্পু খঙ্নব হায়গে।

১. নুংথোঙ্গী[3] মচীল্ নুংচেক্ মচাদ পাখংবগী মবৈন নুংগী মসক্ ওইব অদু লৈবনে। মমিংদি হুং হুং তিং কৌএ। অসি হায়ববদি কে কে খোংগদবনে।

২. উত্রাগী[4] মখাদ খোয়গী মতম্ লুন নোংথৈ য়াই লৈবনে।

৩. মংনাউতাদ[5] হুইখৌগী য়াই লৈবনে। অদুদি নিংথৌগীনে। মমিংদি তে ঔ ওং কৌএ। মফম্দি নোংখ্রঙ্ ১ হৌএ।

৪. ৱাংথৈগী চোংখু য়ুম্ফম্দ লাই পাখংবগী খুবী ১ লৈবনে। মফম্ অদুদি হৈবোং ১ হৌবনে।

৫. নোংমৈবুংদ[6] লাইবিক্ ১ লৈবনে। মফম্দি পিবেল্হৈ ১ হৌবনে।

৬. খুবায়গী হৈবী মখোঙ্দ নোংপোক্ থংবদ নিংথৌগী সাকু ৱালোং লৈবনে। মদুদি খুদুপ্ ৩ লুন লৈবনে। সন্দং খোংনবনে।

---

১. *চক্থাঙ্—নিংথৌজা সলাইগী সলাই থাঙ্গী মমিং।*

২. *পুকক্থাঙ্—অঙোম্ সলাইগী সলাই থাঙ্গী মমিং।*

৩. *নুংথোঙ্—সুগ্নুদ লৈব লাইফম্ অম।*

৪ *উত্রা—কংলা মনুংগী লাইফম্ অতোঙ্বগী চঙ্ফম্ থোঙ্জাউ। উত্রা অসি লাইয়িংথৌ খাগেম্বন ইহান্ হান্ন সাব হৌখি। মমায় নোংচুপ্ ওন্ন সাব থোঙ্নি।*

৫. *মংনাউতা—কংলাগী খা থংবদ ইম্ফাল্ তুরেল্গী খুনিংথেক্ মপাদ লৈব নিংথৌগী মচিন্ মনাও অমদি লৈমরেম্বীনচিংবন শিবগ পোংলোইফম্ মংফম্।*

৬. *নোংমৈবুং—কংলাগী নোংপোক্ত লৈব নোংপোক্কি চুপ্ ওইব অচৌব লৈপুং অমনি।*

৭. অমসুঙ্ হায়গে। সিদব কুম্নাগী মখোঙ্দ সিদবী খুরোয় য়েন্বী চাজেন্বীন খুযা লৈচেঙ্ হোৎন লৈবনে। মাগী ঈবাৎতি নিংথৌন বুথি ওন্নরবদ মীন ঐগী লৈপাক্ ঙম্গে তৌববদ মফম্ অদুদ থৌ তৌও। লাক্চব ঙম্দবনে। উপী উবেল্ তাবনে।

৮. মচিপূৎদ পাখৎবগী ফিরাক্থাঙ্ লৈবনে।

৯. য়াহীপ্ফম্দ কুকন সূব সনাগী থাঙ্ ১ লৈবনে।

১০. ১ সুঙ্ হাযগে। খুবায়পূৎদ[1] পুকক্থাঙ্ লৈবনে। মদুদি সনামহীন কুক্বু থোইবদ থম্লম্বনে। খুদুপ্ ৫ লুন লৈবনে।

১১. ১ সুঙ্ হাযগে। খোযবচিক্ত নোংসাবন নূং অদুম্ন ওইন লৈবনে। অদুদি নিংথৌদগীনে। কুকসিংন ফূক্লগনি। খুদুপ্ ৫ লুন লৈবনে।

১২. থযোংলোক্ত[2] মহাদেবগী মোইবূং ১ লৈবনে। মফম্দি খাবচীং কাখৎপ অদুদনে।

১৩. ১ সুঙ্ হাযগে। সীংথা যাংঙম্থেন্দ পাখৎবগী কাংচুপ্ লৈবনে। মফম্দি নোংপোক্তি অকূৎপ অদুদনে। মমিংদি তাচেং কৌএ। খুদুপ্ ৪ লুন লৈবনে।

১৪. ১ সুঙ্ হাযগে। লাঙ্গোল্গী পাখৎপূৎগী মখা অকূৎপ অদুদ লৈমবেল্গী সনাগী নাচোম্ ২ লৈবনে। মপু লৈতে লৌব যাই।

১৫. চীংমৈবোঙ্দ সদিংগী লাইবিক্ ১ লৈবনে। লাইবিক্ ২ দনে।

১৬. ১ সুঙ্ হাযগে। লাঙ্গোল্গী লুৱাং গুকগী যূম্ফম্দ সনাগী য়ূম্ অম লৈবনে। ময়াযগী মতম্দনে।

১৭. লাঙ্গোল্ লুখোইগী[3] লাইবিক্তি কুনোলোক্ত লৈবনে। লু অমসু লৈএ।

১৮. নাপচীক্তি লুখুম্দ যেংও। থোঙ্ঙাক্ লাইবেম্মগী সম্কক্ কাতিনে, সম্জিথেৎনে, কোবেক্নে, লুবেল্ অদুগী অৱাং চীংখৈ ২ মবক্ত মিসি ১ হৌবনে। মদুগী মখোঙ্দ মাগী য়াইনে লৈবনে। মফম্দি অদুদ মিসি অম হৌবনে। খুদুপ্ ৭ লুন লৈবনে।

---

১. *খুরায়পূৎ—খুবায অহোঙ্গেদ লৈব খুবায লৈকাইগী লম্দাইপূৎনি।*

২. *থয়োংলোক্—নোংমাইজিং চীংগী মনাক্ত লৈব থয়োং চীংগী লোক্।*

৩. *লাঙ্গোল্ লুখোই—মৈদিংঙু খাগেম্ব মতম্গী মমিং চৎপ মাইচৌ অমনি*

১৯. লম্‌দেংগী[১] লুবাংলীন[২] তারক্‌প লোক্ ২ মগী তিন্নব মফম্ অদুদ মৈদিংঙু হোঙ্‌নেম্‌য়োই খুঙ্গাউগী লুবাং শুকন পীরক্‌প মুক্তা মাইওইব অম লৈবনে। মপু লৈতে হায়ন খঙ্‌ও।

২০. ১ সুঙ্ হায়গে। পুন্সিখোঙ্‌দ সনা তাঙ্গ লুপা তাঙ্গ ২ মক্ লৈবনে। লৌহৈদে। নিংথৌ পুন্সি নিফম্‌নে। মমিংদি খোয়বিক্ কৌএ। বাসি হায়ববদি ঈসিং থোক্‌পনে। মী পুম্নমক্‌সুঙ্ নিফম্‌নে খঙ্‌ও। মনি অমসুঙ্ লৈবনে। মমিংদি চিক্‌সোহিং কৌবনে। মসিদি চেংন খঙ্‌ও। লাই পাত্রা অম লৈবনে। মদুনে। নীংলিব খৈবিক্ থুংবনে।

২১. ১ সুঙ্ হায়গে। সায়ান্দ থাংগ মৈপুংগী ময়ায়দ কাক্‌লেন্‌য়াই ১ লৈবনে। মপু লৈতে হায়ন খঙ্‌ও।

২২. ১ সুঙ্ হায়গে। খাইবম্বন্‌গী লম্বী ২ মগী লুতিন্দ লাই নামুংবগী খূৎসু সঙ্‌লিব ১ লৈবনে। মপু লৈতে। খুদুপ্ ৯ লুন লৈবনে।

২৩. ১ সুঙ্ হায়গে। হৈস্নাম্ লাইবেম্মগী[৩] নুং খুদা মখাদ অথোক্‌প মাইচৌগী লাইবিক্‌নে, ফুনাল্ তেল্‌হৈবগী তেন্‌বীনে ২ মক্ লৈবনে। মখা হোবনে।

২৪. চক্‌খাবগী খোংনাং মখোঙ্‌দ লৈনুং হীকাপ্‌পীগী মফি লৈবনে।

২৫. ১ সুঙ্ হায়গে। পিসুম্‌দ[৪] নিংথৌগী মথুন্ কোন্‌থাঙ্‌গ কোবি সনানে ২ মগী য়েতুম্‌গ লৈবনে। মফম্‌দি চীংযাঙ্‌গী অতেক্‌প অদুদ লৈবনে। খুদুপ্ ৭ লুন লৈবনে।

---

১. *লম্‌দেং—লাঙ্গোল্ চীংগী মনীংদ তাব খুন্।*

২. *লুবাংগী—লৈমখোং তুবেল্‌ন মশা অনী থোক্লগ মশা অমন খুবখুল্, লোইদাং খুনৌ খুলেন্, খাত্রন্, কমেং অমদি লম্‌দেংনচিংব খুল্‌শিং ফাওদুন লাঙ্গোল্ চীংগী নোংচুপ্ থংব চীংযাদ নপ্‌তুন লাক্লগ ইবোইসেম্ব চীংজিন্দ নম্বুল্ তুবেল্‌দ তিন্‌ব লুবাংগী লম্‌দ চেন্‌ব তুবেল্‌নি। তুবেল্ অসিগ লাঙ্গোল্ চীংদগী হৌবক্‌প চাউত্রিখোংগ লম্‌দেংগী খুজিন্দ তিন্নে। হায়বিব ঈবম্ অনীগী তিন্নফম্ অসিদ ঈরুবগ ইরেম্ তোইবীলৈমগী মশাদ পক্‌প লাইখুং কোক্‌খি।*

৩. *হৈস্নাম্ লাইরেম্ম—অহান্‌ব মনিপুব বাইক্ল্‌সকি বক্রেট হোল্ চঙ্‌ফম্ খোঙ্গাল্ ময়াদ লৈব লাইরেম্বী পাম্থোইবীগী খুডম্।*

৪. *পিসুম্—ইম্ফাল্‌গী খা মায়কৈদ চীংঙা চীংগী মনাক্ত লৈব চীংদুম্।*

২৬. ১ সুঙ্ হায়গে চীংঙাদ[1] মনি ১ লৈবনে। নুমিৎনে, থানে ২ ন মহাক্কি মখুম্ ওইন লৈবনে। কুক ৫ গী মংসাবলি লৈবনে।

২৭. ১ সুঙ্ হায়গে। চীংথাংগী[2] চীংতেক্ অতুম্ব অদুদ পুবাল্ ৮ লৈবনে। লাই য়াই ৮ সু লৈবনে। খুদুপ্ ৪ লুন লৈবনে। অদুদি মপু লৈতে।

২৮. ১ সুঙ্ হায়গে। ৱাইখোং[3] চীংদ কুক ৫ গী সনাগী কাংচুপ্ ৫ ম লৈবনে। খুদুপ্ ৭ লুন লৈবনে।

২৯. ১ সুঙ্ হায়গে। থাংজিংগী[4] সংকুকই পোক্পীগী মখাগী অদুদ লৈবদি হিখোম্নে, য়াইখোম্নে, খোবিফাবন সূব লাংগোল্নে, পোৎপুনে, হূইত্রিকানে ৩ ম লৈবনে। খুদুপ্ ৯ লুন লৈবনে।

৩০. ১ সুঙ্ হায়গে। অন্দ্রোগী[5] হূইমাঙ্দ পুবাল্ অমগ নূংগী কপ্ত্রেং ১গ ২ মদো খোংনাং ২ মবক্কি মখাদ নূং ১ লৈবিব অদুদ লৈবনে। খুদুপ্ ৬, কাপ্লেন্ ১, খুদোন্গী মতম্দ লৈএ।

৩১. ১ সুঙ্ হায়গে। কোংব মপাল্গী ঈবান্ফম্দ পুবাল্ ১ লৈবনে। মদুদি মাইচৌ ৪ মগী পুবাল্নে। খঙ্ও।

৩২. ৱাংখৈ মবক্ত লৈব লাইফম্দো অদুগী মপাদ ক্বাক্ন পুব য়াইপূংদো লৈবনে। মফম্ অদুদ সনানে, লুপানে, অহাউ অথুম্ কৎতন খুকম্ও। লাইমিংদি খোম্‌চিকংলিক্ লিক্ হাযন সোন্দন খুকম্মো লৈনুংদ ঙংব তাবনে।

৩৩. ১ সুঙ্ হায়গে। কুকগ লৈমবেল্গ ২ মন ফম্বাল্ কাবদ নোংখ্রঙ্দ য়ৈনব সেল্গী পূংদো ময়াযগী খোঙ্নাং ময়া হাইথবগী নোংচূপ্কি অদুদ খুদুপ্ ৪ লুন লৈবনে।

৩৪. ১ সুঙ্ হায়গে। সৌক্রাক্পন্দ সৌবোল্ লাইবেম্মগীদ খুদুপ্ ১ দ লৈবনে।

---

১ *চীংঙা—ইম্ফাল্গী মখা মায়কৈদ লৈব চীং মচা অম।*

২. *চীংথাঙ্—কোম্বৌজম্ খুন্গী খা থংব নম্দ লৈব চীং মচা অনী।*

৩. *ৱাইখোং—ইম্ফাল্গী খা মায়কৈদ চাউক্রক্র কিঃ মিঃ ৬০ রোম্ চৎলগ লৈব নম্ অমনি। মনিপুবদ ৱাইখোংদ সুংব থুম্ খ্বাইদগী ফব মখল্গী থুম্নি।*

৪. *থাংজিং—লাইয়িংথৌ থাংজিংগী খুডম্ লৈব থাংজিং চীং।*

৫ *অন্দ্রো—ইম্ফাল্গী নোংপোক্ত চাউবাক্র কিঃ মিঃ ২৬ লোম্ চৎলগ লৈব নোংমাইজিং চীংগী নোংপোক্ থংব চীংয়াদ চকপ কাঙ্লূপ্কি মীওইশিংন খুন্দাব খুল্ অমনি।*

৩৫. ১ সুঙ্ হায়গে। নুঙ্গোইবীগী[১] মনাক্, তাইবোংখোঙ্গী[২] মবক্ত লৈব য়াইদি মনি কৌব ১ লৈবনে। মান লৈ হাযবগী মনিপুব কৌএ (মসিদ মফম্ অসিগী মমিং মনিপুব কৌই হায়বিবসিন ঐখোযগী লৈবাক্ অসিগী মমিং মনিপুব কৌই হায়ন পীনব অসি অবান্ব য়াহঙ্খোক্ ওইগনি। পীবন্নিব য়াফম্ অসিদি সূপ্নতগী কংলা মনুংগী মফম্ মচা অমগী মমিংনি) মাগী মফম্ তাক্হৈদে। তাক্লবদি নুমিৎ ৬ নিদ কৈন চাযএ। হে নিংথৌও ! হে মী পুন্নমও ! মপাদ যেংন খুকম্মো। লাই মমিংদি হাযগে। সুম্ সুম্ হাযন সোল্ও। নঙ্ন নিব থুংগদনে। পোৎতি সনা চংনিং অসেংব অফব ১, লুপা অনা ময়েক্ অম, খুদৈ লম্ ১ তান থাংফম্ যৌব ১, হৈকক্নে পাননে, খোইক থাউমৈ ১, কবোক্ অথুম্ অহাও, হৈ মনম্ নাইব অসি যাওন খুকম্ও। নিবিব মীদুগী নীংলিব খৈবিক্ থুংগদনে। হে মীওইবও খঙ্ও।

৩৬. ১ সুঙ্ হাযগে। কেক্রুপান্দ[৩] য়াবোযনে, উবিক্সিবীনে হৌবিব অদুদ পোংগী পুবাল্ ১ গ, নিংথৌগী যাই অমুব ১ গ, এ ম লৈবনে। খুদুপ্ ৬ লুন লৈবনে। মপু লৈতে হাযন খঙ্ও।

অসি লম্লেন্, সদিং সকোক্ কৌব লাইবিক্ অসিদো অকব লাইরিক্নে। লাযন তৌগনো। নহাক্ মাঙ্গদনে। লুন তৌবব মহৈ ফংগদনে। ◪

---

১ *নুঙ্গোইবী—কংলা মনুংগী কংলা মেন্ সুকংগী নোংচুপথংবদ, উত্রাগীন কৌব্রু লাইজি পাংলপ্ন লৈব নুংপাক্ অমগী মথাদ সুকং লৈব লাইফম্ অমনি। লাইফম্ অসি মৈদিংগু লোইযম্বন পান্ব মতম্দ লিংখৎখিবনি। মৈদিংগু লোইযম্বন তযোন্ থাঙ্দপুংদ লান্দাব হাক্তক্ত পুবক্খিব নুংলেন্ যাইওইব, য়াযব শাযাই চেন্ব, হুযেন্ লান্যাই চেন্ব নুংনি। লাইফম্ অসিদ চীক্পি লৈখোম্বী কৌবী মী মকোক্ চাবী লাইবেম্বী অম লৈ হাযন থাজনৈ। মহৌসা লান্ফা নংত্রগ সা মকোক্পু নুংগোইবী লাম্নু চম্নগ নুংগোইবী লাইবেম্বীগী চাক্থা পীবম্মি। নিংথৌন সা- লান্ চংলম্দাইদ নুংগোইবীদ লান্নু থোইগে হাযন নীংজন্নু খুক্নম্লগ সা- লান্ খোঙ্শাম্নি। অদুগা সা- লান্দ মায পাক্নন লান্ফা মকোক্, পুদুন হম্লকবদ নুংঙ্গোইবী লাইবেম্বীদ সাপাউ লান্পাউ তক্পগী চংনবী লৈবক্ই। হাযবিব লাইফম্ অসি হৌজিক্তি লৈত্রে, চুম্নগী খুভম্ যাবত মঙাইবে। অদুবুঙ্ খৃঃ ১৮৯১ দ বৃটিশকি মখুত্ত মনিপুবন মায়থীবদগী বৃটিশন কংলা চঙ্ত্রবদ কংলাগী অভোক্ত অকুং তেন্বদ নুংগোইবী লাইফম্ থুগাইদুন মাঙ্হন্ত্রে।*

২. *তাইবোংখোঙ্—কংলা উত্রাগী মথা থংবদ লৈবম্ন চংলম্গী খোঙ্ অমনি।*

৩. *কেক্রুপান্—কংলাগী অয়াংথংবদ লৈব কাবাউব খোঙ্ লৈবিব অসিগী মনাক্ তুবেল্ মপাল্ অমসুং মসিগী অকোযবদ লৈব মফম্শিং।*

# ৩. নিংথৌরোল্ সীংকক্

ঽ তাইবংপান্‌ব মপু গুক সিদববু খুকম্‌ন ইজগে। লৌবেম্‌ব খোংনাংথাব, লাংগোল্ লুখোই, মোইবাং সাথি, খোঙাখুন্ তেনবিপা, কবুই তোম্ব, লান্‌সোম্বি ফৌথি, কোনোক্ ,খেংকুবা গুক ৭ মক্‌ন ওক্‌সঙ্‌দ[1] ফম্‌দুন লাইনিংথৌ খাগেম্বদ নিংথৌরোল্ সীংকক্ কৌব অসিবু ইখিএ।

হয়িচক্, হয়াচক্, খুনুংচক্, লাংবচক্ যুগ ৪ মক্তি ব্লাবু হায়দুন লাইনিংথৌ খাগেম্বদ[2] তাহন্‌খিএ। হে খাগেম্বও ! কুম্‌সীং লখা অচৌব ৩৯ লীসীং ৬

---

১. *ওক্‌সঙ্—কংলা মনুংদ লৈব মীবৈপাক্তি মসক্ নাইব নিংথৌনচিংব মীওইশিংন নিংথৌ উনব লাক্‌পদ ওক্‌ফম্ ওইব সঙ্‌নি। নিংথৌন ওক্‌সঙ্‌দ থোক্লগ হাযবিব মীওইশিং অদুগা উনগনি। ওক্‌সঙ্ অসি ইহান্ হান্ন খৃঃ ৪২৮ দগী ৫১৮ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্‌খিব মৈদিংগু নাউফংবন ইহান্ হান্ন নিংথৌ কব্বাল্ তোংফম্ কংলা শঙ্গাইবেল্ শাব হাত্তক্ত অশাংবম্ লাইব কৌব অঙাং পণ্ডিত্ অমন কংলা শঙ্গাইবেল্ শাবদ মতেং পাংনবগীদমক্ পুবক্‌প পুক্‌চাউ কৌব ওক্ লাব অম থম্নবগীদমক্ শাখিব সঙ্‌নি। মৈদিংগু নাউফংবগী মতুংদ পাম্নক্‌প নিংথৌ মবোল্ কয়ানসু হায়বিব ওক্‌সঙ্ অসি কায়ব য়াদব অম ওইন শাবগী চংনবী লৈবক্‌খি।*

২. *লাইনিংথৌ খাগেম্ব—খৃঃ ১৫৯৭ দগী ১৬৫২ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি। মৈদিংগু মুযাম্বন মৈতৈলৈম চাংপোম্বীগ থোক্‌চোম্ চনুগ অনীমক্ পাম্নবগ মৈতৈলৈম চাংপোম্বীন লাইনিংথৌ খাগেম্ব পোক্‌খি। মৈদিংগু খাগেম্বন খাগেম্ব কৌগ্রিউ হান্ন সনা হিহোন্‌হন্ পোইবে নিংথৌহন্‌ব কৌবম্মি। খাগিগী চৌফা হোংদে কায় হায়দুন খাগেম্ব কৌখি। মৈদিংগুসিন পান্‌ব মতম্‌দ লম্‌দম্‌সিদ অনৌ অনৌব কয়া হৌদোক্‌খি। মহাক্ত মুহুপ্ **

অসিন ৭ কি মতুংদ লাংবচক্কি কুম্সীং লখা ২ লীসীং ৬ কি মতুংদ কুরুন হাম্ন সেম্ব হঙোইগি মসক্ ওইবন মমিং মরিয়া[১] কৌদুন কুম্সীং ৭ নিংথৌ ওইএ। লখা ২ লিসীং ৬ কি মতুং লীসীং ৩ চাম ৩০ অসি হৌভ্রব মতুং অসিদ নোংথৌ মতোন্দগি পোং[২] নিংথৌ কৌব কূম্লক্নুন খূৎসূ খূৎলাইগ লোয়নন লৈবাক্ ঙাক্লৈএ। কুম্সীং ৫ তনে।

লীসীং ৩ চাম ৩৫ সুবদ নুমিৎকি মচা লাইনিংথৌ পাখংবন[৩] নিংথৌ ওইব হৌএ। কুম্সীং ১২০ পাল্লে। কুম্সীং ৩২৫৫ মচা খুইন নিংথৌ ওইএ। কুম্সীং ১১০ নে। তাওথিংমাংন কুম্সীং ১০০, ৩৪৬৫ দা খুই নিঙোম্বন ওইএ, কুম্সীং ১৫, পেংসিবন ৩৪৮০ কুম্সীং ১৫, কাওখংবন ৩৪৯৭ কুম্সীং ১৭, নাওখম্বন ৩৫১৪ কুম্সীং ১৭, নাউফংবন ৯০, লাইদ মীন খজিক্তং যান্ব হৌবে। সমৈবাংন ৫, কোন্থৌবন ২১৬। অসিগী মতুংদ চহী ৫০ নিংথৌ পান্দে। নাউথিংখোংন ১০০, সম্লোংবন[৪] বাসা[৫], লোই চল্লুবগ লাক্তন অব্বাং বোং ইংখোল্দ[৬] লৈদুন কুম্সীং ১০ পাক্লম্লগ পোংদ তম্ন হন্খিএ।

---

* *উম্ন, দোলাই তোংব, কোযেং যেংপ, নিংথৌবু লাইথিংথৌ কৌব, খুকম্ব, হীদাক্ থক্প, লেংখাত্ত পাক্লৈ চিন্ব, হীদাক্সু থক্প, লাইবিক্ তম্ব অসিনচিংবশিং অসি হৌদোক্খি। হাযবিবশিং অসিগী মখক্ত লৈবাক্কি চাওখং থৌবাং অমদি থবক্ কয়াসু পাঙ্থোক্লম্খি। খুদম্ ওইন কৈথেল্ তবা হোক্তব, কংলাগী সনথোক্ত শাব, কংলাগী উত্রা শাব, লাই নোংশাবগী লাইকংলা শাব, যুম্দ সনা যুম্পী হাপ্প, কংলাগী যাত্তদ মোইমীং যৈব, থাক্তবাইপল্ লিংব, যাইবিপোক্ খুন্ লিংবনচিংবশিং পন্ব য়াই।*

---

১. *মবিয়া—মবিযা ফম্বাল্চা। নিংথৌ কাংবগী মনাওনি। মবিযা ফম্বাল্চান ইভা কুম্দম্ন ইজেন্ কুম্খাযন পান্ব হৌখি।*

২. *পোং—মৈতৈন শান্ নংত্রগ তাইবু পোং কৌই।*

৩. *লাইনিংথৌ পাখংব—খৃ: ৩৩ দগী ১৫৪ ফাওব মৈতৈ নিংথৌ ওইন পান্ব হৌখিব মনিপুর ইতিহাসকি ইহান্ হান্ব নিংথৌনি হাযন লৌনবিব মৈদিংগু নোংদা লাইরেল্ পাখংব।*

৪. *সম্লোং—পোং নিংথৌ সুকান্ফাগী মনাওনি।*

৫. *বাসা (পাসা)—হৌজিক্ বাঙ্গলাদেস লৈবিব মফম্।*

৬. *পোং ইংখোল্—অপোং ইংখোল্। হৌজিক্ বাজা দুম্ব সিংহ হাযখুল্ লৈবিব অসিগী অকোযব মফম্। মফম্ অসি হাম্ন নোংপোক্ ইংখোল্ হায়ন কৌবন্দগী পোং নিংথৌ সুকান্ফাগী মনাও সাম্লুংন চহী ১০ লৈবন্দগী অপোং ইংখোল্ হায়ন খঙনখি।*

খোঙতেক্চান ১০, অসিদ লৈরম্ব ফম্দৌ ৬৬ মক্ক লোয়নন নোংগাখিএ। অসি মতুংদ কৈবেন্চান ১৫, য়ারবন ২২, অয়াঙ্বন ৮৯, নিংথৌচেঙ্ন ৩৯, চেংলৈ ইপাল্ লাম্বুবন ২০, য়াংলৌ কৈফাবন ১৫, ইরেংবন[1] ৯০, লোইয়ম্বন[2] ৪৮, লোইতোংবন ২৮, অতোম্ য়োইরেল্বন ১৩, ইবান্থাবন ৩৬, চীংথাং লাম্বুবন ১১, মাগী হাক্থক্ত লৈকাই ৪ ম সেম্লম্এ। থিংবাই সেল্হোংবন ৫, পুবান্থাবন ১৬, খুমোম্বন ১৫, মোইরাম্বন ২৪, থংবি লাম্বুবন ২২, কোংয়াম্বন ১১, তেল্হৈবন ২০, তোন্নাবন ৫, তবুংবন ৩৫, অসিগী মতুংদ চহী ৫ নিংথৌ পান্দে।

অসিদগী পুন্সিবন ২৮, নিংথৌখোম্বন ৩৫, মাগী হাক্তক্ত মোইবাংখোম্ থোল্লে। ক্যাম্বন পান্ব চহী ৩ সুবদ পোং নিংথৌ কিখোম্বগ তিন্নদুন চানবৈএ। লাইনিংথৌ শ্রীবিষ্ণু লাক্তন ফংজৈএ। কুম্ অদুদ তেলংগান বিলাং ফংজৈএ। তেলংগা মখোয়ন পান্গদব চহী ৪০০ তনে। ৪০০ অসি পাল্লগ সৌক্রাক্পন্গী নোংপোক্ থংব তৈজা চীংখোঙ্দ তেঙ্গোল্ সাদুন তুম্লগদনে। ক্যাম্বন[3] চহী ৪১, কোইবেম্বন ৪, লম্গাইওম্বন ১১, নোংইন্ফাবন ১, কবোম্বন ১৮,

---

১. *ইরেংব—খৃঃ ৯৮৪ দগী ১০৭৪ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মহাক্ন পান্ব মতম্দ নোংচুপ্ লম্দগী পাঙ্গল্ ওক অম লাক্নুন মাগী য়াথংদগী মৈতৈন নামুংসা চাব, মী শিরগ শাংক্রুম্ ফুম্ব হৌখি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্ত হন্নি নাবোং কৌব লাই অনী লাক্নুন মখোয়গী য়াথংদগী মেবা মেন্ তোংব, হৈক্রু হিদোংব, অতাই ঈবাংপনচিংব লাইথৌ থৌরম্শিং পাঙ্থোক্পসু হৌখি।*

২. *লোইয়ম্ব—খৃঃ ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাউব পান্খিব নিংথৌনি। নিংথৌশিন পান্ব মতম্দ লৈঙাক্ বায়েন্ থৌদা তৌবদ খুদোং চানবগীদমক লূপ্ তরুক্ থোক্র খায়দোক্নুন লৈঙাক্ থৌ পুহন্খি। লূপ তরুক্ অদুদি- (১) লূপলেন্ লূপ্ (২) থৌজা লূপ্ (৩) কোংজা লূপ্ (৪) লূপ্ খুব লূপ্ (৫) চিংচা লূপ্ (৬) খাইচা লূপ্ অসিনি।*

৩. *ক্যাম্ব—খৃঃ ১৪৬৭ তগী ১৫০৮ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মৈদিংঙু ক্যাম্বন পোং নিংথৌ খেখোম্বগ মীচঙ্ ওইদুন কবোগী ক্যাং খম্পাংত লান্দামিন্নখি। ক্যাং খম্পাং মায়থীব পীখি। পোং নিংথৌ খেখোম্বগ মৈদিংঙু ক্যাম্বগ লম্ য়েন্নবদ কবো তম্পাক্ মনিপুরগী ওইন ফংহৌখি। পোং নিংথৌন মৈদিংঙু ক্যাম্বদ বিষ্ণুগী সাল্ চক্র পীবক্নুন বিষ্ণু লাংহন্ব হৌখি। মৈদিংঙু ক্যাম্বন মম্ম চৈরাউব নুমিৎত লৈকাই লাক্প মরিন চৈ মতোন্দ শবীক্ যান্নগ শরীক্ খীংদুন চহী লোইবে হায়ন শগোল্ তোংদুন লৈকাই মরিদ কোয়ন চংতুন লাউরম্ব তোক্খোক্নুন খৃঃ ১৪৮৫ দ হিয়াঙ্লোই নামোই কৌব মীশক্ অমবু ইহান্ হাম্ম চৈথাব হৌহন্খি। মসিগী মতুংদ ঙসি ফাওব চৈরাউব নুমিত্ত চৈথাবগী থৌরম্ পাঙ্থোক্নুন লাক্লি।*

তাঙ্‌জখোম্বন ৩, চলাম্বন ১৭, মুংয়াম্বন ৩৫, অসিগী মতুংদ লায়িংথৌ খাগেম্ব নঙ্‌ন পান্‌ব অসিনে। নঙ্গী নহাক্‌থক্ অসিগী মখেদি মীগ লাইংগ খাইনরে খঙ্‌ও। হে খাগেম্ব নশোক্ ৩ লক্ পোক্‌ও, নিংথৌ ৩ লক্ ওইও। নঙ্‌ন পান্‌গদব চহী ৫৫ নে।

হৌজিক্তি মতুংদ পাল্লগদব নিংথৌ, থোক্লগদব থবক্, তৌরক্কদব খুৎতম্, ঐখোয় মীওইব অসিন মী মবেপ্ খুদুপ্ ১ ত হাংব খামেন্‌বু কৌরোঙ্‌ন লাম্‌দুন পান্‌ব অদুগুম্ব মীসিং অদুন মৃৎখিদুন মৈ তরং, ঈসিং তবং, নোংসিং তরং, তবং ৩ মক্ন সংসাবদ তাইবংপান্‌ব অসিবু মাঙ্‌হন্‌খিগদব অদুফাওব হায়বক্নে। হে খাগেম্ব নঙোন্দ ঐখোয় ৭ মক্ন হায়ব অসি ননাকোং পীন তাও-ও।

খুঙ্গাউবন চহী ১৫ নে। কুম্‌সীং অচৌব ১৫৮৪ সুবদ লায়িংথৌ পাইখোম্ব, লাক্লে। মাগী হাক্‌থক্ত লাংবচক্ হৌরে। চৈথাব তম্লে। মান পান্‌ব চহী ৩১, ঈবাংতি সান য়ুন লাংকনিএ। কুম্‌সীং অচৌব ১৬১৯ সুবদ লায়িংথৌ তুবি চবাইবোংবন নিংথৌ ওইবগদনে। কুম্‌সীং অচৌব ১৬২০ দ থংগান্দগী হাও মচা ১ কৌব লাক্কনি। অসুম্ন পান্‌ব ১২ অদু সুবগ লাক্কদনে। মান য়োক্‌চব হাওমচান মাবু হাৎলগদনে। মান পান্‌ব চহী ১৪ নে। পাম্‌হৈবন পান্‌ব কয়া নুংঙাইব খঙ্‌লোই। ১৬৩৩ সুবদ লায়িংথৌ পাম্‌হৈবন পান্‌বদ লায়িংথৌ পাখংবগী কুম্‌সীং লোইবে। লায়িংথৌ সনামহীন ওইবগদনে। অসি মতুংদ ১৬৪৩ সুবদ নবুথৌ সনামহীন নোংচুপ্ত চৎলুবগ তন্ন হল্লক্কদনে। কুম্‌সীং ১৬৪৭ সুবদ তখেল্লে, পাইখুনে ২ মক্ক চায়নবগদনে। ২ মান ঙম্লগদনে। মান পান্‌ব কুম্‌সীং ২৯ নে। কুম্‌সীং অচৌবগি ১৬৬২ সুবদ পাইখুদ থৈবগদনে। নিংথৌ ১ ন তন্ন লাক্কদনে। কুম্‌সীং ৪ অদুগী মতুংদ কুম্‌সীং ১৬৬৭ সুবদ নোংপোক্ত নোংসা থবায় মাঙলগদনে।

হে নিংথৌও ! অদুগি তুংদ নিংথৌ ১ ন থা ৭ ওইবম্লগ নোংচুপ্ লম্ চৎখিগদনে। অদুগী তুংদ ১ ন মেন্ তোংলম্লগ নোংপোক্লম্ তন্ন চৎখিগদনে। অসি মতুং নিংথৌ ১ ন চহী ৫ ওইগদনে। ১৬৭২ সুবদ লৈবাক্ তাক্লগদনে। অসি মতুং ঈন্ন নোংপোক্লম্ চৎলগদনে। কুম্‌সীং ১০ নে। ১৬৮২ সুবদ নিংথৌ ১ পাল্লগদনে। ১৬৮৬ সুবদ লৈবাক্ তাক্ন দুলাই মিয়াম্ব পুখিগদনে। কুম্‌সীং ১৬৮৮ সুবদ মোইবাংদ পাল্লগদনে। ১৬৮৯ সুবদ অৱাংলম্‌দগী লাঙ্ন চায়নরগদনে। মোইবাংন ঙম্‌গদনে। অৱাংলম্ চৎখিগদনে। তন্ন

লায়িংথৌ পাখংবন কৌথোক্লগদনে। সঙাইখেন্দ লৈরগদনে। অদুগ সঙাইগ্রৌদ চহী ১ লৈবগ মখাবম্দ চহী ২ লৈবগদনে। অদুদ পাইখুন লৈবাক্ থুগাইদুন নিংথৌদো নোংচুপ্লম্ চংখিগদনে।

মতুংদ নিংথৌ ১ ন চহী ২ নে। ১৬৯৫ সুবদ নিংথৌ ১ ন ওইগদনে। ১৬৯৬ সুবদ চহী ৫ নিংথৌ পান্দে। কুম্সীং ৩ পাইখুন লৈবাক্ লৌখিগদনে। অসি মতুং ১৭০০ সুবদ চীংগি মখোঙ্দ কোনুং সেম্লগদনে। ১৭১১ সুবদ অবাংদ চংতুন লৈবাক্ ১ গ চায়নগনিএ। কুম্সীং ১৭১২ সুবদ কৌব্রুদ সা অচৌব ফাবগদনে। ১৭১৬ সুবদ গুরু গবিগ বা ঙাঙ্নদুন লাইবিক্ সেম্লগদনে। অদু মতুংদ বামান্দ গৌবিয়া চংলগদনে। লাই মমিং হরি কৃষ্ণ বিষ্ণু সংকির্ত্তণ তৌবগদনে। ১ সুং মৈবম্ পাংবদগী উহে য়ান্লুদন শ্রীহরি সেম্লগদনে। মান মচা মঙা পোক্লগদনে। ৫ মক্ নিংথৌ ওইবগদনে। মচা ৩ সুবক্প নিংথৌদো হে খাগেম্ব নঙ্ন পোক্লগদনে। অদু মতুং ১৭১৭ সুবদ নোংপোক্ত থুম্খোং সেম্লগদনে। ১৭২১ সুবদ কুম্সীং ২ লৈবগ ১৭২৩ সুবদ নোংচুপ্ত নোংগাখিগদনে।

অদু মতুং নিংথৌ ১ ন চহী ২ ওইগদনে। ১৭২৫ সুবদ নিংথৌ ১ ন কুম্সীং ৩ ওইবগদনে। অদু মতুং ১৭২৮ সুবদ নিংথৌ ১ ন কুম্সীং ১০ ওইবগদনে। মতুং ১৭৩৮ সুবদ নোংপোক্তগী ১ ন লাক্তুন নিংথৌ ওইগদনে। ১৭৩৯ সুবদ মখাদগী সা অচৌব ফাগদনে। ১৭৪০ দ কোনুং সেম্লগদনে। ১৭৪১ দ কংলৈপুং অসি লৈখোঙ্ সেম্লগদনে। সনা সঙ্গাই সাবগদনে। নিংথৌদো মৈনে। কুম্সীং ৭ ওইবগদনে।

অসি মতুং ১৭৪৪ দ লৈবাক্ অসি মসুং ৯ থোক্ন কায়বগদনে। কুম্সীং ৭ সুন তীন্ফম্ লাইফম্ মুংলগদনে। অসি মতুং ১৭৫১ সুবদ মমা নোংপোক্ লিচাউবীগী মচা নোংসান ১ বক্ হন্ন লৈবাক্ সেম্লগদনে। অঙৌব ফৈজা সাব পাই য়ান্ব উ সুব য়োংকী উতোং সুবগ সীংজঙ্ পায়দন চিংনরগদনে। নিংথৌদো থাঙ্ চাম্লগদনে। অদু মতুং ১৭৫২ দ নোংপোক্ত লম্ য়েন্নবগনি। কৌব্রুদ সা অচৌব ফাবগনিএ। মবোল্ লোন্বন খৈদেন্দ সঙ্ সাদুন লৈরগনিএ। কুম্সীং ৭ থা ৭ নে। লৈবাক্তি থৌরম্ ওস্থোক্প খজিত্তং হৌবগনিএ।

১৭৫৯ সুবদ ইচুম্ চাব, লাইজ ঈঙৌ থক্পন নিংথৌ ওইরগদনে। ১৭৬৪ দ অঙৌব ফৈজা সাবন লোই হাবগদনে। নিংথৌদো নোংচুপ্লম্দ

তেম্বিগদনে। ১৭৬৫ অপক্ওান নিংথৌ ওইরগদনে। ১৭৭১ সুবদ ঈসিং অনৈবদুন ময়ান্নদ, অন্নবন মতাইদ চেল্লগদনে। লম্হূইন সনাগী সেম্পাক্ত ময়ুং হাল্লগনি। সন্নাওবু সন্বীন থক্লগনি। ১৭৭২ সুবদ মমা ইবোই তম্বুবিন পোক্প মহাক্ লাইরেল্ অঙৌবন লাংওল্লক্প, মবেপ্ খুদুপ্ ৪ খুদোন্ ২ ৱাংব, চেংলৌ সক্কোয় থোঙবু থাগুম্ব, য়াওবৌ সায়াম্ লোইবন তেবক্কদনে। মান নিংথৌ ওইগদনে। নুমিৎ ৩ থা ৩ দনে। মা নোংচুপ্লম্ তন্ন তেম্বিগদনে।

অসি মতুংদ ওইবগদবদি মমা সজি লৌয়াম্বীগী মচা কৈন নিংথৌ ওইবগদনে। কুম্সীং ১৭ নে। লাংদাইগী নিংথৌনে। হে খাগেম্ব! মাঙ্দ হৌখবব কুম্সীং লখা ২ নীসীং ৬ কি মখাদ ওইবক্প কুম্সীং লখা ৯ নীসীং ৮ সুবদ ওইবিবসিদি হে খাগেম্ব নঙ্নে। ১৭৭৮ দ ওইবক্কদব নিংথৌদো হে খাগেম্ব নঙ্নে। নঙ্গী লাংওন্নে হায়ন খঙ্ও। নঙ্সু ১৭৭৮ দ মখাবম্দ চৎতন মিবেল্ থব্রায় মাঙ্নীংচিৎন তেবক্কদনে। মহাক্থক্ত চেক্কি থোং সাবগদনে। ১৭৮২ সুবদ লোক্তাক্ত নুং তাউবগদনে। ১৭৮৪ দ মোইবাংদগী সা অচৌব ফাবগদনে। ১৭৮৫ দ থা ৬ ত লৈবাক্কি ব্রা অচৌব খজিক্তুং হৌগদনে।

অসি মতুং কুম্সীং ১৭৮৬ ত নোংচুপ্নে, নোংপোক্নে, অৱাংনে ৩ ন য়ান্নবগনে। নোংচুপ্ তেংগোন্ন লাংজিং মখোঙ্দ, নোংপোক্ তেংগোন্ন চীংঙা মখোঙ্ লম্দাইবুংদ, অৱাং তেংগোন্ন কাংপোক্পীদ সাদুন লৈপাক্পোক্প ৩ য়ান্নবগদনে। শ্রীহবিবু নোংপোক্লম্ থৈবগদনে। সনা কৈথেল্বু নুমিৎ ২, ৩ মূৎলগদনে। কৌব্রুদগী কাক্ অঙৌব ১ ন ৱায়েন্ তৌবগদনে। মাগ লোয়নন সনা কৈথেল্দ তেল্লংগা মকোক্ ৫ তাগনি। ঈন লৌখোং চেন্গনি। সনা কৈথেল্ মূৎকনি। নোংচুপ্ নোংপোক্ তেংগোল্ ২ মদি মূৎকনি। অৱাং তেংগোল্দি নিংথৌগ সম্পোৎ মবম্গ লোয়নন হিংগনিএ। নুপী ৭ ন নিপা ১ বু মুন্নবগনিএ। উদ কাদুন খাঙ্গনিএ। লম্হূইন সনাগী সেম্পাক্তা ময়ুং হাল্লগনিএ। নোংচুপ্ থোঙ্ থিংগনিএ। নোংপোক্থোঙ্ হাংগনিএ। লাইবেল্ অঙৌবন লাংওল্লক্প য়াউরৌ সয়াম লোইবন তেরক্কদনে। য়েকম্ চাবন নিংথৌ ওইরগদনে। নিংথৌদু নোংপোক্লম্ তন্ন চৎম্বিগদনে।

১৭৮৭ নিংথৌ ১ ন ওইগদনে। নোংম য়ুমাঙ্দনে। অসি মতুংদ ঈশিং থক্খিব নিংথৌদো তেবক্কদনে। থৌবাল্গী ঈশিং ঐরাবতিদ নোংগাম্বিগদনে।

খাগেম্বও ! থা ৫ অরিববু চৎনববদি কুম্সীং ৪০০ পান্‌গদনে। অসি মতুং পাল্লবগ নঙ্ন ঐখোয় শুক ৭ মবু থিবক্তন উনরগদনে। হি য়াই পুবাল্লচিংব পুখোক্‌লগদনে। খুনুং লম্‌চৎ কুম্সীং ১৮০৩ দ লম্‌থোইব ৭ তং লাক্কুন চাক্ পীজবগনিএ। মখাবম্‌দ নিংথৌ ওইগে লাক্‌পবু খোঙ্‌ঙারোক্ত থগোক্ হকাম্ চন্দুন নোংগাগদনে। অসি মতুংদ খুবায় পুংদগী নিংথৌ ওইগে লাক্‌পসু চোং সেক্‌পিন্ খাল্লক্‌পবু পাউতাক্ হিন্দেদ খুদি লম্‌লান্দুন নোংগাগদনে।

হে খাগেম্ব ! কুম্সীং লখা ২ লীসীং ৬ মতুং লাংবচক্‌কি কুম্সীং ১৮৮২ অসিন সুবদ, অসি মতুংদ ওইব নিংথৌদি চীংখৈ হঞ্জিং চীংমৈ ইন্ন খুনু মথিক্ লাব সম্জিন্ চিন্দুন সেন্‌গী কাংচুপ্ চুপ্‌তন পুবান্ কোক্‌থোং নান লাইয়িংথৌ পাখংবগী লাইমিং সোন্দুন মী ১৩ তগ লাক্‌তন নিংথৌ ওইবগদনে। কুম্সীং ১৮৮৩ নে। অসিদ মান পান্‌ব কুম্সীং ৮০ নে। খুনুং মচৎ অরিববু চৎলগদনে। সামু অঙৌব ফৈদোম্ চহইপোক্‌পীদ কিবগদনে। থাঙ্ খোংবোম্ব, খাংসুনহা তা চক্‌থাঙ্ দুলাই মিয়াম্ব সোয়ফদব লৈনুংগি পুবাল্লচিংব অসি খৈবিক্‌পু ফংলগদনে খঙ্ও হে খাগেম্ব। লোইবী চীং হোংখাইন খুন্দাবগদনে। লৈবাক্ ময়ুং মণ্ডাল্ হাইদোক্ন পাল্লগদনে। অসি মতুং কুম্সীং ১৮৮৬ ত লাংগোন্দগী ১ নিংথৌ ওইবগদনে। কুম্সীং ১১১ নে। সা চাবে য়ু থক্‌লে। সা পাল্লে, য়ু পাল্লে সাহোঙ্‌লে য়ুহোঙ্‌লে লৈবাক্ মবাং কায়ন অচা অসেৎ হোঙ্ন পাল্লে। হে খাগেম্বও !

অসি মতুংদ ১৯৯৩ দ নিংথৌ ১ ওইএ। কুম্সীং ৫০ নে। অসি মতুংদ কুম্সীং ২০৫৩ দ নিংথৌ ১ ওইএ। কুম্সীং ৫৫ নে। অসি মতুংদ ২১০৮ দা কুম্সীং ১০ নিংথৌ পাল্লোই। অসি মতুং ২১১৮ দা কুম্সীং ১০ নিংথৌ পাল্লোই। অসি মতুং ২১১৮ সুবদ নিংথৌ ১ ন ওইবগদনে। অসি মতুংদ ২২৬৮ দ নিংথৌ ১ ওইএ ১৭০ নে। মান মচা নিংথৌ পান্‌ব ২ দ পীদুন পাল্লে।

২৪৩৮ সুবদ নিংথৌ ১ ন ওই। কুম্সীং ২০০ নে। অদু মতুংদ ২৬৩৮ সুবদ নিংথৌ ১ কুম্সীং ২৫০ ওইএ। তীন্‌ফম্ লাইফম্ সেম্‌লবগদনে। অদু মতুংদ ২৮৮৮ সুবদ নিংথৌ ১ ন পাল্লে ২৮০ ওইএ। অসি মতুং ৩১৬৮ সুবদ লংমাইহিজিংদগী নিংথৌ ১ ওইএ। কুম্সীং ২২০ নে। অদু মতুং ৩৩৭০ সুবদ নিংথৌ পান্দে কুম্ ১০ নে। সান ঙান ওৎলদুন লৈগদনে। অসি মতুং ৩৭৭০

সুবদ চীংগি মচান নিংথৌ ওই, ৩০০ নে। অদু মতুংদ ৪৩৭০ সুবদ মৈগি নিংথৌন ওই ৩০০ নে। অদু মতুং ৪৬৭৩ সুবদ ১০০০ হিংচাবন নিংথৌ ওইগদনে।

অদু মতুংদ ৫৬৭৩ সুবদ মৈদগী থোক্‌প নাসিকাম্‌ন নিংথৌ ওইগদনে। নিংথৌ অদু মবাইবক্ত মচি পান্‌গদনে। হিংচাব হাৎতন মান পান্‌ব কুম্‌সীং থীঙম্‌দন পাল্লগনি। হে খাগেম্বও ! অসুম্‌ন খঙ্ও। অসি মতুংদ ২৫৬৭৩ মতুং সন্‌গী মসক্ মান্‌বন নিংথৌ ওইএ। নিংথৌদো নুংঙাইবগদনে। অদু মতুং ২৬৩৭৩ সুবদ নিংথৌ ১ ন ওইএ। কুম্‌সীং ৮৭৩ নে। নিংথৌ ৯০ ন মঙোন্দ লোই হাবৈএ। অসি মতুংদ ২৭২৪৬ সুবদ সগোন্‌ন নিংথৌ ওই। কুম্ ১৮০০ নে। অসি মতুং ২৯০৪৫ সুবদ হূইন নিংথৌ ওইএ। চহীদি খঙ্দে। ৯০০০ অসি মতুং ৩৮০৪৬ সুবদ উচেক্‌ন নিংথৌ ওই কুম্‌সীং নাইদে। চীং খৈবিক্ মাঙ্ব্রগদনে। অসি মতুং ১৯ নিংথৌ পান্‌দে। অসি মতুং ৪৯০১৯ লিন্ন নিংথৌ ওই। কুম্‌সীং নাইদে। ৪৯০৮০ পান্‌গদনে।

অসি মতুংদ লাংবক্কি কুম্‌সীং মসীং সুববদ চক্ ৮ মক্কি কুম্‌সীং লখা অচৌব ৩০ লখা ৯ লীসিং ৬ সুবদ অসিগি মতুংদি অমবক্ হন্ন লাংওন্ ১ ফাবক্কদনে। অসি মতুংদ হয়িচক্ কৌব কুম্‌সীং লখা ৯ লীসিং ৯০ অসি মতুং খুনুংচক্ লখা ৯ লীসিং ৯ অসি মতুং লাংবচক্কি লখা ৯ লীসিং ৭ সুবদ লাংবচক্‌ন পান্‌বগি ঝা হায়গে। হে খাগেম্বও ! মী মবেপ্তি খুদুপ্ ১ ত ঝাংএ। মনাদি হুমাইমবম্ পাক্এ। খামেন্‌বু কৌবোংন লাম্এ। মখোয়গি নিংথৌদি সনাগি ইল্লুম্ তূপ্কদনে। চুঙোই থাঙ্ মমৈদ য়ান্‌গদনে। লৈবাক্‌ন ঝাং নোংথৌন নেম্‌লগদনে। কুম্‌সীং লীসিং ২ পান্‌গদনে।

অদু মতুং কুম্‌সীং লখা অচৌবদু ৩০ লখা ৯ লীসিং ৬ সুবদ হে খাগেম্বও ! নুমিৎ লখা ১ গি মতীক্ নুংসা সাবগদনে। নুমিৎ ১২ ন তিন্দন থোক্‌লগদনে। নুংসিৎসুং ৪৯ ন তিন্দুন সীৎলগদনে। অসি মতুংদ ১২ মন তিন্দুন চাক্‌লগদনে। উ-ঝা, নাপী-সীংবী, তীন্-কাঙ্, ঝাহি-মুনু, কৌজেং হাবৌ, লিন্-কাঙ্, সা-ঙা, ওক্‌পী-লাইবেল্, কুম্‌জেং-কোক্‌ফাই অসিনচিংব ঙম্‌ন মাঙ্খবগদনে। নুমিৎ থা থবান্‌মিচাক্ খোংজোম্‌নুবি, ওক্‌পুবোই তাওহূইবেং, সজিক্ থবা অসিনচিংব লাই খৈবিক্‌সুং মাঙ্ব্রগদনে। লৈবাক্‌সুং

নোংখৌসুং মাঙ্খ্রগদনে। ঈশিং তরং ওইখ্রগদনে। হে খাগেম্বও! তাইবংপান্বগি মপু অত্যা গুক সিদব হরি কৌব হরিগি মবুক্ মনুংদ শুম্ন চিংশিন্খিগদনে। মতৌ অসুম্ন লাংবচক্ন লোম্গদনে।

লৌরেম্ব খোংনাংথাব, লাংগোল্ লুখোই, মোইবাং সাখি, য়াম্বেম্ ফৌগাক্, কামু তোম্ব, য়ুম্নাম্ তোম্ব, লান্সোম্বী ফৌখি ৭ মক্তি য়াথংনে। খোঙাখুন্ তেন্বিপা, খাবম্ থাদোই, সলাং মাইব, মোইরাং লল্হাম্ব, নিংথৌজম্ ক্যাম্ব, থোংবা হিমাইব, অঙোম্ কবি ৭ ম অসিদি গবিবনিব্রাজ হাক্তক্তি পণ্ডিত্নে। লৌবেম্ব খোংনাংথাবদি গবিবনিব্রাজ হাক্তক্ ফাওব লৈএ। মখোয়সিন হায়রম্ব ব্রাদি লাংদাই লাংওন্দ হায়বিব অদুনে।

খাক্পরোন্, কাইববোন্, তাউববোন্, উবোক্ ইসম্চাইব্, সদিং, খিবেন্ খিবোংবি, খিবেন্ চিন্দুম্বি, খিরেন্ নানম্ব, মৈতৈগি পুবান্ ৮ ম অসিদগি ৯ শুব নিংথৌরোল্ সীংকক্ কৌব পুবান্ অসিন নিংথৌগি কুম্সীং কক্লম্লে হায়বগি পুবান্সিবু সীংকক্ কৌএ। পণ্ডিত্সিংন লিবম্বদি সীংখল্ লাংহৈ ব্রা, খঙোই য়াঙোই সেক্নীং, ব্রাব লৈসেক্, লৈমবেন্ ফম্বাল্লোন্, পাখংব য়াঙ্বী, তাওবোইনাই য়াঙ্বি, হৈবোক্ খিবেল্, চীংথাং লম্লেন্, পুরান্ ১০ অসি লোয়নন লীরম্এ। অতাউব নূংলোন্, অরুপ্প নূংলোন্, লৈনুংদ লৈব পুবান্, লৈনুংদ লৈব য়াই, অসিনচিংব পুম্নমক্ লীবম্লে হায়বম্এ।

হায়রম্লিব পুরান্ লাইবিক্ অসিদগি ১ তং ফংজবব মী অদো পণ্ডিত্ লাইবক্ ফব কৌএ। অখঙ্ব, অহৈব, অসিংব, অকন্ব, অথৌবদি নিংথৌগিনে। চাক্চা মতীক্ য়েংন পীঙেনে। খোয়ম্ লাইপোক্ য়াওব, চীংঙু লাইতাক্ খঙ্ব, ব্রারী লাইবিক্ খঙ্ব অসিগুম্ব পণ্ডিত্তো নিংথৌগি পায়োৎ কোৎফম্ ওইনৈএ। খোয়ম্ লাইতাক্ খঙ্দব, ব্রাবী লাইবিক্ ফংদব, পায়ম মবুক্খোক্ন, তাঙ্জ মবৈতোন্ন, সনা কৈথেল্ সাবদি নিংথি ব্রারৈ তেন্নৈএ। পায়ম মরৌসিংদি য়াওদন পাংগল্ মথৌ লৈবদি কোঙ্য়াং ব্রাসা সৌগুম্ পন্ঙাক্নৈএ। পায়ম মরৌসিংসু য়াওন পাংগল্ মথৌ লৈবদি চীংলেপ্ পল্লংলান মালেম্ লৈকন্বগুম্বনে। চাক্চা কোংগাই খাইন য়োয়চানঙেনে। হে নিংথৌ খাগেম্বও ! নপোক্ ৩ লক্ পোক্ও, নিংথৌ ৩ লক্ ওইও। পণ্ডিত্ ইখোয়গি য়াথংনে। ◪

# ৪. কৈফারোল্

ঽ কৈফাবোল্গী ব্বাবু হায়গে। য়োইমোংবন[১] ময়াং লাইকোইচীংগি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফাএ। মদাইবেম্ পান্ব লাচুম্বদি কনানো। খুন্বী কাপ্তিংচান পান্ব লাচুম্এ। কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু নাউফংবন[২] লম্লেল্ ফেল্নম্তাক্ ঙারংয়ান্গি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মদাইবেম্ কতেম্ সাম্ব য়াংখুবন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু সমৈবাং য়োইবেল্ব[৩] কুম্পা উসাদ লাঙ্চল্ লীরৌ লাক্পকি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মসাবি থমংলাং অহন্বন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু লাইবেল্ নাউথিংখোংন[৪] লম্লেল্ পুকসি তাউবোয় পাৎলেল্কোন্গি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মদাইবেম্ মমা নোংবাল্ হোইয়াম্বিচা ফৌবায়াঙ্ লাইকোক্সুন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

---

১. *য়োইমোংব—খৃঃ ২৬৪ দগী ৩৬৪ ফাওব নিংথৌ ওইখিব মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী ময়াম্বনি। মনাও তাউথিংমাংন নিংথৌ ওইবগা ময়াম্ব য়োইমোংবন লৈপাক্ ঙাক্পগী থৌ পুখি। মচিন্ মনাও অনীন মনিপুরগী তম্পাকলম্গী খ্বাইদগী মক ওইব ইবিল্ অমসুং ইম্ফাল্ তুরেল্ অনীবু তু তেংখি।*

২. *মৈদিংঙু নাউফংব— খৃঃ ৪২৮ দগী ৫১৮ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৩. *মৈদিংঙু সমৈরাং য়োইরেল্ব—খৃঃ ৫১৮ দগী ৫৬৮ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৪. *নাউথিংখোং—খৃঃ ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

মৈদিংঙু খোঙ্তেক্চা[১] য়োয়রেল্বন নুখুবি লৌসল্কোন্দ নুহন্বি লৌসল্দ লম্লেল্ লাংজা লৌপুংকৈগি পান্ব সাদ কৈরেল্ ফা-এ। মদাইরেম্ মমা লৈবোংসুচা লিন্গোইগি খীংনোং চাউয়োংসুচান পান্ব লাচুম্এ। কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু অয়াঙ্বন[২] খৌবাল্ সোয়থুম্মাঙ্ হাওখা ঈকুংপান্গি পান্ব সাদ কৈরেল্ ফা-এ। মদাইরেম্ খুবাই অম্পা য়োয়চা কুরাউব সাকন্ তোংইব নাউরেম্বন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু নিংথৌচেংন[৩] লম্লেল্ পোংহাওকৈ, হাওকৈ পোংমহন্গি পান্ব সাদ কৈরেল্ ফা-এ। মদাইবেম্ মমা অবাম্সু লিন্গোয়গি চোয়পি খোংপিচান পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু তাউখম্লাং খম্লাং অতোন্বন[৪] য়াংলৌ লৌচিন্পান্গি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। পল্লেম্ মমা চবৈবোল্ লাইকোক্সু লিন্গোইগি নোংখোল্ তেংমাই খীন্ব নোংবাল্ নুংগাংপাম্বন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু কায়নৌ ইরেংবন[৫] মালথ লম্মহন্গি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। পল্লেম্ মমা বাংঙম্লোন্ লিন্গোইগি চীংখোঙ্ সরাবিচা, খেৎথাং চাবিখম্ব, লংঙৌ তাবুল্ চিন্বন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু লোইয়ম্বন[৬] কৌব লম্মহন্গি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মদাইবেম্ তম্পাক্ লৈহৌচনু খায়পঙ্ লৌখিবন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু লোইতোংবন[৭] মাল্বল্ লম্মহন্গি পান্ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ উয়েল্লৈম থংগোংসু লিন্গোয়গি অঙৌব লাঙ্কম্ নুংচি লাম্বন পান্ব লাচুম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

---

১ *মৈদিংঙু খোঙ্তেক্চা—খৃঃ ৭৬৩ দগী ৭৭৩ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

২. *মৈদিংঙু অয়াঙ্ব— খৃঃ ৮২১ দগী ৯১০ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৩. *মৈদিংঙু নিংথৌচেং—খৃঃ ৯১০ দগী ৯৪৯ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৪. *মৈদিংঙু তাউখম্লাং খম্লাং অতোন্ব—খৃঃ ৯৬৯ দগী ৯৮৪ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মৈদিংঙু অসিগী মমিং কোয় য়াংলৌ কৈম্বাব কৌখি।*

৫. *মৈদিংঙু কায়নৌ ইরেংব—খৃঃ ৯৮৪ দগী ১০৭৪ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৬. *মৈদিংঙু লোইয়ম্ব—খৃঃ ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৭. *মৈদিংঙু লোইতোংব—খৃঃ ১১২২ দগী ১১৫০ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

মৈদিংঙু থবান্থাবন[১] লাল্লোই চীংঙারেং থম্লা লৌখোংসোইগি পান্‌ব সাদ কৈরেল্ ফা-এ। মরম্‌বি অকোল্ লাংমৈসুন য়াংলৈ তাউব মহূইচাগ তবা লোঙ্জুম্নন পান্‌ব লাচূম্এ কৈরেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু খুমোম্বন[২] হাওকপ্ মচীংসাং, খুন্‌ফম্ মকাইফম্‌গি পান্‌ব সাদ কৈরেল্ ফা-এ। মপল্ সৌকাইস্ লিন্‌গোইগি অয়াঙ্‌ব হপাম্চান পান্‌ব লাচূম্এ, কৈরেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু মোইরাম্বন[৩] লেম্চেং লিহৈপোক্ হৈবোক্ সৌদিয়াগি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ খৈয়োয়বোন্ লিন্‌গোইগি লম্দং সেবংঙান পান্‌ব লাচূম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু থংবি লাম্বুবন[৪] মথাম্ লাইজ ঈপূংসোক্‌কি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ বাংঙম্লোন্ লিন্‌গোইগি অকোঙ্ কুবাংসুম্বন পান্‌ব লাচূম্এ, কৈরেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু কোংয়াম্বন[৫] নাপুপ লৌথোংজাউ, থোংজাউ লাইবোক্‌লেল্‌গি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ হিদাম্শূ লিন্‌গোইগি হাওওঙ্ লম্লৈবাক্‌পন পান্‌ব লাচূম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু তেল্হৈবন[৬] লৌথোংখোং চীংলাংমৈগি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। বাংঙম্লোন্ খুবায়লৈম লাসেংফাবি, লাসেং অতোম্ চনুবু কায়ন হূন্‌বিন পান্‌ব লাচূম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু পুন্সিবন[৭] লাল্লোই অহোঙ্‌গৈ, চেংলৈ উনুংতাগি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ বাংঙম্লোন্ খুবায়লৈম হোঙ্‌খুঙম্বি কৈসীং লেন্‌বি, লান্‌সীং চাইবি লিন্‌গোইগি অঙৌব নোংপোক্ কাওসোম্ব লম্মিং মনাও সেন্‌কুম্ব ফাবন পান্‌ব লাচূম্এ, কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

---

১ *মৈদিংঙু থবান্থাব— খৃঃ ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি।*

২. *মৈদিংঙু খুমোম্ব— খৃঃ ১২৬৩ দগী ১২৭৮ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি।*

৩ *মৈদিংঙু মোইরাম্ব—খৃঃ ১২৭৮ দগী ১৩০২ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি।*

৪. *মৈদিংঙু থংবি লাম্বুব—খৃঃ ১৩০২ দগী ১৩২৪ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি।*

৫ *মৈদিংঙু কোংয়াম্ব—খৃঃ ১৩২৪ দগী ১৩৩৫ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি।*

৬ *মৈদিংঙু তেল্হৈব—খৃঃ ১৩৩৫ দগী ১৩৫৫ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি।*

৭. *মৈদিংঙু পুন্সিব—খৃঃ ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওব পান্‌খিব নিংথৌনি।*

মৈদিংঙু থাঙ্‌বায় নিংখৌ কিয়াম্বন[১] য়োইময়াই লাইরেল্ অঙান্‌ব য়াবা মপাউ চাউনচীংগি লাংলোল্ লম্মহন্‌গি পান্‌ব সাদ কৈরেল্ ফা-এ। মপল্ বাংঙম্‌লোল্ লিন্‌গোইগি খাব খুরায়চাম্বন পান্‌ব লাচূম্‌এ, কৈরেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

মৈদিংঙু চীংখোঙ্ লম্‌গাইঙম্বন[২] হাওমন্ য়াই কৈরুংপুংগি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। লাইরেল্ মথন লাচূম্‌এ, কৈবেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

মৈদিংঙু সেন্‌বি কবোম্বন[৩] সেম্লোই লৌ উরাল্, উরাল্ তাঙ্‌জসিগি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ বাংঙম্‌লোল্ খুরায়লৈম সেক্‌মুঙম্বি চৌকাংফাবি লিন্‌গোইগি অথৌব সেন্‌বি লাংলোইঙম্বন লাচূম্‌এ, কৈরেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

মৈদিংঙু চলাম্বন[৪] লাইলি সম্‌বন্‌দোং থৌবাল্ য়াইরিপোক্‌কি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। চীন্‌ফু লম্মাবি থোংনাংঙম্বি তেক্করাচা ফাবিন লাচূম্‌এ, কৈবেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

মৈদিংঙু থাঙ্‌বায় নিংখৌ মুংয়াম্বন[৫] সোয়চীং সোয়হেক্ লম্মহন্‌গি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ বাংঙম্‌লোন্ খুবায়লৈম মপাউঙম্বি, মপাউ য়ূম্‌জঙ্‌য়ান্‌বি, সাকলাক্ লান্‌মিংনাই, হুয়েল্ মবাহুইফাবি লিন্‌গোইগি অঙৌব চীংসোং লল্‌হাংঙম্বন লাচূম্‌এ, কৈবেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

মৈদিংঙু সেন্‌বি খাগেম্বন[৬] কায়নৌ লৌচীংখৈগি পান্‌ব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। পল্‌লেম্ মমা থংদা নোংবাল্‌লোন্ কাইনৌ চাংপোম্‌বি লিন্‌গোইগি মসানৌ কবোম্বন লাচূম্‌এ, কৈবেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

মৈদিংঙু পোইবৈ খুঞ্জাউবন[৭] কাইবি সওম্‌পন্‌গি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মপল্ খয়োয়বোন্ লিন্‌গোইগি থৌবৈ নোংজু অহোঙ্‌ব খোয়নৌ লাংমৈ য়াকোল্ নিংখৌচা লোইয়ম্ লেম্বন লাচূম্‌এ, কৈবেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

---

১ *মৈদিংঙু থাঙ্‌বায় নিংখৌ কিয়াম্ব— খৃঃ ১৪৬৭ তগী ১৫০৮ ফাওব পান্‌খিব নিংখৌনি।*

২ *মৈদিংঙু চীংখোঙ্ লম্‌গাইঙম্ব— মৈদিংঙু লম্‌ক্যাম্ব। খৃঃ ১৫১২ দগী ১৫২৩ ফাওব পান্‌খিব নিংখৌনি।*

৩. *মৈদিংঙু সেন্‌বি কবোম্ব— খৃঃ ১৫২৪ দগী ১৫৪২ ফাওব পান্‌খিব নিংখৌনি।*

৪ *মৈদিংঙু চলাম্ব— খৃঃ ১৫৪৫ দগী ১৫৬২ ফাওব পান্‌খিব নিংখৌনি।*

৫. *মৈদিংঙু থাঙ্‌বায় নিংখৌ মুংয়াম্ব— খৃঃ ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওব পান্‌খিব নিংখৌনি।*

৬. *মৈদিংঙু সেন্‌বি খাগেম্ব— খৃঃ ১৫৯৭ দগী ১৬৫২ ফাওব পান্‌খিব নিংখৌনি।*

৭ *মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাউব— খৃঃ ১৬৫২ দগী ১৬৬৬ ফাওব পান্‌খিব নিংখৌনি।*

মৈদিংঙু তুবি চরাইবোংব[১], খোইমোম্ লাইমিংখোংবু সৈওন্বন কৌব লম্মহন্গি নুংকাবি পোংনাউখিগি পান্ব হাখব, কৈরেল্ নাউসোংব, সাবেল্ পল্লিংপ, কৈরেল্ নাউসোংব, সাবেল্ পল্লিংপ, কৈবেল্ পন্চোংব পোইবে যুম্য়ায় খায়ন পান্ব যুম্চঙ্লববু খ্বাই তাখোম্খোংগি সাদ কৈবেল ফা-এ। মসানৌ নোংপোক্ খাগি কৈথেল্থান্বি চোয়নৌ সনাহেক্পি ন্নবীক্ চংনিং লাংমৈবেম্বি ফাবিগ মদাইয়েম্ য়োইবুবোইনাই তম্ব চীংখোঙ্ নাক্তৈগি তাল্লোয় তুদ সক্পি, লুম্লাং থাদ চন্বি ঙানুবোন্ পোন্বি চীংঙুবেম্বিগুম্বিগ, ঙানুবোল্ উবা পোং মতুগুম্বি, নোংবাল্লোন্ লবায় উবেল্খোং পোন্বি সিনৌ চাত্রেৎ লৈগুম্বীগ, য়োইবু মৈতৈলৈম খাগি কৈথেল্ থান্বিগ মদাইবেম্ য়োইবু চীংখোঙ্ নাক্তৈগি মখোয় মবিমন খ্বাই হেম্লাই থুম্সা মবৈকাইগি খুবাক্ তাবুং ফূ, নোয়ন ঙম্দম্ হৌ, খোক্তোল্ লাংমৈ থাংদি তিমেল্ তায়েঙ্ পায়ন পান্ব লাচুম্এ।

মৈদিংঙু পাম্হৈবন[২] লম্লেল্ ৱাংজিং লোক্লুখুম্গি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। পল্লেম্ মমা ৱাংঙম্লোল্ সোংসুক্ঙম্বি লিন্গোইগি লোয়য়ম্ খুমন্থেম্ব লুৱাংন লাচুম্এ। লাইবেল্ মাগি পান্ব লাচুম্ফম্দি অদুসুঙ্ মদোম্দে। ঙাইতে লৌকোল্নুংগি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। থোংনাং অকোক্ চনু লিন্গোইগি নোংচুপ্ খিংখিং নাবেংচীংদ নাউঈব, থাঙ্সাব চক্রপানিন লাচুম্এ। লাইবেল্ মাগি পান্ব লাচুম্ফম্, কৈবেল্ খাঙ্লেন্ফম্দি ৱাইচি মপু সেন্দ, ৱাইচি মপু হাঙ্দবনিন পান্ব লাচুম্ঙম্দে, কৈবেল্ খাঙ্লেন্ঙম্দে।

মৈদিংঙু চীংথংখোম্বন[৩] সেন্বি লম্খৈহ্ খাঙ্ল উয়াম্পোক্কি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। পল্লেম্ মমা চীনফূবোন্ চেংলৈসু লিন্গোইগি খোঙ্ঙম্ সল্লাম্ চনুন লাচুম্এ। পান্ব মদোম্ লাচুম্দে। ৱাইচিক্সি ৱাইবংকোন্, মহৌ চানবোক্কি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মদাইবেম্ পল্লেম্ মমা কৌববোন্ নোংখাম্

১ *মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংব—খৃঃ ১৬৯৭ দগী ১৭০৯ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

২. *মৈদিংঙু পাম্হৈব—মহারাজ গরিবনিৱাজ। খৃঃ ১৭০৯ দগী ১৭৪৮ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৩ *মৈদিংঙু চীংথংখোম্ব— খৃঃ ১৭৫৯ দগী ১৮৬১ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

নিংথৌ চনু লিন্গোইগি ৱাংঙম্ ফান্জৌব নোংসান পান্ব লাচুম্গে লাচুম্হন্দে, কৈরেল্ খাঙ্লেন্গে খাঙ্লেন্হন্দে।

মৈদিংঙু লোইরেল্খোম্বন[১] লাংগোল্ লম্মহল্, পামং হৈরেম্লোক্কি সাদ কৈরেল্ ফা-এ। পল্লেম্ মমা ৱাংঙম্লোন্ ৱাংখাং নাউবেম্বচনু লিন্গোইগি অদোল্ শীক্মাব গৌবচন্দ্রন লাচুম্এ। কৈরেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু তম্লেল্খোম্বন[২] লোইবেল্ খুন্বিরোক্, খুন্বি ঈৱাংফাইগি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। মদাইরেম্ চীংখোঙ্ পুয়োক্সঙ্, লাইরেল্ পুকল্লোইন তিমেল্ তায়েঙ্ পায়ন পান্ব লাচুম্এ, কৈরেল্ খাঙ্লেল্লে।

মৈদিংঙু নোংচুপ্ ৱায়বং পাম্হৈবন[৩] লাইমিংখু কুম্নবোক্, লাইৱাংলা তানবোক্কি সাদ কৈবেল্ ফা-এ। লাইবেল্ মসানৌ পল্লেম্ মমা মপাম্বি মচা মাব সেনাপতিন লাচুম্এ। কৈবেল্ খাঙ্লেল্লে।

তুবি চীংলেল্ নোংদ্রেল্খোম্বন[৪] থোংনাং মাল্লৈচীং, ময়াং কৈথেল্লেল্, কোংয়াং ৱাকোল্নুংগি পান্ব য়েক্লাব কৈবেল্ থাকুববু সাদ কৈরেল্ ফা-এ। পান্ব লাচুম্দে, কৈরেল্ খাঙ্লেন্দে। পান্ব অদুসুঙ্ মদোম্দে। থোংনাং মাল্লৈচীং খ্চির্পুব লৈমংঙন্গি পান্ব হাকোক্মগি কৈবেল্ নাউসোংমনব পান্ব য়েক্সোয়দব, কৈবেল্ য়েক্লাব সাদ কৈবেল্ ফা-এ। পল্লেম্ মমা ৱাংঙম্লোন্ খম্লাং নাউবেম্ব চনু লিন্গোইগি খোংচা নিংথৌবন পান্ব ১ লাচুম্এ। মদাইরেম্ পল্লেম্ মমা ৱাংঙম্লোন্ নিংথৌজম্ চনু লিন্গোইগি মোইবেংঙম্ব সল্লাম্চান পান্ব লাচুম্এ, কৈরেল্ খাঙ্লেল্এ। ◪

---

১. *মৈদিংঙু লোইবেল্খোম্ব— মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্র। খৃঃ ১৭৯৮ দগী ১৮০০ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

২. *মৈদিংঙু তম্লেল্খোম্ব— মৈদিংঙু মধুচন্দ্র। খৃঃ ১৮০০ দগী ১৮০৩ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৩. *মৈদিংঙু নোংচুপ্ ৱায়রং পাম্হৈব – মৈদিংঙু চৌরজিৎ। খৃঃ ১৮০৩ দগী ১৮১৩ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

৪. *তুবি চীংলেন্ নোংদ্রেল্খোম্ব— মৈদিংঙু গম্ভির সিংহ। খৃঃ ১৮২৫ দগী ১৮৩৪ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি।*

# ৫. চক্পরোল্

ই চক্পবোল্দি চক্পনে, তাংবনে, পাংকক্নে, চিক্চিক্পনে, লৌপাল্নে, সবাংনে, সবাং নোংফূবেল্ অচিবনে। সবাংন পোক্পদি চক্পনে, তাংবনে, কাসিনে, হবিনে, হবানে, নোংলোল্নে, নোংফূনে, মেনোংনে, মেনাংমীংনে, হামেঙ্মীংনে। অসিদগি পোক্পদি সবাংনে, কাসিনে, অংবনে, সেবেবনে, ইকোঙ্সেংনে, ওয়নাম্নে, লোল্লাংনে, চিবাংনে, ঝাঙ্বল্নে, সেক্তানে, কামুনে।

মখোয় অসিগি চাগোক্তো হান্ন মোংব সাগাইদ[1] তারক্এ। লূন সেংন তাবক্এ সেংমাই কৌএ। খূৎচেং লাক্ন, খূৎপী পবোঙ্ সূন কূম্লক্এ সেংমাই খূল্লাক্পম্ কৌএ। চৌত্রিপূংদ[2], পুম্সাইখোংদ, অহোঙ্কেদ, পুল্সিবাদ লৈবম্এ।

মচেৎ অমন লাংজিংদ[3] তাইএ। অসিগি মতুংদ লংমাইজিংদ চক্প খুন্গঙ্ ১০ সূন তাবম্এ। মাসেম্তোং, হল্নসাং অনীমন চিংদুন খৌবাল্দ তাইএ খৌবাল্দোং কৌএ। লাখায়, লাসেং অনীমনচিংন ঈনম্সেংদ তাইএ সেংমাই কৌএ। পাখংববু ঈরীক্ ঈকোং সেংবীএ হায়বগিসুঙ্ সেংমাই কৌএ।

---

১. *মোংব সাগাই— কংলা মনুংদ লৈব মফম্ অমনি। মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্ন লৌখী মৈতৈলেম নোংবান্নোন্ নোংমোইনু অহোঙ্বীন মবাল্ লুহোং খোঙ্দোঙ্লক্তৈদ ইহান্ হান্ন কংলাগী মোংব সাগাইদ থুংলখি।*

২. *চৌত্রিপূং— কংলা মনুংদ লৈব মফম্ অমনি।*

৩ *লাংজিং— ইম্ফালদগী নিউ কাছাড় লম্বীদ চাউবাক্র কিঃ মিঃ ৫ খোম্ চংলগ লৈব লম্ অমনি।*

আবোক্, আখু অনীমন খোংজিদ তাইএ খোংজি কৌএ। অসাং, অহল্ অনীমন থোংখোঙ্দ তাইএ থোংখোঙ্ কৌএ। ফানসেল্, হল্নচেঙ্ অনীমন ফয়েঙ্দ তাইএ ফয়েঙ্[1] কৌএ। খবায়ব, খরায়খু অনীমন থোংজাউদ তাইএ থোংজাউ কৌএ। লৈসীহা লৈসীখূন লৈমবাঙ্দ তাইএ লৈমবাঙ্ কৌএ। কাকৌবিংন কৌক্রুক্ত[2] তাইএ কৌক্রুক্ কৌএ। চীংপা লাইপান চীংঙুথেঙ্দ তাইএ চীংঙুথেঙ্ কৌএ। সবাংনে, অংবনে, সেরীবনে, সেবাংবনে, য়াঙ্বল্নে, লোল্লাংনে, ওয়নাম্নে তবেৎম অসিদি ফৃসাবনে।

সলাই খায়বদি সিবিংন অঙোম্নে। সাবাঙ্ন নিংথৌজানে। মেল্লাংবনে, কনাংবনে অনীমদি লুবাংনে। য়াবান খাব-ঙান্বনে। কসাঙ্ন সবাং লৈসাংথেম্নে। মেচিক্ন মোইবাংনে। মেমোম্ন খুমন্নে। সলাই তবেৎমদি অসিনে।

ফৃ হান্ন সাবদি লৈসাওন্বম্ন হাল্ন সাইএ। ফৃ মওঙ্দি নুবা খুন্দোংলৈ[3] মপাল্ তম্ন সাইএ। চক্প সলাই অহল্দি থৌবান্দোংনে। মথংদি সেংমাইনে। অন্দ্রোদি হবিদগি খাইবনে। খুনুং ময়ীম্ কৌএ। য়াবম্ অসিদি পঙ্ন হায়দোক্কনো। লাযরবদি পুন্সি নোংসাংদব য়ানে খঙ্ও। ◪

১. *ফয়েঙ্— ইম্ফাল্ কাংচুপ্ লম্লীদ লৈব চক্প খুন্ অমনি। খুন্ অসিগী মমিং ফযেঙ্ কৌখিবসি লোইমোম্ থৌওইবীন কোবৌ নুমিৎ অমবু ফাইবম্এ হাযবগী ফযেঙ্- ও তৌন কৌখি।*

২. *কৌক্রুক— কাংচুপ্ চীংখোঙ্দ তাব চক্প খুন্ অমনি।*

৩. *নুবা খুন্দোং লৈ— মনিপুরগী চীং- মান্ অমদি অতৈ মফম্ অয়াম্বদ যাম্ন মবাং কাযন হৌব লৈ শাংপ পাম্বী অমনি। পাম্বী অসিন মপাল্ শাংডুন মহৈ যাম্লক্রব মতম্দ মহৈ অদু চম্ফ মওং মাম্লি। নুবা খুন্দোংলৈ মহৈগী চম্ফ মওং অম্ম ইহান্ হাম্ন লম্দম্সিদ চম্ফ শাবা হৌখি।*

# ৬. নিংথৌরোল্

ইঁ লাইয়িংথৌ পাখংববু খুকম্ন ইজবক্কে। কোলিগি চহৈ ৩১০ সুবক্লবদ পোং নিংথৌন নোংথৌ লৈপাক্তগি খূৎসু খূৎলাই মসীং সুন কূম্লক্তুন পাল্লম্এ। অসিগি মতুংদ কোলিগি চহৈ ৩১৩৫ দ নুমিৎকি মচা পাখংবন[১] নোংথৌ লৈপাক্তগি কূম্লক্তুন নিংথৌ ওইএ। চহৈ ১২০ নে। লাইশ্রা পান্নদুন খুইয়োই তোম্পোক্ পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। চহী ১১০ নে। নোংযোইনু পান্নদুন তাউথিঙ্মাঙ্ পোক্এ। চহৈ ১০০ নিংথৌ ওইএ। হাওনুবু পান্নদুন খূই নিংঙোল্ব পোক্এ। চহৈ ১৫ নিংথৌ ওইএ। হাওনুহল্ পান্নদুন পেংসীব

---

১. *পাখংব— নোংদা লাইরেল্ পাখংব। খৃঃ ৩৩ দগী ১৫৪ ফাওব মনিপুরগী ইহান্ হান্ন নিংথৌ ওইখিব মীশক্তি। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল্ পাখংব অসি লোলাং পাখংবন (সেক্কে) লৈনুং য়াবি য়াখু চনু পান্নবগ পোক্পনি। লৈনুং য়াবিবোক্ক য়োক্চবি ওইন চাউনব য়োক্খি। য়াবিবোক্কি মমিং হান্ন তনৌ তবেংবী কৌবরুদগী নোংদা লাইরেল্ পাখংববু য়োক্চবদগী য়াবিবোক্ কৌখি। সেক্কে লোলোং পাখংববু খাবন তাঙ্খোক্তুনা অত্তোম্গী মনাক্ত শাইদাংদুন লৈরিত্তে মতম্দ নোংদা লাইরেল্ পাখংবসি মত্তাংশিংন নীংখিন ভাক্-সেন্দুন য়োক্পিখি। অত্তনব মতম্দ মত্তাংখু নুমিৎ হায়ন কৌন খক্তনবশ্মি। মত্তাংন নোংদা লাইরেল্ পাখংবন অত্তাং ওইরিত্তে য়োক্পি খাক্পিখিবগীদমক্ নুমিৎকি মচানি হায়। নোংদা লাইরেল্ পাখংবন খব চাউরক্লব মতম্দ মশা লোলাং পাখংবন পুদুন চৎকুগ ইবিল্ মকগী লম্দম্ লম্লেন্ কোন্বিবাদ মপুং ফান চাউব ভাইদুন লোৎতুন লৈখি। নোংদা লাইরেল্ পাখংবন চাউব মপুং ফাবক্লবদ ইবিল মকদগী হজিং চীংমৈ ইম্ন কূম্লক্তুন কংলাদ নিংথৌ ওইদুন পানব হৌখি।*

পোক্এ। চহে ১৫ নিংথৌ ওইএ। লাইতোংখু পান্নদুন কাওখংব পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। চহে ১৭ নে। লাইতোংহল্ পান্নদুন নাউখম্ব পোক্এ নিংথৌ ওই চহী ১৭ নে। য়াওবৈব চনু পান্নদুন নাউফংব পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। চহে ৯০ নে। কাইবৈমন সমৈরাং পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। চহে ৫০ নে। লাইবৈমন কোম্থৌব পোক্এ। নিংথৌ ওই। চহে ৯০ নে। মসিগি মতুংদ চহে ৫ নিংথৌ পান্দে। খাববোম্ন নাউথিংখোং[1] পোক্এ। নিংথৌ ওই। চহে ৩৫ নে।

অসিগি মতুংদ পোং নিংথৌ সুখাল্ফাগি মনাও সাম্লুংন মায়কৈ কোয়ন চৎতুন পাসা য়ৌন লোই চল্লম্লবগ মৈতৈ লৈপাক্লোম্দ থোক্লক্এ। মেবা থাদ থুংলৈএ। অপোং ইংখোল্দ ফম্বী ওইন লৈএ। চহে ১০ নিংথৌ ওইবম্লবগ বাইকোক্লম্ ঈবিল্ মক ইন্ন চীংলম্ কাখিএ।

খম্সুবোম্ন খোঙ্তেক্চা পোক্এ। নিংথৌ ওই। চহী ১০ নে। পূক্কৈবেল্ চনুন কৈবেল্চা পোক্এ। নিংথৌ ওই। মরক্ অসিদ চহে ১১ নিংথৌ পান্দে। কৈবেল্চান নিংথৌ ওই। চহে ১৫ নে। লোইচাব চনুন য়াবব পোক্এ।

---

১ *নাউথিংখোং— খৃঃ ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মৈদিংঙু নাউথিংখোং অসি মৈদিংঙু উবা কোম্থৌবন মৈতৈলৈম খাববোম্ নোংজেংসু পান্নবগ পোক্পনি। চহী ১০ মুক্ত সুবক্প মতম্দ মপাগ খংনবদগী নোংমাইজিংদ পান্ব সেম্লোই লংমাইগী লম্দ চেন্খিদুন সেম্লোই লংমাই নিংথৌ খাম্বৈ লাম্ফাবন পোক্পী নোংমাইন্নু পেতঙা নীকল্লু লৌথিবিদ যাওঙ্ ইন্দুন লৈখি। মপা ইবুংঙো উবা কোম্থৌবন সেম্লোই লংমাইশিংন হাওকপ্ চীংশাং খুনফম্ ভাংচেংদ লান্ লাক্পদ ওম্ন হাংলুবগী মলোম্ন মচানিপা নাউথিংখোংবু হাংলগ লমন্ খুম্নব হোংনবক্পদগী লৌশিং লৈবী পেতঙান মপুবোইববু লোম্ন নাম্থোকহন্দুন চেল্হন্খি। মপা উবা কোম্থৌব শিবদুন নাউথিংখোংন নিংথৌ ওইববদ পেতঙান মৈতৈলৈম ওইন মশাবী নাউথিংখোংগ নুংঙাইন পান্মিন্নকবগনি খন্ন লাক্চবদ মৈদিংঙু নাউথিংখোংন মাগী থবায় কন্বিরক্খিবিনি খন্ন পলেম্ ইমা শক্পী লাউ হায়ন কৌশিন্নুবদগী থম্মোই কায়খিদুন পেতঙাদি খুম্য়াঙ্ খায়ন লাই ওইখি। থৌদোক্তুদ নুংঙাইখিদবদগী মৈদিংঙু নাউথিংখোংন মশানৌ পেতঙাবু খুম্জাউ লাইবেম্বী ওইন খুজম্ য়াদুন লাংনব লাউথোক্খিবদগী কংলা মনুংদ খুম্জাউ লাইবেম্বী হায়ন খুজম্ লিংদুন পেতঙাবু লাংপ হৌখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংন নোংমাইজিং চীংখোঙ্দ চেন্ব চীংগোই তুরেল্দ লৈপাক্ মীয়াম্ হুপ্ন ঈকপ্তুন মশানৌ নোংমাইন্নু পেতঙাগীদমক্ মথৌ মতম্ পাঙ্থোক্খি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংন চহী খুদিংগী লম্তাগী ২৮ নি পান্বদ চীংগোই ঈকম্নগী থৌবম্ লেপ্তুন পাঙ্থোক্লদবনি হায়ন লাউথোক্লম্বদগী ঙসিফাওব লম্দম্সিগী মীয়াম্ন চীংগোই তুরেল্দ চৎতুন চহী খুদিংগী লম্তাগী ২৮ নি পান্বদ চীংগোই ঈকম্নগী থৌবম্ লেপ্তুন পাঙ্থোক্লদুন লাক্লি।*

নিংথৌ ওই। চহি ২২ নে। লম্বাসুন অয়াঙ্বা পোক্এ। নিংথৌ ওই। চহি ৮৯ নে। লম্বাসুন নিংথৌচেং পোক্এ। নিংথৌ ওইএ চহি ৩৯ নে। লম্বাসুন চেংলৈ ইপাল্ লাম্বাব পোক্এ। নিংথৌ ওই। চহি ২০ নে। য়াংলৌ কৈফাব[1] পোক্এ। নিংথৌ ওই। চহি ১৫ নে। খোঙ্লৈমন ঈরেংব পোক্এ। নিংথৌ ওই। চহি ৯০ নে। হাওবৈমন লোইয়ম্ব পোক্এ। নিংথৌ ওই চহি ৪৮ নে। সুম্লৈমন লোইতোংব[2] পোক্এ নিংথৌ ওই চহি ২৮ নে। অঙোম্ চনুন অতোম্ য়োইরেল্ব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ১৩ নে। সংলৈমন ঈবাল্থাব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ৩২ নে।

লিন্সুরোম্ন থবান্থাব[3] পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ৩৬ নে। তৌকাইঙম্বীন চীংথাং লাম্বব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ১১ নে। খৈয়োইরোন্ন থীংবাই সেল্হোঙ্ব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ৫ নে। নিংথৌ পোক্পীন পুবান্থাব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ১ নে। নিংথৌ পোক্পীন খুমোম্ব পোক্এ নিংথৌ ওই, চহি ১৫ নে। য়াংলৈঙম্বীন মোইরাম্বি পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ২৪ নে। খুমল্খোম্বীন থংবী লাম্বব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি

---

১ *য়াংলৌ কৈফাব— মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাব অসি খৃঃ ৯৬৯ দগী ৯৮৪ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মৈদিংঙু অসিন পান্ব মতম্দ নুপীগী ফনেক্ ফিবাম্দ খোই লোন্ব হৌদোক্খি।*

২ *লোইতোংব— মৈদিংঙু লোইতোংব অসি খৃঃ ১১২২ দগী ১১৫০ ফাওব নিংথৌ ওইদুনা পান্খিব মীশক্নি। ঙসি লমদম্সিগী অবিব মশাম্ন অম ওইবিব কাং শাম্নব হায়বসি মৈদিংঙু অসিন পান্ব মতম্দ হৌদোক্খিবনি।*

৩ *থবান্থাব— মৈদিংঙু থবান্থাব অসি খৃঃ ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওব নিংথৌ ওইদুনা পান্খিব মীশক্নি। মৈদিংঙু থবান্থাবন পান্ব মতম্দ খুমন্গ লোয়নন মখা মায়কৈগী হৈবেম্ কেবেচীংদ পান্ব হৈবেম্ খুঙ্গান্দ লাম্দাদুনা হৈবেম্ খুঙ্গান্ ঙম্দুনা হন্নকপদ খুমন্শিংন মৈদিংঙু থবান্থাববু হাংকদবগী শবৌ শীন্নবক্দগী মৈদিংঙুন খঙ্লক্লুনা খুমন্ কংলা চঙ্লম্দন মৈতৈ লম্দ লাক্লব হোংনবদ খুমন্গী কাকপ লৈতোন্পাম্নন নিংথৌবু নাম্থোকখিদৌবে হায়দুনা ঈশিংদ চোংথদুনা হিগী হিনাউ পায়দুনা হি ফানব হোংনবদ মৈদিংঙু থবাম্থাবগী মনাই তাবিয়া য়েলাংবন খুমন্ অথৌব কাকপ লৈতোন্পাম্বগী মঙক কক্লুনা অককপ মকোক্পু হিগী হিনাউদ খিন্দুনা পুবক্খি। থৌদোক্ অসিদগী মতুং তারক্প নিংথৌশিংগী হাক্তঙ্সু নিংথৌগী হিয়াঙ হিরেন্গী হিনাউদ কাক্প লৈতোন্পাম্নগী মকোক্ শাদুনা হাম্ন চংনবক্খি। মৈদিংঙু থবাম্থাবগী হাক্তক অসিদ মতম্ অম মখা মায়কৈদ থোইদোক্ হেন্দোক্ল খুংকন্ পাজম পাম্নব নুবাং মচেং ওইব হৈবেম্ খুঙ্গান্শিংবু মায়থীব পীদুনা হৈবেম্ খুঙ্গন্শিংগী নীং-খা তম্ব মাঙ্খি।*

২২ নে। য়াওসোম্বীন কোঙ্য়াম্ব[1] পোক্এ, নিংথৌ ওইএ চহি ১১ নে। খম্বফাবীন তেন্সহেব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ২০ নে। চেংলৈবম্ চনুন তোন্নাব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৪ নে। সনরেম্বীন তবুংব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৩৫ নে। মরক্ অসিদ চহি ৭ নিংথৌ পান্দে।

লম্যেঙ্গঙ্বীন পুন্সিব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ২৮ নে। লম্বাসুন নিংথৌখোম্ব[2] পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৩৫ নে। লিচ্ছোইঙম্বীন ক্যাম্ব পোক্এ, নিংথৌ ওইব চহি ৩ সুববদ পোং নিংথৌ খিক্খোম্বগ খুংসম্ পালোইনদুন কিয়াং খম্পাৎ নামম্নেএ, খম্পাৎ ঙম্এ। সনা তাঙ্বল্ ১ দ ফম্মনদন সনরুক্ ১ দ হামম্নে। লম্ পীবম্বদি মখাবম্গিন হৈনৌ খোঙ্নেম্বী, মীয়াতাউ কৌব চীংগি মখেনে। নোংপোক্ লম্গিন লোইজবিগি মখেনে। অবাং লম্গিন হৈনৌ খোঙ্নেম্বী মুংখম্ মুংবাইগি মখে পীবম্এ। মসূ মপু চহি হংনৈএ। পোং নিংথৌন চহি ৪৭ সুবে, ফম্বাল্দী চহি ৩০ সুবে হায়এ। মৈদিংঙু কিয়াম্বগিদী চহি ২৭ সুরে, ফম্বাল্দী চহি ৩ সুবে হায়দুন মাগি লৈপাক্ত লাক্লে। ফম্বাল্দ চহি ৪১ নে। সেন্বুংলোক্পীন লম্ক্যাম্ব পোক্এ। লৈসাংথেম্ চনুন কোঁইরেম্ব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৪ নে। লম্ক্যাম্বসুঙ্ নিংথৌ ওই, চহি ১১ নে। চংনিংফাবীন নোংইন্ফাব পোক্এ। লৈসাংথেম্ চনুন তাঙ্জখোম্ব পোক্এ। চখা তাংখুল্ঙম্বীন কবোম্ব[3] পোক্এ। নিংথৌ

---

১. *কোঙ্য়াম্ব— মৈদিংঙু কোঙ্য়াম্ব অসি খৃঃ ১৩২৪ দগী ১৩৩৫ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মহাক্ত পান্ব মতম্দ মতম্ অম মখা মাথকৈদ মনীং মখা তম্ম খুংকল্ পাঙ্গন্ন পাম্নম্ব খুমন্ সলাই লৈপাক্ খুমন্গী নিংথৌ লম্যাই কাইখিন্বন খুমন্দ নিংথৌ ওইন পাম্নবোই হায়দুন খুমন্ লৈপাক্ থাদোক্তুন কংলৈ লম্দ লৈবববদ ফিজম্ন য়াদবন খুমন্ লৈপাক্পু মৈদিংঙু কোঙ্য়াম্বগী লৈঙাক্ মনুং চন্শিন্খি। তান্কম্ অসিদগী হৌদুন খুমন্গী মনীং মখা তম্ব লৈঙাক্ মতম্ পুম্বগী ওইন মাঙ্খি।*

২. *নিংথৌখোম্ব— মৈদিংঙু নিংথৌখোম্ব অসি খৃঃ ১৪৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মৈদিংঙু অসিন পান্ব মতম্দ মপা ইবুংঙো মৈদিংঙু পুন্সিবগী লমন্ খুম্বদ মোইবাংবু মায়থীব পীদুন মোইরাংগী সলাই লৈপাক্ লম্গী মনীং মখা তম্ব মাঙ্খি।*

৩. *কবোম্ব— মৈদিংঙু কবোম্ব অসি খৃঃ ১৫২০ দগী ১৫৪২ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মৈদিংঙু কবোম্বন মৈতৈলৈম থিংবাকাবীদ লাইরিংথৌ ঈশিং চাইব পোক্খি। লাই ওইখিদুন পাউনম্দ খুম্দাখি। লাইরিংথৌ ঈশিং চাইব অসি লাইরিংথৌ সনামহীগী লাংওন্নি। খ্বাই নাগ মপান্দ খুতম্ য়াদুন পাউনম্ন লাইপু ওইদুন লাইরিংথৌ ঈশিং চাইববু লাংলি।*

ওইএ, চহি ১ নে। ককেম্বসু নিংথৌ ওইএ, চহি ১৮ নে। তাঙজম্বসু নিংথৌ ওইএ চহি ৩ নে।

হাওচোংঙম্বীন চলম্ব পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ১৭ নে। লম্কেলম্বীন মুংয়াম্ব[1] পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৩৫ নে। তাঙজম্বীন খাগেম্ব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৫৫ নে। অইখোংঙম্বীন খুনজাওব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ১৪ নে। তাঙজম্বীন পাইখোম্ব[2] পোক্এ, নিংথৌ ওই, চহি ৩১ নে। ভাইখোংঙম্বীন চরাইরোংব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ১২ নে। নোংথিনচাইবীন পাম্হৈব[3] পোক্এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৩৯ নে। লম্বাসুন খুবাইবাক্প, খগি লাম্বুব, মিংথোইখোম্ব ৩ ম পোক্এ। খগি লাম্বুবন নিংথৌ ওইএ, চহি ৩ নে। মিংথোইখোম্বসু নিংথৌ ওইএ, চহি ২

---

১ *মুংয়াম্ব— খৃঃ ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওব পান্থিব নিংথৌনি। মৈদিংঙু চরুঙব নোংবাম্বোন্ কৌব নম্ফেলঙম্বী পাম্বগ মৈদিংঙু মুংয়াম্ব পোক্খি। মৈদিংঙু অসিগী মমিং মুংয়াম্ব কৌথ্রিবদ থাক্বদা নিংথৌ কিয়াম্ব কৌরম্মি। মখো তম্পাকি নোংপোক নিংথি তুরেল্ থাংবদ লৈব মুংখোং মুংয়াং লমদু অসি হায়বগী মুংয়াম্ব হায়না কৌখি। মৈদিংঙুসিগী হাওভম খগি লৈবাক্তগী ময়দনা কৌব মীশা চম অম লেঙ্কয়ুন মৈদিংঙু মুংয়াম্বন থাঙ লৌবোম্ব অমসুং তা থাঙসুনহাগী মতেংন ময়দনা হাংখি। ময়দনা হাংলগী পাউ তাবদ খগি নিংথৌ শিয়ামুন হবাউদ্রুম মনিপুরদ চুপোন্নপোং কুমাপ লোয়নন লাক্লগ মৈদিংঙু মুংয়াম্বদ চুমলন্ তব্রখি। খগিশিংন থৌনা অসিবু কাউদনব কংলা মনুংদ খগি লৈহাউ পাম্বী থারম্মি। কংলা মনুংদ হোৎনবগী কৌব খোঙ অম চেক্ত শাবম্মি, কংলাদ চেক্ত নোংশা অনী শাবগ থিন্নম্মি, মৈতৈশিংদ চেক শাব তম্বিরম্মি।*

২. *পাইখোম্ব— মৈদিংঙু পাইখোম্বন খৃঃ ১৬৬৬ তগী খৃঃ ১৬৯৭ ফাওব নিংথৌ ওইদুনা পান্থি। মৈদিংঙু পাইখোম্বসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচাও তেনাব কোঙকেম্বৌবন পিখেংলৈমা অঙজম্বোম্বী পামদুনা পোক্পনি। মৈদিংঙু পাইখোম্বন মরাম্ থুলেম মপা ইবুংঙো তেনাবগী মংসং অমদা চংপদ থুমাক্লগী মচানুপী ইমাতৈনু (ময়াঙ মমিংনে কৌই) মৈতৈলৈম ওইদুনা পানি হায়না পুরক্খি। লৈপাকি মহৌশানিং অমগী মরা ইবেম্মন মখাম চনু ইমাতৈনু মৈতৈগী লৈমরেন ওইহনব পামখিদে। মৈদিংঙু পাইখোম্বগা অমাংগী চিংথীন পাম্ [illegible] ইমাতৈনু [illegible] চৎনম্ মৈতৈন [illegible] মীশ [illegible]। [illegible] চনু ইমাতৈনু [illegible] চিংগী [illegible] হায়ন [illegible]।*

৩. *পামহৈব— খৃঃ ১৭০৯ দগী ১৭৪৮ ফাওব নিংথৌ [illegible] মৈদিংঙু পামহৈবন হিন্দু ধর্মদ [illegible] লৌখিদ হিন্দু ধর্ম [illegible] গরিবনিবাজ হায়ব মমিং অসি ওইখি। নিংথৌ অসিনা হিন্দু ধর্ম চৎনব [illegible] মতুং ইন ওয়েক ওয়াক্প [illegible] তৌখি। মৈতৈ [illegible] মরাম্ খোম্‌গংনা*

নে। খুরাইরাক্পা চীংসোম্বন ইরাংলোল্ চাথা মরিং লোইখোম্বী পান্নদুনা গৌরস্যাম্ ময়াম্বগ চীংথংখোম্বগ ২ য় পোক্এ।

গৌরস্যাম্ ময়াম্বন নিংথৌ ওইএ, চহি ৬ নে। কোল্লিগি চহি ৪৮৫১ সূরবদ চোইয়োসিংহো চীংথংখোম্বন[1] নিংথৌ ওইএ, চহি ২ সূরবদ গৌবস্যাম্ মরাম্বন ১ বক্ নিংথৌ ওইনিংএ হায়দুনা চহি ১ নিংথৌ ওইএ। অদুগি মতুংদ ১ রক্ হল্লনা চীংথংখোম্বন নিংথৌ ওইএ, চহি ৩ সূরবগ অৱা লাক্পুনা মোইরাং নিংথৌ খেল্লেম্বন লৈপাক্ ঙাক্এ, চহি ৩ নে। অদুগি মতুংদ চীংথংখোম্বন তেখাউদগি লাক্তুনা মাক্লং মপান্দ নিংথৌ ওইদুনা চহি ১ লৈএ। অদুগ সঙাইপ্রৌদ চহি ১ লৈএ। চজীংদ চহি ২ লৈরবগ ফাইরেল্ থা ২৬ নি পান্ব য়ীম্সকৈস নুমিৎত অরান চাইবাইবে। নিংথেম্সু ময়াংদ চেন্লে। অৱান খামরন্ কৈবিবাম্বু লৈপাক্ ঙাক্হল্লম্এ, চহি ১ নে।

* কংলাপী উস্রা ময়াড়দ চীংওন্ পৈবগ মৈদ ওয় থাদোক্পি, উমংলাই মাপল্গী ফুডম্লিং থুগাইখি। উমংলাইগী কোমায়শিংবু খোম্থংলগ মোংবহল্লব উমংদ ফুম্জিল্লখি। মখুথৌশিংন শিরগ ফ্রংলেন্ চল্লম্ ওইব কংলাপী মংকেন্দগী মখুথৌশিংগী নু পূব লৌথোক্লগ মিংথি তেবাল পূবগ মৈদ ওয় ত্রম্হল্লখি।

নিংথৌ অম ওইন মৈদিংগু পাম্হৈবগি থোইদোক্ হেন্দোক্ল মতীক চাউব, মথৌনা লৈব নিংথৌনি। মহাক্ল কবো তম্পাক্তি মকম্ কয়া লোই চল্লখি লোয়নন বর্মাগী সগাইং দিবিজন্দ লৈব কৌথুদো পেগোদাগী নোংপোক্ থংব অচৌব থোড়্জাউগী থোড়নাবু পেগোদা মনুংদ চড়্লব হোংনবদ থাড়্গী থাড়্কম্ থম্লম্খি। অৱা অমসুং তেকেল্লন মতম্ অমতম পূম্ন মাম্লকৈ কাংন মনিপূরদ নন্দোরক্পবু অৱা অমদি তেকেল্ নাম্বীশিংবু মায়খীব পীদুনা অহ্নোক্পি।

১. চীংথংখোম্ব— মৈদিংগু চীংথংখোম্ব খৃ: ১৭৫৯ দগী ১৭৬১ ফাওব অমসুং খৃ: ১৭৬৩ দগী ১৭৯৮ ফাওব অনীরক্ নিংথৌ ওইখি। মৈদিংগু চীংথংখোম্ববু ভাগ্যচন্দ্র, জয়সিংহ অমসুং কর্তা হায়নসু কৌই। মহাক্ল পান্ব মতম্দ মনিপূরদ অৱা লান্থাব অহ্লক নংখি। অৱা লান্থাব অহন্নবু নংখিবন মহাক্ ওইদুনা চীংথংখোম্বন মাগী কেন্নুং মকম্ তোকন তোকন হোংখি। মহাক্ল কেন্নুং ওইরব মফমশিংদি সঙাইমেল্, চজিং, সঙাইপ্রৌ, ময়াংলোং (বিষ্ণুপুর), লাংথবাল্ অমসুং কোহৌজম্ যুম্ফমনাচিংথগিং অগিনি। ময়াংলোংবু বিষ্ণুপুর কৌখিব, অমদি লাংথবালবু কাঞ্চিপুর কৌখিবসি নিংথৌশিংগী ঝুঁকুঁপীনি। অৱা লান্থাব নংথংগী তেখাও অম চেন্নুনা তেখাও নিংথৌ দর্পদেব রাজেশ্বরগী মকম্দ চড়্লকম্ লৌদুনা লৈমিটে তেখাও লৈবাক্ত পামু অঙাওব*

অসিগি মতুংদ পোয়নু ২৫ নি পান্‌ব শ্রীম্‌সকৈস নুমিৎত অরাদগি ইবুংসি নন্দোগ চন্দ্রাইকোন্‌গ অমা অগুম্ব ১ গ ৩ ম থোক্‌লক্‌তুনা কৈথিরামবু তুসারোক্‌ত হাৎলে। ইবুংসি নন্দোন যুবরাজ ওইএ। অরান হায় নঙ্খোয়বু অমরক্ হন্ন থেংব তৌরোইএ। অমা নিংথৌ মমাঙ্গ লাইগি ইসিং থক্তুনা হল্‌হল্লক্কে হায়না রাসক্লদন চঙ্খিরে। মথনগি রাসক্ হন্‌খোক্তুনা মৈতৈ লৈপাক্ পুম্ন খোমগে হায়না হল্‌লক্‌এ। নুংসিখোইরবগিদমক্ লম্‌তা থা ১১ নি পান্‌ব নিংথৌকাব নুমিৎত লৈসাম্ হিদেলদগি হৌন রাবগাই ফাওব অরান খল্ন চিংন গুম্ন হাৎলে। ২ দং হেন্‌খিএ। কালেন্ থা ১০ নি পান্‌বদ ইরেংবন নিংথৌ ওইএ। চহি ১ নে।

নিংথেম্ চীংথংখোম্বন ময়াংদগি লাক্‌এ। অরান ১ রক্ চাইখাইদুনা থা ৫ থেংলম্‌এ। ইবুংসি লাইগুম্‌ব মচা গোপাল্‌সাইবু যুবরাজ ওইহল্‌এ। অসি মতুং সজিফু থাদ চন্দ্রাইকোন্ অরাদগি থুংলএ। চহি ১ নে। অসি মতুংদ বাংখৈ পুক্‌প্রল্‌বগি মচা খুলশিংন নিংথৌ ওইএ। চহি ২ নে। অসি মতুংদ নিংথেম্ চীংথংখোম্ব ময়াংদগি থোক্‌লক্তুনা খোংজাউরোক্ত[1] চহি ৪ লৈএ। অসিদগি লাংথবাল্‌দ চহি ১৭ লৈএ। অসিদগি কোন্থৌজম্ ইম্ফম্‌দ[2] চহি ২ লৈববগ পংগা চঙ্খিরে। তম্ন লোংগারে।

---

* মাখিবগী মায়ী ওসিকাওব মাবীনরি। মৈদিংগু চীংথংখোম্বন তেখাওদগী খোয়রুগ লমাংদোংদ মতম্ থব লৈখিদুনদ কাইনাদগী য়ানুব থৌবোক্তুন শ্রীগোবিন্দগী মূর্তি নিকপন্ তৌখি লোয়নন লাংথবাগ কোনুং হোংলক্লব মতুংদ ওসি পুথিবিদ কাওরিব মনিপুর অথোই রাস অসি লিংখৎখি। নিংথৌ অসিন শ্রীগোবিন্দগী নিরূপন্ তৌরম্ব নত্তন অতৈ লাই তরুক অমসু নিকপন্ তৌরম্মি।

---

১. খোংজাউরোক্— বিষ্ণুপুর বাজারদগী মখাথোম্‌দ চাউরাক্ কিঃ মিঃ অমথোম্ চথবগ খোংজাউরোক্ তুরেল্ লাম্ফমগ অমুক্ নোংচুপ্ পাংন চত্তব নম্বীদ চাউরাক্ কিঃ মিঃ মখায় অমরোম্ চঙ্গিল্লগ খোংজাউরোক্ লৈ। মফম্ অসি হায় চকপ কাওদুনা থুপারব মফম্‌নি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রন তেখাওদগী লাক্লগ মফম্ অসিদ চাউরাক্ চহী অহল্রোম্ কোনুং ওইদুনা পাম্লিখে কাইনাদগী থৌবোক্ খাম্লগ শ্রী গোবিন্দ নিরূপন্ তৌখি।

২. কোন্থৌজম্ ইম্ফম্— ইম্ফালদগী মরোন্মতন হৌজিক হৌজিক্ মনিপুরগী গভর্নরগী রেসিদেন্সি লৈরিব মফম্ অসি হায় কোন্থৌজম্ ইম্ফম্ কৌরম্মি। মফম্ অসিদ হায় কোন্থৌজম্ কাওদুনা থুপারব মফম্‌নি। মরম্ অসিন মফম্ অসিবু কোন্থৌজম্ ইম্ফম্ হায়না খঙ্ননুনা লাকই।

অথাম্ চনুন রাবৈন্যচন্দ্র পোক্‌এ। নিংথৌ ওইএ, চহি ২ নে। ঙাঙবম্ চনুন মধুচন্দ্র পোক্‌এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৩ নে। চীংঙাখলবম্ চনুন চৌরজিৎ পোক্‌এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ১০ নে। সাংপম্ চনুন মারজিৎ পোক্‌এ, নিংথৌ ওইএ, চহি ৭ নে। অসিদ ঙবান চইথাইদুন খইদ্রোম্‌ব সুবোল্‌ন লৈপাক্ ঙাক্‌এ, চহি ২ নে। অসি মতুংদ ইবুংসি চোইয়োন নিংথৌ ওই চহি ২ নে। অসি মতুংদ জোদুন ঙবাদগি খোক্‌লক্লুম নিংথৌ ওইএ, চহি ২ নে।

অসি মতুংদ অরান ময়াং নাকব হলল্‌ক্লুন কল্লে নিংথৌ, সোংচুপ্ নিংথৌ, খমপাংউন্ ৩ মন কোম্মুংদ লৈপাক্ চাব লৈএ। চহি ১ নে। নিংথেম্ গম্ভির সিংহন[1] ময়াংদগি খোক্‌লক্লুন কোম্মুংদ সোক্‌নৈএ। খাঙব ওয়্দুন অহিংদ চেন্‌খিরে। খোইবু লম্বী চংখিএ। মতুং ইন্ন তানখিদুন তুম্মুম থুগাইএ। সোংখুপ্‌কি মোনফু কোন্নুং থুগাইদুন নিংখিদ থাঙ্ চাখএ। হলল্‌ক্লুন নিংথৌ ওইএ, চহি ৭ থা ৭ নে। পাখংবদগী হৌদন মহারাজ গম্ভিরসিং মৌব নিংথৌ মবোল্ ৬৩ সুবে, চহিদি ১৮৯২ নে।

*১ গম্ভির সিংহ– মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রন মৈতৈলৈম লোংসুবোন্ খুন্‌থোংমনুম্ চনু অমং লাম্বুবী যত্রন্ অংগে কাবী পাম্নদুন শ্রীগম্ভির সিংহ পোক্‌ই। গম্ভির সিংহন মনিপুরদ চহী অকেং পুন্নাক্‌হৈদ কাছাড় লৈবাক্ত চেন্দুন লৈখি। মনিপুরদগী অরা তাক্লোক্লুন মনিপুরবু অমুক্ হন্ন মনীং মখা তম্ব লৈপাক্ অম ওইহন্নব হোংনবদ খুটশিকি মতেং নিদুন মনিপুর লেভি কৌব মাগী শরুপ্ অম শিংবংলুন গম্ভির সিংহ নরসিংহ মচিন্ মনাও অনীন মনিপুর লেভিগী মতেংন মনিপুরদগী অরা তাক্লোক্লুন মনিপুরবু অরাগী মখুৎতগী মনীং মখা তম্না লৈপাক্ অম ওইহন্লখি। মহারাজ গম্ভির সিংহন মনিপুরদগী অরা তাক্লোক্লুবদ কাঙ্গিপুরদ কোন্নুং ওইদুন খৃঃ ১৮২৫ দগী ১৮৩৪ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্‌খি।*

# ৭. কৈ লোই লিংখৎপ

হঁ হৌজিক্তি কৈ লিংখৎপগি ৱা হায়গে। মৈদিংঙু নাউফোঙ্ব হাক্তক্ত সঙাইপবৌ কৈপূক্, সেক্তা[1] কৈ, ৫ ম লিংখৎএ।

মৈদিংঙু নাউথিংখোং হাক্থক্ত থংবীচাবৌকৈ, থম্বাল্ লৈমনাইকৈ, লূপ্পা তাবৌকৈ, হাওবংকৈ, কৈখুকৈ ৫ ম লিংখৎএ।

মৈদিংঙু খুমোম্ব হাক্তক্ত ৱাক্চীংকৈ, চঙান্কৈ, চউম্কৈ, কোম্বাকৈ, অচান্বীকৈ ৫ ম লিংখৎএ।

মৈদিংঙু কবোম্ব হাক্তক্ত ক্রথোংকৈ লিংখৎএ।

মৈদিংঙু মুংয়াম্ব হাক্তক্ত ক্যাম্কৈ লিংখৎএ।

---

১. *সেক্তা— ইম্ফাল্ উত্ত্রুল্ লম্বীদ নৈব নম্লাইদগী অৱাং পাংন চঙ্শিন্ত্রগ সেক্তা খুল্ অসি লৈ। খুল্ অসি ঙল্লিঙৈ মতম্দ চক্প কাঙ্লূপ্কি মীওইশিংন খুন্দাব মফম্ অম ওইবন্মি। খুল্ অসিগী মিং সেক্তা কৌখিবসি কোংলৌতোন্ লৌখিবন সামদোন্ অয়াঙ্বব ফাঙৈদ সগোল্ন অৱাং পাংন চেন্খিবব্ কোংলৌতোন্ লৌখিবন সামদোন অয়াঙ্ববু তাম্নবক্পদ সগোল্ মসেক্ তাবে হায়বগী সেক্তা কৌখি। মৈদিংঙু লোইয়ম্বন পান্ব মতম্দ সেক্তাদ ঙা থোক্উ থোক্প সা থোক্উ থোক্প ফান্ অম লৈ হায়ব তাদুন মৈদিংঙুন ফান্ অদু পীম্নু হায়কবদ পীবক্তবদগী মবাই ইবুংঙো অঙোম্ নিংথৌবু সেক্তাদ লান্ তাহন্খি। লান্দ সেক্তাবু মায়থিব পীখি। মতম্ অদুদগী হৌন সেক্তাদ চক্প তাকখি।*

লাইয়িংথৌ খাগেম্ব হাক্তক্ত য়াইরপোক্ লৈমনাই কৈ, তীংক্রিকৈ, কোইরেংকৈ, কৈনৌকৈ ৪ ম লিংখৎএ।

মৈদিংগু খুণ্ডাউব হাক্তক্ত ফোইজিংকৈ, য়াইরপোক্কৈ, থীংনোংকৈ ৩ ম লিংখৎএ।

মৈদিংগু পাইখোম্ব হাক্তক্ত লান্সোম্বী কৈ, চক্প্রৌ কৈ ২ ম লিংখৎএ।

মৈদিংগু পাম্হেব হাক্তক্ত চবাংপাংকৈ, পাঙ্কৈ ২ ম লিংখৎএ।

মৈদিংগু মবাম্ব হাক্তক্ত মবাম্বকৈ লিংখৎএ।

মৈদিংগু চীংথংখোম্ব হাক্তক্ত অতোম্কৈ লিংখৎএ।

হৌজিক্তি লোই লিংখৎপগি ৱা হায়গে। লাইয়িংথৌ পাখংব হাক্তক্ত চক্প খৌবান্দোং, সেক্মাই খা, অন্দ্রো, সেক্মাই অৱাং, ফয়েঙ্, কৌব্রুক্, লৈমবাঙ্, থোঙ্জাউ, কক্চীং, সিখোং, নিংগুেল্, তিংসাং, লোইকোক্ লৈসাংখোং, চাইবেল্ ১৫ ম অসি লিংখৎএ।

মৈদিংগু কোংয়াম্ব হাক্তক্ত হৈয়েন্, হংগুন্, ফৌগাক্চাউ, ৱায়খোং ৪ ম লিংখৎএ মৈদিংগু নিংথৌখোম্ব হাক্তক্ত থাঙ্গ, মোইবাং, কমেং ৩ ম লিংখৎএ।

মৈদিংগু ক্যাম্ব হাক্তক্ত ৱাইকোক্, খোয়বীখুল্, খামবল্, কেকাম্, কুম্বি তোল্লোং ৪ ম লিংখৎএ।

মৈদিংগু খাগেম্ব হাক্তক্ত ৱাংগু, নূংগু, সুগনু, লাঙ্গুথেল্, পল্লেল্ ৫ ম লিংখৎএ।

মৈদিংগু খুণ্ডাউব হাক্তক্ত অবোঙ্ লিংখৎএ।

মৈদিংগু নাউথিংখোং হাক্তক্ত কৈবোয় খায়ব হৌএ। লাংপোক্ কৈবোয়, লাইদি সবাবেল্ অবিবনে। মথং খৌবাল্ কৈবোয়, লাইদি পাখংবনে। মথং চীংনুং চক্প কৈবোয়, লাইদি পুবৈবোম্বনে[১]। মথং লৌকু কৈবোয়, লাইদি লাইয়িংথৌ অহন্বনে।

---

১. *পুরৈরোম্ব– অঙোম্ সলাইগী পুকোক্তি। পুরৈবোম্বন পিথেংলৈম লৈহৌ নিংথৌ চন্নু পান্নরগ খাংহন্ অহন্নব, খাং য়াইম অমসুং খমুং ইৱাইথং মচিন্ মনাও অহম্ পোক্লগ খাংহন্ অহন্নবন নোংমাই নিংথৌ ওইন নোংমাইজিং চীংদ পাল্লহৌখি। খমুং ইৱাইথংন অবেল্ ৱাংম অতৌপাম্ব অঙোম্ নিংথৌ ওইন লৈখি। মাগী চাদা নাউদান অঙোম্ নিংথৌ অতৌপাম্ব ওইন মথং মথং চখরক্লুন কংলৈ লৈঙাক্লি মতেং পাংদুন ৱায়েন্ থৌদাদ অচৌব শকক্ য়াদুন লাক্খি।*

লাইয়িংথৌ খাগেম্ব হাক্তক্ত লাংপোক্তগি উনম্ কৈরোয়, লাইদি সরারেল্নে। মথং হৈনৌগোক্ কৈরোয়, লাইদি লোইয়ারাক্পনে[১]। থৌবান্দগি ক্যাম্ কৈবোয়, লাইদি পাখংবনে। মথং নিংঙোল্বম্ কৈবোয়, লাইদি য়োইরাংপোক্নে। চীংনুং চক্পকৈদগি য়াইরপোক্ কৈরোয়, লাইদি পুবৈবোম্বনে। মথং তাংখম্ নাকপ্প কৈরোয়, লাইদি কৌববেল্নে। লৌকুদগি খান চাউব কৈরোয়। মথং সোক্ঙাই ঈচিন্ কৈবোয়, হিদেল্ অনীমগি লাইদি ৱাংববেল্নে[২]। সূপ্ন হিদেল্ ১২ নে।

লংলোইদি থোংজাউ, সোইস কমেং, খোবিখুন্, কৌত্রক্, ফয়েঙ্, চক্প খুনৌ, লৈমবাম্।

ফূসাবদি লম্মাংদোং থোংজাউ, খা চাইবেল্, খা থোংজাউ, খা সেক্মাই খুম্বি, কোংমপাল্ থৌবান্দোং, খোম্বিতোক্ চাইবেল্, তাউথোং চাইবেল্, অন্দ্রো।

নুমিৎলোইদি সিকোং, নিংঙেল্, চন্দ্রখোং, ফান্চঙ্খোং, ঈথম্, মোন্থৌ, কাবোং, সাবংঙাইখোং, কৈথেল্মান্বী, সবিখোং, নুংবংখোং, ৱাইখোং। থুম্লোইদি অসিনে।

য়োংচাক্লোইদি খাবম্ পল্লেল্[৩], নোংঙা কোয়বেং অনীমনে। হৈকোন্দি কবাং, ঈথিং, ৱাংঙু, সেন্জম্ খুনৌ অসিনে। ◪

---

১ *লোইয়ারাক্প— মৈতৈগী নোংচুপ্ মায়কৈ ঙাক্প লাইনি। মৈতৈগী অৱাং মায়কৈ ঙাক্প লাই লাইয়িংথৌ মার্জিংগী মচানিপানি। মমিং তোলোংখোম্ব কৌই। অৱাং নোংচুপ্ মায়কৈ ঙাক্প লাইয়িংথৌ কৌব্রুগী মচা শকুন য়াওঙ্ ইন্দুন লৈখি। লোইজিং লোইয়াগী লমদ লৈদুন মায়কৈ ঙাক্তুন লৈখি হায়দুন লোইয়াবাক্প হায়ন খঙনৈ।*

২. *ৱাংবরেল্— মৈতৈগী খা মায়কৈ ঙাক্প লাইনি। লাই কৌব্রুগী মচানিপানি। মপাগী য়াথং তুংইন্ন খা মায়কৈদগী সবোয় ঙাবোয় ফত্তব কাবক্প ঙাক্নুচো হায়ন থৌশীখিবদগী উঙাম্ তোংদুন কুমথত্রগ সুগনুদ লৈদুন খা মায়কৈ ঙাকুন লৈখি। লাইয়িংথৌ ৱাংববেল্গী মমিং ৱাংহকুপ্ অমসুং ৱাংহক্লেন্ কৌই। লাইথ্রিংথৌ ৱাংব্রেম্ন অনাল্ খুহুক চনু, মবৈপুং খুলেন্ চনু, লোইবি থাকুম্ চনু, মাবেম্ থায়াই চনু, হৈখা লম্কাং চনু, মহৌ তোন্সেন্ চনু, খুরুং খুলেন্ চনু, তবাউ তবংনু থোইমোম্ লাইবেম্মশিং অসিবু তালোয় মকপী ওইন লৌখি।*

৩. *খারম্ পল্লেল্— লোইজিং চীংগী নোংচুপ্ থংব চীংমায়দ লৈব খাবম্ কাঙলূপ্ন খুন্দাব খুল্নি। খুল্ অসি খৃঃ ১৫১৭ কী ১৬৫২ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্খিব*

# ৮. থিরেল্ পোক্খায়ব

ইঁ কুক অত্যা সিদববু খুকম্ন ইগে। তাইবংপান্বগি মপুন কবি কবিসুঙ্ লৈতবিঙেদ অমম্ব মবোল্ তবামবিমদগি মসিদ লৈবিঙেদ মমি অদুন সুন্য ওইন তাসিল্লক্লে। সুন্য মহাক্কি মনুংদ মুর্ত্তি ওইন কূল্লে। অদুগ মুর্ত্তি মহাক্ চোংথোক্লক্লে। অত্যান সুন্য মহাক্পু ফাল্ ওইন ফম্নবে। অদুগ অত্যাগি থোযদিং মক্ক মবম্দ ওইন লাংযেলীক্ ওইন পক্লে। লাংযেলীক্কুম্ব অদুন

---

* *মৈদিংগু খাগেম্বন লিংখংলম্ব খুল্নি। মফম্ অসিদ খাবম্ কাঙ্লূপ্কি মীওইশিংন খুন্দাগ্রিঙৈগী মমাঙ্ যাম্ন ওল্লিঙৈ খুন্ট মমাঙ্গী মতম্দগী চাউবাক্র খুন্টগী অবেংসুং চহীচাগী মতম্ ফাওব লম্দমশিংগী অবিব মীওই কাঙ্লূপ্শিংগী মনুংদ অম ওইবম্ব মঙাং কাঙ্লূপ্ন খুন্দা লৈতাবম্ব মফম্নি। মফম্ অসি খুদেংগী মতৌওম্ অকোযবদ চীংশাং পবেংন ইকোয কোযশিল্লগ মযাযদ লৈতেম্ মাম্নব খেল্গী শকক্ল ইশাক্ পাক্ল লৈদুন খেল্গী শকক্ত খুন্দা লৈতাফম্ ওইনবম্ব মফম্নি। মফম্ অসিবু লোইজিং সাবোন্থা হাযন কৌবম্মি হাযবসি নিংথৌবোল্ লম্বুবদগী খঙ্ব ওম্মি। সকোক্ লাইবম্লেন্ লাইপুম্ তেম্মৌবা কৌব লাইবিক্ত মঙাং নিংথৌ পুন্সিব কোন্খুনহা পোংলেন্হন্বন মফম্ অসিদ মহাক্কি মচা মনাই ওইব কয়াদ লাইনীং লম্বীগী য়াংউলোন্ কয়া তাক্পি তম্বীবম্বগী য়াবোল্ ইবি। খৃঃ ৬৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওব পান্খিব মৈদিংগু নাউথিংখোংন লোইজিং সাবোন্থাগী লম্দম্ অসিদ চংলগ মঙাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচানিপা মঙাং কোন্খুচাবু মায়খীব পীখি। খৌদোক্সিদগী নিংথৌ অসিগী মমিং মঙাংঙম্ব কৌখি। খৌদোক্সিদ মঙাং তাক্খিদুন মঙাং কোন্খুচা অতেংবগী মচা মঙাং শীংমিং যোইবেন্বন ঙান্ব খুমুজম্দ চঙশিন্খি অদুগ লেম্হৌব মঙাং অতৈন ঙান্ব সনাইদ লূপশিন্খি।*

মসুং ৩ ওইন কায়বক্লে। মসুং ১ দি অত্যা ওইবে। মসুং ১ ন অসীব ওইবে। মসুং ১ দি কোন্‌চিন্ তিংথোক্‌প ওইবে। মসুং ৩ ম অসিন যৌবী মবৈগুম্ তাসিন্‌লক্লে। তাসিল্লক্প মফম্‌দি থবাল্পীচাক্ নিংথৌ সিদবদ তাসিল্লক্পনে। সুন্যদি মরা লিনফুনে হায়ব খঙ্ও।

সুন্য মহাকপু থেম্‌দোক্পনে। মহাক্কি মমেংদি কুক্ননে। কুক্ল মহাক অসিদি য়োংসুবীগি মখোঙ্ ৩ গুম্ন নুমিৎকি মঙাল্ ওইন কোয়ন লৈবে। মখোঙ্ ৩ পাল্লে। মখোঙ ১ দি নৃংমু সিদবনে। মখোঙ্ ১ দি লাংয়েন্ সিদবনে। মখোঙ্ ১ দি লৈপাক্কি চাক্লেল্ ওইবে। অদুগ লাংয়েন্ সিদবদি খোয়দৌ ওইবে। ৩ ম অসিন অমত ওইন তাসিল্ন লৈপাক্কি সেক্নীংদ লৈবে। অদুগ হৃয়িৎ কাংকৌগুম্ সৌকৎলক্লে। অদুগ নুমিৎনে, থানে, সজিক্নে ৩ মন মী পোক্কে হায়দন অসীবনে, কোন্‌জিন্ তুথোক্পনে ২ মন অত্যাগি মখোঙ্ন নেৎন লৈবে। মখোয় ৫ মন হায়নবে। অসীবন ঐ পোক্কে হাযএ। কোন্‌জিন্ তুথোক্পনসুঙ্ ঐ পোক্কে হায়এ। নুমিৎক থাগ ২ মনসুঙ্ হবাউন ঙাইবে। ২ মন অত্যাদ হংলুববু অত্যান খুমঙম্‌এ। ইতোম্মসুঙ্ হায়ঙম্লোই। সুন্য কৌব থবাল্পীচাক্ নিংথৌ সিদবদ হংলুও হায়ঙম্‌এ।

অত্যান খল্লে। কোন্‌জিন্ তিংথোক্প নঙ্দি অপান্ব ওইও। অসীব নঙ্দি তীন্ ওইও। নবিঙ্ঙান মী পোক্কে হায়ববদি ঐন মবম্ তাক্পিগে হায়দন অসীবদ হে হে কুকও ! অসুম্ন সোল্লো হায়ন তাক্পিঙম্‌এ। খোন্‌জেল্ অসি তাববগ নুমিৎন হবাউন ঙাইবে। কোন্‌জিল্ তিংথোক্পদ তাক্পদি মমিং চীং কৌন তাক্পিবক্‌এ। অদুগ নুমিৎক থাগ ২ মন হবাউন ঙাইবে। অদুগ অত্যা মপু কুকগি মপূক্ মনুংদগি চোংথোক্লক্লে। মচুদি কোবী অহিংবগি মচুনে, অসংবনে, অমুবনে ৩ মন মচু ওইবনে। চাক্চাদি অঙৌবনে, অমুবনে, অসংবনে ৩ মন চীন্‌জাক্ ওইবনে। ফিসেৎতি অসংবনে, মকোংনে, য়াইঙং মান্‌বনে ৩ মন ফিসেৎ ওইবনে অদুগিবু চীং অমম্ব কৌবদি মানে হায়ব খঙ্ও। মমিং মি হে কৌএ।

সুন্য মহাক্ন সেম্ব সোয়থাঙ্দি ৭ নে। ৭ ন সেম্‌লক্পদি সোয়থাঙ্ ১ দি নোংসিৎনে। সোয়থাঙ্ ১ দি লীক্লানে, ১ দি মৈনে, সোয়থাঙ্ ১ দি উন্‌নে, সোয়থাঙ্ ১ দি লেল্‌নে। সোয়থাঙ্ ৭ ম অসিবু তাইবংপান্‌বগি মপু

কুরু সিদবন সেম্লক্পনে। অসীব, কোন্জিন্ তিংথোক্প ২ মদ কুরুন সোয়থাঙ্ ৭ মগি চাক্চা ফিসেৎ তাক্লক্লে। সোয়থাঙ্ ৭ মগি চাক্চা ফিসেৎতি অঙৌবনে, অমুবনে, অসংবনে। অসিবু মচুসুঙ্ ফিসেৎসুঙ্ চাক্চাসুঙ্ ওইবনে। মীগি মক বৃজ হন্বসুঙ্, থবাল্পিচাক্ নিংথৌ সিদবদগি হল্লক্পনে। অদুগিদমক্ থবাল্পিচাক্ নিংথৌ সিদববু থবায় পাল্লিব খৈবিক্কি মপুও কৌবনে। হে মী ওইবিবসিংও! হায়ব খঙ্ও।

মী মহাক্পুদি নোংপোক্ন পুবনে। অসিগিদমক্ নোংপোক্পু ইপা কৌবনে। অদুগ চক্খা খোঙ্জোম্নুবিদ পীবে। খোং সেম্বসুঙ্, মী সেম্বসুঙ্ মানে। অদুগীদমক্ ইপা ইমা কৌবনে হায়ব খঙ্ও। অসাইগি সোয়থাঙ্ কৌবদি মীগি মরোল্গি ৱানে হায়ব খঙ্ও। সোয়থাঙ্ মবোল্ ৭ মদি থবান্পিচাক্ গনবতিনে, থবানে, চুংসেল্নুবীনে, সজিক্নে, থানে, নুমিৎনে, সচুং তেল্হৈবনে মখোয় ৭মনে হায়ব খঙ্ও।

কুক সিদবন হায়এ। নঙ্খোয় মী পোক্কে হায়ববদি কবম্ন পোক্কবনো হংএ। কোন্জিন্ তিংথোক্পন খুম্এ। চুপ্ ৪ মবু হান্ন সেম্খিগে। চুপ্ ৪ মবু হান্ন সেম্লবগ মী পোক্প ঙম্গদনে। চুপ্ ৪ মবু সেম্ব লোইবে। লাই ৪ মগি মমিং থোন্বিবে। হান্ন সেম্বদি কৌব্রু কৌবে। মথং ১ দি খান চাউব কৌএ। মথং ১ দি থাংজিং কৌএ। মথং ১দি নোংপোক্ কৌএ। মথং ১ দি চীংখৈ কৌএ। মথং ১দি কৌববেল্ কৌএ। মথং অমদি মৈবম্ কৌএ। মথং অমদি নোংচুপ্ কৌএ। মথং ১দি লৈপাক্ কৌএ। মথং ১ দি নোংথৌ কৌএ। মথং অমদি ময়ায় কৌএ। ময়ায়দি অতিংঙানে। মথং ১ দি লাই কৌএ খঙ্ও।

হৌজিক্তি ৱাবম্ অম হায়বক্কে। থাংজিংগি মখুম্দি অমুবনে। মনুংদ মুকৎতি (মূর্ত্তি) ১ লৈএ। মচুদি অসংবনে, অবাংবনে, মেমান্বনে। মচু ৩ মদি নাউয়োম্নে। মহাক্তি লৈমিনে। লৈমি অদুন কুকবু থাংএ হায়বগি থাংজিং কৌএ। লাই মহাক্পু ফাল্ ওইন ফম্নবে। মমিং অ কৌএ। খান চাউবগি মখুম্দি অসংবনে। নোংপোক্কি মখুম্দি অঙাঙ্বনে। মনুংদ নম্মানেং লৈএ। চীংখৈগি মখুম্দি অমুবনে। কৌব্রুগি মখুম্দি অঙৌবনে। কৌববেল্গি মখুম্দি লীক্লাগি মচু অরাংবনে। নোংচুপ্ খিংগ্রু চীংগি মখুম্দি থাগি মচুগুম্ন ঙাঙ্ন মুন খুম্এ। নোংপোক্ মৈবম্গি মখুম্দি নুংমিৎকি মচুগুম্ন ঙাঙ্ন লাংন

খুম্এ। লৈপাক্কি মখুম্দি সন্ন ব্রাউন মুন লৈচিল্গুম্ন খুম্এ। নোংথৌগি মখুম্দি মুন ঙাঙ্ন তবং তরংন খুম্এ।

ময়ায়গি মখুম্দি বৃজগি মসক্ থীঙম্দব মচুগুম্ খুম্এ। লাই ক্রুগি মখুম্দি ব্রামলম্গুম্ব মচু থীঙম্দব, হায়ঙম্দব নিংথি নুংঙাইব থৈবিক্ন খুম্এ। মখুম্ ১২ মবু থব্রান্পিচাক্ নিংথৌ সিদবদ তাসিল্লক্এ। অদুগ সাজিক্কি মপৃক্ মনুংদ থম্লে। মচুদি সংগোম্ অহিংবগি মসক্নে। অদুগ সজিক্ মহাক্পু অত্যান নুমিৎ ৫ নি কোন্বিবে। মমিংদি বিতু কৌএ। অদুগ সংগোম্ অহিংব অদুন ঈশিং ওইবক্লে। নুমিৎকি মনুংদ চঙ্খিবে। ঈন য়োম্ন লৈরে। অদুগ সুইন্যাদ চঙ্খিবে। নুমিৎনে, থানে, সজিক্নে, থবানে অসি থৈবিক্তি থোক্লে হায়ব খঙ্ও। মমিংদি মকহিং কৌএ। লৃতোংকুপ্ লেং কৌএ। ক্ষখিঙ্, চুম্তাবেঙ্ কৌএ। ঈহিং খুক লৈহিংজ সংগ্রুপ্প কৌএ।

লাংয়েন্ ৭ মনে। নুমিৎ চয়োল্ ৭ মসুঙ্ লাংয়েন্ন ওইখিএ। তীন্ কৌবদি লৈপাক্নে। লাই কৌবদি মৈনে। অত্যা ফাফদবদি নুংসিৎনে হায়ব খঙ্ও। হে মী ওইবিবসিংও ! হায়বসিংও তাঙ্ন খঙ্ও। থেব হায়বদি থানে। তোক্প হাযবদি সজিক্নে। হোংতুং লাই ওইব হাযবদি নুমিৎনে। লাই অপোইব হাযবদি থানে। থৌবি লৈফন্বীদি থানে। ঙাংঙোইনু লৈরাম্বীদি সজিক্নে। চক্খা খোংজোন্নুবীদি থব্রান্পিচাক্ অসিনিনে। থব্রান্পিচাক্ নিংথৌ সিদবদি ৩ মগি কুক লাইনে খঙ্ও। অসিনিদি অসীবনে। ভবনিদি কোন্জিন্ তিংথোক্পনে। থবানে। কৃতিকাদি অপান্বনে নুমিৎনে। লৃওং কৌবদি থব্রান্পিচাক্ নিংথৌ সিদবনে হায়ব খঙ্ও। লৈপাক্কি ময়ুংদি নোংসিৎনে। মমৈদি লৈচিল্নে। তৃ কৌবদি ঈসিংনে। খোং কৌবদি নোংসিৎনে। নোংসিৎকি মচু ৯ সুবনে। অঙৌবনে, অমুবনে, অঙাঙ্বনে, অসংবনে, অব্রাউবনে, হিগোক্নে, কোলিনে, মুগাবংনে, মেমান্বগি মচুনে, নোংসিৎ মচু ৯ সুবনে অসিনে খঙ্ও।

তীন্ কৌবদি লৈচিল্নে। লাই কৌবদি নোংসিৎনে খঙ্ও। হৌজিক্তি লাংয়েন্ ৭ মন হক্চাংদ শান্বগি ব্রাবু হায়গে। লাংয়েন্ ১ দি লিন্ফুনে। লাংয়েন্ ১ দি মীৎনে, লাংয়েন্ ১ দি নাকোংনে, লাংয়েন্ ১ দি নাতোল্নে, লাংয়েন্ ১ দি য়ানে, লাংয়েন্ ১ দি খোয়নে, লাংয়েন্ ১ দি হোইবোংনে,

লাংয়েন্ ৭ ম হক্চাংদ পান্বদি অসিনে। য়াঙ্বী মসুং ৭ ম হাযবদি অসিনে খঙ্ও।

হৌজিক্তি হক্চাংগি লম্মীৎ হায়গে। খুৎতি ঙাযান্নে। খুনম্ খুদা ২ মদি কংলানে। খুক্লুদি মোংব সাগাইনে। কোংলৌদি নোংহুম্সঙ্নে[১]। খোযদি ফৈদেন্বীনে। খৌনাউদি যাওবেবীনে। খোম্ ২ দি তবে ঈবেল্নে। লৈতোন্দি ওক্সঙ্নে। নাতোন্দি খোংসংনে। মীৎতি নুংগোইবীনে। নাকোংদি লোযসঙ্নে, ঈমু ঈবেল্নে। হক্চাংগি লম্মীৎ হাযবদি অসিনে হাযব খঙ্ও। হক্চাংগি লিন্ফুদি ৩ নে। কিসি অহুম্মবু ফিদুপ্ কৌবনে। কিসি ১ দি কুকন কুপ্লিবনে। কিসি ১ দি তীন্ন কুল্লিবনে। কিসি ১ দি লাইন কুল্লিবনে। হে মী ওইবিবসিংও! থবায পান্ব খৈবিক্ন নীংবসুঙ্ কিসিগি ব্রাবু নীংবনে খঙ্ও।

হৌজিক্তি পোইবৈতোল্ন[২] খুন্থিবগি ব্রাবু হাযবক্কে। লব্রাই লিন্ফুগি মখৈ হেন্দবনে। নুংবী খুৎত সুবদি নুংখোঙ্ থিংবনে। মফম্দি খোযদ থিংলবনে। নুংবী মনা হোব, থব্রা নোংলৈ উব, লীক্লা ব্রাইফেল্ চন্ব হাযবদি মীৎনে। পাখংববু হাৎনবদি খোযদৌনে। হৌজিক্সু হাৎন মবৈএ। কবম্ তৌন হাৎলিবনো হাযববদি খোযদৌন মফম্ চাইববগ কার্ম্দি মাঙলবনে। অদুবু হাৎপ কৌবনে হাযব খঙ্ও।

হৌজিক্তি খোং ৯ মগি মতীক্পু ফাওন হাযবক্কে। খোং ১ দি কুকনে। খোং ১ দি কোন্ঙৌনে। খোং ১ দি মিসিনে। খোং ১ দি খাংনে। খোং ১ দি সনানে। খোং ১ দি লুপানে। খোং ১ দি নম্মানেংনে। খোং

---

১. *নোংহুম্সঙ্– কংলাগী নিংথৌ ফম্বাল্ তোংফম্ মেন সুকংগী নোংপোক্থংবদ লৈব লাইফম্ অমনি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল্ পাখংবন ইবিল্ মকদগী হঞ্জিং চীংমৈ ইন্ন কুন্নক্রগ কংলাদ থুংলবদ নোংহুমসঙদ ইহান্ হান্ন ফম্বাল্ তোংখি। মৈতৈ নিংথৌশিংন ফম্বাল্ তোংবদ যাওদব যাদব যাম্ন মকওইবা সঙনি।*

২ *পোইবৈতোন্– খম্নুং নৈপাক্কি নিংথৌ খোঙ্ঙাবেন্গী মনাওনি। ঙান্ব খম্চিংকোন্ হাইহৈবন সবি সান খম্নুং নৈপাক্ তান্ন চংখিদুন খম্নুং খোঙ্ঙাবেন্বু খুন্ খোবক্রব খেম্দোক্লুবদ মনাও চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্বু মতৈম লৈম লৈনাউতাবীগ লোযনন খুন্ খেক্রক্হন্খি। পোইবৈতোন্ন মতৈম লৈম লৈনাউতাবী অমদি মহাক্ক লোযনব মীওই কযাগ লোযনন মনিপুরগী চীংগী লম কয়া কোয়ন চৎলুবগ খুন্দাব যাব মফম্ থিব ফংদ্রবদ মমৈদ লম্দেংদ খুন্দাফম্ ওইদুন মচানিপা সিংদবুং পোক্লগ মথং মথং চাদা নাউদা শম্থবক্লুন লুব্রাং খুমন্ সলাই চম্ববক্খি। চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্ অসি লুব্রাং অমসুং খুমন্ সলাই অনীগী পুকোক্নি।*

১ দি সেল্লনে। খোং ১ দি নোংদানে। খোং ৯ ম হায়বদি অসিনে। খোং ৯ ম অসিবু কুরুগি হক্চাংদগি থোক্পনে খঙ্ও। হয়েং সিরাইদম্দসুঙ্ খোং ৯ ম অসিনে। হি ওইন লান্গদনে। খোন্জেনসুঙ্ ওইবক্কদনে হায়ন খঙ্ও।

হৌজিক্তি পুন্সিরোল্গি মবম্ হায়বক্কে। মঙাং নিংথৌ পুন্সিবদি[1] চহী ৫০০ পুন্সিবনে। মহাক্ন নোংগাবদি সুম্সঙ্দ নোংগাবনে। সজিক্কি মবূক্ মনুংদ থুংলুবনে। মহাক্ন নীংব লাইদি কৌব্রুবু নীংবনে। সজিক্তগি ওঘ্রক্পন লুবাং নিংথৌ পুন্সিব[2] ওইন পোক্লবনে। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবন পাল্লম্বদি চহী ৩৮০ পুন্সিন পাল্লম্বনে। মহাক্ন নোংগাবদি মোংব সাগাইদ নোংগাবনে। সজিক্ত থুংলুবনে। মহাক্ন নীংব লাইদি কৌব্রুবু নীংবনে। অদুগ হম্বক্লে। খুমন্ নিংথৌ পুন্সিব[3] ওইন পোক্লবনে। খুমন্ নিংথৌ পুন্সিবদি চহী ২৫০ নে। মান নীংব লাইদি নোংপোক্পু নীংবনে।

---

১. *মঙাংনিংথৌ পুন্সিব– মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী থমগী গুরুনি। লৈঙাক্লোন্ অমদি লাইনীং লশীদ খ্বাইদগী থাক্ য়াংব মফম্ অম কন্ব ঙম্খিব মীশক্তি। মঙাং নিংথৌ পুন্সিবসি লোইজিং সাবোন্খ্বাদ কোনুং ওইদুন পান্খিব মঙাং কাঙ্লূপ্কি খ্বাইদগী মমিং চংখিব মীশক্তি। মঙাং নিংথৌ পুন্সিবগী মমিং কোন্খুনহা পোংলেন্হন্ব কৌই। মঙাং নিংথৌ পুন্সিবদ লুবাং নিংথৌ পুন্সিবন গুরু চঙ্খি। মঙাং নিংথৌ পুন্সিবগী পাউতাক্ মতুং ইন্ন মৈদিংঙু নাউথিংখোংন নিংথৌশিংন শিবগ পোংলোইফম্ মংলেন্ লিংখৎলম্খি।*

২ *লুবাং নিংথৌ পুন্সিব– লুবাং সলাইগী খ্বাইদগী মমিং চংখিব অমদি পুন্সি চহী শাংন হিংখিব মীশক্নি। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মমিং য়াম্মি। মহাক্কি মমিংশিংগী মনুংদ পন্ব য়াবদি নুংবান্ হাওথাঙ্কোক্ সাফব, লুবাং শেলহোঙ্ব, খুচিং থঙ্ঙাবনচিংব পন্ব য়াই। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবন কৌব ইঙেন্চাংদগী উনিংথৌ পাম্বী য়াম্লগ হি শাদুনা ময়াম্ব পুদাংকোই খুংকোইবন ওন্খিব সঙাই চিদোম্পোক্কি অকাংব মকোক্কি সকন ইহান্ হার্ম হি তোংহন্দুন লুবাংলি তুবেল্দ হোন্খি। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী কোনুং অসি খাজ্রনগী নোংচুপ্ত লৈব লুবাংচাংদ ওইরম্মি।*

৩. *খুমন্ নিংথৌ পুন্সিব– মৈতৈগী লাইনীংলোন্দ মঙাং লুবাং খুমন্ হায়ন শৈথানরিবসি মঙাং নিংথৌ পুন্সিব, লুবাং নিংথৌ পুন্সিব অমসুং খুমন্ নিংথৌ পুন্সিব হায়রিব গুরু অহুম্ অসিনি। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবন মঙাং নিংথৌ পুন্সিবদ গুরু চঙ্খি অদুগ খুমন্ নিংথৌ পুন্সিবন লুবাং নিংথৌ পুন্সিবদ গুরু চঙ্খি। মরম্ অসিন মৈতৈ লাইনীং লশীদ খুমন্ নিংথৌ পুন্সিব অসি অতৈ কনাসু নত্তে খুমন্ নিংথৌ য়োইরাংপোক্ পুন্সিবনি। খুমন্ নিংথৌ য়োইরাংপোক্ পুন্সিবসি খুমন্ সলাইগী খ্বাইদগী মকোক্ লুংব অহন্বন ঙানুবোন্ নিংথৌ য়েন্দং চনু লৈম থম্মোইবেম্বী পাম্নবগ পোক্পনি। লাইনীংলোন্গী লাইরিক্শিংদ খুমন্ নিংথৌ পুন্সিব অসি চহী ২৫০ পুন্সি হায়ন ইরম্ব থেংলৈ।*

মহাক্ন নোংগাবদি খুন্‌ফম্‌দ নোংগাবনে। মান থুংলুবদি নুমিৎত থুংলুবনে। অদুগ হুম্বকতুন চাইবেল্ নিংথৌ য়াওফুরাক্‌প ওইন পোক্‌লম্বনে। মান পাল্লম্বদি চহী ১৫ নে। মহাক্ন নোংগাবদি থবাদ থুংলুবনে। অদুগ হুম্বকতুন মেন্দে নিংথৌ ওইন পোক্‌লবনে। মান পাল্লম্বদি চহী ১৭ ত নোংগাবনে। হুম্বকতুন থাঙ্ও কম্বোং[১] নিংথৌ ওইন পোক্‌লবনে। পুন্সিবোল্‌দি অসিনে খঙ্‌ও। হে মী ওইবিবসিংও! লাইদি কৌব্রু নোংপোক্ মসেল্‌নে খঙ্‌ও। লাই লৈব খৈবিক্কি থবায়বু কৌএ হায়বগি কৌবক কৌএ হায়ব খঙ্‌ও।

যুক্ ৪ ম তিন্‌সিল্লক্‌প ব্রা হায়গে। কৌবকগ খান চাউবগ থাংজিংগ নোংপোক্‌ক লাই ৪ ম তিন্‌বনে। লাই ৪ ন যুক্ ৪ ওইন চীংখৈদ চঙ্‌লবনে। সজিক্কি মপুক্‌ত তাসিন্‌লবনে। অসিন কূল্লিবদি নোংসিৎ হৌবক্‌পসুঙ্ মফম্ অদুদগি হৌবক্‌পনে। নোংসিৎন থুংলুবদি লাংবুম্ সিদবদ থুংলুবনে। লাংবুম্‌দি খুল্‌মাঙ্নে, চীংখৈদি খুল্‌নীংনে। নোংসিৎতি ইরৈ ৫ ন লৈসিন্‌লিব মফম্‌নে হায়ব খঙ্‌ও। ঈসিংগি ইবৈদি ৪ নে। মৈগি ইবৈদি ৩ নে। চীংখৈসুঙ্ ৩ হুন্‌বনে। মীগি পুক্‌নিং কাউহন্‌বসুঙ্ ৩ লক্‌নে। লায়নাসুঙ্ ৩ লক্‌নে। লায়না অতে অয়াম্বদি পাপ্‌কি লায়থুংনে খঙ্‌ও। হে মী ওইবিবসিংও !

লাইয়িংথৌ নোংপোক্‌ন নুমিৎ খুদিংদ থবায় পাল্লিব খৈবিক্‌পু সজিক্ হুল্লিবনে। থবায় পাল্লিব খৈবিক্কি মক্সুঙ্ হুল্লিবনে। মমিং অো উং কৌএ। সন্দংন লোক্‌নুং অসুক্‌পদ খোংবগুম্ লৈবনে। থাংজিংগি মমিংদি মীতোং কৌএ। ১ বক্ কৌবদি তুং তিং তিং ঙাঙ্সং কৌএ। ব্রাংবরেল্‌গি মমিংদি খুংনুংপুম্ কৌএ। মমিং ১ রক্ কৌবদি য়াইবীবেল্ য়াইখুরেল্ অহোঙ্ব কৌএ। অসিগিদমক্ চীংঙু য়াই মক, খোইয়ম্ য়াইবীরেল্‌ও হায়ন কৌএ খঙ্‌ও। কৌববেল্‌গি মমিংদি হো হে হোং চি হং কৌএ। কৌবকগি মমিংদি অ ওং উঙ্ কৌএ। নোংপোক্কি মমিংদি লৈথুং ঙাংতুবেংব কৌএ। চীংখৈগি মমিংদি কে কে লে কৌএ।

হে মী ওইরিবসিংও ! চীংখৈবু নীংবগি মতীক্ হায়গে। অয়ুকি চীংখৈ অঙন্‌বদ ঈকও। নঙ্ন লাইবু খুরুম্বদি মখূৎ লোংন খুরুম্‌ও। উপ্‌নসুঙ্ ১ বক্ খুকম্‌ও। নখোঙ্ খোঙ্বীদগি লৈপাক্ লৌদন নবাইগক্ত থিল্লো।

---

১ থাঙ্ও কম্বোং— চেংলৈ সলাইবু খঙ্নবদ ঙল্লিথৈ মতম্‌গী কাঙ্লূপ্‌কি মমিং।

মঙম্সঙ্বু ৫ বক্ কোয়য়ো। অদুগ য়ীম্জিন্ ৩ মবু খুরুম্ও। অদুগ মৈবু খুকম্ও। য়ুসিন্ফম্বু খুকম্ও। নুমিদাং ১ বক্ তৌও। নোংয়ায়দ ১ বক্ তৌও। অয়ুক্কি চীংখৈদ ১ বক্ তৌও। হে মীওইবসিংও। নোংপোক্পু নীংবগি সাজেন্দি অসিনে। য়ীম্নাইবন লাইবু নীংব হায়বদি অসিনে খঙ্ও। সজিবু থা উরাই য়াবাই সংবদ তৌও। হে মী ওইরিবসিংও! কুক লাই ওইবসিংগি য়াথংনে। লাইবিক্ অসিগি মতীক্তি হায়ঙম্লোইএ। ঙম্খৈ মতীক্ লৈতে।

হে মী ওইবিবসিংও! নিংসাসর থোইগি লিন্ফু ৩ সুবনে। থবায় সিদবসুঙ্ ৩ সুবনে। নিংসাসব থোইবু চেৎন ফান থম্ও। তাইবংপান্ব অসিদ ফম্ফম্ কুইন লৈগে, খোঙ্সান্ ফগে হায়ববসুঙ্ নিংসাসব থোইগি য়াদ লৈবনে খঙ্ও। অঙাং অপিসান পোক্লক্ঙৈদসুঙ্ মখোঙ্ন লৈপাক্ নেংপ ঙম্দবসুঙ্ নিংসাসব থোইগি য়াদ লৈবনে। হে মী ওইবিবসিংও চেৎন সেন্জৌও। হৈবোম্ য়াসুঙ্, সোয়বম্ য়াসুঙ্ লাইবিক্ অসিদ ঙম্ন লৈবনে। চেৎন সেন্ন থিজৌও হায়ব খঙ্ও।

হৌজিক্তি হে মী ওইবিবসিংও। নঙ্ন নিংসা হোল্লিব নিংসা অদুগি খোন্জেল্দি মমিং হংস হিংস হায়ন হোল্লিবনে। হয়েং নঙ্ন সিবাইদম্দদি নিংস্যাসব থোইবু মমৈ মকোক্ ওল্লক্লবনে। অসুম্ তৌববনে। হে মী ওইবিবসিংও। হায়ব খঙ্ও। হবিগি মমিংবু তত্তন সোল্লো। কুকবু তাংথৎ নাইদন নীংই। হায়বদি অসিনে খঙ্ও।

লাইবেম্ম লৈমবেল্গি[১] য়াবু হায়বক্কে। থূপ্ক লাইবেম্ম লৈমবেল্ সিদবী সাস মনিক্কি মপূক্ মনুংদ নুমিৎ হঙ্সন হালেংব লাইবেম্ম নমিং অসিবুত হায়বক্কে। লীবীক্ লীঙঙ্, লীচীং লীহিংচিং, অং য়ঙ্ মনিক্ লাইরেম্ম তোং অনৌববু চাক্চা ওইনবী নঙ্বু খুকম্বনে। অসিগি খুৎসূদি থাউমৈ ১ থাল্লো। চেঙ্ মপূম্ ৭ খুৎত সুও। তুল্সি মনা ৫ য়াও-ও। খুকম্দন তৌও। খুৎতিল্দি নোংথাঙ্ কূপ্পগুম্, মৈবুন্ থান্বগুম্ লাক্কদনে। চেৎন সেল্লো। খঙ্ও। হংস সংগোম্ অহিংবগুম্বগি মচুগুম্ব সিংলি তবংবু লোয়নব য়াবু

১. *লৈমবেল্— তাইবংপান্বগী মমা লৈমবেল্ সিদবী। লাইয়িংথৌ অসীব অমসুং কোজিন্ তুখোক্প পাখংবগী পলেম্ মমানি। তেংবান্বগী মমা লৈমরেল্ সিদবীবু মৈতৈগী মুন্নুম্ খুদিংদ লপ্লেন্ কাজাউ য়াবী হায়ন লপ্লেন্ কাদ খুতম্ য়াদুন অয়ুক্ নুংথিল্ নুমিদাং মতম্ অঙম্মক্ত মৈবা মৈশেং কংতুন থৌনি খাজঙ্নে।*

হায়রক্কে। বুং য়োং অ উম্ ব বু উপ্ বুং ওং উম্ হি সীক্প, বুং চোং অ উ কৌএ। তীল্লী তাকোয় তীন্কোয়লেল্ তীন্লি তাং তীলিগুঙ্ তীস্ সনা তীলি হিং হিং হিং ব প স ন কৌএ। বা অসিদি হক্চাং নোয়ব বানে। মহাক্ অসিগি চাক্চাদি যাংখঙ্গি চেক্পাক্, সংগোম্ অহিংবনে, খোঁইহীনে অসিবু তোংত্তন চা-ও। হক্চাং ময়েং তাদবনে। খঙ্ও।

ক মপূক্ মনুংদগি লীক্লাগি মচুগুল্ব অদুবু হায়রক্কে। ব হং ঈ য়ং মনী লৈফম্ য়ং ব সেং কৌএ। পুলিব বানে। য়া স মনিক্ লাইবেম্ম স গি মপূক্ মনুংদ য় ত্তে চেং লাইবেম্ম য়া চেংগী মবেম্ম লাইখেং লাংবী ব সংকুপ্চেং কৌএ। য়া নাবগি বানে খঙ্ও। মীং সত্রাংগি মথক্ত ফম্ব বাবু হায়বক্কে। মীংত লৈব সুন্যগি লাইরেম্ম নঙ্ন লৈচিন্ হুম্জিন্বিবক্কনো। লৈচিন্ নঙ্বু ফনব বা হায়বক্কে। ত্রকূপ্ বূলূপ্ বিং বিং সনা ফোং ফোং ফেং হাইকুপ্ ফেং হাই ত্রাই কৌএ। মীং চিন্দন নাব বানে। তুল্সি মনা ৭ ন মীংপান্দ তৈও। হে সম্বোঙ্ অচিবদ ফম্ব লাইয়িংথৌ হায়ন সোল্লো। মীং নাব ফবনে খঙ্ও।

লাইয়িংথৌ অত্যা সিদবন কবি করিসুঙ্ লৈতবিঙৈগি থবায় ৫ মগি কুক হায়বক্কে। লাংবুম্ কৌবদি নোংপোক্ অচিবনে। থবায়গি কুকনে। মীংনহানে, খোয়দৌনে ২ মন থৌগল্লে। খোয়দৌ মহাকৃতি কঙ্জাউনে। খোয়দৌ মহাক্কি মথক্ত মী মসক্কুম্ব ১ লৈএ। মমিংদি বে বে বে কীরিং কৌএ। খোঞ্জেল্নে হায়ব খঙ্ও। মীংনহা ২ মন সোন্ব লাইমিংদি গ বু সোন্দন লৈএ। কলুং কলিং কৌএ। তিন্নব্বদি খোয়দৌদ তিন্নরুইএ। ২ মন তিন্নৈ হায়বগি লাংবুম্ হায়ন কৌএ। লাম্ন য়োম্লে মমিংদি পাং ফাং সাং সং হং স কৌএ। লাইমিং অদুবু সোন্দন নারিকা সুক্কুক্লগ ২ ম থিংও। খোয় তম্ন সোল্লো। য়াফম্ চেংপ গুম্বনে। মী লোংপসুঙ্ গুম্বনে। মীংনহান কূন্ব লম্বেল্দি কোক্কি মনুংদ কূল্লে।

কুরু অত্যা সিদববু খুরুম্ন ইজরক্কে। তাইবং পান্ব মীগি থবায় ওইবদি পবমতমা, পরহঙ্স ৩ মন লূচিংবনে। থবায় অতৈদি থিঙম্লোই। তাইবংপান্ব মীবোন্ তম্ববু থোক্তুন থবায় লূচিংব ৩ মগি মসক্পূ হায়গে। পজেঙ্নে, ফীবাল্নে, মখোকনে ৩ মনে। পজেঙ্দি হন্জিন্বনে। ফীরাল্দি

বিন্দুনে। বিন্দু কৌবদি মসক্ থোক্পনবু কৌএ। মখোক্তি মীনে। পজেঙ্ মফম্দি নুমিৎ থান লৈব মনাক্ত খুদোল্ ৩ লাপ্ন লৈএ। হয়ুন য়েংও উবনে। জিবত্মা কৌবনে। জিবত্মাদি পজেঙ্ অসিগি থক্ত পবমত্মা লৈএ। জিবদ তোংএ। আত্মা ফীবাল্ কৌব অদুন লৈব মফম্দি লাইবেল্ অঙৌবন কোন্ খায়এ। উয়ুং চক্ ময়ুংন কোন্খিল্এ। ময়ায়দ হেবা মনিক্ লৈএ। মনিক্ থম্বাল্ মনুংদ কূন্ন লৈএ। পবহঙ্সনে খঙ্ও। হয়েং সিবাইদম্দ অসিন ঙাক্নও। ঙক্লীনে, খোয়খানে খাঙ্নে খাঙ্চেংনে খঙ্ও। বুম সেৎ তং সেৎ মুঙ্ সেৎ য়ে সেৎ কৌএ।

লাইয়িংথৌ অসূপ্প নঙ্বু খুকম্ন ইগে। গিয়ান্গি লিন্ফুগ হক্কি থবায়বেল্গ ২ মন লৈব মমিংদি চক্ মবোং ঙঙ্সংলেল্ কৌএ। খুয়াদ চঙ্খিবে। মমিংদি থোঙ্খল্লেল্ লৈবোংব কৌএ। তাইবঙ্পান্ব মপুন ঈসিংগি য়াফম্গি মনুংদ চঙ্খিবে। মমিংদি স হ কৌএ। লৈপাক্কি য়াফম্দ চঙ্খিবে। অকুঙ্ অ কৌএ। অদুগ নোংথৌগি য়াফম্দ চঙ্খবে। মমিংদি হ সিংবুহিং কৌএ। সন্থোঙ্ তাইময়েন্ অখোম্ সীংউৎয়েন্ কৌএ। ৭ সেল্গি খোঞ্জেল্গুম্বনে। যেন্ ওন্দগি থা ৭ য়েন্ লৈতে। হক্কি খোঞ্জেল্ অদুবু নম্দববদি মীৎসা কৃৎলবনে। তিল্লাং চিল্লবনে। হে মী ওইবিবসিংও ১ নে হায়ব খঙ্ও। শ্রীগুরুবু ইখুৎ, ১০ মন খুকম্ন ইজববনে। ◪

# ৯. উমংলোন্ মাপল্

ঽ লাইয়িংথৌ অসূপ্প নঙবু খুকম্ন ইজবক্কে। উমংলোন্ মাপল্গি ব্রা হায়গে। নুমিৎ চয়োল্ ৭ মদগি মুব্রানিংথৌ থোক্এ। ওয়দগি লাইয়িংথৌ অহন্ব থোক্এ। নাকোং য়েৎতগি মোংবহন্ব[1] থোক্এ। ওয়দগি নাউকল্ থোক্এ। নাতোন্ য়েৎতগি চখাব থোক্এ। ওয়দগি কৌববেল্ থোক্এ। যাদগি খম্লাংব[2] থোক্এ। ঈসিং থোঙদগি লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিব থোক্এ। পেং থোঙদগি মাবজিং থোক্এ। উমংলোন্ মাপল্নে।

---

১. *মোংবহন্ব– কংলাগী খা থংবদ ইম্ফাল্ তুবেল্গী নোংপোক্ থংব শকক্ত মোংবহন্ব উমং লৈ। হায়বিব উমং অসি উমংলাই মাপন্গী মনুং চন্ব মোংবহন্বগী লাইকোন্নি। মোংবহন্ব লাইকোন্ অসিদ অদুউভ গবিবনিব্রাজ মহাবাজন হিন্দু ধর্ম লৌবব মতুংদ কৈথেল্দ য়ুংব নুং চিংশিল্লগ হানুমান্ থাকুবগী মুর্ত্তি শাবগ লাইশঙ্ শাদুন লাংপ হৌখি।*

২ *খম্লাংব– উমংলাই মাপল্গী মনুং চন্ব লাইয়িংথৌ খম্লাংব অসি য়োৎ শূবন শিন্ফম্ ওইব লাইনি। হান্ন খম্লাংব কৌত্রিউভদ তেক্ তেক্ থাঙ্শাব লৈনুং মোবি যোৎশুংব কৌবশ্মি। লাইয়িংথৌ অসিগী মমিং খম্লাংব কৌখিবসি লাইশিংন খুষ্মোবক্পদ শ্বাইদগী ইকোন্ কোন্ন খুষ্মোবকখি হায়দুন খম্লাংব কৌখি। লম্দম্সিদ খুষ্মোবক্খিব চীংথোঙ পোইরেতোন্গ খুষ্মোকমিন্নবক্খিবনি। লাইয়িংথৌ খম্লাংবন লম্দম্সিদ খুষ্মোবক্লবদ মহাক্ত য়োৎ শুংনব য়োৎচাক্ ফংদ্নবদগী তখেল্ (ত্রিপুরা) তান্ন য়োৎ থিব চংখি। অদুবু মফম্দুদসু য়োৎচাক্ ফংদ্নবদগী তখেল্দগী সিজ কালিকা লৌবগ হল্লকখি। মহাক্ত মখা তান লম্দম্সিদ য়োৎচাক্ থিবদ ককচিংদ য়োৎচাক্ ফংবদগী মফম্দুদ খুন্দাদুন য়োৎ শুংব হৌখি।*

লাংলোন্ মাপল্মগি ৰা হায়গে। মীৎ য়েৎত থাক্প লাংদি মমিংদি অংস কৌএ। মঙোন্দ থুরবদি মীৎ ফিংন নাইএ। নুমিংকি লাংন থুবে হায়ব খঙ্ও। ঈবাংতি নুমিং থোক্লক্পদ ওইববসুঙ্, য়ুংবদ ওইববসুঙ্ পুৰম্, হৈ মনম্ নাইব ১, লৈসং মবোং ১, থাউমৈ ১, হৈকক্ তাঙ্গ, ক্ৱা ১ হাপ্ও। লাই মমিংদি সোল্ও।

ওয়দ থাক্প লাংদি থাগি লাংনে। মমিংদি সনা সংকুবেঙ্, সংসাংলৈ তনৌচি কৌএ। মান থুববদি মহাক্ ফিং ফাইন নাইএ। উবাল্ কংন নাই। থাগি লাংন থুবে হায়ব খঙ্ও। ঈবাংতি অহিং মী চীক্লবদ মহাক্ ফম্হল্লো। মাঙ্দ হৈকক্ ১, মতুংদ হৈকক্ ১ ফিন কূপ্ও। লাইদ য়াম্ন থা-ও। থাউমৈ ১, লাই মমিংদো সোল্লো।

নাকোং য়েৎত থাক্প লাংদি লৈপাক্কি লাংন থুবে হায়ব খঙ্ও। মমিংদি লৈহংনক্ তনক্ তনক্প কৌএ। মান থুববদি মহাক্তি লূম্ন থান নাইএ। সূব চৎপ ঙম্দন নাইএ। লাই পাখংবগি লাংদ থুবে হায়ব খঙ্ও। উ মচেক্ পাংম কংব, মচেৎ পাংমদি সংবদুগি মখোঙ্দ ঙানু অমুবী নহা ওইবিব ১ কৎতন খুকম্ও। হন্থোক্লক্পদ মথাঙ্ ৩ লক্ খুকম্ও। অদুগ থোঙ্জিন্দ ৩ লক্ খুকম্ও। য়ূম্য়াযদ ১ বক্ মমিংদো সোন্দন খুকম্ও। খঙ্ও।

ওয়দ থাক্প লাংদি নোংথৌগি লাংন থুবে হাযব খঙ্ও। মমিংদি কুঙ্ হিংচি হিং কৌএ। মসুম্ন নার্বদি হক্ হোইন হাম্ন নাইএ। থবায়মি তান নাইএ। ঈবাংতি লফু ১ বু য়ূম্য়ায়দ য়ুংও। মতোল্ ফোয়দোক্ও।

ওয়দ থাক্প লাংদি মমিংদি ঈপুবেল্ ঈপুব, ঈবোইবেল্ ঈথোইব তুঙ্ হাইগৎপ কৌএ। ওনীং খোৎনীংন নাইএ। ঈসিং ঈঙাওখৎন নাইএ। ঈগি লাংদ থুবে হায়ব খঙ্ও। ঈবাংতি ঈতোল্দ কবোক্ নাচল্ ৭, লৈ মবম্ ৭, কোন্য়াইপু ১, লাতোল্ ১ হাপ্ও। য়েকম্ ১, হৈবী মনা সিংজু, পূক্য়ু য়াও-ও। ঈতোল্ থা-ও। খয়োম্ চাউন লাক্ও। লাই মমিংদি সোল্ও।

য়াদ থাক্প লাংদি মৈগি লাংনে। মমিংদি ওং ওঙ্ উক উক্ত কৌএ। মসুম্ নাবদি হক্চাং অপূম্ব মৈগুম্ সান নাইএ। মৈগি লাংন থুবে হায়ব খঙ্ও। ঈবাংতি লৈতাল্ন মী সা-ও। সম্জিন্[1] চিল্হল্লো। ফিবোই সুন সেৎহল্ও।

---

১ *সম্জিন্– কোক্কি লৈতেং মখল্ অম।*

মেল্তোক্ ১ ফম্হল্ও। লৈবি ১ থাউও। মমাঙ্দ মৈ ১ থাল্ও। সনা খিঙ্ লুপা খিঙ্ মখূৎন লাই অফব ১ দ কৎহল্ও। হে খোঙ্ঙারেল্[১] কৌবও ! অচঙ্ অসি লুংবসুঙ্ নঙ্নে। নঙ্ন মৈগি ফম্দ সাউহল্লিব অসি পুবিগনো। খূৎসু খূৎলাই অফব কৎলবনে হায়ন লাই মমিংদো ৭ সোল্ও। অদুগ লম্লোঙ্ ৩ ফাংবদ থম্লুরো।

ঈথোঙ্দ থাক্প লাংদি য়ুংন থাক্এ। মমিংদি বিৎখোং চিংবাং কাওখঙ্ব কৌএ। থুববদি ঈশিংগি লাংন থুবে হায়ব খঙ্ও। পেংদ থাক্প লাংদি থী মহাক্নে। মমিংদি ওক্পিসানোই খূদৈ নান্থ কৌএ। পেং খাম্ন নাইএ। পেংগি লাংন থুবে হায়ব খঙ্ও। লাইদি লিসিং চাইবনে।

হৌজিক্ লাংদ থুবগি ব্রা হায়গে। অঙান্ববু মম্হল্লিবদি মাননে। তীন্দি লৈমবেল্নে। মমিংদি সি হিংহে কৌএ। লাংদি খোঙ্দি মোৎনে। মীৎ য়েৎতি থব্রায়নে। মমিংদি চিবোংব কৌএ। লাং সূবদি ব্রআতমানে। মমিংদি হা হা অং কৌএ। লাংফম্দি লৈবনে। কাল্পুকসন থাক্পনে হায়বদি জিব অমনে। দসানে ফংলগে হায়ন থাক্পনে। মমিংদি উহুম্ কৌএ।

লাংফম্ অয়েংপনে। হ ব খোঙ্, নোংসিৎ, মীৎকি মফম্ হায়গে। জিব আত্মান অমম্বগি মসক্ ওইন খৌনাউদ থাংলে। অঙান্বগি মসক্ ওইন চঙ্লে। মমিংদি স ব হি কৌএ। থুবম্লে। অদুগ সিগদবনে। অদুগ অমম্ব অঙান্বদি হে বে হিং কৌএ। অসিবু ঙাক্প ঙম্লবদি সোয়দন পুন্সিবে হায়ব খঙ্ও। মমিংদি ব্রোং ব্রোং নোং বি বি বি মি চোং কৌএ। অসি খৈবিক্পু য়াই হায়বগি য়াব কৌএ। খোঞ্জেল্ অসি ফাওববদি চহী ৩ লৈবগ সিগদবনে। সিগনি হায়ব খঙ্ও। হে মী ওইবসিংও তাঙ্ন খঙ্জৌও। লাইবিক্ অসিদি পঙ্ন পুখোক্কনো। ◪

---

১. *খোঙ্ঙাবেল্– মৈতৈগী অসি লম্লেন্গী ব্রাংউলোন্দ খোঙ্ঙাবেল্ অসি অসিবগী লৈপাক্ খুম্নংগী নিংথৌনি। তাইবং থব্রাব ওইবন তাইবং হক্চাং থাদোক্লগ খুম্নং লৈপাক্ তাম্ন চংখিদুন খুম্নং খোঙ্ঙাবেল্গী ফাংখোঙ্ পায়কই। খুম্নং লৈপাক্তি অসিবগী লাই খোঙ্ঙাবেল্ অসি চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্গী ময়াম্নি। খুম্নং খোঙ্ঙারেল্ন মনাওনিপা চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্বু মতৌম লৈম লৈনাউতাবীগ লোযনন সিদ নাদব মফম্ থিকনবগীদমক খুন্ থোবক্হন্খি। চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্দি মনিপুবগী অকোয়বদ লৈব চীংগী লম্দম্শিং কোযন চংলুবব মতুংদ খুন্দাব যাব শিবোই নাবোইদব মফম্ থিব ফংলক্লুবদ লম্দেংদ খুন্দাদুন লৈখি।*

# ১০. খোং কারন্

ইঁ লৈমবেল্ ইমাবু তাঙ্জ লুদ থোংন খোং কাবন্গি ৱাবু ইজবক্কে। চীংগ মান্গ অনীমবু লৈমবেল্গি খোংলীনে। অদু সবী ওইবে। চীং কৌবদি নুপীগি সেঙ্দোল্নে। মান্ কৌবদি নুপাগি নুনুনে। লৈমবেল্ন খোঙ্ সংব সংখিব লংলা য়েন্ন মাপল্ পাল্লে। লাক্য়েন্ অমদি খাখোংনে, মরোং খোংনে, লাইখোংনে। লাক্য়েন্ অমদি লেম্থোঙ্নে, তাইথোঙ্নে, খাংবরম্নে। লাক্য়েন্ অমদি থৌৱাল্মিচাক্ নিংথৌ সিদবগি সৌবা ওইবনে। মাপল্মক্ন নোংহম্সঙ্দ চঙ্খরে। নুমিৎক থাগ অনীমন পূন্সিন্খিএ। চাখাবদি থোক্লক্লে মোংবহন্বদ চঙ্খবে হয়িং খোংবান্দ[1] ফাওবক্লে। ৱাইসেন্দগি, নাবেংপূংদগি উত্ৰা পাংত ফাওকবে। উত্ৰা পাংতগি যূবা ক্বাক্তাদ ফাওববে। ক্বাক্তাদগি কোক্চাইদ ফাওরবে। কোক্চাইদগি লাইজিদ ফাওববে। লাইজিদগি লাইকোন্দ

---

১. *হয়িংখোংবান্— লাইনিংথৌ সনামহীগী লাইকোন্ লৈবিব মফম্গী অকোয়ব লম্। মফম্ অসিগী হেক্ মখা থংবদ হয়িং খোং হায়দুনা খোং অম শাংন লৈবম্মি। খোং অসিগী মপান্গী লম্নি হায়দুনা হয়িং খোংবান্ কৌনৈ। খোং অসি খৃঃ ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওব নিংথৌ ওইদুনা পান্খিব মৈদিংঙু তবুংবন কেগে মনিন্ নাইবশিংবু লুতুবসুনো হায়না অহিং নোংমাইদ তৌখিব খোংনি। অহিং অমদ তৌব খোংনি হায়দুনা অহিং খোং কৌখি। কেগে মোইবাংন লান্ লাক্পদ মোইরাংগী হয়িংবী হয়িংববু ফানখিব খোংনি হায়দুনা হয়িংখোংসু কৌখি।*

ফাওববে। লাইকোন্দগি লৈতাঙ্দ[১] ফাওরবে। লৈতাঙ্দগি লাইখোংদ ফাওববে। লাইখোংদগি লৈকোই পুংদ ফাওররে।

লৈমবেল্গ নুমিৎক থাগ মখোয় অহম্ কোয়নরম্লে। পুবোই লৈকোয়এ। মখৌ য়াংগেল্লে। অদুগিবু লৈকোয়পুং কৌএ। লৈকোয়পুংদগি তাক্মুদ ফাওববে। তাক্মুদগি থোংকুকোন্দ ফাওবে। থোংকুকোন্দগি কৈসুম্দ ফাওবে। কৈসুম্দগি সন্য়াংনুবি পোক্এ। সন্য়াংনুবিন খান চাউবদ চাক্তাএ। খান চাউবন ঐগি সন্নে হায়এ। থাংজিংনসু[২] ঐগি সন্নে হায়এ। লাই অনীন মুন্নবে। লৈমবেন্ন রা অসুম্ পীবে। থাংজিংগি সন্নে হায়এ। অদুগা সন্য়াংনুবিদি থাংজিং তান্ন চৎখবে। থাংজিংগি সংগোল্দ সুম্লে। সুম্লক্পন মেন্দেনুবি কৌবক্লে। মেন্দে মেনকা অনীমন থাবু লীক্ ওইন সিয়ে। সিরবগ কবুইদ সন্য়াংনুবিবু কৈ ওইন খল্লে। খান চাউবন পবৈ থোক্পিবে।

রাবম্ অসুম্ হায়গে। মবোংখোং কৌবদি তাউহুইবেংন লোংন তাউথবক্এ, তাউরোইনাই কৌএ। খাখোংদি লৈমবেল্গি মমীং ওয়দগি চোংথোক্খিএ। খাখোংদগি থোক্পদি নুমিৎ থোক্পনে। নুমিৎ চেপ্ন তাউথোক্লক্এ তাউদন্ব কৌএ। তাউবোইনাই কৌএ। লোংন তাউথবক্এ তাউহন্ব কৌএ। লাইখোংদি লৈমরেল্গি মমীৎ য়েৎতগি চোংথোবক্এ। থা থোক্এ। চেপ্ন তাউথোক্এ তাউবোইনাই কৌএ। লোংন তাউথোবক্এ তাউদন্ব কৌএ। লৈমবেল্ সিদবীন খোং অহুম্মক্ তিল্লবে। মবোংখোংদি ঈসিংনে, খাখোংদি মৈনে, লাইখোংদি তাউবিবেল্ন খঙ্ববম্বু লুরাই লুতোল্ চঙ্এ। পক্এ। লুখম্দ খঙ্ববম্ন চঙ্খিএ। অহুম্মক্ন খঙ্বরম্বু লৈনুংদ য়োম্ন পুখিএ। লাইবক্কি কোক্নিঙ্দ মহাক্ত তন্দুম্ন তৌবগুম্ ঙানন্ লৈএ। মমিংদি সংপথোম্ মোবোংথো কৌএ। হক্ লেন্ অ ম ব হ্ খ ফ পং মা তি খ কৌএ। মসেক্ অহুম্মন লৈপাক্কি সেক্নীং মথক্ত ফান লৈবে। লৌরেম্বম্ রানে।

---

১. *লৈতাঙ্ — রাজোইগী মনীংদ লৈব পাং অমনি। মৈতৈগী সনাই তরেৎকি মনুং চনব্ থাব - ঙানব সনাইগী অপোক্প খুকম্ব লাইখৌ পাঙ্থোক্পদ লৈতাঙ্ পাংতগী ঈশিং শীজিন্নে।*

২ *থাংজিং— মৈতৈগী খা-লোংচুং মায়কৈ ঙাক্প লাই অমনি।*

লেম্‌থোং কৌবদি ন্নজিং সিদববু কৌএ। তান্‌থোংদি নাতোন্ ওয়দগি থোক্‌এ। মমিংদি তা থং স খা তং স ন প তোক্ থ কৌএ। চ হ্ ফ ম সং, ম ম চ চৈ অ কৌএ। নাতী চ ফ কিম্, খ চ থ হ কৌএ। ময়েক্ অহম্মক্ অসিন তান্‌থোংসুং লেম্‌থোংসুং ফান লৈবে। লৈমবেল্‌গি মমিংদি কবিং স কৌএ। মার্জিংন ফাওবদি কৌব্রুদ ফাওএ। কৌব্রুদগি লাংজিংদ ফাওএ। লাংজিংদগি ওক্‌সঙ্‌দ ফাওএ। ওক্‌সঙ্‌দগি নুংগোইবীদ ফাওএ। নুংগোইবীদগি তবৈ ঈবেন্দ ফাওএ। তবৈ ঈবেন্দগি কোল্লোইলৈমদ ফাওএ। কোল্‌লোই-লৈমদগি চাউব্রিপুংদ ফাওএ। চাউব্রিপুংদগি মখা পাৎত ফাওএ। মখা পাৎতগি হয়িং খোংবান্দ ফাওএ। হয়িং খোংবান্দগি নম্বুন্দ ফাওএ। নম্বুন্দগি ব্রাইসেন্দ ফাওএ। ব্রাইসেন্দগি লুবাংলিদ ফাওএ। লুবাংলিদগি য়াংগোইদ ফাওএ। য়াংগোইদগি কোক্‌চাইদ ফাওএ। কোক্‌চাইদগি থাংজিংদ ফাওএ। থাংজিংদগি সেবিকোক্‌পান্দ ফাওএ। সেবিকোক্‌পান্দগি খাগোক্‌তাউদ ফাওএ। খাগোক্‌তাউদগি নুংজেং অহম্ ফাওএ। নুংজেংদগি কংলাগি চৎলম্‌দ ফাওএ। চৎলম্‌দগি ওক্‌সঙ্‌দ ফাওএ। ওক্‌সঙ্‌দগি তবৈ ঈবেন্দ ফাওএ। তবৈ ঈবেন্দগি খৈববনে। হায়ন খঙ্ও।

খাখোংন ফাওবদি নোংহুম্‌সঙ্‌দ ফাওএ। নোংহুম্‌সঙ্‌দগি কাংপোক্‌পীদ ফাওএ। কাংপোক্‌পীদগি য়াওবৈবীদ ফাওএ। য়াওবৈবীদগি তবৈ ঈবেন্দ ফাওএ। তবৈ ঈবেন্দগি কোংবদ ফাওএ। কোংবদগি ঈরিন্দ ফাওএ। ঈরিন্দগি লাংয়াম্‌দ ফাওএ। লাংযাম্‌দগি চীংঙাদ ফাওএ। চীংঙাদগি কক্‌ব্রাদ ফাওএ। কক্‌ব্রাদগি লিলোংদ ফাওএ। লিলোংদগি থৌবাল্‌দ ফাওএ। থৌবাল্‌দগি তেন্থাদ ফাওএ। তেন্থাদগি ঈকোপ্‌ত ফাওএ। ঈকোপ্‌তগি হৈয়েন্দ ফাওএ। হৈয়েন্দগি খাংপুম্‌খোংদ ফাওএ। খাংপুম্‌খোংদগি খুমন্‌গি লৈকোয়পুংদ ফাওএ। খুমন্ লৈকোয়পুংদগি উচিব্রাদ ফাওএ। উচিব্রাদগি ঈরোংদ ফাওএ। ঈরোংদগি হংগুন্দ ফাওএ। হংগুন্দগি লাইকোন্দ ফাওএ। লাইকোন্দগি সেক্‌মাইদ ফাওএ। সেক্‌মাইদগি থম্‌লান্দ ফাওএ। থম্‌লান্দগি ফুম্‌লৌদ ফাওএ। ফুম্‌লৌদগি খুগাদ ফাওএ। খুগাদগি লৈমতাক্‌ত ফাওএ। লৈমতাক্‌তগি চীংনুংহুৎত ফাওএ। চীংনুংহুৎতগি মোংবহন্‌বদ ফাওএ। মোংবহন্‌বদগি ইমুং ইহন্দ ফাওএ। ইমুং ইহন্দ খৈববনে।

লৈখোম্সঙ্দগি লৈখোম্ন ঈন্থোক্লক্এ। লৈসাং হিদেন্দ ফাওএ। লৈসাং হিদেন্দগি কেবিখোংদ ফাওএ। কেবিখোংদগি খৌবাল্দোংদ ফাওএ। খৌবাল্দোংদগি উনুংদ ফাওএ। উনুংদগি তাক্য়েন্দ ফাওএ। তাক্য়েন্দগি উরিখোংদ ফাওএ। উরিখোংদগি কোম্বাদ ফাওএ। কোম্বাদগি তাংখম্দ ফাওএ। তাংখম্দগি ঙৌচোখোংদ ফাওএ। ঙৌচোখোংদগি পৌরাবীদ ফাওএ। পৌরাবীদগি লৈমচীংদ ফাওএ। লৈমচীংদগি কোক্রুপান্দ ফাওএ। কেক্রুপান্দগি লংমাইজিংদ ফাওএ। লংমাইজিংদগি লৈখোম্সঙ্দ ফাওএ খঙ্ও।

লৈমরেল্ সিদবিদ অবতন ইমা লৈমরেল্ও ! নহাক্তুম্ লাংয়েন্ সিদবিদি নঙ্ঙোন্দদুম্ লৈ। লৈম্রেল্ন মহাক্ মথন য়েংববু লাংয়েন্ মাপল্মবু উবে। অতিংকোক্ন লৈমরেন্গ লৌবাই লেম্ফুদ চঙ্ল্লে। তীন্ ওইন কূল্লে। লৈমরেল্ন সাচিং সিদবদ লাংয়েন্ মাপল্ন লৈবে। লাংয়েন্ ১ ন সনচীংবু য়োম্ন লৈবে। লাংয়েন্ ১ ন খোং অহুম্মক্ ওইন লাল্লে। লাংয়েন্ ১ দি ১ ন নুমিৎনে। ১ ন থানে। অতিয়া সিদবন তোক্প ওইবে। কোঞ্জিন্ তিংথোক্পন থোঙ্ঙাবেল্ ওইবে। অসীবদি য়েন্ কিবগি ঈসাইফুদ ফক্লাং মখোঙ্দ য়েন্বী খুরোন্বী ওইন লৈবে। নুংমু সিদবদ য়াহীপ্পনে। নুংমু সিদবগি মমিংদি নতী ফিতিং সক্ তীন্ কৌএ। না তি খ ব তি স ম হা ন হা কৌএ। কাখনতি হ ব স ময়েক্ অহুম্ন নুংমু সিদববু য়োম্ন লৈএ খঙ্ও। হে মীওইব লুন থম্ও। খোং কাবন্ কৌব লাইবিক্নে। ◪

# ১১. চক্প খুম্থোক্

ইঁ হে তাইবংপান্বু মপু ! অমম্ অঙান্ব খায়বিব, অঙান্ববু মম্হন্ব, অমম্ববু ঙাল্হন্ব, অসি হয়েং খায়ব, তাইবং সেম্ব মালেম্ হৌব হে কুক নঙবু পুনেম্ন হায়জবক্কে। ইপাবীবু হায়গে, ইপুবীবু হায়গে, খম্লাংব ব্বা পাথাঙ্কোক্ন হায়ব ইবেং পুব্রাবিবু হায়গে। ঈবিবু হায়গে খম্লাংলিবু হায়গে ঈবিংলীবু হাযগে। অসি মতুংদ ইপা ইমা কুক লাইবু খকম্ন হায়জবক্কে। অসি মতুংদ হয়িচক্, খুনুংচক্, লাংবচক্কি ব্বাবৃ হায়গে

কুকন লৈপাক্ সেম্গে হায়ন লাইজ তবং ঈপাক্থক্ত পায়ম মনিংসান সনা তাঙবল্ ওইন ফম্ফম্লে। লৈনীংসিংবু নীংখল্লে। য়েৎলম্দগি অসীব সেম্লে। ওয়বম্দগি কোন্জিন্ তিংথোক্প তাথোক্লে। মচা অনীমন কুকন্দ হায়দন লৈপাক্ সেম্লে। ইংখোল্ ফৈদোম্ য়াৎলে। পুনুং হব্রাই থাবে। অংগো পাল্লে। কুকগ লৈমবেল্গ অনীমন মী সেম্সে হায়দন অহন্বন মসক্ অম সেম্লে। অসিদি থাগি কুম্খায়নসে হায়দন লৈকু লৈবাযদ ময়ীম্ ওইখিবে। অসি মতুংদ অম সেম্লে। অসিসুঙ্ ফৎতে উচেক্কি সাগৈগি পিবা ওইকবো, মমিং মকু কৌবো। অহিং চাক্তা নুংথিল্ য়াহীপ্লো।

অসি মতুংদ অম সেম্লে, খবা মাল্লে। মমিংদি মাল্তোম্ কৌএ। অসিদি অসোঙবদ লম্লক্সাংদ লোৎলো, মমিং য়োং কৌবো। মতুংদ লৈমবেল্গ কুরুগন অহম্লক্ সেম্ববু মান্দবে। ইমি উদন মী সেম্ব ঙম্লবোইএ। ইচা হান্ন সেম্ব তাঙন নমিং নুমিৎ কৌবো। অতিংঙাদ

পাইখৎখবো হায়ন নুমিৎ থোক্লে। অতোন্ব নঙ্দি অহিং ওইবো। নমিং থা কৌবো হায়ন অহিং নোংথিল্ খায়বে। নুমিৎ থোক্লবদ লাইবেন্ম নামুংবীও ঐগি ইসক্ য়েংন সেম্লো। হে কুক সেম্লে হায়দন কুক্বু খুকম্লে।

কুকগি মসক্ য়েংন সেম্লে হায়বগি মমিং মী কৌএ। অদু মতুংদ অম সেম্লে। অদুবু ময়ায পূংলে হায়বগি মমিং পোং কৌএ। মচা অনীম অহিং হায়ব নোংথিল্ হায়ব মান মান ইনাও নঙ্ অনী সেম্ও, ঐ অনী সেম্গে হায়ন অনী সেম্লে। অসেম্ব মবিমদি অতিংঙাদগি থাদবক্লে। কুকগি মমাঙ্দ লৈবিব অদুবু কুকন মমিং থোন্বিবে। মবোম্লা কৌবিবে। নুপীগি মসক্ অনীম তূন ওইবি কৌবে। মলান পান্নৈএ। মান ওইবি কৌএ। মলা পান্নৈএ। অনীমন চক্সূগ চক্মাগ অনীমগ পোক্এ। অম চক্সূ কৌএ চক্সূন লাইবৈম পান্নদুন চক্সূ লাইতোংব পোক্এ। অতৈদি সোইনাইদে। লাই ওইখিবে।

লাইতোংবন লাইবৈম পান্নদুন চেংলৈপূংদ লৈবে। অদুগ হাথবদি উমালেক্ কৌব অম হাথবে। অপোক্ লম্বীদি লৈবাক্ত পাল্লম্এ। কুক লাইগি চহী চাম সুবদ অপোক্ লম্বী ফৎতবে হায়দন লফূ থবোদ সিন্নবে। মথংদ নাকন্দ পাল্লে। অসাই হায়খিব উমালেক্ন লাইবৈম পান্নদুন চক্প খাইবুং পোক্এ। খাইবুংন লাইবৈম পান্নদুন মীপূং কৌব অম পোক্এ। মীপূং কৌবন লাইবৈম পান্নদুন হায়বদি সুমা লৈমাব পোক্এ। সুমা লৈমাবন লাইবৈম পান্নদুন লৈখুতাব পোক্এ অসি মতুংদ কুকন লাইগি চহী চাম সুবদ অপোক্ লম্বী অসি ফৎতবে হায়দন নাকন্দ অমবক্ পাল্এ। লৈখু তাবন লাইবৈম পান্নদুন চক্প লৈকু খুন্দাব পোক্এ। লৈকু খুন্দাবন নোংলৈম পান্নদুন চক্কু লাইকংব পোক্এ। মান লাইবৈম পান্নদুন চক্প লাইকন্ পোক্এ। অসি মতুংদ কুকন য়েংববু অপোক্ লম্বী অসি ফৎতবে হায়দন ফিন সেৎপগি মনুংদ অপোক্ লম্বী সেম্লে।

অসাইগি মফম্ অদুদি চুগি চাক্ত সিন্নবম্এ। অসি মতুংদ পান্বদি চাক্সুঙ্ চদুম্ পাল্লে। সাবেল্ সাসুং সায়ান্দ পাল্লে। লেম্লৈ ঙাসু ঙায়ান্দ পাল্লে। খাংলৈ অয়াক্প হাওদৈ অথুম্ব য়ুসুং লাংবল্ ঈঙা খোংম তৈন চেল্লম্এ। লাংবল্ উয়ুং সীংজঙ্ পোৎসুঙ্, তবা লৌচেন্ পোৎসুঙ্ হোইবগ কাওবেল্ সন্কু হোইগুম্ মথন চৎলম্এ। ফিসুং তলা উপাল্বীদ ওঙ্লম্এ।

উন্ তকক্ রাই তকক্ অনীমন লাল্লূপ্ পুবদি মীগ সাগ লাইগ উচেক্ক মবী থোক্ন কাবম্এ। লাইবু মীন থৌদাব হক্মল্লবগি লাইন খাঙ্ব ঙম্দবে হায়ন লাইসিংন লাইয়াম্ খুন্দিল্লে। লাইন মীবু উদব, য়াইস নম্দন মীন লাইবু উদবে।

অসি মতুংদ, অসিদগি চক্পন খুন্দাবদি চক্প লাইকন্বন অঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুন চক্প পোক্এ। চক্পন অঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুন চক্প তাংব পোক্এ। চক্প তাংবন অঙাং নিংথৌ চনু পান্নদুন চক্প কাসি পোক্এ। চক্প কাসিন সন্বীলৈম পান্নদুন হাওলি পোক্এ। হাওলিন অঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুন হাউবা পোক্এ। হাওবান সল্লৈম পান্নদুন চক্প সরাং পোক্এ। সরাংন লংমাই নিংথৌ চনু পান্নদুন নোংলোন্ পোক্এ। চক্প নোংলোল্ন অঙাং নিংথৌ চনু পান্নদুন নোংফুলৈম তান্নুলৈম পান্নদুন মেনোং পোক্এ। মেনোংন সল্লৈম পান্নদুন হামেঙ্মীৎ পোক্এ। হামেঙ্মীৎন অঙাং নিংথৌ চনু পান্নদুন মেল্লাংমীৎ পোক্এ। অসিন পাল্লমঙৈগি মযীম্ মফম্দি মোংবয়োই সাকাইদ তাবম্এ।

হৌজিক্তি ফূসাব চক্প হায়গে। সরাংন লাইবৈম পান্নদুন অংব পোক্এ। অংবন অঙাং নিংথৌ চনু পান্নদুন সেবিং পোক্এ। সেবিংন লাইবৈম পান্নদুন রাংবল্ পোক্এ। রাংবল্ন সল্লৈম পান্নদুন লোল্লাং পোক্এ। লোল্লাংন লাইবৈম পান্নদুন ওয়নাম্ পোক্এ। ওয়নাম্ন অঙাং নিংথৌ চনু পান্নদুন নোংফূ পোক্এ। অসিদি নোংফূ ফূসাব চক্পনে। মখোয় অসিন খুন্দাবম্ব য়ূম্ফম্দি লংমাইজিংদ খুন্দাবম্এ। চক্প লংমাই কৌএ। অসিদগি খাইবিব চক্পদি সরাংনে, অংবনে ২ মদি খুনুংময়ূম্নে। অন্দ্রোদ লৈখি হায়বদগি অন্দ্রো কৌখিএ।

সেবিংন সেবাংগ অনীমদি অঙোম্ ইন্খিএ। রাংবল্নে, লোল্লাংনে, ওইনাম্নে, নোংফূনে অহুম্মন খাইবক্তুন থোংখোঙ্দ লৈবম্এ। অদুগি সেক্মাই ওইখিএ। অদুদগি য়ীম্থিংদ তাখিএ। খব অতৈদি চক্প য়ীম্থিং কৌএ। ফূ হান্ন সাবদি লৈসাওন্বম্নে। চক্প অবিবনে। অসি মতুংদ সল্লাই খাইব চক্পদি। মেলাংবন নিংথৌজাদ চঙ্খবে। কোলাংন অঙোম্দ চঙ্খিএ। সেলিংন চেংলৈ ওন্খিএ। সেরাংন লুরাংদ চঙ্খরে। য়ারান খুমন্দ চঙ্খবে। কোন্খাংন মোইবাংদ চঙ্খবে। অসুম্ন সল্লাই তাখিএ। চঙ্খিএ। সোইপ চঙ্খিব খেল্চিক্ন থাঙ্গ কম্বোং ওইখিএ। মেমোল্ন চাইবেল্ ওইখিএ।

খোঙ্গন উরোক্ উসাই ওইখিএ। অসি মতুংদ য়ুম্‌দাখিব খোইবম্নে, সম্বান্দবাম্নে অসিন য়ীম্‌দাখিব সন্লাই খায়খিবনে।

নিংথৌ ওইবদি মোবিয়া ফম্বাল্চান নিংথৌ ওইএ। পাখং য়োইবেন্‌বনে। পেন্‌দি সন্বীলৈম লৈতঙ্ নিংথৌ চনুন মাবিয়া ফম্বাল্চা পোক্এ। অঙাং নিংথৌ চনুন ওইখাঙ্। মঙাং নিংথৌ চনুন ঙাংজাউ। খাববোল্ন পুমিংনব। ব্রাকোং নিংথৌব চনুন কামু। খাববোল্ন পুমিংনব কাংব। লংমাই নিংথৌ চনুন খোইব চিনায়। চক্পন পান্‌ব মতম্ অসিদ নিংথৌ ওইবদি অসিনে। খঙ্ও।

অসি মতুংদ নিংথৌবোল্ অমদি লৈম উকম্ থৌচোন্বীন নিংথৌ কক্সূ তোলোংব, ব্রান্গ, কক্সুব তোন্‌কোন্‌ব, কাংব নূংসল্ তান্‌ব, পীতীংকোই লাম্‌বিচা ৮ ম অসিন পাল্লম্এ। অদুগ হায়ব্রিব নিংথৌ অসিগি থাবান পাল্লম্এ। ময়ূম্‌দি হয়িচক্, হযাচক্, খুনুংচক্, লাংবচক্ হাক্তক্ অসিদ পাল্লম্এ। অদু মতুংদ মালেম্ মূৎপ মৈচাক্ অহুম্ লোইখবে। খগু প্রলয় ১, নীত্য প্রলয ১, নৃ প্রলয় ১, প্রলয় ৩ তৌবে।

হৌজিক্তি চক্পন যীম্‌দাব, যীম্চঙ্ব হাযগে। মোংবয়োই সাকাইদগি অমুক্ খুন্দাবদি হাযেংমীৎনে, মেল্লাংমীৎনে অসিন কোম্লৌজম্ যীম্‌ফম্দ খুন্দাবে। মেল্লাংমীৎন চোংলৈ চনু পান্নদুন সাজি পোক্এ। সাজিন সূকোইলেম্বী পান্নদুন কুলাক্প পোক্এ। কুলাক্পন অঙোম্ চনু পান্নদুন লাইচেংব পোক্এ। লাইচেংবন অঙোম্ চনু পান্নদুন লাইতান্‌ব পোক্এ। লাইতান্‌বন অঙৌব চনু পান্নদুন হাউব লাংজিংদ খুন্দাবে। কাসিযাঙ্বন অঙৌব চনু পান্নদুন তৌবিবগ সালিবগ কাকৌবজাক্ক ৩ ম পোক্এ। তৌবিবন চেংলৈ চনু পান্নদুন সালিবন অঙৌব চনু পান্নদুন ফযেঙ্ নোংফাইচীংদ খুন্দাবে। কাকৌবজাক্ন অঙৌব চনু পান্নদুন কৌব্রুক্ত খুন্দাবে।

অসি মতুংদ তৌবিবন চেংলৈ চনু পান্নদুন সঙাইথেন্দ খুন্দাবে। মচা লাইকৃ পোক্এ। লাইকুন ফুবা চনু পান্নদুন চক্প তেল্‌হৈব কৌব ১ পোক্এ। তেল্‌হৈবদি মৈতৈ নিংথৌন মসক্ খঙ্দুন লৈম সূকোইলেম্বী পীবে। মচা লৈমু পোক্এ। লৈমুন অঙৌব চনু পান্নদুন লৈমচক্ পোক্এ। লৈমচক্ন চেংলৈপাম্ব চনু পান্নদুন হামেঙ্চক্ পোক্এ। হামেঙ্চক্ন অঙৌব চনু পান্নদুন চক্সি তলোংব পোক্এ। চক্সি তলোংবন সঙাইথেন্দগি সজিলোক্ত খুন্দাবে।

হাওরৈম পান্নদুন চিমালাংব পোক্এ। চিমালাংবন অঙৌব চনু পান্নদুন লৈসাপাম্ব পোক্এ। লৈসাপাম্বন অঙৌব চনু পান্নদুন তাংমবিংব পোক্এ। তাংমরিংবন অঙৌব চনু পান্নদুন হৌখম্ব পোক্এ। হৌখম্বন লুবাং চনু পান্নদুন নাবোংব পোক্এ।

নাবোংবন কবো চনু পান্নদুন মোবি লাইকম্ব পোক্এ। হৌবৈম পান্নদুন চক্প ঙাঙ্জেংব পোক্এ। চক্প ঙাঙ্জেংবন চেংলৈ চনু পান্নদুন তাংমরিংব পোক্এ। তাংমবিংবন অঙোম্ চনু পান্নদুন সজিলোক্তগি লৈমবাংদ খুন্দাবে। মচা খেল্সাব পোক্এ। খেল্সাবন খুমন্ চনু থমোইলেম্বী পান্নদুন সাজিব পোক্এ। সাজিবন অঙোম্ চনু পান্নদুন লৈখম্ব পোক্এ। লৈখম্বন খুমন্ চনু পান্নদুন সিখাক্ পোক্এ। সিখাক্ন খুমন্ চনু পান্নদুন খাব পোক্এ। খাবন খুমন্ চনু পান্নদুন লৈপাম্বগ হৌখম্বগ অনীম পোক্এ। হৌখম্বদি লাই ওইখিবে। লৈপাম্বন অঙোম্ চনু পান্নদুন তালিক্প পোক্এ। তালিক্পন খুমন্ চনু পান্নদুন লৈসোক্ঙম্ব পোক্এ। লৈসোক্ঙম্বন খুমন্ চনু পান্নদুন লৌকুব পোক্এ। লৌকুবন চেংলৈপান্ব চনু পান্নদুন সৌক্রিব পোক্এ। সৌক্রিবন খুমন্ চনু পান্নদুন দানালোক্প পোক্এ। দানালোক্পন খুমন্ চনু পান্নদুন অসি মতুংদ চক্পগি সল্লাই য়ীম্জঙবদি অসিনে খঙ্ও।

অসাই হায়খিব মোংবয়োই সাকাইদগি কোন্থৌজম্ য়ীম্ফম্দ লৈব চক্প অসিদ চঙ্খিব ব্রাবু হাযগে। লোক্প, তাংব অনীম চঙ্খিএ। অদিমাতা, হেনে, হোনে মখোয় অহুম্ম চঙ্খিএ। অসিদি মাগি সল্লাইন পুখিব নিংথৌজা অসেংবনে। পাখংবগি সাগৈনে হায়ন খঙ্ও। চক্প সল্লাই অসিগি মনুংদ চক্লাইপু য়াওবি। মখোয় অসি মসিল্ থৌ পুহৈদে। মখোয়ন ব্রারবদি লৈপাক্ অব্রাব ওইব ব্রাবী অসি মৈতৈ মায়চৌদন খঙ্গনি। ◪

# ১২. লাই খুন্দারোল্

ॐ খোইয়ুম্ লাইযিংথৌ অসূপ্পবু খুকম্নে ইজবক্কে তাথীবিগুনো। খ্বাই উবিপোক্ মচিন্দ লাইখুবেম্বী। খোইস্নাম্ লৈকাইদ নোংমাই পেতঙা, মচা থবাতোন্, লাইনিংথৌ হোঙ্নেম্যোই খুঞ্জাউ, নাওথিংখোং মচা নিংথৌহন্বে, নিংথৌখুব। খাইদেম্ লৈকাইদ যুবেম্বম্ লাইবেম্বী। মোইবাংথোং ইবোইসেম্বদ চীংবাল্লৈম। লম্দেংদ লম্দেংলৈম। লাঙ্গোন্দ থোঙ্ঙাক্ লাইবেম্ম[১], মুব্বাং নিংথৌ। পোলেম্ লৈকাইদ খম্লাংব। সোববোন্ থিঙেন্ লাইস্রম্ লৈকাইদ কাথোং সুব। সিনাম্ লৈকাইদ অমুদোন্ খম্লাংব। ললাম্বুংদ অবাইলৈম. মখেংলাক্প। কাংদবীদ ঈবোংলৈম। নাগ মপান্দ লাইনিংথৌ ঈসিংচাইব[২]।

---

১. *থোঙ্ঙাক্ লাইবেম্ম– থোঙ্ঙাক্ লাইবেম্ম অসি খম্মুং সিদনুবী নংত্রগ খম্মুং কিকোই লৌওনবী হাযবগসু খঙনৈ। লাঙ্গোল্ লাইবেম্বী হাযনসু খঙনৈ। মবম্দি লাইবেম্বী অসিগী খুডম্ অসি লাঙ্গোল্ চীংদ লৈ। লাইবেম্বী অসি নোংদা লাইবেল্ পাখংবগী মচনুপী সিবা কোংতিংনু ফানুন ওইখিবনি। থোঙ্ঙাক্ লাইবেম্বী ওইববদ মহাক্কি মমিং কাংঙোইনু কৌই। মহাক্কী খুডম্ অসি লাঙ্গোল্ চীংগী খ্বাইদগী খ্বাংব চীংদোন্দগী মৈবম্ পাংলপ্র হাইথবক্লিব চীংসা নাপোম্গী হেক্ চীংখোঙ্মক্তদ থোঙ্ঙাক্ লৈম অসিগী খুডম্ লৈ। মবম্ অসিন হাযবিব চীংসা নাপোম্ অসিগী মমিং সিবা কোংতিংনু চীং কৌই। নিংথৌন পাল্লিঙেদ নিংথৌ থোঙ্ঙাক্ লাইবেম্বীগী খুডম্ চঙ্ঙহৈদে হাযদুন চঙনবম্দে।*

২. *ঈসিং চাইব– লাইযিংথৌ ঈসিং চাইবসি খৃঃ ১৫২০ দগী ১৫৪২ ফাওব নিংথৌ ওইখিব মৈদিংঙু কবোম্বন মৈতৈলৈম থিংবাফাবী পাম্নবগ পোক্খিবনি। লাই ওইখিদুন পাউনম্দ যুম্দাখি। হৌজিক্ হৌজিক্মক্সু খ্বাই নাগমপান্দ খুডম্ য়াদুন পাউনম্নে লাইপু ওইবি। লাইযিংথৌ ঈসিং চাইব অসি লাইযিংথৌ সনামহীগী লাংওল্লি।*

খোয়াথোং হিজম্ লৈকাইদ মোইবাং পোক্প। লাইজি উমংদ লাইজি নিংথৌ। থাঙ্মৈবন্দ মাবহন্ব, চৈখেৎপী, লাইনিংথৌ চখাব। লুবাংসঙ্বম্দ লিক্লা-লৈম পুকম্নিংথৌ, লুবাংপোক্প। খোবিখুন্দ ইচুম্ লাইরেম্বী। সেংমাইদ কৌবু, কৌজেংলৈম। কংলাতোংবীদ লোয়ালাক্প।

খুবায় লম্দ লাইবিক্য়েংবম্ লৈকাই, কাইবংদ মার্জিং। তুবেল্ অচৌব বাংম মিনুথোংদ মিনুলৈম। থাংজম্ লৈকাইদ লাই অবাংব। লম্লোঙ্দ মবুধিব, পুথিব। তাইমজম্ লৈকাইদ লাইখুবেম্বী। খুন্দ্রাক্পম্দ মার্জিং পাঙ্গন্ব। লম্ফেল্সোয়দ পাঙ্গন্ব। সগোল্মাঙ্ তাংখম্দ লাই কালিমাই। লম্লোঙ্ কৈথেল্ মমাঙ্দ লাইনিংথৌহন্ব। কোংব তুবেল্ মমাঙ্দ নিংথৌ পোক্প। অবাং কোংপান্দ যাঙ্গোই নিংথৌ। কোংব তুবেল্ মমাঙ্ বাংমদ লৈথোং নিংথৌ। তোপ্ ঈবিল্ মপাল্দ লৈথোং নিংথৌ। কৈবি লৈসাংখোংদ ঈবৈম। কৈবি চালুদ পাঙ্খোইব পাঙ্খোইবী। কোংব তুবেন্ন কোন্ব হৈনৌবোন্ খাইদেম্ লৈকাইদ পুবি পুবাব। চীংগাংবম্ লৈকাইদ নোংমাইলৈম। খুবায় থৌদা হৈবোং মখোঙ্ তুবেল্ অচৌব মপাল্দ লুবাংব। ঈবিল্বুংদ লুবাংব। পুংদোংবম্ সেক্রাদ লুবাংব। চালৌদ লুবাংব। মমাঙ্ কমেংদ লুবাংব।

বাংখৈ লৈকাই পন্থক্ত মবুথৌ পাখংবন য়ুম্দাবদি, অসাংবম্দ পাখংব। ওক্ত্রন্ব পঙ্খোঙ্ মখাদ মপাপুং। বাংখৈ কৈতুবদ সৌদোংপুং ঙাফৌফম্ কোংবদ মপাপুং। হিকুথোঙ্ উচেক্কোন্দ পাঙ্খোইবী। মীবেপ্পুং হিল্লেল্থোঙ্ ঈবীন্ বাংমদ কৈবাউ চীংলাইবক্ত কৈবাউলাক্প। ঙাবিয়ান্ চীংজেংদি সগোল্ দুলাই য়াদে। নিংথৌনাইদ নোংপোক্নিংথৌ, ঈনামুং। কৈবোম্খোং ঈবাংমদ লাই নোংপোক্। কেক্রুদ লাই নোংপোক্ পাঙ্খোইবী। খোইরোম্দ লাই নোংপোক্। কাইবম্খোং সগোল্ দুলাই কুম্ও। লাইচীংসু সগোল্ দুলাই কুম্ও। নামুলচীংসুঙ্ সগোল্ দুলাই য়াদে। তাপঙ্দি খুমনপুং। চন্দ্রখোংদ য়েন্খুলাক্প সগোল্ কুম্ও। লেংখৃচীংসুঙ্ সগোল্ দুলাই কুম্ও। নিংঙেল্দ থুম্লৈম, লুবাংপোক্প। কক্ময়ায়দ ফৌওইবীচীং চীংখোঙ্দ থুম্লৈম। উখোঙ্সাংদ নোংপোক্। নুংগায়চীং চীংদ সগোল্ দুলাই কুম্ও। চবাংপাংত অবোং নিংথৌ।

য়াইস্কুল্দ উফোংপাং য়াইচম্পাং তোল্লোংদ মবুথৌ সনামহী। হয়িং খোংবান্দ পাঙ্খোইবী, সবাবেল্। লোক্লাউবুং য়ুম্নাম্ লৈকাইদ য়ুম্জাউ লৈম।

সীংজমৈদ লাইরেন্ম লম্মাবী অনীম[১]। ওইনাম্ থিংঙেন্দ ঈরৈম। কিয়ামগেদ খাগেন্ম, মুংয়াম্ম অনীম সগোল্ দুলাই কুম্ও। লিলোং উসোইপোক্পীদ পুরৈরোম্ম। কাই থাকম্ ৱায়থৌদ তাংজেং পাখংব। হাওখ ঈ খোংবান্দ সরাবেল্[২]। থৌবাল্ তোম্চীংদ লাই নোংপোক্ সগোল্ দুলাই কুম্ও। অথোক্পম্দ অরোং নিংথৌ। লম্দিংদ ঈকোপ্ নিংথৌ অনীমক্ অসি সগোল্ দুলাই কুম্ও। খোংজোম্ তুবেল্ খুনুতা চীংজিন্ ঈবেংবন্ ঈকম্ নিংথৌ সগোল্ দুলাই কুম্ও।

পলেন্দ সেক্মাই নিংথৌ। কক্চীংদ কোংকোই, খম্লাংব সগোল্ দুলাই কুম্ও। ৱাবগাইদ পাখংব। হিয়াংলম্দ পাংগল্ব। সেক্মাইজিন্দ সেক্মাই লাক্প। হংগুন্দ কালিকা। হৈয়েন্দ নোংসাব, ঈকোপ্ নিংথৌ, ৱাংববেল্ অহুন্ম সগোল্ দুলাই কুম্ও। ময়াং ইম্ফাল্দ ৱাংববেল্, ঈবোংলৈম।

---

১. *লম্মাবী অনী– লাইরেম্বী অসি সবাংথেম্ অমসুং লৈশাংথেম্ শাগে অনীন কুডম্ য়াদুন লাংলিব য়াওবৈব চনুন ওইখিব লাইবেম্বীনি। য়াওবৈব চনু অসি লুৱাং সলাইগী মৈয়েংবম্ যুম্নাক্তি চনুনি। খৃঃ ৪০০ দগী ৪২৮ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্থিব মৈদিংঙু নাউখম্বন লৌবগ মৈদিংঙু নাউফংবনু পোক্খিবী মৈতেলৈমনি। মৈতেলৈম যাওবৈব চনুবু লাইবেম্বী ওইন লাংনখিবগী মকওইব ৱাবীদি- মৈদিংঙু নাউখম্বন মৈতেলৈম য়াওবৈব চনুবু চেংলৈ নিংথৌ থাঙুখি খোঙজ্রোম্বগী মফম্দগী মুম্লগ লৌখিব মতম্দ পুক্নুংদ থা ৫ গী অঙাং অম নাউপুবকখি। মতম্ খব লৈবগ চেংলৈ নিংথৌ থাঙুখি খোঙজ্রোম্বগী ঈ নাউফোং অহন্ব পোক্লব মতুং মৈদিংঙু নাউখম্বগী সনা ঈ নাউফংব পোক্খি। মৈদিংঙু নাউখম্বন মনুং মতম্ চাদন নোঙ্গাত্তবদ মৈদিংঙু নাউফংবগ ময়াম্ব নাউফোং অহন্বগ অনীন মৈতে নিংথৌগী ফম্বাল্ মুম্নখি। মমা ইবেম্ম মৈতেলৈম য়াওবৈব চনুন মচা অহল্ নাউফোং অহন্বদ নহাক্তি চেংলৈগী ঈনি, মৈতে নিংথৌগী ফম্বাল্ ফম্ফবোই হায়ন নুপী ওইবীন শিত্রিবফাওব চেংন লুন ফোঙদোক্তন থম্ত্রগদব ৱাফম্ অমবু মৈতে নিংথৌগী ফম্বাল্ কন্নবগীদমক্ মৈতেলৈম য়াওবৈব চনুন লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙদ হায়দোক্খিবগীদমক্ লাইগী থাক্ত পুখংত্নন সবাংথেম্ অমদি লৈসাংথেম্ সাগেন লাইরেম্বী ওইন লাংখি। ঙসিফাওব সবাংথেম্ অমসুং লৈসাংথেম্ অনীন লাংলিব লাইবেম্বী অনীসিবু লম্মাবী অনী হায়ন খঙনৈ।*

২. *সরারেল্– কোবৌ নোংমদোন্থক্ত পান্ব লাইগী নিংথৌনি। লাইম্নিংথৌ খোয়রীফাবগী মপানি। চীংঙু নোংথৌ সবারেল্বু তেংথাবদ খোইমোম্ লাইম্নিংথৌ চীংঙু নোংথৌ সবাবেল্, অৱাং পাখং য়োইবেন্ব, থংব নোংনিংথৌ, থংব য়োইথংলেন্, সীংপাক্ লোংন থাব, সীংদুম্ নীংগৈ য়েক্প, মুক্মৈ খোবী ইব, তাইবং নমু পোংবু অচঙ অসি তম্ব হায়ন তেংথানৈ।*

নীংথিবখোংদ তাউবীচীং, দুলাইথাবী। খেক্মন্দ থৌবাল্ নিংথৌ রাংববেল্ সগোল্ দুলাই কূম্ও। মোইজিংদ নোংপোক্। রাংগোইদ খাগেম্ব। ঈরাউখু সগোল্ দুলাই কূম্ও। লাংথবাল্দ তাইবী থোঙ্লেন্ লাক্প। নাউবেম্দ যূম্জাউ লাইবেম্ম। লম্দাইবূংদ ফৌওইবী। কক্রালৈম, চীংঙালৈম লীরা লম্বী চংহৈদে। মোংসাংগৈদ মবুথৌ সনা সগোল্ দুলাই কূম্ও। মখিদ হুইদোম্ পোক্পী।

খ্বাইবম্বন্দ রাহেংবম্ যূম্জাউ লাইবেম্ম। কৈসাম্পাংত কৈসাম্ লাইবেম্ম। লম্বুন্ পূংজাউ পিসুম্দ হুইদোম্ যূম্জাউ লাইবেম্ম। ওইনাম্ লৈকাইদ ঈবৈম, কৈবিখোং সগোল্ দুলাই কূম্ও। সমুবৌদ সমুবৌলাক্প। চজিংদ চজিংলাক্প। চাপ্রৌদ পাম্থোইবী। সওম্পন্দ ঈবৈম, খান চাউব, উমুখোংদি তুহৈ তাহৈদে, লেপ্হৈদে। মাক্তিং থোং পোবোম্ পূং, তাংবিপাং, নোংলোং লৈসংদ লাল্লু য়ান্ফম্ হিকাবম্ পাখংব। পোবোম্ পূংদগি কৈথেল্ য়ৌবদি সগোল্ দুলাই কূম্ও। তুবেল্ রাংমদ হাওনু খুজিন্‌-লুংওন্বী লৈমবেল্ কুকগি খুফম্নে। লাইফ্রাক্পম্দ যাওবৈ সুকং। উবোক্খোক্ত নোংপোক্ পাম্থোইবী। য়ূম্নাম্ খুল্লক্ত সঙ্লোক্রি। রাংগোই খুল্লক্ত খান চাউব, মবুথৌ সনা[1]।

লম্বুন্দগি সেগা লম্বেল্দ কৈসাম্ লাইবেম্ম। হৈনৌ খোঙ্নেম্বীদ নোংসাব, সবাবেন্। চঙান্গৈদ খুমোম্ব। লুরাংঈ খাবম্মান্দ মবুথৌ পাখংব। মালোম্দ খুঞ্জাউব। নিংঙোম্বম্দ সঙ্সঙ্ নিংথৌ। কোদোম্পোক্পীদ সবাবেল্, পুংবম্

১ *মবুথৌ সনা— লাইয়িংথৌ সনামহী। রাংগোইদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী খুভম্ লৈ। রাংগোইদ খুভম্ য়াদুন লৈবিব লাইয়িংথৌ সনামহী অসি খৃ ১৫৭৯ দগী ১৬৫২ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্খিব লাইযিংথৌ খাগেম্বগী মচা সনা রাপিহল্ন ওইখিব লাইনি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বন লাইয়িংথৌ সনামহীবু কবি কবম্ব শক্ফম্ ওইবিগদগে হায়ন নীংজববু লাইয়িংথৌ সনামহীন মহাক্কি শক্তম্দি তাইবং মীগী শক্তম্গ অমতনি হায়ব খঙ্হনগে হাযন খন্দুন মৈতৈলৈম নোংথিলচাইবীগী পীবুক্নুংদ চঙ্দুন মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা সনা রাপিহল্ ওইন পোক্খি। হাম্ন লেপ্খিবগী মতুং ইম্ন সনা রাপিহল্ন চহী তবেং নোংম হেন্বদ মালেম্ লৈক্রক্ চঙ্ন খোইযুম্ লাই ওইখি। মচান পাম্ব মতুং ইম্ন মৈদিংঙু খাগেম্বন মচানিপা সনা রাপিহল্গীদমক্ রাংগোইদ খুভম্ লিংখি।*

লাইরেন্ম। লাইবেঞ্জম্দ কোম্বৌজম্ লাইবেন্ম[১]। মৈত্রম্দ নোংসাব। ৱাক্চিঙ্গদ পুথিব। লাংপোক্ত লাংপোক্ নিংথৌ সগোল্ দুলাই কুম্ও। উৎলৌদ নোংপোক্ পাম্ভোইবী। লৈমপোক্পম্দ থাংজিং। সেপুলৈম মচীংজিন্ সগোল্ দুলাই কুম্ও। চীংপু উতঙ্গোক্, ঈসোক্ত ৱাহেংবম্দ পাখংব। ঈসোক্ হুইদ্রোম্দ পাম্ভোইবী। ফোইজিংদ চংনিংলৈম, খোরিফাব। মাইবম্ লোক্পচীংদ লোইয়ালাক্প। তাংলৈহাদ ঈবৈম। ঙাইখোং, তৌবুল্, খোইজুমান্ খুল্ মরিমদ হংগোই নিংথৌ। পোংসঙ্বম্ নাচৌদ থোংনাং নিংথৌ। নিংথৌখোংদ ওক্নবেল্, থংনবেল্ সগোল্ দুলাই কুম্ও।

থীনোংগৈদ লোইযালাক্প। ফুবাল্ৱাদ পাখংব, ঈবৈম, মোইবাংদ লাই থাংজিং। লৈকোইকুবীদ ৱাংববেল্। ৱাংঙুদ ৱাংঙুলৈম, মৈরম্ পাংবদ যেল্লাংব। চাইবেন্দ ৱাম্বী য়াইবৈম। নুংঙুদ নোংপোক্ পাম্ভোইবী, ৱাংববেল্। সুগনুদ ৱাংববেল্, ল্যোক্নিংথৌ, সনামহী সনা লুপা সিব চিন্ব য়াদে। ঙাংখ লৱায়দ তেসাৱা[২]। ফুবাল্ৱাদ পাখংব সগোল্ দুলাই কুম্ও। ঈবৈম, পোংসঙ্বম্দ থোংনাং নিংথৌ। চোথেদ পাখংব। থোংজাউদ মযাংঙম্ব। সামুপন্দ ময়াংঙম্ব অনীমদি সগোল্, দুলাই কুম্ও।

তেঙ্খল্গি হংগোই নিংথৌ ঙানুলৈম সগোল্ দুলাই কুম্ও। খুবাযলাক্প পন্দ লোইয়ালাক্প। কৈনৌদ লোইযালাক্প, নোংপোক্ পাম্ভোইবী। যুম্নাম্ খুন্নৌদ লোইয়ালাক্প। ঈবেংবন্দ খোবিফাব। চক্পদ সৱাং। পোর্নাম্খুন্দ লোইয়ালাক্প। কবোৱাক্চীংদ লোইযালাক্প। কাংঙমুংদ লোইযালাক্প, নুংথেল্লৈম[৩] খুংগং মবিমনে। মোইদাংপোক্ত কোবৌহন্ব। খুম্বোং লৱাযদ

---

১ *কোম্বৌজম্ লাইবেন্ম— কোম্বৌজম্ন খুভম্ যাদুন লাংপ কোম্বৌজম্ খুন্বু কোন্ব উম্সংলাইনি। নোংথৌ সবাবেল্ন লৌবগ নোংথৌ খোযবীঅবু যোক্চবী মমানি। লাইবেঞ্জী অসিগী মমিং নাহইন্দ্রু যোইবেন্বী কৌই। চীংথাংলৈম হাযনসু খঙ্নে।*

২. *তেসাৱা— মোইরাংগী ঙাংখ খুন্দ লৈব ৱাপল্নি। মহৌশা মোইবাংদ নিংথৌ পাল্লিতৈদ য়াম্ন লিবব চংনবী অম ওইন চহী খুদিংগী ৱাপল্ অসিবু ৱাখোঙ্ সেংদুন লাংপগী থৌবম্ পাঙ্থোক্লম্মি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংন নিংথৌ ওইদ্রিতৈ খুমন্দ সাইদাংদুন লৈবিতৈদ মোইরাং নিংথৌ সনা লম্বান তেবি তেসাৱা হোঙ্বদ খুমন্ নিংথৌ অদোন্ পুন্সি য়ুমোইবগ লোয়নন চত্নুন ৱা হোঙ্ব য়াওখি।*

৩. *নুংথেল্লৈম— মৈতৈগী অৱাং নোংচুপ্ মাযকৈ ঙাক্প লাই কৌব্রুগী মচানুপীনি। লাই মার্জিংগী মচানিপা লোইয়ালাক্পন লৌবীনি।*

লোইয়ালাক্‌প। ঙাইবাংবম্‌দ লোইয়ালাক্‌প। খাইদেম্‌দ ঙানুলৈম। কোন্থৌজম্‌দ চীংথাংলৈম[1]। লাল্‌সোম্বীদ নিংথেম্‌পোক্‌প। অৱাং খুনৌদ সলাং নিংথৌ, পুথিব। খোইমোম্‌দ নোংপোক্ পাম্থোইবী। কৈখুদ সবাবেল্। থাউবোইজম্‌দ য়ুম্‌জাউলৈম। য়োয়রেন্‌বম্‌দ হুইদোম্‌পোক্‌পী সগোল্ দুলাই কুম্‌ও।

পাৎসোইদ পাখংব অমসুং নাউথিংখোংসুঙ্ য়াদে। লাংজিংদ লাংজিংলৈম হুইত্রাউবী, ৱাংথোন্‌বী[2]। সায়াল্ সেল্‌তোন্‌পাৎ খাখিদ ঈসিংচাইব। লাইখুবেম্বীসুঙ্ উবীপোক্ত খম্‌লাংব। ইবোইসেন্‌বদ চীংবাল্‌লৈম। লাংগোল্ লম্‌দ নিংথৌ চৎহৈদে। হাওবঙ্ সাবল্ তোংবদ কৌব্রু। কিয়াম্‌সুঙ্ কৌব্রু, কংদবীসুঙ্ কৌব্রু সগোল্ দুলাই য়াদে। অতোম্‌দ পাখংব। কৌব্রুক্ত সৱাং[3]। ফয়েঙ্‌দ সৱাং। ◪

---

১ *চীংথাংলৈম– কোন্থৌজম্ খুন্দ খুভম্ যাবিব কোন্থৌজম্ লাইবেম্বীগী মমিং অমনি।*

২ *ৱাংথোনবী– থ্বাই লৈকাইগী চহীগী খুম্থোঙ্ লাংফম্ খুন্‌গী লম্‌দাইপুংনি। মহৌসা নিংথৌ পাম্লিঙ্ঙেদ মফম্ অসিদ নিংথৌগী শিবগী চৈবাক্ ফংলব মবাল্ লৈব মীবু নুংপাক্ মথক্ত হীপ্‌হল্লগ মকোক্ত নুংন থোম্‌দুন হাংফম্ ওইব মীহাংপুংনি।*

৩ *সৱাং– চকপশিংগী লাইনি। চক্‌প খুঙ্গংশিংদ সৱাং লাইবু খুতম্ যাদুন লাংনৈ।*

# ১৩. কংলা লম্মীৎ

হ্ঁ লাইয়িংথৌ তাইবংপান্‌বগি মপু নঙ্‌বু খুকম্‌ন ইগে। কবিসুঙ্‌ লৈতবিঙেদ অতিংঙা সিদবন মহাক্তগি নুমিৎ থা থোক্‌হল্লে। ফেদোম্‌ ৪ ওইন খায়বে। ফেদোম্‌ ৪ দ অতিংঙা সিদবন লাই অম ওইন সেম্‌লে। মৈতৈ লৈপাক্ত সেম্বদি অতিংঙা সিদবন অসীবগ, কোঞ্জিন্‌ তিংথোক্‌পগ অনীম পোক্‌লে। অসীববু তীল্‌লূপ্‌ ওইহন্দুন লাই খৈবিক্‌কি খুভম্‌ সেম্‌গে নীংলে। অতিংঙা সিদবগ কোঞ্জিন্‌ তুথোক্‌পগ অনীম তিন্নদুন খুভম্‌ সেম্‌লে। কংলৈ কৌন সনা থিংক্রুম্‌চীংবু নম্‌খাঙ্‌ ওইন কোঞ্জিন্‌ তুথোক্‌পন ফম্‌লে। মমিংদি মীহিংতোং লৈবা মীহিংতোং মনিক্‌ তেতে নীক্‌ কৌএ। কংলৈ পূংময়োন্‌ কৌবদি অসিনে।

নম্‌খাঙ্‌দি ওং চীবিক্‌ কৌএ। কৌবক অচিবনে। অদুগ কংলৈ য়াথোক্‌ফম্‌ সেম্‌লে। ক্রুম্‌চীং কৌন কংলৈ নুংলাংপান্‌ কৌবদি কুচুনে। থেল্‌ অহান্‌বসুঙ্‌ অদুনে। অদুদ অতিংঙা সিদবগ কৌঞ্জিন্‌ তিংথোক্‌পগ অনীম তিন্নদুন ফম্‌লে। মমিংদি ও উক্‌ তুম্‌চীক্‌ কৌএ। অদুগ তাইবংপান্‌ব অসিদ পান্নব সেম্‌গে হায়দুন সেম্‌লে। অসাইগি অসীব অদুন তাথীবে। থাগি মচীদ কাখিদুন মহাক্তগি সামদোন্‌ অয়াঙ্‌ব[1] কৌন সেম্‌ব অদুবু মহৈ অঙ্গ অঙ্গ পান্দবিঙে থদৎলে।

---

১. *সামদোন্‌ অয়াঙ্‌ব— লাইয়িংথৌ অসীবন খোঙয়াগী উফুল্‌ন তাথোক্লুন সেম্‌খিব সগোল্‌ অপাইবীনি। লাইয়িংথৌ অসীবন সেম্‌জব মালেম্‌বু মান মপু ওইব ফংদ্রবদ মনাও পাখংবন মপল্‌ পহৌগী ময়াখংন নিংথৌ ওইববদ লাইবেল্পী কোবৌ খোঙজোম্পী পাম্লোইবীগন কংলা পাফল্লি তিংদুন পুনুং হবাই থাংপাক্‌ থাববদ লাইয়িংথৌ অসীবন মপুক্ত কল্লাউবদুন কংলা পাফল্লি তিংদুন পুনুং হবাই থাংপাক্‌*

নিংথৌ ওইব অদুন ঐন তৌজবব অসিবু কনাগুম্বন য়েৎথায়বগবনো হায়দুন লৈপাক্কি সেক্নীং চিবা ৪ মদ মখোঙ্ থাংন য়েংএ। মমিংদি কোন্দে খুবাই তাঙ্ব কৌএ। নোংথৌগি মতোন্দ মমীং পাঙ্লে। তুরেল্ বাংম অদুদ অম য়াল্লে। কাক্লেন্গি মফম্দি কোন্ন হায়গে। মমীং পাংম উইন য়েংববু উরে। মমিংদি সোংবু চিবাই তাঙ্ব কৌরে।

অসীব থাগি মচিদ লৈব অদুন মকোক্ন বাহ্ ওইবে। মহাক্ল লাই অচৌব ওইবে। মমৈন কেতু ওইএ। সনি থাঙ্জন থাংজিং কৌএ। ঐবু তানদে হায়দন তৌব ওইবে হায়দুন নিংথৌ ওইব অদুন নুংকেগি মথক্ত মমিং সং কৌন লেপ্তুন অসীব থাগি মচিদ লৈব অদুবু পিসাতাউ হায়ন কৌথরে। পিসাতাউন সগোল্ মমিং সংদ লেঙ্বব হংএ। লাইয়িংথৌন হায়এ। নঙ্দি মী সা-ও হায়এ। পিসাতাউন খুম্এ। কবি কবি সা-ও হায়বনো হংএ। লাইয়িংথৌন হায়এ। নহাক্কি থজিন্দগি লৌদন সা-ও। পিসাতাউন হায়এ। কনাবু তম্ন সা-ও হায়বনো। লাইয়িংথৌন খুম্এ। ঈহাক্ তম্ন সা-ও। সাবে অদুগ পিসা তাউন মমিং পিসক্রম কৌএ।

মী সেম্লিঙৈদ লাইয়িংথৌ মহাক্কগি হূইহসাংচিন্ কৌন য়ুমিং পাংগন্ববু ঙাক্লে। অদুগ কোংলৌতোন্ লৌথিববু মাবজিং সান মমিং কোংলৌবেল্ কৌন সগোল্ ফাগে হায়দুন নীংলিঙৈদ সনাখোংনাংলৈমন মাগী খোঙ্লীবু পীঙম্দুন মাবজিংন সগোল্ ফাবে। সগোল্ মমিংদি মহামনীক্ মতেপাক্ কৌএ। মসা কক্লে। লাংসঙ্দ[1] থম্লে। কুচু থৌদাফম্ বায়েল্ অহান্বনে।

---

* *থাবিবদুবু নেংথংতুন চাইথাইকনব সামদোন্ অয়াঙ্বব সগোল্ অপাইবীবু মালেম্ লৈদ থাদবতুন কংলা পাফল্লিবু মখোঙ্ন কাওথায়দুন হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ নেংথংলবদ মনাও পাখংবন কোংলৌতোন্ কৌন সগোল সামদোন্ অয়াঙ্ববু হাও মুক্রা লেংফাই চন্ মোংব তাজিন্ খুবৌ য়েংন মাববদ কোবৌ খোঙ্জোম্বীন খোঙ্লী পীদুন সামদোন্ অয়াঙ্ববু ফাখি।*

---

১. *লাংসঙ্– কংলা মনুংগী সঙ্ অমনি। কোংলৌতোন্ লৌথিবন ফাখিব সামদোন্ অয়াঙ্ববু ফাবগ লাংসঙ্দ থম্খি। লাংসঙ্গী খোইদোক্ হেন্দোক্প মকওইব অমন লাইয়িংথৌ পাখংবন হঞ্জিং চিংমৈ ইম কুল্লকুল কংলাদ থুংলববদ ইহান্ হাম নোংহম্সঙ্দ ফম্বাল্ তোংখি। তুংদ খাবন পাখংববু তাম্থোক্নুন মোইবাংগী লোইবেল সনাপুংদ খুন্ওম্লুবগ মোইবাংগী মতেংগ লোয়নন অমুক্ লান্ কাবক্লগ খাবগী লুচিংব থ্বাই নোংজেংববু কংলাগী নুংজেং মপান্দ মোইরাংগী চাউব মেলৈব সাংজেন্ সানৌবগী তেম হাংলব মতুং লাইয়িংথৌ পাখংবন অমুক্ হম কংলাগী লাংসঙ্দ অনীবক্সুব ওইন নিংথৌ ফম্বাল্ তোংখি।*

অদুগি অবাংদ উকোংলেন্, নোংপোক্ত অঙাইব, খাদ থোংঙাইব, নোংচুপ্ত কোংতিংলেন্, মনীং লম্দ, থবা, লাইজিদ চেংঙা মৈরম্দ য়ুচেং খা-চিথেক্ত য়ুহা, লৈপাক্ ময়ায়দ লাইয়িংথৌন মখূৎ মসা তিংন, মমিং সনা কোংতিংলেল্ কৌন নূংবী নূংবু লাই করম্বন নীক্কবনো হাগবনো হায়ন ঙাক্লে। অদুগ মী সেম্বসুঙ্ লোইবে। মীৎ কূপ্তে, নিংসা হোন্দে। অংগ অংগ পান্দবে হায়দুন অতিংঙা সিদবন খুম্এ। পিসক্রম নঙ্ চঙ্ও হায়ববু পিসক্রমন ঐদি চঙ্ব ঙম্লোইএ অতিয়া সিদব নঙ্দুম্ চঙ্ও হায়নবে। লাইয়িংথৌন লুবাইগি লিনফুদ খূৎনাউবীগি খূৎচীন্ন খায়ন চঙ্খিবে। মমিংদি তবৈ হংসং কৌএ।

লাই অনীমবু খূৎনিংথৌগি তাংন নম্ন পুসিন্খিবে। থবায় মঙাম ওইবে। খুংসাবী মনূংদ থুংলে। অমদি থৌবাবেল্নে, অমদি লাইয়িংথৌনে, অমদি রেনুনে, অমদি য়াবী, অমদি সফামাল্ কৌএ। অদুগ লাইয়িংথৌগি মমিংদি সনা লৈহিংসং লৈপুন্ব কৌএ। অদুগ লাই অপান্বগ চঙ্লক্লে। মমিং মীহিং তবৈব কৌএ। খূসিংখাদ চঙ্লক্লে। অসীবসুঙ্ চঙ্লক্লে। লৈপাক্কি য়াম্ফাদ চঙ্লক্লে। মমিংদি লৈসিবেল্ লৈপুন্ব কৌএ। অদুগ সিংলী অহুম্মন ইংগনান লূম্ য়েংত থংলে,' পিংগনান ওযদ থংলে। অনীম অসিদি খাউনে। সচুম্বনদি সিনুংদ থাংলে। মসিদি যাঙ্দনে। অদুনা তিঙ্লী য়াঙ্লীবনে। থগোক্লে, হাক্থি খল্লে, হকাম্ চল্লে। অংগ অংগ কৌবক্লে। অদুগ মমিংদি লাংবচক্ কৌবে।

মী অসি নোংদম্লবগ চাবদি অখোম্ সীংউৎযেন্গ সম্ব্লোং তাইমযেন্গ অনীমন নোংদম্লে। অনীম অসিন হক্চাং মনূংদ লৈবিঙেদি তাইবং পান্ব কৌএ। অনীমন মপাল্ থোক্লবদি মীগি হক্চাং অদুবু খম্নুং কৌএ। অনীমন য়েংন লৈবদি কোম্বীবেনে। অনীমন লৈবিঙেদি মচু নীক্এ। অনীমন থোক্খিববদি মচু নীক্তে। খম্নুংদ লৈ য়েংবদি অসিনে। অসংব কৌবদি তাইময়েন্নে। অঙাঙ্ব কৌবদি অখোম্ সীংউৎয়েন্নে। অদুগ সাচঙ্মদ নিংথৌ কবোম্বন অঙোম্ চনু থিংবাঙম্বী পান্নদুন লীসিংচাইব পোক্এ। অমদি কূমায়রেঙ্ কৌএ। অসুম্ন মমাগি য়াঙ্লমদ চুংগোয় থাঙ্সাং সূদন হাইন থোক্খিএ। মমিংদি পাম্হৈব কৌএ। লীসিংচাইবগি মপোক্তি অসিনে।

হৌজিক্তি মী অদুগ লাই অদুগ তান্নদুন মী নঙ্গিদমক্ খূৎসূ খূৎলাই চান পান্ন খৈবিক্ পুথোক্লম্গে হায়দন মফম্ সাসঙ্ থান্ফম্দ পোক্এ। থান্ফম্

কৌবদি অদুনে। কুচু কানব অদুনে। অদুন মী অদুগ খুৎসু খুৎলাই খৈবিক্পু মখুৎত থুম্ন পুরে। কুচুদ পীবে অদুগি কুচু কৌএ। অমবক্ খুৎসু খুৎলাই খৈবিক্পু সুদুন পাখংববু কৌন লৈবে। পাখংব অদুন তাইবংপান্ব মী ওইবিব খৈবিক্কি পূক্নিং থুংনব সেম্গে নীংলে। ঐহাক্কি নম্খাঙ্ অসিদি কৌবকগি চীংনে। মমিংদি হুম্চী উম্ হক্ কৌএ। কুচুদি মেক্রুম্চীংনে, থাংজিংগি চীংনে। মমিংদি লৈতোঙ্ ঙাঙ্তুবেঙ্ লৈতাবা কৌএ। থাঙ্দি ঙাংঙোইহিং কৌএ। চূংদি ঙাংকুপ্ফেৎ কৌএ। থাঙ্ অমদি পীৎতাখাঙ্ কুপ্ফেৎ সেৎ মীবাক্থাঙ্ কৌএ।

ক্রুম্চীংদি নোংহুম্সঙ্নে। নোংপোক্কি চীংনে। মমিংদি তুখৈহিং ঙাঙ্তুবেংব কৌএ। য়োইমোংব তাউথিংমাংগি মমিংদি হক্ হক্ কৌএ। অনীমন থাঙ্ সাব মফম্দি কম্বোংপুৎ ইবেল্ কৌবে। অসিদ লৈবদি লাইবেল্ সিদবনে। মমিংদি লাইবেল্ সিদব তীন্লিহক্ কৌএ। কাক্লেন্ ফানব থাঙ্ মহাক্ন লাক্তন য়োইমোংবদ থুংলবে। থাঙ্ মমিংদি চীকুপ্ফেৎ ঙাঙ্তবংব মীবাক্থাঙ্ কৌএ। থাঙ্ অসিন কাক্লেল্ ফানৈএ। কুরু সিদবন মচা অনীমগি যৌজাল্ য়েংগে হায়দুন সল্ য়োংমান্বীগি মউন্ অকংববু তোংদুন ক্রুম্ ক্রুম্ লাউদন সাল্লক্প মফম্নে। অদুগি ক্রুম্চীং কৌএ। মবোংখোংদ তাউথবক্এ। য়ায়মবগি হিদেল্ য়ুম্জাউগি সাইপুদ থুংলে। কুক নত্তব খাচিক্ন ওক্পীবম্দে অমবক্ অতোন্বগি হিদেন্ হিকাবম্দ থুংলে। কুকনি হায়ন খঙ্লদন খাম্লে। মমিং মীখাম্লেন্ কৌএ। অসিগি হিকাবম্ কৌএ। চিংখৎলে মীচিংলেন্ কৌএ। মফম্ অদুদ অতোন্বগ কুকগ অনীম তিন্নবে। লাই খৈবিক্ন উগনি হায়ন খল্লে মমিং মীখল্লেন্ কৌএ।

কুকন তোংব সল্ য়োংমান্বদি মৈদ ঈক্লে। উয়ুং ৬ মদি থা ৬ মনে। সীংখায় তবেৎমদি নুমিৎ তবেৎমনে। সূমল্দি লুচাম্ফম্দ হঞ্জিল্লে। লুচাম্ফম্দগি হিংলক্লে মীহিংলেন্ কৌএ। অয়াঙ্ লম্লোইফম্দ যৌদু নূংপাক্ক তিন্নবে। পোৎলোইফম্দি মংলেন্গি[1] মনাক্ লম্লেন্ ময়া লাইথংব অদুনে। মং

১. *মংলেন্— কংলা মেন্ সুকংগী চিংখৈ পাংলপু হৈবোং সিদব মখোঙ্দ অকোয়ব অপাকৃপ নূংপাক্ অমন হৌজিক হৌজিক্সু মংলেন্গী খুডম্ লিংদুন লৈবি। মমাঙ্উে নিংথৌ পাম্লিঙ্তেদ নিংথৌ সিবগ পোৎলোইফম্ ওইব মকম্নি। মংলেন্ অসি অদুউে খৃ: ৫৬৩ দগী ৭৬৩ ফাওব নিংথৌ ওইখিব মৈদিংঙু নাউথিংখোংন মঙাং নিংথৌ পূন্সিবগী পাউতাক্ মতুং ইন্ন নিংথৌ শিবগ নোংথৌ কানব লিংখিবনি।*

অহান্‌বসুঙ্‌ অদুনে। সনচীং সুমেরু কৌবদি লম্‌লেন্‌নে। লাই কৈরুংবগি চীংনে। মমিংদি কংসুচা কৌএ। নোংদোল্‌ কৌবসুঙ্‌ অদুনে। মাগি মতোল্‌ ফাদোক্‌খিবদি লল্‌হাম্‌পূং ওইকরে। অসিবন লল্‌হাম্‌পূং কারুবদি নোংমদোল্‌নে হায়ন কাকইএ। মঙাং নিংথৌন নাউথিংখোংদ মফম্‌ অদু মং লিংও হায়রম্‌এ অদুগি নাউথিংখোংন মং লিংএ। নোংথৌ কানব মফম্‌নে। মদুগি মংলেন্‌নে।

মোংব সাকাইনে। নোংমোইনুন কোবৌ নোংমদোন্‌গি লৈবেল্‌ লৈজাউবু লাংমৈ পূংলেন্‌গ, সম্‌জিহুক্‌ তুংথাংন, থবাক্‌ ঙাইথোম্‌ন, খুদোল্‌ খুদাংগ, সম্মৈ সম্‌দোল্‌ য়োম্‌ন, নোয়ন ঙম্‌দম্‌গ ৱায়থুংফম্‌নে। কংলা নোংপোক্‌ থংব সামুখোঙ্‌গি নাক্‌পাক্‌ লাই থংব অদুনে।

য়োইমোংবন কাক্‌লেন্‌ ফানব মফম্‌দি লাংজি অমদি য়ুম্‌জাউ মমাঙ্‌গি হিকাবম্‌দ য়াওএ। অমদি তুবেল্‌ ৱাংমদ য়াওএ। কাক্‌লেন্‌গি মফম্‌দি মোংবিচীংদ লৈএ। মোংবিচীং কৌবদি য়ীম্‌জাউনে। হায়হৈদব ৱানে। লাইকংলানে, য়োইমোংবন হিকাবম্‌গি লাংজিদ য়েন্‌নাউগ সান্নবে। কাক্‌লেন্‌ন লংথবক্‌লে। কাক্‌লেন্‌সুঙ্‌ থুবে, য়োইমোংবসুঙ্‌ চেন্‌খিবে। তাউথিংমাংন ফৈদেন্‌বীদ লেপ্‌ঙম্‌দুন থৌদু নুংথেন্‌লৈমন তাউথিংমাংও' নসাবি য়োইমোংবদি মাগি থাঙ্‌ নুংসম্বদি কবম্‌ কাউবম্বনো হায়ন হংএ। তাউথিংমাংন সাবি য়োইমোংবও ! নঙ্‌গি থাঙ্‌ নুংসম্বদি কবম্‌ কাউবম্বনো হায়ববগ থাঙ্‌ মথন্‌ন কাক্‌লেন্‌গি নাকল্দ য়ান্‌ফাংতন য়োইমোংবসুঙ্‌ থোবক্‌লে। কাক্‌লেন্‌সুঙ্‌ মঙক্‌ তুপ্‌লে। সিন্নাইব সঙ্‌নাক্‌কি ঈবেন্দ তাবে। মতোংদি খাবম্‌দ পীজবে। মক্নদি তাংখুল্‌দ পীজবে। মকোক্‌তি মোংবি চীংদ লাইকংলাগি ফন্নাল্‌ মখাদ থম্‌লে। য়ীম্‌জাউ মমাঙ্‌ খা থংবগি নুং অদুগি মমিংদি কে কে তুম্‌চবীক্‌ কৌএ। য়াংখুববু উতোন্দগি কাক্‌লেন্‌ন পুথবিগে হায়ববু কাক্‌লেন্‌ নঙ্‌ন পুথগে হায়বদি ঙম্‌লোইএ। ঐবু ঙম্‌গনি হায়ববদি নুং অসিদুম্‌ থাংগৎলু হায়ন থাংগৎলম্ব নুংনে।

নুং অদুগি খা থংবদ সুম্‌সঙ্‌নে। লাইদি লৈমবেল্‌ নামুংবীনে। লৈখোম্‌নুবী নপ্‌চি কৌএ। চীংথাং লাইবেম্মবু লংমাইচীংগি মতোন্দ খুম্‌হুক্‌ৱান থম্‌মিং তুম্‌লে। লংমাইজিং ময়োন্দ লীৎথবক্তুন ঈশিংগ লোয়নরক্তুন লৈপাক্‌ মরোল্‌দ চংথবক্‌এ। কোংবগি মরুনে। খাখোং লাইখোং অনীমবু উপ্‌লে অদুগি খুম্‌হুক্‌ কৌএ। লোইরেল্‌ খুন্‌বিখোক্‌ কৌবদি অদুনে। অদুগ থাংদোক্‌খবে।

কম্‌বোংপুংত তারে। অদুগ য়োইমোংবন য়ীম্‌জাউ সাবে। লপ্‌য়ান্‌কাদ লংবন্‌ লৈরে। মমিংদি লীবি সিংথানপ্‌ কৌএ। য়ীম্‌মাঙ্‌ থংব নোংচুপ্‌ লমদ ঙান্‌বন লৈএ। নোংচুপ্‌ ইমাঙ্‌দ লুবাংন লৈএ। মমিংদি য়ীম্‌চীক্‌থাক্‌ কৌএ।

য়ীম্‌জাউ মমাঙ্‌দ লুবাংন নোংম চবা হুলএ। মঙাং নিংথৌন য়াজবে। য়ীম্‌ফম্‌ সঙ্‌ অদুনে। মমিংদি ঙাং মনীক্‌ কৌএ। লাইয়িংথৌন চাক্‌ থোক্নব লৌ উব তম্‌গে হায়ন নোংসান তবৎ ফায়এ। কৈন তিতি ফায়এ। লৌ উব তমদন লাইয়িংথৌন নুংখেল্‌লৈম তানদুন লয়ুখোং, য়ুহিখোং থোক্‌হল্‌লে। নুংখেল্‌লৈমন লৈবদি ফৈদেন্‌বীনে। লৌ উব তম্‌ব মফম্‌দি লপ্‌য়ান্‌কা লোইয়াফম্‌নে। মমিংদি নুংসংলীক চিলীক্‌ কৌএ। চীংথাংলৈমবু থাংদোক্‌খিবদি থম্‌লম্ব মফম্‌দি ঙায়েল্‌নে। মমিংদি মীঅপ্‌ মীহিংনপ্‌ কৌএ।

চীংথাংলৈমগি সায়ান থম্‌লম্বদি য়ুম্‌জাউলৈমনে। চয়োম্‌ য়োম্‌ঙম্‌বসুং মানে। ফৌওইবীসু মানে। লাইস্নাসু মানে। মমিংদি হোল্‌হিং নপ্‌ফানীক্‌ কৌএ। সবাবেল্‌গ য়োইমোংবগ তৌনঙৈ, য়োইমোংবন মচল্‌ মেনু সাদুন লাংমৈ[১] চিন্দুন ঈশিংদ তুং চোংথখিয়ে। মহাক্তি তুম্‌চিন্‌খিবে। লাংমৈদি তাউথোক্‌লক্‌লে, লাংমৈ পুংলেল্‌ কৌবে। য়োইমোংবগি মমিংদি হুম্‌চি হুম্‌ হুম্‌ কৌবে। য়াংখুব কুয়ান্‌লোক্‌, য়াংহন্‌ব কুতাউবোক্‌সু অদুনে।

পোং য়ীম্‌ফম্‌দি অপোং ইংখোল্‌নে। চীংপিবৈম খোং খয়োয় নীংথিবী ইন্‌চিংখোংদি সঙ্‌গাইনে। য়ীম্‌জাউনে অনীমগি মবক্ত লৈএ। য়াওবৈবীদ নুমিৎ থোক্‌এ। থাদ সাকোক্‌নে। নুমিৎ থা অনীমন কোয়বদি শ্নচীং কংলৈপুং কোয়বনে। য়ুংবদি নুঙ্গোইবীদ য়ুংবনে। নুমিৎ কাপ্পদি কুচুদনে। নুমিৎ থোক্‌পদি য়াওবৈবীদ থোক্‌এ। য়াওবৈ মমিংদি নোং সন্‌তবং ওন্‌লৈনু তোংতরেংব কৌএ। তেন্দি তেন্‌গৈখাদ থম্‌লে। শ্বাই নোংজেংবম্‌ পিবাদি খাবনে। মান কাপ্‌প তাউহইবেংদি লংবগি য়াইনে। লংব মহাক্তি নোংপোক্‌নে। পাম্বোইবীগ হৈরেম্‌ কাঙ্‌হেন্‌গ ঙা থিএ। হয়েং অমরক্‌ থিসে হায়নদুন বা খায়ন খল্‌লম্‌এ অদুগি বাখায়কোন্‌ কৌএ। হিকাবম্‌নে মমিংদি ওং সেং খাইবোক্‌ কৌএ।

---

১. লাংমৈ– কোক্ত চিন্নব উচেক্‌ লাংমৈগী মতুন সেম্ব লৈতেংগী পোংসক্‌।

ঝাখায়কোন্দ পান্থোইবীবু খাবদ ওঙববু নোংপোক্ন লোম্নৈএ। য়োয়রেল্ সঙ্ অদুগি মমিংদি অসীবন নোংথৌ মতোল্দ লৈরিঙৈদি লৈফুরেল্ কিংনাইব কৌএ। লৈপাক্ মখাদ লৈফু খুংগুম্বদ লৈঙৈদি মমিংদি নোংফুরেল্ কিংনাইব কৌএ। লৈফু মনুংদগি মুনুবীন তৌবগুম্ সনাগি মচুগুম্ থোক্লক্এ। সনামহী য়োইবেম্ব কৌএ। অদুগা য়োইবেল্ লোয়সঙ্দ তিম্লে। সগোল্ন য়াওরৈবীদ থোক্এ। সাবম্থোঙ্দ চৎথোক্লক্এ। মাবজিংন ফাদুন লাংসঙ্দ থম্লে। মোইবাম্ব কৈথেল্নে[1]। নুংসুঙ্ অদুঙৈগী নুংনে। নুং অদুগি মখাদ লাংসঙ্নে।

নোংজেং[2] লম্দ মাইব লোয়সঙ্নে, লাই মাবজিংনে। মমিংদি সনা ওংলৌবেল্ কৌএ। অমেৎপ লোয়সঙ্সু অদুনে। অনীম তিম্নবে। মেৎপী লাইবী কৌঙৈদি অমেৎপ লোয়সঙ্সু থোক্এ। মমিংদি তরৈনু কৌএ। থাঙ্দি সীংতুম্নে। মমিংদি সেঙ্দোল্য়াং কৌএ। সিল্থোঙ্ য়াংথোক্পসু মানে। সিন্নাইব লোয়সঙ্দি লাংসঙ্নে। লাইদি পাখংবনে। মমিংদি লিরিপুল্ মীতিল্লিক্ কৌএ। থাঙ্দি হক্নে। মমিংদি থুচিক্লীক্ তিচিক্ কৌএ। অসৈব লোয়সঙ্দি লুখাং নোংহম্নবগি মনাক্ত খোংনাং কোইনবগী নোংচুপ্ অদুনে। লাইদি পোইবৈতোল্নে। মমিংদি তীন্সং লেন্খাম্ কৌএ।

---

১. *মোইবাম্ব কৈথেল– কংলা মনুংদ লৈবম্ব কৈথেল্ মাপল্গী মনুংদ অমনি। হায়্ব কৈথেল্ অসি কংলা উংত্রাগী চিংখৈ পাংলপ্ন লৈবম্ব কৈথেল্নি। কৈথেল্ অসি খৃ ১২৭৮ দগী ১৩০২ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্খিব মৈদিংগু মোইবাম্বন লিংখৎখিব কৈথেল্নি।*

২. *নোংজেং– হায়্ব নোংজেং (নুংজেং) পাং হায়ন খঙনবম্ব ঈকোন্ অসি হৌজিক্তি নুংজেং পুখ্রি হায়ন খঙনবে। হাযবিব পুখ্রি অসি কংলা উংত্রাগী কৌব্রু মায়কৈদ লৈ। হায়্ব মমাঙ্ঙৈ কংলা মনুংগী ইম্ফাল্ তুরেল্গী ঈবম্ খোঙ্গ্রিঙৈ নুংজেং ঈকোন্গ তুরেল্গ শম্নবম্মি। খৃ: ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্খিব মৈদিংগু মুংয়াম্বন কংলা মনুংগী ইম্ফাল্ তুরেল্বু খোদোক্খিবদগী নুংজেং ঈকোন্ অসি তুরেল্গী তোবৈগ শম্নবম্বদগী তোঙাম্না লৈহৌখি। হায়্ব পাং অম ওইন লৈবম্বদগী কোম্ন নীংথিন শেম্জিন্খিবদগী পুখ্রি ওম্থোক্খি। নোংজেং ঈকোন্গী মকওইবসি মৈতৈগী নিংথৌজা সলাইগী অপোক্পা খুকম্বদ নোংজেংগী ঈশিং নত্তন অতৈগী ঈশিং শীজিন্নব য়াদে। নোংদা লাইবেল্ পাখংবনু মচা খুইন মপানি হায়ব খঙদবদগী হাংলব মতুংদ নোংজেংদ থাদখি। পাউ অদু তাবদ লাইন্না মৈতৈলৈমন মতা হেন্লোই তকক লোয়নন চেপ্খোন্ লোংখোন্দুন নোংদা লাইবেল্ পাখংবনু খোন্গংপদ মৈতৈগী সলাই অবেং শাফোঙহৌখি। অসিগুম্ব খৌদোক্শিং অসিন মনিপুরগী ইতিহাসত নোংজেংগী মফম্ চাউন্ন ফম্দুন লৈ।*

কৈ অহান্‌বদি লংবগী কৈনে। মফম্‌দি সঙ্গলাংমৈগী মথক্‌নে। সঙ্গলাংমৈ কৌবদি পাখংব লাইন্না অনীমগি ফি সেংফম্‌নে। ফিজেৎ অহান্‌বদি লৈরুথক্, চারি নীংখম্, ফিবেল্ ফুবিংনে। অমদি লোন্‌লেনে, অমদি সম্‌গ্রেংনে, কোন্‌খা ফুবিং, ফিয়াই নীংখম্, ফিজেৎ অহুম্ম অসিনে। লাইন্নাগী ফিজেৎতি লৈবেল্ লৈজাউ, কুম্‌সঙ্ ফনেক্, ফুসা ওনব ফিবেল্ কানক্, অমদি কৈজা লেংখাঙ্, থাবোল্ ফনেক্, কাব্রং কানক্, কাব্রং খাউওন্, অমদি সম্‌জি নাচি, সম্‌জি, ফনেক্ কানক্, সাবোঙ্ নম্‌থাঙ্, খাঙ্‌ফম্‌দি অহান্‌বদ খোঙ্গলী কৌন হৌমন্নবক্‌এ। ফিজেৎ অসি খৈবিক্ সেংনফম্‌নে। ফিজেৎ অসি তম্‌ন মোইম্নীং লৈচুন অয়েক্ অখোং তম্‌ন সাইএ।

ৱাংগোল্ কৌবদি পাম্বোইবীগ[১] নোংপোক্ ওন্নব মফম্‌নে। পাম্বোইবীবু ৱাংঙম্‌লোন্[২] কৌবে। নোংপোক্‌পু ৱাংগোল্ লাই পাখং কৌরে। পাম্বোইবীবু ৱাংঙম্ লাইকবা কৌবে। ৱাংগোল্ কৌবদি অদুঙৈগিন্নে। যৌগৈ মপুনে। চৈবাপ্‌তি খম্‌তিংকোল্‌নে। মমিংদি মীপোক্‌লেন্ তবংব কৌবে। মফম্‌দি সনথোঙ্ মমাঙ্গি নুং মথক্ত লেপ্‌তন হে মীওইবসিংও। লাউও। অফবন ফনও, ফত্তবন ফংনদও হায়ন ৱায়েল্লম্‌এ। অদুঙৈগী চৈবাপ্‌পু মথাবম্ সাবনে খঙ্‌ও।

---

১ *পাম্বোইবী– মৈতৈগী লান্‌গী লাইবেম্বীনি। লৈসেম্ নোংসেম্‌ঙৈগী ৱাবীদ য়াওব নোংথাঙ্গলৈমগী লাংওন্নি। লৈসেম নোংসেম্‌ঙৈগী ৱাবীদ লাইশিংগ শবী হিংচাবশিংগ লান্ শোক্লবদ শবী হিংচাবশিংন অসুম্ ঙম্‌শিল্লক্‌পদগী লাইয়াম্‌শিং খাঙ্গব ঙম্‌শিল্লক্লবদ লাইয়াম্‌ন পাম্বোইবীবু নেক্তুন পাম্বোইবীন শরী হিংচাবশিংবু তুম্ম হাংখি। পাম্বোইবীগী লাংওন্ অমদ খাবি লেংনাউ মোন্‌বী ওইন পোক্তুন খাব তবম্ খোইনুচাগ হায়ন শীংনদুন লুহোংখি। খাব মবান্‌য়াইদ লৈবখদ নোংম ইন্ চিংলিঙৈ নোংপোক্ নিংথৌ কায়নৌ চীংশোম্বগ খেংনদুন নুংশিনবক্‌পদগী খাব মবান্‌য়াই থাদোক্তুন নোংপোক্ নিংথৌগ লোয়নন চেন্‌খিদুন নোংমাইজিংদ পান্‌খি। খাব তবম্ খোইনুচাগী মমা মনু তেক্তান পাম্বোইবীবু লাইনি হায়ব খঙ্গলতুন পাম্বোইবিবু খুডম্ য়াদুন লাংচখি। খাব মবান্‌য়াইদ নোংপোক্ নিংথৌ পাম্বোইবী অনীবু কৌদুন চাক্লেন্ কংলগ লৈ লাংদুনা ঈরাং খৌনি পাঙ্গখোক্‌পদগী মৈতৈগী লাই হৱাউব হৌখিবনি হায়ন লৌনৈ।*

২ *ৱাংঙম্‌লোন্– নিংথৌজা সলাইগী কাঙ্গলুম্বু ৱাংঙম্ হায়ন খঙ্গনৈ। মখম্ অসিন নিংথৌজা সলাইগী চনু নিংজোন্‌শিংবু মশক্ তাক্‌পদ ৱাংঙম্‌লোন্ হায়ন তেংথানৈ।*

খেব, তোক্পা, হৃম্নি অহম্মবু নূংন নম্ন থম্লিএ। নূং অদুন লেঙ্লবদি লৈপাক্ বা থোক্এ। বায়েন্ অকোন্বনে। সনখোঙ্ মনুংগি অৱাং থংবদি সামু থোক্লক্পা মফম্নে। মমিংদি লাইরুংতুং কৌএ। লুবাং খোক্বাপোক্ চেঙ্গাপান্ কৌবদি খোক্ নম্চেং নম্ন লৈএ। লুবাং পুন্সিবন ময়াম্ম সিরবদ মসান লৈপাক্ত ফুম্লে, মমিন উচেক্ লাংমৈ ওইন কাখিবে। অদুগি ইরোইন ঈরাংপনে। সয়াঙ্ অমন লোংন ফুম্এ, অমন উপ্ন ফুম্এ। অদুগি লুবাং নোংহম্ফম্ কৌএ। খোংনাং অদুনে।

মারজিংন সগোল্ ফাওঁদ সনা খোংনাংলৈমন পোংনাউতোন্ও নঙ্ন সগোল্ ফাগে হায়ববদি কবিন ফাগবনো হায়দুন মহাক্তগি খোঙ্লীবু মসুং অম পীরদুন অদুন সগোল্ ফানবে। অদুগি অয়াঙ্ খোংসং লৈম সাকাবী কৌএ। মফম্দি নুঙ্গোইবীগী সম্লোঙ্ পাংব লম্বী অনীমগি মবক্ মচি অদুনে। খোংসঙ্সু অদুনে। সজিকোই থাদ হঙোইন খোংবদি মরোংখোংদ খোংএ। ঈনিব মফম্দি অসিনে।

খাব নোংজেংরেগ পাখংবগ কেগে চাউব সৌবোল্ঙক্বগ কাপ্নব মফম্সু অদুনে। লাইসন্নান পাখংব খোন্ব মফম্সু নোংজেংনে। অদুঙৈগি মফম্ য়াবৌএ। অমবক্ ৱাংগোন্ নোংসাব কৌএ। ৱাংগোন্ অহান্বদি হিওন্খাম্নে। ৱাংগোন্ অমদি মেনুখোংনে। হৈকুগি নূংপাক্ অদুনে। ৱাংগোন্ অমদি থাঙ্হুংবা ইবেল্ অদুনে। মোংবিচীংনে। লম্বু তুবুন লৌতাবসুং অদুনে। চেংলৈ য়ীম্ফম্সুঙ্ অদুনে। পোইবৈতোন্গ লৈনাউতাবিগ[1] অনীমন খুন্ থোক্লক্ওঁদ খাবৈ চাকোং মঙা লোঙ্ন ফাইবম্এ ফাবোং লম্মপাক্ও কৌএ। যাম্ম ঙাইবদি লফূং লৈন থা-ও, হেৱু ঙাইবদি ফিবুল্ লৈন থা-ও হায়রম্এ। অদুনোংগিবু মহৌ চান্নবোক্ও কৌএ। মফম্ মহাক্তি য়ীম্জাউ মনীংনে।

---

১. *লৈনাউতাবী– মনিপুর ইতিহাসকি খুইমাঙ্গী অহানব চহীচাগী মতম্দ খুমং লৈবাক্তগী লম্দমশিদ খুঙ্খোবক্শিব চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্গ লোয়নন খুন্ থোবক্নিম্নশিব খুমং থোঙ্ঙাবেন্গী নুপী অতোন্বিনি। লৈম লৈনাউতাবী অসি ঙান্ব সনাইগী পুকোক্ ঙান্ব খচিংকোন্ হাইহৈবগী মচানুপীনি। চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্ অমসুং লৈম লৈনাউতাবী অনীন খুঙ্খোয়রক্পদ চীং মান্ কোয়ন চংদুরব মতুং মখৈদ লম্দেংদ খুন্দাদুন মচানিপা অমুং শিংমিংনব (সিংদবুং) পোক্লম মৈতৈগী খুমন্ অমসুং লুবাং সনাই চখরক্পি।*

পোইরৈতোন্ন বায়েল্ য়ায়মবনে। তাউখিংমাংন ওক্ অম লোইজববু য়োইমোংবন ওক্ অদুন থৌনিসে হায়বেঁ। নিবে। য়োইমোংবন তন্ন চারে। ইসানৌ তাউখিংমাংও। খোই চোপ্‌সে। সনা খোইদ লেংদন চোপ্‌লে। য়োইমোংবন ঈসিং মনুংদ লুপ্‌সিন্‌খিদন খোইগি সা অদুবু ঙম্‌ন চাবে। তাউখিংমাংসু খোই চোপ্‌তবে। য়োইমোংবন ঈসিং মনুংদগি লৈনুংদ মখূল্ হূৎচিন্‌খিদন অসাংবম্ অবাম্বম্‌গি সূমাঙ্‌দ ফাওকদন য়েন্ হামেঙ্ চাবে। ফিসু পুসন্‌খিবে। অসাংবম্ অবাম্বম্‌গি মনাইন উদন মচিন্ মনাওদ তাক্‌লে। ইচিন্ ইনাওসু অবেম্বনে। কংলৈ অসিবু লৈপুৎ লৈয়ালাংবু লৈঙম্‌লে হায়বগি য়াওবৈ লৈয়াথী, খুন্‌কাম্ লৈনামুংও কৌএ। মমিংদি ওং চরৈনু তবেংহপ্ কৌএ। য়াওবৈবীনে মাবজিংনে অনীমন অপোক্ অসি সেংনও হায়বগি মাইব লোয়সঙ্ লিংখৎলে।

পোইবৈতোন্ন খুন্ খোক্‌লক্‌উদ মচা মসু য়াম্ন সিরে হায়দন অসিব লম্‌লেন্, কোক্‌লৌ লুবোঙ্ লৈকোয় থান্‌সা, কৈবেল্ কুম্‌সা সেম্‌ও, নোংথৌ কানব লম্‌লেন্ সেম্‌ও হায়দন সেম্‌হল্‌লে। অদুগি অসৈবসঙ্ লিংএ। অদুগ পাম্বোইবীন পাংলি নোম্‌লিব খৈবিক্‌পু থাঙ্‌ন, ইতাক্ সূদুন ফাংতোক্ মেৎথোক্‌লে, অমেৎপ লোয়সঙ্ লিংখৎলে। কোল্‌লোয়লৈমদি সবারেল্ অহন্‌মগি চীংনে। মমিংদি মকহিক্ কৌএ। অহল্‌লূপ্ লোয়সঙ্‌দি লাইয়িংথৌ পাংগন্‌বগি মফম্‌নে হায়দুন সঙ্ লিংএ।

সাকক্‌প লম্ কোন্ন হায়গে। মমিংদি ক্রুম্‌চি কৌএ। মঙাং নিংথৌন নাউখিংখোং নঙ্ সঙ্ লিংও হায়দুন লোয়সঙ্ লিংএ। সাকক্ লম্‌লেন্ কৌবদি কেক্রুপান্দগি খোক্‌লক্‌তুন মহাক্ মথন্‌গি মঙ্‌কপু কক্‌খোক্‌লবনিগিন চীংগোন্দ চেন্‌খৎখিদুন থৌসাকরে। মহাক্কি মকোক্‌পু লাল্লু ওইন পুদুন সাসীং লান্‌সীং সুরে হায়দুন নোংথৌ পাংন হন্‌গৎলে। মকোক্‌ন রাহু ওইএ, মহক্‌ন লাইজাউ ওইএ, মমৈন কেতু ওইএ। মমিংদি লৈরেংরেল্ খোংরেল্ ঙাঙ্‌তবিং হক্ কিং হিং কো কৌএ। থাঙ্ ময়ান চুমিথাঙ্ খাল্লে। থাঙ্ মমিংদি ওং কিং লীং উং সেং ওং হক্ কৌএ। চুং মমিন নোংথাঙ্ কূপ্‌লে। মমিংদি ঙাঙ্‌কূপ্‌ফেং কৌএ। কেক্রুপান্দ থৌসাব লাই মহাক্‌তি থাংজিংনে।

কৌব্রুন কেক্রুপান্দ ফম্ঙেদ মখূৎন উফুল্ লৌদুন কৈ সারে। মমিংদি অসি সারা কৌএ। মমাগি মমিংদি লৈফ্নন্নু কৌএ। অদুগ সজিবানে মকুবানে, সবেংনে, কৈনে মবিমনে। অদুগ কৈ নঙ্দি নোংথৌ মখোঙ্ কোয়রুও হায়দুন চৎখিবে। লাইয়িংথৌন হায়এ মকুও, সবেংও ইখোয় অহুম্মদি মঙ্ লীনসে। অফব খঙ্লবসুঙ্ ফনসে। ফৎতব খঙ্লবসু ফৎতনসে হায়দুন মখোয় অহুম্ম হীপতুন মঙ্ তম্এ। সবেংদি সিব মঙ্ মঙ্লে। সবেংন মকুদ মঙ্ লীএ। মকুন অসিব মঙ্দি ফৎতে হায়দুন তাইবংপান্ব মপুদ হায়রে। ননাই সবেংদি সিব মঙ্ মঙ্লে হায়ন তাক্লে। লাইয়িংথৌনা হায়এ, মকুও ! অদুনিগিদি মঙ্চানবগনুসে। সিব মঙ্বসুঙ্ সিগনুসে, অফব মঙ্লবসুঙ্ ফনসে হায়ন চুম্লবম্মে। অদুগি চীংখোঙ্ চুম্লব কেক্রুপান্ কৌএ।

মীৎ য়েৎত অঙোম্ পোক্এ। মীৎ ওয়দ নিংথেম্ পোক্এ। নাকোং য়েৎত লুবাং পোক্এ। নাকোং ওয়দ খুমন্ পোক্এ। নাতোন্ য়েৎত সবাং লৈসাং-থেম্ পোক্এ। নাতোন্ ওয়দ ঙানৱ পোক্এ। য়াদ মোইবাং পোক্এ। সাগৈ ৭ ন অসুম্ পোক্এ। অসুম্ হৌখিবব মতুংদ মায়কৈ চিথেক্ লাক্ন লৈবে। লাই নোংপোক্ন নোংপোক্ত লৈবে। চীংখৈন লাইজিদ লৈবে। সবাবেন্ন অবাংদ লৈবে। কৌব্রুন লিক্লম্দ লৈবে। নোংচুপ্ অবিবন নোংচুপ্ত লৈবে। থাংজিংন সম্মোঙ্দ লৈএ। খান চাউবন খাবম্দ লৈএ। মৈবম্দ ৱাংববেল্ন লৈএ। লাই অসি খৈবিক্ন অমত ওইন তিন্নবদুন মকোক্ অমত ওইন লৈবে। মচি মাপল্ পাংএ। সজিক্নে, থবানে, থানে ৩ মন সৌবা ওইবে। ময়ায়দ ফম্লে। নুমিৎকি মপূক্ মনুংদ নিংথৌ ওইব লাই অদুন ফম্লে অদুগ ফম্বান্দগী মবী সন্দোক্খিবন লাইফম্ অয়াম্ব ওইবে।

নিংথৌ ওইব লাই অদুন অসি খৈবিক্পু মীৎয়েং ওইবে। অসি খৈবিক্কি মমৈ তিন্নকদন চোঙ্ ওইন খান্নবে। মমৈ অদুদি লেঙ্দন সিদন লৈবে। লেঙ্দ সিদব অদুবু নিংথৌন মীৎয়েং ওইন ফম্গনি। অদুগ লৈপাক্ মবা চেৎএ। নিংথৌসুঙ্ পুন্সিএ। লাই ৮ মক্ অসিন মচা পোক্পদি ৯ পোক্এ। ৭ পোক্প, ৫ পোক্প য়াওএ। ৯ পোক্পদি নোংচুপ্ অবিব, চীংখৈ, কৌবক অহুম্মনে। ৭ পোক্পদি থাংজিংনে, খান চাউবনে, নোংপোক্নে ৩ মনে। ৫ পোক্পদি সবাবেন্নে, ৱাংববেল্নে অনীমনে। সূপন্ মচা অসি খৈবিক্পু থান মপা ৮

মগা ২২ নে। মচা অয়াম্বন লৈপাক্কি মসক্নে। মপা ৮ মন কোক্কি মসক্নে। ময়ায়দন তম্ফানে। অসিনে অসুম্ খঙ্ও। হে মীও।

লম্মাবী ৩ মগি অয়াঙ্বন থৌ তৌবদি মেবা থাদ সীংখাঙ্ তাল্এ, লৈরঙ্ সাএ, মৈবা মৈয়েঙ্ খাঙ্এ হৈয়াং উতংনে। অয়াঙ্ ১২ মগী ময়ীম্দ সঙ্ ২২ সাএ। অয়াঙ্গি পাউতাক্পীন চবানফ্রু অনী, ওক্ অম, মথাক্ মথুম্ অয়াম্বব অয়াঙ্সঙ্ মনুংদ ফুংগা তোন্ন থোংদুন চায়এ। ময়ীম্ন নাগদবদি অয়াঙ্গি থপ্ সীবদ মাইথা ৩, সম্তা ১, লোক্তাক্ ফি ১, নীংখম্ ১, ফুবিৎ অথাব ১, ইন্নফি অঙৌব মসেন্নে। খুদৈ অঙৌব ৩, কুম্লং লোল্লোই ঙাঙ্পাক্ লোই, লৈবেন্ লুথক্, মৈতে ফুবিৎ, নিংখম্ চবৈ, কিসিফি ফিসাং, লাংয়েঙ্। অয়াঙ্ নিংঙোন্বগি থাঙ্ ১, তা, ফৌ পোৎম নাম পীএ।

মেবা থা য়ুচল্এ। মন্কৎসেন্ পুখম্ ১২, সেল্ ১০০ ন হৌন পুনব ১০০০ তান্ন পুনব সেন্যোম্ ১০, লম্মাবী ৩ মদ সন্ উবীৎ মান্বী ৩ পোয়নু থাগি ২৯ নি পান্বদ নিংথেম্, অঙম্ব পূম্ন ফম্দুন অয়াঙ্ ১২ ম য়াওন, নিংথেম্গি ওক্ ১ মথাক্ মথুম্ সঙ্ ১ দা ঈবাৎ লাঙ্বন লাঙ্এ। নিংথৌ সেন্বন থোক্এ। অযাঙ্ ১২ বু চাহল্এ। লোইববগ অয়াঙ্ ১২ মবু ব্রাবক্এ।

ব্রাক্চিংথা থা অহন্নোংদগি হৌন তান্থোঙ্ ময়ুং কুই, লেম্থোঙ্ মফৈ পাক্নব চাবোক্ হাথ ফনব লম্মাবী ৩ মবু অয়াঙ্ ১২ ম নঙ্খোয়ন ফংননব চেৎন নীংও হায়ন ব্রাবক্এ। নম্নৌ ২ মন লাইকং তাব হৌবদ নিংঙোন্বীগ নোংমন চাক্হেন্দুন ঈতা নুমিৎত থাঙ্হূৎব্রাদ লাইকং তাবৌএ। খোঙ্সঙ্দ পাম্ফৌএ। যূম্দ চাক্সেং চাকএ। কাবক্এ। খোংসঙ্ পাম্ফৌবম্মে। কূম্খি চাক্ মাংন চাকইএ। খাঙ্ববম্ চেল্লিঙৈগি চাক্চাদি চাক্ থোংনব মী ১, অয়েংব মী ১, খাউ পুব ১, অহূম্ম অসিদি য়ীম্ কূম্ফবোইএ। মাঙ্দ চৎপ চৈ সূবদি য়ীম্দগি কান কূম্ন তৌএ। মখোয় অদুগ সোক্নফদে।

চেঙ্ খুজোক্ ১, ঙমু ১, সিং, থুম্ অহূম্ম তোংঙান্ তোংঙান্ থম্ন চা-এ। চাক্তি খম্নুং পুংজিমদি নাকন্বম্ সূমাঙ্দ লান্পুং কৌন লান্ হাৎফম্নে। তাওবোইনাইন নোংগাবসুঙ্ অদুনে। পুংজি ১ দি কোল্লোয় লৈমনে। চয়োম্ থোক্ফম্নে। খম্নুং য়াইথোঙ্ সীংসূবন সীংথাফম্সুঙ্, নোংখৌ কানবসুঙ্, সবাবেল্ ৩ মগি চীং কৌফম্সুঙ্, নুংবান্ লুব্রাং সিম্ববি

নোংগাফম্সুঙ্, মতা খোংজোম্নুবী ৬ মন নোংগাফম্সুঙ্, পামং মরুসুঙ্ কোল্লোই লৈমনে। খম্নুং মরোল্ ২ ম অসিবু লৈনুংদগি মপান্দগি খম্নুং-সুঙ্, অসাইগি লাইগ মীগ সেম্লম্ব অদু নংতে। অসাইগি মী ওইব অঙ্গ অদুন সেম্লম্ব অঙ্গ হায়ন সেম্লম্ব খম্নুং ২ ম অসিবু মী ওইব খৈবিক্ন খম্নুং লৈতববু লৈএ হায়দুন নুংসিহল্লে। খম্নুংদি লৈতে বঙুও। ◪

# ১৪. থেল্লোন্

ইঁ লাইয়িংথৌ অসূপ্পও তাথীবীগুনো। থেল্লেন্গি ৱাবু হায়বক্কে। লৈপাক্কি মাইব সংনোঙ্ য়ুনোঙ্ব, সবোঙ্ খায়ব, মাঙ্মু তাইব লাঙ্গন ৱায়ব, কোন্দে খূবায় তাঙ্ব অসিনে। নিংথৌগি মাইব হায়বদি চাক্ৱা, পুখিয়া, চেঙ্বূম্ লৈব, কোবৌবেম্ব, চিরাই তাঙ্ব ৭ ম অসিনে খঙ্ও। অসন্ব লৈখাবোল্দি হাম্লেল্ লৈবৱাক্, কুঙ্তোংৱাক্, খানিং নূংতোং ৱাক্, য়াইথোঙ্ সীংসূ ৱাক্, নহাব অপিসা মোইবেংচুম্ব, তৌপালিব, হুইচিল্লিব, ওক্লেল্থক্কি লাইবেল্থক্কি সায়াঙ্ খায়ব হায়হৈদব মনম্য়াঙ্বু সেল্কোয় তোপ্প ৱাক্, থাকক্ অসৈব ৱাক্, মোইকায় থাপুবিব ৱাক্, চবীক্ চিবিক্ ৭ ম অসিনে খঙ্ও।

অসিগি মথক্ত তোঙ্লংপাই, কুকম্লেল্ সানাইব, নোংনাংলেল্ অপূম্ব অহুম্মবু সূল্ন অতিংঙাদ অঙাইরেল্ন তাখৎলক্লে। মমিংদি ওঙ্ সন্তবং কৌএ। নোংহুম্সঙ্দ লৈবে। অঙাইবদি নোংসিংলম্ সম্লোঙ্দ য়ুহা কৌন ঙাক্লে। মৈবম্দ য়ুচেং কৌন ঙাক্লে। মীংলম্দ য়ুহা কৌন ঙাক্লে। ৫ মন ঙাক্লবগ মমিংদি সুলাই নীংতোঙ্ব তন্দুম্লেন্ মৈনাইব কৌন ঙাক্লবগ লৈসংলেল্ন তাখৎলক্লে। ৭ মগি লৈপাক্তি নোংহুম্সঙ্নে। ৭ ম অসিবু ১ ত ওইন সূপ্চিন্খিববগ মমিংদি ঙান্তুহিংচি কৌএ। লৈপাক্কি কৌবোঙ্দি অসীবন খায়এ। নোংতংলেল্ লম্তাংসাংব কৌএ। নোংথৌগি কৌবোঙ্দি কোঞ্জিন্ তিংখোক্পনে। নোংলেল্ নোংতংসাংব কৌএ। কৌবোঙ্ অনীমগি

মবক্ত হুই ফোল্লাং ওইবদি অত্যা সিদবন সম্বোঙ্ বাখায়চেং কৌন, লাই-তুরেং কৌন ফম্এ।

কৌবোঙ্ অনীমগি মবক্ত ফোল্লাংগি মতোল্দ ফম্লবদি নিংথৌ অপান্বন ঙান্তুবেঙ্ কৌন ফম্এ। ফম্লবগ লৈপাক্, নিংথৌ, মৈ, ঈসিং, তাইবঙ্পান্ব খৈবিক্ সুববগ মবা চেৎলে। খেল্লেন্গি ৱা কৌবদি অসিনে। অদুগ নিংথৌ ওইববসিংন মাইবগ অহিং নোংয়ায়দ তাক্নগি কোম্দ[1] অকোক্সাগি খুনয়ায় ইন্ন চৎতন নিংথৌ মতোম্ত ঈকহল্লো। লাইন ফম্বাল্ৱা তাক্পীবক্কদনে। খেল্ মবিমগি থৌনি হায়গে। কোংব মৈবোম্বদ ঈবাৎকদবদি সনাগি হি, সনাগি চেঙ্, সনাগি য়েকম্, সনাগি সবীক্, সনাগি কোন্য়াইপু অহুম্, লং অহিংবগি ফীবোয়, লফোয় ওম্পোৎ লফাং ৭, খুনু মতৃ মৱা, চক্ফি নৈসম্, ফূ অহিংব নিপাল্, লাতোন্ ২৭, লোইবেল্গি লৈপাক্, থোঙ্লেন্গি লৈপাক্, চীংনুংহুৎকি লৈপাক্, যোৎপী খৃৎবোম্ যুব ৭, সেল্গি কাপ্লেন্ যুব ৭, পোৎয়াওদি অসিনে।

হৌজিক্তি মতৌ পোৎযাও হাযগে। কোংব মৈবোম্বগি নিংথেম্ পোক্প পুখ্রিদ তৌগদবদি পূং মনুং নোংপোক্ থংবদ থোঙ্লেল্নে। চিবা ৭ মদ অৱাংদগি হৌন যোৎপী অম অম। লাইসোল্ন চিবা অমবম্দ যোৎপী অম যৈও। লাইসোন্দি যেং যেং যেং, যেং যেং যেং তাখৎলক্ও। যেং য়েং যেং তূচি কৌএ। অসিগি মথক্ত মপু ওইব মমিংদি য়েং যেং হ ব স কৌএ। মমিং অসিবু নুমিৎ খুদিং সোল্লো। অৱাংলম্ সোল্লো। অসিগি মতুংদ লাইসোল্ অমবক্ সোন্দন ঈকথোক্ও।

থাবু থংলব কৌএ। অনীম তিন্নব মফম্দি ফম্বাল্দ তিন্নবে। থাদ লৈব সিদব মথেক্ হন্দোক্লক্ও। মমৈন মথেক্ ৭ ওইন ফম্বাল্ মথেক্ ওইবীও। থৱাল্পিচাক্ লেঙ্দ সিদববু মায়য়োক্নহল্লো। মমিংদি সংতবেং ঙঙ্ নপ্তবেং কৌএ। থাগি পূংমায়দ নিংথৌ অপান্বন নিংথৌ ওইবে। অদুগ নুমিৎকি পূংমায়দ চোংসিন্খিবে। মমিংদি তেং তেং কৌএ। নুমিৎকি পূংমায়দগি থম্বাল্ ৭ পাম্লিবদগি অম হাপুরে, অম হাতান্নববগ নোংলূম্ ওইন কূল্লে। অম

---

১. *তাক্নগী কোম্– কোংব উচেক্কোন্গী খা থংবদ লৈব পুক্কপৌবী লাইকোন্গী কোম্। মৈতেগী সলাই তরেৎকি মনুং চন্ব চেংলৈ সলাইগী অপোক্প খুকম্ব থৌরম্দ তাক্নগী ঈশিং শীজিমৈ।*

ফম্বাল্লাং ওইনরে। অদুবু নুমিৎকি পাফন্ন তাউরোইনাইবু থব্বাল্পিচাক্ লেঙ্দ সিদবন সনচীং সুংদাই ওইনবে। সনচীং মতোন্দ থব্বাল্পিচাক্ লেঙ্দ সিদবগি মপূক্ মনূংদ কূন্ন লৈহল্লে। অদুবু পুথবিরক্ও। পুথবক্তুগি মমিংদি য়েং য়েং নোংতালেং কৌএ। মমিং মিংলেন্দি য়েংতু কৌএ। নিংথৌ ওইন পুথবক্তুগি পাফন্দ ফম্বাল্ ওইন পুথবক্তুন নিংথৌ অপান্বন ফম্হল্লে। মমিংদি ত কৌএ। লৈব খৈবিক্পু খূনেৎ ওইনবে। পাফন্ন ফম্বাল্ ওইবগি মথক্ত মমিংসুং ন কৌবে। ২ য়েং ওং হানু হাতেঙ্ কৌন ফম্বাল্বা অসিন নিংথৌগি হক্চাং সেংনৈএ। সিখিববসুঙ্ হক্চাং সেংনৌও।

অসিগি ঈবাৎতি, পুম্সাইখোংগি[1] লৈপাক্, লাংসংগি লৈপাক্, ঈসিং, ঈকোপ্ মকগি লৈপাক্, থাঙ্হূৎৱাগি লৈপাক্, ঈসিং, খুইগি নূং মচেৎ, লাইহাৎপাৎকি লৈপাক্, ঈসিং, থোঙ্ঙাবেল্গি মফম্দগি লৈপাক্পু মফম্ অসি খৈবিক্কি কোন্য়াই হুন্দন লৈপাক্ লৌগনি। ঙম্ন তিন্দন ফম্বাল্লাং সা-ও। কোয়ন লৈপাক্ মফম্ ৭ সা-ও। লৈপাক্ন থূপচিন্দুন ফম্বাল্লাং ওইও। মমৈন থূপচিন্দন নম্খাঙ্ ওইও। থাগিদমক্ তিন্সিন্বদি লৈপাক্নে। পান্বৈদি লাইবেল্ সা-ও। থোঙ্দি লৈপাক্ন মথেক্ তম্ন মৈবম্ ৱাংন কাহল্লক্ও। কাহন্ব অদুন চোঙ্লেন্ ইন্চম্ ওইন খাল্হল্লো।

খূনেৎতি তীন্ সিদবনে। থক্খন্দি সবাবেল্নে। নম্খাঙ্দি কৌবকনে। মায়য়োক্তি নোংপোক্নে। যেৎতি মাবজিংনে। ওয়দি থাংজিংনে। অমদি অৱাংনে, অমদি খানে। থোঙ্ ফাৎলো। অৱাংদ কৌবক সা-ও, নোংপোক্ থাংজিং সা-ও, খাদ থোঙ্ঙাবেল্ সা-ও। লোইববগ সনা কোন্খাং ১১, লুপা কোন্খাং ১১ অত্যা পাফন্গি মথেক্ত স হাপ্ও। কোন্খাঙ্ সাপোৎ অম, অনীম অসিন সেক্পিন্ ওইয়ো। মান নুমিৎ সাদন মৈবুল্ ওইও। তুংদ থা-ও। মৈবুল্ ওইও। মফম্গি মথেক্ ৭ মদ মথেক্কি অৱাং, খা, নোংপোক্ ৩ মদ মৈবুল্ অহুম্ খাইও। সনাগি সরীক্ অহুম্ খল্লো।

থাংজিংদগি লৈপাক্ লৌদন থাঙ্ অহুম্ লোঙ্ব সা-ও। কোন্থোঙ্সুঙ্ লৈপাক্ন ওইও। মী অহুম্ সাদন থাঙ্ ফাল্হল্লো। মমায় নোংপোক্ পাংহল্লো।

---

১. *পুম্সাইখোং– কংলা মনুংদ লৈব মফম্ অমনি। চক্প পুম্সাইখোং হাম্বগসু খড়নৈ। ঙাল্লিবৈ মতম্ খৃষ্টগী অহান্ব চহীচাগী মতম্দ মফম্ অসিদ চক্প কাঙ্লুপ্নে খুম্দাবন্ন মফম্নি।*

মমায়দ সনা লুপা অহূম্ হাপ্ও। অহুম্মদ তম্ফা থিল্লো। মতোল্দ লুপা সরীক্ থাংহল্লো। সনা কোক্কায় অনী, লুপাগি অনীম অসিদি পাফল্গি মনাদ থাংও। মেরা থাদ তৌও। নিন্মাঙ্ থাঙ্জ নুমিৎত থৌনিগদনে। অহিং নোংয়ায়দ পূং অহূম্ তারবদ তৌও। পূং অহূম্ তাববগ মেল্ তান্ন কাখিদন শীক্ লৈ পবেং ১১ দ লুক্ সিন্নদন কাগদবদি খুচু চক্য়েক্ তিং তিং হা হিং পোঙ্থাঙ্লেল্ লাইলোংব, তীন্সুবেঙ্ স হ ও, তুম্বুং স ল হ লাইমিং কৌব অসিনে।

মফম্ য়ৌরবগ মাইবসুঙ্ ৭ লক্ ঈকও। নোংমৈ কোরীগি হি সা-ও। সনা লুপা হাপ্ও। মরু মনাউদ খোইক থাউমৈ থাল্লো। হিনাউদ সবীক্ থাংও। হি অদুবু খূৎত সূও। লাতোল্ নোংপোক্ থংব য়াল্লো। নিংথৌ ফম্হল্লো। লাইমিংদি য়েং অহন্নক্ সোল্লো। লাইদি নিংথৌ অপান্ববু নীংও। ঈরাৎ মফম্দ চঙ্খিদন ফম্বাল্লাং সাব মথক্ত ফম্হন্দুন নিংথৌ পুব্সিও, লৈপাক্ মবা চেৎলো হায়ন সোল্লো। কোংবদ তৌও। মেল্দ কোল্লো।

মেন্গি ঈরাৎ হায়গে। নোংদা, লসিং অকাপ্প, সনা অসেংব চৈ অম হাপ্ও। হৈরুক্ অয়্ সেম্ন থেল্লো। থাউমৈ মঙা, খোইক থাউমৈ অহূম্, পসোৎন চৎলম্দ থা-ও। অহিং নোংয়াযদ, লংমাইজিং নুমিৎত তৌও। নিংথেম্ মমায় অব্রাং পাংন ওন্দুন নিংথৌগি মপূক্ মনুংদ নীংগদবদি থবাল্পিচাক্ নিংথৌ সিদবগি মপূক্ মনুংদ লৈব পাখংববু পুথদন মেন্দ ফম্হল্লো। নিংথৌ পাখংববু থাদ তূ, মেল্দ ফম্হল্লো। নিংথৌ পাখংববু খুকম্হন্দুন লাইমিং সোল্ও। কোবো মৈতে কৌন সোল্ও। কৌব্রুবু লৈপাক্ন সাদুন মমীৎত তম্ফা থিল্ও। মী অমুব ওইহল্লো। মখারম্ ব্রাঙ্ববেল্ সা-ও। ফি অঙৌব সেৎহল্লো। নোংপোক্ত চীংখৈ সা-ও। মমীৎত সনা হাপ্ও। ফি অঙাঙ্ব সেৎহল্লো। ওয়বম্দ থাংজিংবু থক্খল্ ওইনৈএ। সিদব লাইয়িংথৌগি মপূক্ মনুংদ মাঙ্দ সিদববু পোক্সুং পোক্তব কুকনচিংন পূক্নিং ওইহল্ও। অথোইব লাই কৌবদি অসিনে।

কুরু অথাপ্প, ব্রাঙবরেল্ অতাম্বগি ঈবাৎতি সনা ফূদোংব, লুপা মায়খঙ্ব, হেরা মুক্তা, চেঙ্চীন্ তম্ফা, থাউমৈ ১৮, পসোৎ ৭ কোয়ও। হৈরুক্ মাপল্, চুহী খোযহী, সংগোম্, কৈথেল্, অহুম্গি অহাউ অথুম্ য়াও-ও।

নিংথৌগি ফিজেৎতি, সম্জিন্ অঙৌব, সনা খৃজি, সনা খৃদোপ্, তম্ফা অঙৌব খিন্ব অসিনে। অহিং নোংয়ায়দ তৌও। অহান্বদ হ বোং থা-ও। তাইরেল্ অহুম্ন নাহাইথোক্ও। নিংথৌ মমায় অরাং পাংহল্লো। রাংগি ফান্খোঙ্ মরি পান্বদ ফম্হল্লো। মখূৎ লোন্নদুন লাইবু নীংহল্লো। লাইসোন্দি খুনুংচক্, লাংবচক্ য়েক্ তিং হ হা পোংলেন্হন্ব ঙাবঙ্লেন্ খোঙ্লোল্বেল্ লাইবোংব তীন্সাংলেন্ স হ ও হা খীং সুঙ্ অসিদি নিংথৌবু সোল্হল্লো। ঈবাংকি মফম্ অসিবু চেংন সিন্নও। লৈপাক্ লেঙ্দব রানে। মাইবসুঙ্ সোন্নও। নোংমৈ কামবন্ মাপল্লক্ থা-ও। নিংথৌগি ফিবোয়দি কুকদ কুজও। কুকন ফম্বাল্বা তাক্পীও।

ফম্বাল্বা খঙ্নব হায়গে। চীংবৈদ নোংয়াইগি মতম্দ হৈকক্ অম, থাউমৈ অহুম্, সনাগি হি, লুপাগি হি, সনাগি সামু সগোল্ পীবম্ও। রোং হোই হায়ন থা-ও। হন্কক্ মবি তাতা হানু হাতোঙ্, হাচল্থু ওম্চল্নু অংক সংক পিন্তু স ব স, স বে অসি সোল্লো। কুকদি হন্দোক্লক্ও। নিংথৌ মতোম্ম থম্লম্ও। পূক্ লেপ্পবদি লাইগি খোঙ্গেল্ তা-ও। অসিগি মতুংদ সযাকোৎ চঙ্ও। নিংথৌকাব নুমিৎত তৌও। থৌনি পোৎয়াওদি সনা, লুপা, লফোয থউক্ত মুন্ব, কোন্য়াই পু অম, য়েরুম্ নিংথৌকাব থুব, চেঙ্ চাংলেল্ অহুম্, থাউমৈ অহুম্, লৈসং, হৈ মনম্ নাইব থৌনিবম্ও। নিংথৌ ঈকহল্লো। কুকন লাইমিং সোল্হল্লো। থাউমৈ মূৎলম্ও। লাইমিংদি য়েং য়েং হায়ন সোল্লম্ও। অদুগ নিংথৌ মদোম্ম ফম্হল্লম্ও। মৈ মূৎহল্লম্ও। লাইন ফম্বাল্গি খোঙ্গেল্ তাহল্গদনে। অসি লোইববগ নিংথৌ ফি হোংহল্লো। সবাং লৈসাংথেম্ন থাঙ্ ফাল্হল্লো, মৈয়েংবম্ন মৈবা চিংহল্লো। অবাম্বম্ন ঈকহল্লো। নিংথৌন নোংহুম্সঙ্গি লক্য়ান্কাদ[২] মমায অরাং পাংন

---

১ *মেন্— কংলাগী নিংথৌ ফম্বাল্ তোংফম্ সুকংবু মেন্ কৌই। মফম্ অসিদ লাইবেল্ পীনাইদবী অবেংমক্তি নাউফম্ নাউযোম্ন নুংগী থেংগুগুম্ন লৈ হাযন থাজনৈ। মসি লৈবগী মেন্ কৌই। কংলা মেন্দ ফম্দুন ফম্বাল্ তোংদব নিংথৌদি নিংথৌ শীংদ চল্লম্দে। মবম্ অসিন কংলা মেন্ মথক্ত ফম্দুন ফম্বাল্ তোংখিদব নিংথৌদি নিংথৌবোল্ লম্বুবদ চল্লম্দে।*

২ *লপ্যান্কা— মৈতৈগী যুম্শা কাঙ্লোন্গী কাযাৎ অমনি। যুম্গী কাশিংগী মনুংদ য়াইদগী চাউব তাইবংপান্বগী মমা ওইবী লৈমবেল্ শিদবীগী যুডম্ যাফম্ ওইব কানি। লপ্লেন্ কাসু কৌনৈ। যুক্তা লাইক লৈব মফম্গী হেক্ অরাংথংব মাঙ্সোক্তি মফম্দ লপ্যান্কাগী মফম্নি।*

ফম্‌হল্লো। ঐনে থবাল্‌গিচাক্ নিংথৌ সিদবগি মপূক্ মনুংদ লৈব পাখংবদি ঐনে হায়য়ো। ঐবু থোইব লৈতবনে নমায় নহি কাঙ্গুনো হায়য়ো। ফিরোয় নাই সল্ লাংয়েন্ মাপল্, সল্লাই মাপল্, খবী সীংফম্ ৬, থাপাচা ১, তূম্‌দব অমম্ব, রীৎতু, নাউফম্, থা, নোংসা, নোংসিং, মৈ, ঈশিং অহিংনে।

হান্ন সেম্ব লাইফম্‌দি য়ীম্‌জাউনে। মীৎকুপ্ নাহম্, পূক্নিং খোঙ্কাপ্, নুমিৎ খোয়রী, বীৎতু অঙান্ব, তুম্‌দ মাঙ্দব, নোংখিল্‌নে, চা ৯, সীংফম্, সঙ্গাই মৈরিংফম্‌নে। কোন্ন লোইব লাইফম্‌নে। লৈরোল্ ৯, নোংলোন্ ৯, লাংয়েন্ ৯, সল্লাই ৯। সল্লাই ৯ লাংয়েন্ ৯, নোংলোন্ ৯, লৈবোল্ ৯ সঙ্গাইনে। থান চৎপ য়োংথীদি, ওয়মাঙ্ য়েংমাঙ্ন থীএ। ১৫ নি নিল্‌মাঙ্ কৌএ। পূংথি খেন্‌থিন থিএ। ওয়সেং য়েংসেং ১৫ তুংন হাল্লে। নিল্তুং কৌএ। পূংলৈ খেল্লৈন থিএ। য়োংথী ৩০ ম অসিবু ক্রু পাখংবগি ঈবাং লাইসোল্ থৌনি খাচঙ্ তৌগদনে। ঈবেং পুৱাবী অকব, খম্‌লাং পাবম্‌লেল্ অচেৎপ অসিবু থাবুম্ হাঙ্দন থবিন হান্‌ঙৈ হাল্লৌসে। নুমিৎন কাঙৈ কারৌসে। থবিন হান্‌ঙৈ হাল্লৌসে লম্বু তাইও। নুমিৎপু লাংলো থাবু তাইও। মফম্‌দি সুম্‌সঙ্দনে। লৈম নিংথৌ অনীমগি সঙ্ফম্‌দি য়ীম্‌জাউ সঙ্গাই সুম্‌সঙ্ অহুম্মদ লাংলো। নিংথৌ পুন্সি লৈনিফম্, লৈম তেক্‌হৌ নৌহৌফম থৌনিনবদি চাক্ মবম্ ৯, কোন্‌যাই ৯, সেন্‌জা ৯, সাবম্ ৯, ফিবোয় ৯, ঙাবম্ ৯, লৈম নিংথৌ অনীমন পুন্সি লৈনিফম্‌দি মঙাং পূংফম্‌লেন্দ লাংকদনে। লৈম নিংথৌ পুন্‌সিএ, লৈপাক্ মবা চেংলে, সা লান্ ফা-এ, অকন্ অথৌ খোক্‌এ, অসি অনা লৈতে, মতীন্ মকাঙ্ চঙ্দে, কুম্ ফৈএ। ◪

# ১৫. থিরেল্ চীন্দুম্বী

হঁ হয়ি হয়া হে ! তাইবংপান্ব মপু সিদববু খুরুম্নন ইজগে। অমম্ববু ঙাল্হন্ব, অকঞ্জবু তাউহন্ব, অতাউববু লুপ্হন্ব, অসির্ববু সিহন্দব, সিদববু সিহন্ব, লৈপাক্ সেম্ব নোংখৌ হৌব, অমম্ অঙান্ খায়ব নহাক্পু খুকম্নে ইজবনে।

হৌজিক্তি তাইবংপান্ব মপুনে, অসীবনে, অতিংকোক্নে, কোঞ্জিন্ তিংখোক্পনে লাই মবিমক্ন লৈপাক্ সেম্লে। উমংলাই নিপাল্মক্পু, সুংদাই মথক্পু, নাপোম্ মথক্পু সেম্লে। পূং থেল্ সেম্লে, উ-ঝা থাবে, নাপী সীংবী পোক্লে। লৈমবেন্গ অতিযাগ অনীমক্ন হয়েং মতম্ অমদ ঐখোয়ন থাপ্লবদ মী লাই ওইবসিংন খঙ্জসুনো হায়দুন সেম্লম্বনে।

অতিয়া সিদবগি মমীৎন নুংগোইবীনে। ঈন সনচাংদ কাখিদুন সিদব লাই ওইখিএ। মমিংদি বিখা কৌএ। অসি হায়ববদি লেঙ্গদনে। নাতোন্দি নুংজেংনে। নাখাঙ্দি চংনিং ঈবেল্নে। মমিংদি খংচিবিক্চি কৌএ। মফম্দি ফান্দোন্গি কিসি অদুনে। মনুংদ নুং অম লৈবনে। মমিংদি লান্বি কংসি কৌএ। মমিং অসি হায়ববদি খোংগদনে। অসিদি মী সিবব, মবাই লাক্লবদ মফম্ অদু চমেল্ মতূম্ ফুম্ও ফবনি।

অতিয়াগি থমোয়দি লোইবেল্নে। মমিংদি উম্চিওন্ কৌএ। অসি সোল্লো। সোল্লবদি থাগুম্ব অম উগদনে। অসিবু উববদি মপোক্ নিপাল্লক্ নিংথৌ ওইগদনে। উগে হায়ববদি অহিংদ খুদা থাবগ মীং উইরুম্ তৌদন সোল্লো উবনে।

অতিয়াগি খোয়দি নোংহম্সঙ্নে। মমিংদি মেন্বিনুং কৌএ। অসি হায়ববদি লাই মাপল্ লাক্কনি। লৈপাক্ অসিবু নিংথৌ মাপল্ন লাক্চগদৌববদ মফম্ অদুদ লৈবগ কৎলো। মহাক্র পোক্পীব ইপান্ নুমিৎত তৌও। মাগি সক্তম্গুম্ব অম উগনি। ব্রাদি ঙাঙ্দে।

অতিয়াগি ঙক্লীদি মখোয় পোক্পী, নাপোম্থোঙ্গি মবক্ অদুনে। লম্দি খা পাৎকি পুন্ত্রি অদুনে। মমিংদি ঙাংলিচেং কৌএ। ব্রা অসি হায়ন মফম্ অদুদ নোংথৌ মতোন্বু য়েংন সোল্লো। ওইবিব নিংথৌ অদুবু উবনে। মান চাবদি লুপা তাঙ্গ, সনা তাঙ্গমক্পু চায়এ। নোংনিংথৌ কৌবদি অদুনে। অদুবু উববদি সিদে হায়ব খঙ্ও।

খ্বাঙ্ য়াঙ্লেন্দি লাইখোং মবীল্নে। মমিংদি য়াংখুবী কৌএ। নিংথৌন সা-লান্দ চৎকে হাযববদি মফম্ অদুদ থুম্বোল্ মাপল্, ঙাপোল্ মাপল্ অসি য়াওন সনা কৈথেল্গি অকৃৎপ অদুদ তৌববগ লৈনুংদ য়োংগি মসক্ মাপল্ লৈবনে। মদুদ পীবম্ও ঙম্বনে।

খ্বাঙ্দি কিসিতাং ঈবেল্নে। মফম্দি নোংহম্সঙ্গি কাবন্ অদুনে। মমিংদি লৈকাচেং কৌএ। ব্র অসিদি মীওইবসিংন মফম্ অদুদ চৎতুন হং হং ঙং কৌএ। অসিবু য়োল্লবদি হে মীও সিগনি হায়ববদ তৌও। অমুক্ত তাইবংপান্ব মপুবু উবনি। চহী লখা চৎথোক্পনে। হে মীও, হে নিংথৌও খঙ্ও।

অমসুঙ্ হাযগে। হোইবোংদি য়াওবৈবীনে। মফম্দি সনা খোংনাং মবীল্নে, অকৃৎপ অদুনে। মমিংদি পেন্গি সনা পেন্পাপ্ কৌএ। মান চাবদি সলাই তবেৎকি কোন্য়াই সনা চায়এ। পূক্চৎকনি ঈফায়গনি হাযব কুম্দ তৌও। থুন্ অনীমক্কি মমিংদি থুন্ থুন্ কৌএ। নিংথৌন নুংসং থুংলবদ মফম্ অদুদ মাগী মতৌ মাপল্ খিদুন সোন্গনি। নৃংথং মাপল্ন খূক্লুদ য়ৈহন্লো ফবনি।

অতিয়াগি থমোয়দ হৌব মপাদগি সলাই তবেৎমক্[১] পোক্খিব হাযগে। থৌবিদগী তুনিংথৌন অঙোম্ পোক্এ। মান লৈব মফম্দি সঙ্গাই মমাঙ্ কাদ লৈএ। মথং তুনিংথৌ অমদি নিংথেম্ পোক্এ। লপ্লেন্ কাদ লৈএ। অসিদি

১. *সলাই তরেং– নিংথৌজা, অঙোম্, লুবাং, খাব ঙানব, চেংলৈ, খুমন্ অমদি মোইবাং হাযবিব মৈতৈগী মীওই কাঙ্লুপ্ তরেং অসিবু সলাই তরেং হাযন খঙ্নৈ।*

তুয়ায় কৌএ। মান লুবাং পোক্এ। মান লৈবদি মথং কানে। মথং অদুন খাব ঙান্ব পোক্এ। লপ্লেন্ লাইকদনে। থমোয়দগি তুন মোইরাং পোক্এ। মফম্দি লৈফু মফম্দনে। মখা খোঙ্গি তুমান্ন খুমন্ পোক্এ। সলাই ৭ মক্ন অসুম্ তৌন অতিয়া সিদবগি হক্চাংদগি থোক্খিএ।

হৌজিক্তি রা অম হায়গে ! অসীবন খোই থাব মফম্দি পাউতাক্ হিদেন্নে। অদুদ নোংনাংকোন্ কৌব নুং মাপল্ লৈবনে। মাগি ঈবাংতি চফ্ পাংলৈ অম সাউও। মনুংদ সনা লুপা হাপ্ও। ঈশিং মনুংদ ঈরুপতুন থম্লুও। নিংথৌ পুন্সিবনে। কাখৎলগ যেংও। ঈসিং সৌবনে। কোঞ্জিন্ তিংথোক্পগি খোইফম্দি মচি চীংগি লোক্মায় লোম্ব অদুনে। মদুদ নুং মাপল্ লৈবনে। মমিংদি চোম্সুখোম্ সনা লীক্লাইখোম্ব কৌএ। ঈবাংতি সনাগি খোই অম, লুপাগি খোই অম সা-ও। ফিসাব লোয়সঙ্গি কন্নবন মবী ওইয়ো। লৈপাক্ খুবোম্ অম লুন ময়ুং মফেন্ মান্নন তৌবো। কোন্য়াইপু ,অম হুল্লো। লাইসোন্দি সু সু তোন্ লাইবেন্ তোন্ সংব ময়োন্ কৌরনে অসি সোল্লো পাখংব থোক্লক্কদবনে লুন তৌও খঙ্ও।

অতিয়াগি মনীংথোঙ্দি তেন্গৈখানে[১]। মমিংদি সাপেরা কৌএ। ঈবাংতি নাপী মবম্ তবেৎমক্কি মতোন্দ চুহী লূপ্লো অদুগ লাংলো পুকচৎপ ফবনে। অতিয়ান হুৎপদি লুন নোংচুপ্ খোংগি ওয়দি খুবায়পুংনে। খোঙ্বী য়েংতি রাংখৈপুংনে। ঈবাংতি লুপা খোঙ্উপ্ অম, সনাগি খোঙ্উপ্ ১, চেঙ্ কবোক্ পুখম্ ১ থাদুন চি হায়ন সোল্লো, কুম্ কাংদবনে।

পান্থোম্ যেংতি য়াইখুল্লনে। ওয়দি খাইনে। মাগি ঈবাংতি লসিংন খুজি সা-ও। তু-মান্ য়াওন লাংও। লাইমিংদি থুচেংচি কৌএ। অসি সোল্লো। লৈব খৈবিক্ ফবনে। অতিয়া সিদবন হীপ্ন য়াহীপ্নে। অসিগি মখাদ লৈমবেল্ সিদবীন হীপ্লিএ। লুন কেক্রুপান্গি নুংবী অদুনে। মমিংদি লৈনোংচি কৌএ। ঈবাংতি লৈ তবেংকি মতোন্ লৌও। তেন্গৈখাগি লৈপাক্ক তোংন লাইমিংদি অম সোল্লো। লৈম তবেংকি মসক্ উবনে। লৈপাক্কি লৈমন সিগনি হায়ববদ তৌও চহী লখা য়ৈথোক্পনে খঙ্ও। ◪

---

১ *তেন্গৈখা– কংলাগী অকব মফম্ অমনি। মফম্ অসি সরেন্থোংগী অয়াং থংবদ ইন্ফাল্ তুবেল্গী নোংচুপ্ থংব মফম্দ লৈব মফমনি। খাই নোংজেংথম্ পিবা য়েক্ম হাওতংলা নমু পোংববাচা অজন্বন নুমিং কাপ্পখিব তেন্বু নীদুন লোংলপ্পি হায়বগী তেন্গৈখা হায়ন কৌখি।*

# ১৬. হৈবোক্ চীংগোইব

ঃ হৈবোক্ চীংগোইবদি লহাল্নোং হয়িঙৈদ লৈপাক্ নোংথৌ, মৈ ঈসিং, নুংসিৎ, মী-পোং, সা-ঙা, তীল্-কাঙ্, উ-বা, নাপী সীংবী, চীং ম সেম্ব লোইববদ তাইবংপান্ব মপুন তাইবংপান্ব খৈবিক্পু ঐন সেম্লে, ঐ থোংঙা কৌন লৈবগে, থেৎপুং খোঙ্নেৎ নম্ববু ফাল্ ওইন ফম্লে। থে কৌবদি নূংমু সিদবনে। মাল্ কৌবদি হাপ্ত কৌএ। অদুগি মথক্ত চীংন লেম ফম্লে চীংলেন্ও কৌএ। চীংলেন্ কৌবদি চীংসুঙ্ অহন্মনে, লেন্সুঙ্ অহন্মনে চীং অহন্ম কৌবদি মাবচীংনে, থাংজিংনে, চীংখৈনে অহন্মনে। লেন্ কৌব কৌবরেল্নে, সবাবেল্নে। নূবাং নিংথৌন কৌববেল্নে। খুমন্ নিংথৌ য়োইবাংপোক্ পুন্সিবন বাংববেল্নে। কুক অহন্মদি অসিনে।

অঙাং কৌব মঙাংদি নোংপোক্নে হায়খিএ। নূবাং নিংথৌ পুন্সিবদি চৌ ৩৫০ পাল্লবগ লাই ওইখিএ। মকন চীংথাংদ হৌবিবনে। খুমন্ নিংথৌ য়োইবাংপোক্ পুন্সিবন চহে ২৫০ পাল্লবগ লাই ওইখিবে। মকন কূয়াংথেংবী চীংজীন্দ হৌবিবনে। কুক অহন্মক্কী মতেদি অসিনে। অহন্ম অসিবু পাখংবা খোক্মন্নবক্প মহাক্নে। মীপোক্ মীহিংব লাই মহাক্নে। লৈপাক্ সেম্ব লাই মহাক্নে। অহন্ম অসিবু মীয়াম্ন খঙ্ব মহাক্নে। অহন্মগি মমিংবু খঙ্জববা অপোক্ অসি লান্খিব খঙ্লবনে। লাই অহন্মগি মমিংদি মিংলেন্ সিদ অদুনে। সোয়াম্ বানে, হৈরোং বানে খঙ্ও।

লৈবাক্ খৈবিক্পু পোক্ সাংলে হায়বগি হৈপোক্ও কৌএ। লৈপাক্ লাক্লেন্ অহন্মক্পু ফিদুপ্ অহন্মদো অদুবু খঙ্দন লৈরগে হায়দন হৈবোক্কি সাথূপ্ চীংনামুংদ লৈরে। কুরু মতুং ইন্‌বনে। লাইখুরোম্বীন ব্রাক্চীং হাওকোন্‌বম্ চনু[১] নোইনু থুম্ ওইবী ওইন লৈবে। থৌদু নূংখেংলৈম তাইবংপান্‌ব খৈবিক্কি থুম্ থোক্পদি মঙোন্দগিনে। পোইবৈতোন্ মৈ মূংতবসুঙ্ লৈবনে। লাইয়িংথৌদি খঙ্হন্দন সাথূপ্ চীংনামুংনে। অদুদ ব্রাইরেল্‌লাক্প কৌব লৈরে। থৌদু নূংখেংলৈম, চেঙ্জা নূংলাইখোম্ সাফবীগি মচা ওইন লৈরে। তাইবংপান্‌ববু সৌরা ওইন ঙাতানন লৈরে। সৌরাচীং কৌরে। হ সুঙ্ লৈব খৈবিক্পু পোক্পদি ঐনে হায়বগিবু হৈবোক্ কৌন ফৈন ঙাক্লে। অদুগ তীন্‌ফা হিয়াং মান্‌ব ওইবে। মমিং নম্ব ফংতব চাগে হায়ন তীন্‌ফাপাৎ নোংদংখোংদ লৈরে। অদুগ তোরোখোং মবীন্দ ঈন্ চিংখিরে।

কুরুন লাইবেম্মবু তম্নগে হায়ন খাবম্ হাও ওইন কুতেন্‌গি মনুংদ চঙ্‌খিরে। খুং খোংন তাউথখিবে। লাইবেম্ম পাম্ভোইবী কৌন চোম্ কাইতোই সিন কোরফান্দ ফম্‌দুন পাউহৈঙম্‌এ। তোংচেং কুয়ায়নুংদ খুং খোংব অসিবু কনানো হায়ন ঈশিংদ কূম্‌ন লৌখৎলে। লাইরেম্মন চিংখৎতুন হাংদোক্লে। কুরুন উব্রাপাক্ ওইন লৈঙম্‌এ কুব্রাংখেল্‌ও কৌএ। লাইয়িংথৌন খুম্‌এ। ঐদি সবাক সেক্নীংগুম্বনে। ঐদি মাগ পাসন্দ মচিব লেম্‌লোঙ্দ লৈরগে। ঐদি ঈসিং তাব ঐনে খঙ্‌লবদি পুন্সিবনে। সিদবনে। মকাবাব কৌন লৈবগে হায়ন লাই ওইন লৈবে। লম্‌লোঙ্ অনী ফাংবদ লৈব লাইদি ঐনে। অদুগ লাই মহাক্পু চীবে হায়বগি মকাবা মকাবা মকাবাবা মসনফম্ মাঙ্‌চিব লম্‌লোঙ্ কৌএ। মমিংদি মকবা মকবা, মকান্না মকাবা-ও কৌএ।

মান মফম্ অদুদ লৈবে। অদুগ থোঙ্‌ঙারেল্ কৌন মীগি থব্রায় ঙৌন চারগে হায়ন য়োং কবিফু ব্রাই অহুম্ চাউববু মৈথোঙ্ ফাংতন থরোইচেক্ত লৈবে। মী মীনম্ব ফংতব ঙৌন চাগে হায়দন লৈরে। খম্‌নুং ব্রারক্নব কৌরে। অদুগি নূংপাক্ অনীমগি লক্ত ঙান্‌ব পোক্প অরিব কৌন লৈবে। মহুই ঙান্‌ব ব্রা, ঙান্‌ব সাংতোল্‌ব্রা, সেল্‌লোই লংমাইব্রা, হাওখোং নোংথিল্

---

১. *ব্রাক্চীং হাওকোন্‌বম্ চনু– থৌওইবী মতা তাবেংকি মনুংদ নোইনু থুম্ ওইবী লাইরেম্বীনি।*

কৌএ। খ্বাই নোংজেন্বন[1] নুমিৎ কাপ্নব ঝানে। খুইন মগা পাখংববু হাৎনব ঝানে। হুইচৈ লাংহে চৈ কৌরে। থৌদু নুংথোঙ্চীংদ চেঙ্জা লাল্লুম্খেল্লে লিল্লিনান সঙ্জববু লৈনুং তাংক্রি সন্সেন্বন চেপীঝানে। লৈবাক্ খুন্গং খুদিংদ ঝা মিংনাইব ওইন হৌবিএ হায়ন কোঙ্য়াং ঝাপুন্সি ঝারোৎলম্নে।

কুরু মহাক্ন লৈমবেল্ন ফৌওইবীন[2] কোইব ঙম্ব ঝানে। অদুগ মাল্ কৌব চাবাসুচাক্ সল্ অঙৌব ওইরে। থাঙ্গু কম্বোং চাইখাইগে হায়ন নীংদুন লাল্লক্লে। ঙৌব সম্লাং কৌএ। লৈমবেল্দি তাইবংপান্বন খঙ্লবনে হায়দন লম্লোং অহুম্ ফাংবদ খাংফম্ খোঙ্লীন থুদুন ফারে। সল্ অদুবু ফাবে হায়বগিদমক্ কিয়াম্ লম্লাংকাও সলা কৌদবিঙেদি য়ুপুংসল্ অবেম্ব কৌএ। অদুগ লৈপাক্ নোংথৌ মবোল্ অহম্মবু পয়া ওইন চেৎন ফাবিব সঙ্ মানে। খোং নামুংবসুঙ্, কাংতুম্খোংসুঙ্, লিলিখোংসুঙ্, তরখোংসুঙ্, খোং অমন্বসুঙ্ অসিনচিংন চহুম্ হুমফুমাথোই তিন্ব খোংদ নুংমু সিদব কৌন কূম্ন লৈবে। মৈদিংঙু কিয়াম্বন লহাম্ন ফাবদি নোংয়াই কাওবেল্ সল্সেল্হন্ব থবা কৌববু ফায়এ। অদুগী ঝাল্ব কৌএ। নোংয়াঙ্এ। কাওবেল্ সল্সেন্হন্বগি সল্ লুচিংবদি নুং ওল্লে। অদুগী মতম্দ লৈবনে।

কুবন্ অমবক্ মসক্ ওইবে। নিপা হন্নুব ওইদুন মনম্ কতৌয়োৎ সুঙ্লম্এ। খোইযম্ লুনম্বলোক্ও কৌএ। অদুগ লাইথা তাঙ্বল্ তাব ওইন য়াইকৈ সাকং নম্এ। হাওকুবোক্ত চঙ্খিবে। অদুগ কৌব থোঙ্বু নম্ন লৈবে। হৈপোক্

---

১. *খ্বাই নোংজেংব– মতম্ অম খুন্টগী অহান্ব চহীচাগী মতম্দ কংলাদ পান্খিব খাব কাঙ্লুপ্কি নোংজেংবম্ শাগেগী লুচিংব অমনি। মহাক্কি মমিং খ্বাই নোংজেংবম্ পীবা য়েক্ম হাওতংলা নম্ন পোংববাচা অতন্ব হায়ন খঙ্নে। মহাক্ন নুমিৎ মযাম্ব তাউহইবেং অহন্ব অমসুং নুমিৎ সনা খোমদোন্ অতোন্ব নিংথৌ অনীগী মনাই ওইবদ ঝাবন খাঙ্ব ঙমলঙ্ববদগী শাউদুন তেন্ শাবগ নুমিৎ ময়াম্ব তাউহইবেং অহন্ববু তেন্ন কাপ্থখি।*

২. *ফৌওইবী– মৈতেগী ফৌগী লাইবেম্বীনি। ফৌওইবী লাইরেম্বীন ফৌ মবম্ তরাতরক্ পোক্খি। লাইরেম্বী ফৌওইবীন মাগী মজ্ঞ তরক লোয়নন তাইবংপান্দ তাইবং মীওইবন হিংবদ চঙ্গদব পোংলম্ কয়া অমদি মহে মরোং কয়া পোক্পিখি। ফৌওইবী লাইরেম্বীগী মতা তককি মমিংদি- চীংনুলৈম চীংমিংনবী, হাইনুলৈম হাইমিংনবী, ঝাকচিং হাওকোন্বম্ চনু নোইন্নু থুম্ ওইবী, খোংজি নুংলাইবম্ চনু লেম্লৈ ঙাবা ঙাওইবী, তোয়বী কোন্মিংনবী, কোন্লাংনু কোন্লাং নাশিনবী হায়বিবী লাইবেম্বীশিং অসিনি।*

অপীসক্ মনীংদ তাউজিঙ্ হৈনৌপ কৌন উ কাবোং ওইন হৌকবে। মোইবাংন য়ান্খিবে। হি মৈবোঙ্ব তোংজেং হৈনৌব ওইবে। মোইবাংন তাক্নখিবে। ফৌগাক্চাউ মনীংদ তূম্ন লৈবে। অদুগ লৈপাক্কি লাক্লেন্দ মীপোক্ মীহিংগে হায়ন সিদব হীদাক্ ওইন হৌবে। সয়ি উখাঙ্ উ ওইন থবান্ থাসিদ নোংয়াঙ্দ ঙান্ন লৈববে। মী অফবন উবনে। পঙ্ন উফদে।

নুমিৎত থাদ য়াই সিদব ওইন লৈবে। হিদাম্ন খঙ্দুন সুমাইদ ফৌববু নুমিৎন ব্রায়খৎখিবে হিতাপঙ্ কৌএ। অদুগ লম্দাইফম্দ সাচেং য়াহীপ্নন লৈবে। লৈমবেল্ন ঐসুং খম্নুং সিদনুবী ওইদুন অমন্ সিকৃম্ব য়াওগে হায়দন হৈবাং সিকম্ব নাউব্রা পীবেল্হৈবু খৃৎত সূন অমন্ খম্লৈ পাউথেম্বী ওইন লৈবে। থব্রায় ওইখিবব খৈবিক্পু মঙোন্দ থুংলে। অদুগ কুকন অমবক্ সম্কাপ্কুম্ খৃদুপ তবেৎ ব্রাংলে। থাংজিং অবিব কৌন লৈবে। অদুবু সবৌ তেন্গুম্এ। মকোক্ত নোংমৈ কোবি কোন্থেৎনৈএ। য়োৎকি কৌবোং সূইএ। খৃৎত কোবী সাজৈ অহুম্ ফাংব সূইএ। লাপ্ন য়েংলবদি নার্চন্থীগুম্এ। নক্ন য়েংলবদি নুমিৎ য়ুংব মচু তীন্খাক্কি মচুগুম্এ। অমম্ব মচুনে। খোঙ্থাং খুদিংদ মৈবি ফোঙ্ ফোঙ্ থোক্এ।

নুমিৎ থোক্লক্পবু মৈন তাইবংপান্ববু লুম্লে। নোংসা সাহন্দে। নাবল্ অনী পাল্লম্এ। অপোক্ অসি নাইবম্দবিএ। মংনাইদবিএ। অদুদি চীংবু কম্ লুম্লাং চল্ মেল্খোম্ব ইমিয়োক্ চীং কৌএ। অদুগ লাং সূগে হায়দুন লৈবক্ সাথৌব খোংবান্ সাবাং যান্ব কৌন লাংকে খুদুপ্ তম্ন লাং থাইএ। অদুগিবু লাংথবান্[১] কৌএ। ব্রাক্নে কাওবী সীংনাংনে অদুদ পোক্এ। ব্রাক্ খাও থন্দব খোংনিংলোক্ ব্রান্বী লাইমল্থোংও কৌএ। খুমন্ অদোন্ সাদান্ঙৈদ

---

১ *লাংথবান্– ইস্ফাল্দগী চাউবাক্র কি মি ১০ মুক্ খা মাযকৈদ চংলগ লৈব লম্ অমনি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতম্দ মফম্ অসিদ কোনুং ওইদুন পান্ব মতম্দ লম্ অসিগী মমিং কাঞ্চিপুর হায়ন কৌখি। লাইবিক্সিদ লম্সিবু লাংথবান্ কৌখিবগী পীবিব লম্মীংলোন্ অসি নত্তব অতোপ্প লম্মীংলোন্ অমন ময়িম্ সেলোই লংমাইন মযোম্ নোংবাম্লোন্ কাইবৈম খুনখুংদবীবু কম্বোং মবাল্য়াইদ থাজঙৈদ মচা নিংঙোল্ থাজবগী মমল্ মসীং ব্রাংপগী থাঙ্ও কম্বোংদ মমল্ থৌগৈ লাক্পদ মনম্দ পোদুন লাক্প চূংবু থাবম্মি। সেলোই লংমাই অমদি থাঙ্ও কম্বোংন চূংবু লাং কৌবম্মি। চূংলোং মনম্খাঙ্বু থাবম্মি হায়বগী লাংথবাল্ হায়ন কৌখি।*

য়াইবুং লোৎফম্নে। কুম্ খুদিংদ মৈ চাক্তন লৌহিং থোইন লৈবনে খঙ্ও। চীংখৈ লম্খন্ অচিবনে সোল্লো। সো থোক্পনে। লুবাং থোংলৈতোম্ মানদোম্ন খঙ্দুন সাচেপ্ তম্ন চেন্নববদ সেন্ব বানে। অদুগ ইরোই থরোবী ওইদুন পাৎ অমদ কূল্লে। ফম্লৌ অচন্ব কৌএ।

মীথী চীংজিন্ কৌবদি থোংনাং লিসিংচাইব কৌন মী সিখিব খৈবিক্পু মীসীং থীদন লৈবে অদুগি মীথী চীংজিন্ কৌএ। উমং বামংনুং লৈকু লৈবাই খৈবিক্ত মীথী লৈকু থোংসেম্ব, লৈবাই থোংযাম্ব লাইবা কৌন লৈবে। লাইযান উমং লৈবিব খুদিংদ খুম্বনে। অদুগ তান্চেন্ চীংজিন্দ তোংবা সাওইব ওইদন হন্জিন্খিবে। লৈপাক্ লৌখাইবসুঙ্ মানে। চীং খৈবিক্ কীন্থব লাইবিপাক্ কৌন চাফচীংদ লৈমবেল্গ ওক্লবে। চাচাক্ চাহাউ লৈব খৈবিক্পু থাংঙাইখোংন লাই পাখবা চীংজিন্দ লৈবে। লাই পাখবা চীংজিন্দগি পাৎ অদুদ পোংগি ঈসু তাবম্এ। খুন্দি উবিৎ খুন্সুঙ্ লৈবম্এ। চীং অদুবু লাইন চাইখাইবে। অদুগি উবিৎ খুন্ চোইমাঙনব মাঙগি চৈকোন্নব কৌএ।

লন্ওন্ যোৎতীক্পদ, সাচৎ লান্চৎপদ চৎহৈদে। তনাচাদি লম্লেম মখন্মদি উসাইবু সবাবেল্গি থাঙ্সঙ্ যাইওইব পুহল্লে। উসাই সাইপল্তাংন মচানুপী অহুম্ পোক্এ। অমদি হাওবৈম কৌবে। অমদি ঈওঙ্থাং কৌবে। অমদি অতোন্বী লৈম চংনিং যেন্খানু কৌএ। লৌতাবদ নোংগাখিবে। হাওবৈম ঈযোংথাংনে। থাঙ্সা লুমাই তেল্ ওইন ফৌদোল্ তোংবদ মচা চংনিং যেন্খানুবিবু ঈসিং সোক্হল্লে। অদুগ লাই ওইখিবে। ঈসিংখোংদ তাউখৎন লাই ওইঙম্এ। মপান লাক্তবে হাযদন চৈবোঙ্ লেংদ থোংদুন থিগে অঙ্গবক্পপু নাক্ল কোঙ্লোং মনাসিবু ফৌ চবোং লাযাৎ খাযহৌবে। অদুদি কোন্দে লাযাৎ কৌবে। মচাদি লৈঙম্দবে। ঈসিংখোংদদুম্ তাউখৎলক্এ। লাল্লোইখা কোক্তাউও কৌএ।

তুনেম্ মখন্মদি কৈখোংথুং কৈখোংতা কৌএ। কোংলৈ পুবিলোক্ কৌএ। বাবসুঙ্ তাম্নাসুঙ্ পোক্এ। অদুগি বাব তাম্ন বাব কোংলৌবী কৌএ। অদুগ কুক সিদব কৌন লাইবেম্মন লাইকবা তবেৎমক্তিদমক্ কৈথেল্ মাগল্ সেম্লে। চেঙ্গ তবেৎ খিল্লে। লাইবেম্মন লাইবেম্ম তবেৎক কৈথেল্ কায়এ। হৌদোঙ্ মকোক্ যোন্ঙৈ কৈথেল্নে। তুকপানে থেল্লেল্ লুবেল্য়াই কৌএ। লাইযিংথৌন উ ওই। হিযাং থাংবগুম্ন উম্পাবংচীংদ

থাংলে। হিয়াং ওম্থোক্খিএ। অমদি তুম্লে। থাংগ উথুম্কোন্ও থোন্নৈএ। সঙাইসেল্ ওইথোক্খিএ। পঙ্ন হায়হৈদে খঙ্ও। চেৎলো পুক্সিবনে খঙ্জৌও। ◪

# ১৭. পেনাগি হৌরক্ফম্

ꯈꯨ তাইবংপান্বগি মপু কুকব্বু খুকম্ন ইজবক্কে। তাইবংপান্বন পোক্লক্প মবম্বু হাযবক্কে। চক্রিব খুং খোংবদি[১] নোংসিংনে। তাঙ্ক্রিবীদি ঈসিংনে। সিংলিগি লীতোল্ খিজিক্ত হোব লাক্লেন্দ হাযনবে। হৌজিক্সুঙ্ হযেংসুঙ্ তংতবিবমখৈ পোক্সুঙ্ পোক্কনি সিসুঙ্ সিগদবনে। অনীম হাযনন নুংসি নুংওন্ন অখূব মফম্দ লোন্ন খাইনবে। অদুগিবু অনী তক্ওনে তক্ও তোক্ত্রিকোয নুংবু সিন খাইনব মখুবোন্ কৌএ। খোইনৌ কৌবদি পাম্হোইবীনে। পেম্মদি সনামহীনে। পেম্মন নাউফম্নে। খোইনৌন খোযনে। চক্রিব খুং খোংবদি সনামহীনে। তাঙ্ক্রিবীদি[২] পাম্হোইবীনে।

খোঙ্ঙাবেল্নে। ব্রাব কৌর্বদি বিতুনে। তোক্পদি কাম্নে। সর্বদি বৃজনে। সবিন খোঙ্ঙাবেল্গি যীম্বী পাযন পাউনৌবদি যীম্বী কৌবদি মীউনে। পাউনৌবদি চাক্খাবনে। পোইবৈতোল্ কৌবদি অঙাংনে। চক্রিব খুং খোংব তকুপ্ তঙাইযাঙ্ হাযবদি নাউফম্নে। তাঙ্ক্রিবীদি খোযবীনে। তাপোৎ তযাং সাব চংনিং হেন্ব মোইফেঙ্ব মবি লীসাব মবাং লাংসাব অন্তৌবিব সাকাবিব

---

১. *চক্রিব খুং খোংব– পোইবৈতোল্ন খমুং লৈবাক্কী লম্দম্শিদ খুম্হোবকপদ যাওবক্প পেনা খোংবনি। পেনাবু গুলিখৈদ খুং কৌবম্মি। ইহান্ হান্ন পেনা খোংখিবসি চক্রিব খুং খোংব হাযবিব লাইযিংথৌ সনামহীগী লাংওন্ ওইব মীশক্ অসিনি।*

২. *তাংক্রিবী– চক্রিব খুং খোংবগী নুপীনি।*

হায়বদি ঈমু ঈলাই খৈবিক্পু হায়বনে। হিংন চাব মবম্ ১০০ মুন্ন চাব মবম্ ১০০ হায়বদি খোয়রীনে।

নাউফম্দি থানে, খোয়বীদি নুমিৎনে। অসাইগি হায়ব পূম্নম অসিন মপাল্ ফাওন হায়ববদ নুমিৎ কৌব লাইন মক ওল্লে। থা কৌব লাইন মমায় ওইবে। মনুংদগি হৈবোং অদুন মমায় ওইবে। মখুল্ তেংখল্ হায়ব অদুন পুংগোইগি মনুংগি মনুং ফাওবদন অয়াম্ব হায়ম্রিবগি উংকাব অদুন সিংলি মৈবোম্ব ওইদন পুংগোইন নুং অদুদ উয়েক্ ওইখিবে।

মৈবোম্বগি মতোল্ অদুদ তাইবংপান্বগি পেন্নবিব মখুল্ অদুন উতোং ওইদন উয়েক্ ওইবিব সিংলীদ হূক্লে। য়েৎ ওইব অসাই হায়ব খোয়বী অদুন চৈজিং ওইবে। হায়খিব মবী লীসাব মবাং লাংসাব পূম্নমন সবীক্ ওইবে। অদুগি অউঙ্ব লাইফম্ অদুদ হৌবিব অদুসিংদুন মবী অনীম ওইবে। সিংলি খাঙ্নপ্ অদুন ফাবদন মপাল্ থোকন তাইবংপান্ন পেন্নবে হায়বগি পেন্না কৌএ।

অসিবু মপাল্ থোক্ন খোংবদি তাইবংপান্বগি পোক্নগদবগিদমক্ অসীবন খোংএ। অসি মতুংদ পাখংবন মোইবাং লোইবেল্গি সনাপুংদ চহী ১০০ পাল্লুইএ। জুক্ সুবে হাযদন খুন্গাবক্পদ থাংজিংন খোংকৎলক্এ। অসি মতুংদ তাইবংপান্ব নীংথি নুংঙাইনব হায়বগিদমক্ খাবি পেন্নব নহাব মোইবেংজাম্ব[1] কৌন খোংএ। নহাব মোইবেংজাম্বন নমু তাইবংপান্ন খোংননবগিদমক্ খোম্ন মক ওইবে। মুক্মু হাইমৈচোর্নগি উন্ন তিংএ। উযেক্ উতোং হাপ্এ। মৈচিংদি নোংসবীক্ন ওইএ। মবী অনীমদি সামদোন্ ফাঙৈগি সম্থবক্প নোংসগোন্ মমৈন মবী ওইবে। সনা খোংনাংলৈমগি সামদোন্ ফাবগি খোঙ্লী মসুং তম্ন লংন মবে চুম্বুল্ ওইবে।

অসি মতুংদ খোইদোম্[2] মান্দোম্ অনীমন কেগে কংলৈ লম্থোল্ সক্ঙৈদ খোংলম্এ। অসি মতুংদ অসৈবন সক্এ। নিংঙোল্ য়াইমবন[1]

---

১ *নহাব মোইবেংজাম্ব– মোইবাং নিংথৌ ঙাংনিংশিংগী মতম্গী পেনা খোংবনি। পাখংবন মোইবাংদগী খুন্গাবক্পদ নহাব মোইবেংজাম্বন পেনা খোংদুন থিন্গংলক্খি।*

২ *খোইদোম্ মান্দোম্– অঙোম্ পুবৈবোম্বন লিক্লাবিচা নোংদম্নু পান্নবগ পোক্পনি। খোইদোম্ন অঙোম্ ওইদুনা লম্লাংদোংদ ফাঙ্ক্লে কৌন পান্খি অদুগা মান্দোম্ন লুহাং ওইদুনা থবে লেম্লৈগী লম্ সুগনুগী মখাদ লেবা খোংনাং হায়ব কাঙ্লুপ্ ওইখি।*

খুৎলৈ অয়াম্ব পুখোক্তন খোংএ। অসি মতুংদ খোইমোম্ লাইনিংথৌ খান চাউব সম্বোঙ্ মরিবন নোংচুপ্ ময়াং কাল্লপুবদ তখেন্ খোম্মা কৌন পোক্লুঙেদ লাইনিংথৌ খাগেম্বগি হাক্থক্ত খোম্মান য়ুবি পুরক্তন খোম্দগি য়ুবিন সিল্লে। পেনা মসাদ চাউব অপিসা খায়এ। চৈজিং য়োৎন ওইএ। সবীক্ন হৈএ। অসি মতুংদ মবুধৌ ইবুংঙু পাম্হৈব হাক্থক্ত অসৈবগ তিম্নরম্বদগি পেনা খোংবন থাইদোক্লক্তন সঙ্ লিংএ। সঙ্লাক্প হাপ্এ। হঞ্জব হিদং হাপ্এ। ◪

---

১. *নিংতোল্ য়াইমব– চীংবাংলক্কি পুবৈবোম্বন লিক্লাবিচা নোংদম্নু পাম্নবগ পোক্প মচা অহল্ খোইদোম্নন কাওৌস্ পাম্নবগ চংথবক্প চাদা নাউদা মবোল্ অবেংসুব খম্লোইন খুমন্ নিংথৌ চনু নৈম হাওবৈম পাম্নবগ পোক্প মচানিপা অহম্গী মনুংদ মচানিপা যাইমনি। নিংতোল্ যাইমবন তাইবংজম্ চনু পাম্নদুন অতোম্ মচেং কাপ্তেক্কি নিংতোম্বম্ হাযব য়ুম্নাক্ ওইখি।*

# ১৮. লৈকোয় চিকং

ঃ লৈকোয় চিকংগি ঝা হায়গে। লাইফম্ হায়গে। নৃংমু তুম্‌দব মথক্ত নুঙ্গাং মহ্যাবন পাল্‌এ। তাউবীবোইনাইগ অনীমন য়াহীপ্ চাক্‌চা তম্‌দুন ঈসিং ওংথী পোক্‌এ। মৈসল্‌নুবীসুঙ্‌ পোক্‌এ। ঈসিং ওংথীগি মমিংদি পূংখোং কৌএ। ঈসিং অদুগি মচূদি হিগোক্ লোয়য়াম্বগি মচুনে। পুক্‌ত্রি মহাক্তি খূদুপ্ অহম্ কাপ্‌ম য়ুবনে। পুত্রি অদু সঙ্‌বদি অসাইগি মৈসল্‌নুবীন সঙ্‌এ। অসিদগি খোং অয়াম্ব থোক্‌খিবনে। থোক্‌ত্রিব অহম্মগি মমিংদি কোংঙাপাং, য়ুবাপাং কৌএ। অসিগি মথংদ লম্‌লম্‌বুদ লাইফম্ নূংগোয অমগ নম্ন লৈবনে। চীংজেং নাবল্ পাংগন্‌বন[১] তাইবংপান্‌ব মপুগি মিবেল্ সিদববু ফম্‌লিবনে। অদুবু হৌজিক্‌ম অসিদ খোয়ঙাং লাব ওইদন লৈববনে।

---

১. *চীংজেং নাবল্ পাঙ্গন্‌ব– চেংলৈ নিংথৌ থাঙ্‌য়ি খোঙ্‌জ্রোম্বন (খোংজি নুংলাইব) নোংথৌ সবাবেল্‌গী মচানুপী পেনু লৈমবেল্ পান্নবগ পোক্‌পনি। চীংজেং নাবল্ পাঙ্গন্‌ব অসি উমংলাইগী মপোক ওইন পোক্‌খিবনি। হেক্ পোক্‌পগ মমাদ মপা হংলক্‌পদ মপা থাঙ্‌য়ি খোঙ্‌জোম্বদি লৈবাক্কি থৌ চীংবল্ পল্ শাব চংখি হান্নন খুন্দগী মপান লৈবাক মীয়াম্‌গ লোয়নন চীংবল্ পল্ শাফম্ থিংবা কাবোং তাম্ন চোংখিদুন মপা মচা উনববদ মপাগী অমদি লৈবাক মীয়াম্‌গী সৃগদব থৌ পূন্ন মহক্র মীকূপ্ খবগী মনুংদ লোইন সৃদোকপিখি। চীংজেং নাবল্ পাঙ্গল্‌বন মহাক্তি মৈতৈ লৈবাক্ত লৈব য়াদে হায়দুন নোংচুপলম্ থোংনাং লৈবাক্ তান্ন চংখিদুন থোংনাং কৈত্রি চনু লৈখি লৈশংখোঙ্গী লৌদুন লৈখি। মহাক্র পোক্লম্ব মচা মোঙ্কেন মৈতৈ লৈবাক্ত হন্নদুন চেংলৈ সলাইগী পোংশঙ্‌বম্ হায়ব শাগে চম্ববক্‌খি।*

অমম্ লৈসাবোক্তি[1] লাংপান্ ব্রাপান্ মকন কোয়বিব মনুংদ নুংন মীসক্ খোক্প অম লৈবনে। মহাক্ অদুবু নোংপোক্কি লাংওন্নে। লাংনা, উনা, ব্রানা, উবীন কোক্তোন্দ চুবা ওইবিবনে। চুবা হামুল্ তাবিব অদুবু কৌবক খোযবী লিল্সাংন যেৎলিবনে। মমিংদি কপাবাক্যোম্সং কৌএ। নুংগি লাইসক্ মখুৎন চুবা মসমত্তোংবু পাযন লৈবিবনে। অদুগি সম্জিবোক্ হাযন কৌবিবনে। মচুদি উতী চুম্বগুম্বনে। হৌজিক্ যৌন তাবিবনে। অসিন তাববদি লৈপাক্ মবা তাউএ। পূক্ সাউএ। লৈপাক্ মচা পুল্লিদে। তাবিব লীক্লা অদুবু সবেল্ ঈপুবনে। মমিংদি তক্ তক্ কক্ হিংএং কৌএ। মচু ঙৌন সংবনে।

লম্জি অব্রাং থংবদ লাংযেন্ সিদবগি পি চোন কব্রাং ব্রাপুল্লি মপান্ অমগ থাঙ্হৎবা মপান্ অমগ অনীম হৌবিবনে। উপুল্লিদি হাইহৈসং মক কৌএ। ব্রাপুল্লি অহুম্মদি, চিচিবোং সিং হিং কৌএ। মখোয মবিমন নুমিৎ খুদিং নোংথিন্দি উবা ওইন মবৈবনে। অদুসুঙ্ মাবু ফংনগুনো হায়ববদি ফংনদে। অহিংদি খোইমু লাবগি মসক্ ওইন অংগচীংদ কুক্বু যৌগল্ চঙ্এ। লাইসঙ্ অমন কোযবিব মফম্দ কুর্মগি চাক্ যেন্সাং অনৌব, সনা লুপা হুন্দুন থৌনিও। লৈপাক্কি থৌবম্ অচৌব মহৈ অফ ফত্তব সংসঙ্ন ফোংন তাক্কদনে হাযব খঙ্ও।

খুনুংচক্[2] কৌব লাংওন্দ লাইফম্ অসি মাঙ্গ্রববু হনুব লাই ওইবব অমন লাইবু খুকম্জদন লাইন মৈতৈ লৈপাক্ অসিবু মাঙ্ফদে হাযদন লাইফম্ মাঙ্লববু খাক্তন তাক্পীবম্এ। হনুব লাই ওইবব অদুন লাইফম্ খৈবিক্পু সেম্গৎলবদ লৈপাক্ নুংঙাইবে। মতম্ অদুদ সবাবেল্ন কেগে খুন্ লেপ্কে হাযবগি লাইনুবা জগোয সাবী চেৎনু তবংবীবু থম্বাল্ নোংসাবৌদ চেন্খোক্লক্লে। মচা পবা ঙাংঙোইবদি কেগে খুন্ লেপ্হৌবে। মাগি কোন্নুংদি কেগে কুম্দম্সোয মনাক্তনে। চীংখোঙ্দনে।

---

১ *অমম্ লৈসাবোক্— নোংমাইজিং চীংগী খ্রাইদগী ব্রাংব চীংদোল্ খলোংগী অব্রাংথংবদ লৈব অচৌব লোক্ অমনি। হায়বিব লোক্ অসিদগী চীংগোই তুবেল্ হৌবক্কগ তুবেল্ অসিন অব্রাং পাংন চেহুবকত্তন ঈবিল্ তুবেলদ তিল্লি। অমম্ লৈসাবোক্ অসিদ নোংমাইজিং চীংগী খ্রাইদগী লুব লাইফম্ পাহোইবীগী সুকং লৈ।*

২. *খুনুংচক্— মৈতৈগী চক্ মবিগী মনুংদ অনীসুব চক্নি। চক্সিবু হয়া চক্ নংত্রগ হয়া লাংব চক্ হাযনসু খঙৈ।*

মপান সগোল্ থাববু মচান ফাবে। অদুগি সগোন্‌পল্ কৌএ। মপা মচা অনীম লান্ সোক্লব মফম্‌দি মচা নিংথৌগি তেংগোল্ মফম্‌দি মোইরাংখোম্‌দনে। মপাগি তেংগোল্ মফম্‌দি সীংজমৈদনে। মান পাল্লব্বদি কুম্‌সীং লখা অহুম্, লিসীং তবেৎ পাল্লম্‌দন মাগি হাক্‌তক্‌ত সিদব হিদাক্ মহাক্তি নোংপোক্ মচিদগি তুনিংথৌ চোৎতব ওইখিএ। হৌজিক্তি মমিং খঙ্‌দবে। অদুগৈদি কৌনব মমিংদি ত্রংহিং খোম্মা কৌএ। মক্ন ঙাঙ্‌এ, মবা ঙৌএ, মপাল্ সাংএ, মহৈ মুইএ। মনাদি খুৎনাও মতোল্ মবম্ন ঙায়এ। মচু রাউবনে। মপান্ তকক্ হৌবিবনে। লংমাইচীং[1] মতোন্‌গি অরাংথংব লোক্‌তনে। উনা, রানা, লাংন, চবোৎন খুম্‌লিবনে। মবেপ্‌তি খুদুপ্ অহুম্ চাউবনে। মসক্ মহাক্‌পু তিংথৌন সিল্লবনে।

ফম্বীগ হিদাক্ক খঙ্‌লবদি সদৌ থোংলবসুঙ্ হিদাক্ অদুবু হীবি অনী সোন্দন চাক্‌চামাঙ্‌দ লাইথৌ অহুম্‌লক্‌ত হে থরায়মি কৌব নঙ্‌ন নোংসানবিএ। নোংথিন্‌দি মৈনে। অহিংদি থরায়নে। তৃম্‌গে হায়ব মতম্‌দ য়েৎলম্ লৈব মিন য়েৎলোম্ সুম্‌থখিএ। মমিংদি ওক্ কৌবম্‌এ। অদুগ তৃম্বনে। অতৃম্ব মফম্‌দি অকোয়বগি মথক্ পীসুম্‌ও ওক্ লাউবদি নাখাঙ্‌দনে। হৌগে হায়ববদি চিন্ লাউন সোল্লক্‌এ। অদুগ হৌএ। অদুবু মি কৌএ। অহৌব মফম্‌দি লরাই লেন্‌ফৃ ফাওবনে। অসুম্‌ন রাহায় অসি সোন্দন পীথক্‌ও। সিম্রবদি হায়ব ঙম্‌লবোইএ। সিফাৎত্রিবদি মী অদুন রাবম্ অসি খঙ্‌ন থক্‌প ফংলবদি চহৈ ৯০, ১০০ তাল্লবসুঙ্ সিনীংদ্রবদি সিদে। থাজদ্রবদি তাবব মীসুঙ্, হায়ব মীসুঙ্ নবোক্ তাই খঙ্‌ও। হায়বসিংদি পোক্‌ৈঙগি মখৈবু তীন্ মক

১. *লংমাইচীং— ইম্ফালগী নোংপোক্ত চাউবাক্ত কি মি· ১৬ লোম্ চংলগ লৈব মমিং চংপ চীংনি। লংমাইচীংবু নোংমাইচীং নংত্রগ সেলোই লংমাইচীং হায়নসু খঙ্‌নৈ। হায় ঙল্লিবৈ মতম্‌দ অঙোম্ মচেং ওইব সেলোই লংমাই হায়ব কাঙ্‌লূপ্‌কি মীওইশিংন খুন্দাবম্ব চীংনি। অঙোম্‌গী পুকোক্ চীংবাংলক্তি পুবৈবোম্বন পিথেংলৈম লৈহৌ নিংথৌ চনু পাম্বগ পোক্‌প থাংহন্ অহন্‌বন সেলোই লংমাইচীংদ সেলোই লংমাই নিংথৌ ওইন পান্‌খি। হায়বিব অঙোম্ মচেং ওইব কাঙ্‌লূপ্ অসিবু সেলোই লংমাই চীংদ পান্‌ব কাঙ্‌লূপ্‌নি হায়দুন সেলোই লংমাই হায়ন খঙ্‌নৈ। ঙসি নোংমাইথেম্, য়েন্দ্রেম্ব্, মুম্‌লেম্বমনচিংব অঙোম্‌গী মুম্মাক্‌শিং অসি হায়বিব সেলোই লংমাই কাঙ্‌লূপ্‌কি মীওইশিং অদুনি।*

পান্দম্‌গুম্বনে খঙ্ও। বা অসিদি সিথ ফংলবগ মীৎত ফোং ফোং খঙ্লবগ য়া-ও। মী চীন্‌খীবসিংন বা হায়হৈ সাহেরবসুঙ্ লাইবা মমান্‌বনে। য়াগুনো। লাইগি মরী মীগি মবী লাইগি বা মীগি বা মফম্ তোংঙান্ তোংঙান্ নাইন লৈবনে।

মীরম্‌লেন্‌গি বা হায়গে। ইপান ইমাদ পীব, ইমান ইপাদ হংব বাদি লাইনীং করম্বনো। ঐন ইতুদ পীব, ইতুন ঐঙোন্দ পীবদি লাইসক্ করম্বনো হায়ন থিবো। থা সিবদি খুয়া অকৃৎপদ সিএ। থান নিন্‌বদি লাইবক্ত নিল্‌এ। নুমিৎন নিল্‌বদি খোয়দৌদ নিল্‌এ। নুমিৎন তাখিবদি নাকম্‌দ তাখিএ। নুমিৎ থা অনীমন তিন্নবদি পীসুম্‌দনে। থান নুমিৎত চঙ্‌খিবদি, চঙ্‌খিদন লৈ সাংপদি থুদনে। মচু ঙৌএ। নুমিৎন থাদ চঙ্‌দন লৈ সাংপদি নাতোন্দনে। অদুবু মমিং নিংসা লৈরোল্ কৌএ। মহাক্ অদু নুংসিং লাব কৌএ। বাবম্ ফোংন হায়ববনে।

তাইবংপান্‌বন পোক্‌প থাবু ১২ নে। ১০ দি ইমান পুইএ। ২ দি ইপান পুইএ। অসিদগি ইপান পুবদি ফম্‌বী লাইসক্ য়াম্‌এ। অহান্‌বদি খুয়া অকৃৎপদ মঙা পুইএ। অদুদ লৈবিঙৈদি খুয়া মরেক্ কায়এ। মচু থাউচুগুম্‌এ। মমিংদি থাউবী কৌএ। ঈসিং পুব কৌএ। বগি লৈখেনে। অদুদগি খুবোম্‌দ থাংবনে। মচুদি ঈগুম্‌এ। মঙানি ফাওএ। অদুগি খুবোম্‌য়াই সিবোন্‌ব কৌএ। অসিসুঙ্ ঈসিংগি চৈখৈ ব ন পুইএ।

অদুদগি পাম্বোম্‌দ মঙানি পুইএ। মচুদি ঙাঙ্‌গুম্বনে। অদু লৈবগিবু মনু য়াংলৌ তেবা লম্‌লাই ঙান্‌ব চেক্ কৌএ। অদুদগি থবাক্ত পান্‌ব কৌবদি অসিসুঙ্ ঈসিংগি চৈখৈ ব ন পুইএ। অসিদগি লবাই লেন্‌ফুদ খাইব মঙানি চঙ্এ। থবাল্‌পিচাক্‌নবু ফাইএ। অসিসুঙ্ ব ন পুইএ। সজিক্‌ন চীক্‌প কৌএ। মীৎ ওয়দ মঙানি কোল্‌এ। ওক্‌পুবোয়ন পোক্‌ঙম্‌এ। অদুদগি মঙানি মীৎ য়েৎত থুংলৈএ। অদুদগি নাকোং য়েৎত থাংলবনে। মচু মুন ঙৌএ। নুংসিং চৈখৈ স ন পুইএ। তাউহইবেং কৌন লেঙ্‌সিল্‌লক্‌লে। অসিদগি নাকোং ওয়দ মঙানি থুংলে। অসিদগি নাতোন্ য়েৎত মঙানি থুংএ। অসিদগি হ গি চৈখৈ মৈ ন কোল্‌লে।

মৈগি চৈখৈ য়ৌরবদি পুক্‌নিং থোইদোক্‌হৌএ। মিংসেল্‌দ য়েংও। অফ ফত্তব তম্ন উবনে। ফববদি ইতুদ তৌঙম্ ওক্‌ঙম্‌ব মতুং ইল্লো। ফৎত্রবদি মঙানি ফিসেংব নুমিৎত খেল্ পুংজা য়েংন অফব তৌও। ঐগী নুংসা য়েংলম্

লৈবদ ইতুগী নুংসান য়েংত পীও। পীব মহাক্তি তিন্নবগী হবাউবক্পদ ঐগী নুংসান হরে হরে, ইতুগী নুংসান বি হ বি হ অসুম্ন সোল্ও। ফংতব ওইরবসুঙ্ মপা পাখংবগী মপাল্ন মীয়ায় ওইন পোক্এ। ফব মসেল্দ অসি তৌব ঙম্লবদি মচাদো হেবাগী মথক্ত তম্ফা থিন্বগুম্বনে।

অমসুং হায়গে। নিংসাবু অনীম য়েংলম্দ লৈববদি নিপানে। ওয়বম্ মসেল্ ওইববদি নুপীনে। নিপান য়েংলম্ পীব, নুপীন ওয়বম্ য়াব, নিপান ওয়বম্ পীববু নুপীন য়েংলম্ য়াববদি ফংতে। খেৎপ ঙম্দব নোংদম্ হায়ন কৌএ। অদুগী অহান্বদদি অফ ফত্তব নীং তম্ন ওইবিব মসেল্নে। মঙানি অমদি ইপান ইমাদ পীনখিব অদুগী মখৈ মীৎত খুংসাবীদ লৈএ। অসিদি মচিনে। ইপা-ইমা খঙ্ও। কুকনে হায়ন তৌও।

অসাইগী হায়খিগে। অমম্ লৈসাবোক্কি মসম্ন মচুম্ সীন্থখিব অদুবু লংমাইচীং নোংপোক্ থংববম্ লৈবনে। অদুদগী লাইখোংগ লম্বুন্গ ফাওনৈএ। লম্বুন্দগী কোঙ্ঙাপাৎ মুবাপাৎ ফাওনৈএ। মুবাপাৎতগী পূংখোঙ্দ তিল্এ খঙ্ও। অসাইগী মপা মচা সোক্নবদুগী মী মকোক্ অদুবু লাংচীং মখোঙ্দ পৈবম্এ। মপা উবা ঙাংজবদি লাইবেল্যাই লৌকদন হিংখিএ। সগোল্সুঙ্ খোম্লম্এ হায়বগীবু সগোল্পূং কৌএ। ◪

# ১৯. থাঙ্গ চীংথিরোল্

ꣳ লাইযিংথৌ অতিযা সিদবনে, অসীবনে[১], কোঞ্জিন্ তুথোক্পনে[২] অহুম্মন লৈপাক্ সেম্বসুং, নোংথৌ সেম্বসুং থৌবম্ খৈবিক্সুং সেম্ব লোইববদ তাইবংপান্বগী মবেম্ম পামান্ কৌবি ইমা লৈমবেল্ন লৈপাক্লৈম ওইববদ তাইবংপান্বগী মনুংদ মখোঙ্ অমন থাংজিং[৩] ওইবে। মখোঙ্ অমন ঋাংববেল্[৪] ওইবে। মখোঙ্ অমন লোক্তাক্[৫] ওইবে। সম্বোঙ্ চীংন নীংগোংনে। কবাং চীংন পীবাইনে। ঈথিংন সেংদোল্নে। চীংদোম্পোক্নে। খোযথাগী লাকফম্ন সনা চীংদোল্পোক্ কল্পতক উ সিদব উপাল্নে হৌএ। কোন্নচীং, নুংওন্চীং অনীমন থুবাল্ অনীমনে। সোযমীৎ তবেৎমনে।

---

১ *অসীব– লৈসেম্ নোংসেম্ভেগী লাইযিংথৌ সনামহীগী ইহান্ হান্ব লাংওন্।*

২. *কোঞ্জিন্ তুথোক্প– লৈসেম্ নোংসেম্ভেগী তেংবান্বগী মপু অতিংকোক্ সিদবগী মচানিপা অতোন্ব পাখংব।*

৩ *থাংজিং– থাংজিং চীং। মৈতৈগী শম্বোঙ্ মাযকৈ ভাক্প লাই লাইযিংথৌ থাংজিংবু থাংজিং চীংদ লৈ হাযদুন থাংজিং কৌই।*

৪. *ঋাংববেল্– চীংগী মমিংনি। লাইযিংথৌ কৌব্রুগী মচানিপা ঋাংহকুপ্পু মপান মখা মাযকৈ ভাক্লুনব থৌসীবদগী সুগনুদ ঋাংববেল্ চীংদ মখা মাযকৈদ সবোম ভাবোম ফত্তবশিং কাবক্প ভাক্লুন লৈখি। ঋাংববেল্ চীংদ লৈ হাযদুন ঋাংববেল্ হাযন কৌনখি।*

৫. *লোক্তাক্– ইম্ফাল্দগী মোইবাং লাইজি পাংব লম্দ চংলগ লৈব মনিপুবগী মনুংদ খ্বাইদগী চাউব ঈশিং ঈচম্গী পাৎনি।*

মেল্লন থবাক্নে। হৈঙাং লম্ফেল্ অনীমন মীৎফম্ অনীমনে। কোক্পচীংন লুনে। কৌবকন খূৎ অমনে। মাবচীংন খূৎ অমনে। ঈনামুংন য়ুপঙনে। লাংগোল্গ লংমাইচীংগ অনীমন পৈগ হোপ্‌ক অনীমনে। ঈবিল্নে[1] থৌবাল্ তুবেল্নে তুবেল্ অচৌবনে[2] অহুম্মন খোং অহুম্মনে। সিংলীন হুপ্লা হাবা, তৌজেং তৌবা, কংবী কংনাউ ওইবে। চীংদ উপী উবেল্ তল্মু তল্হাও, উইন্ তাইমবেং, সহি কুহি, মিসি থাঙ্য়ান্, উনিংথৌ খাল্, উপল্ সিংগ্রেং হাউনা ফোন্লাং থৌবোম্ য়াংকল্ লাংঙচৈ সীংউৎ পোন্লাং উয়েন্ ব্রায়েন্ অসি খৈবিক্ ওইখিএ।

লোক্তাক্ত লৈব নূং সিদবদি নূং মাঙ্বাই তুংবাইবী অনীমনে। হায়ব্রিব লাইফম্ অসি খৈবিক্ত খুদম্ তৌববদি, লোক্তাক্ত নূংবী সিদবন তাউখৎলবদি কবাং চীংলক্ত সনা হি, লুপা হি চৎলো। তাউবিব নূংফম্ অদুদ ফৃহিং লাক্ও। পোৎয়াওদি চফূ অহিংবগী মনুংদ লফোয় লফাং চঙ্ খোক্প অম, হৈ মনম্ নাইব অম, ক্বা মতোল্ খোক্প অম, পান মনা তবেৎ, য়েকম্ অম, চুঙৌ মতাং অহুম্, সনা, লুপা, চেঙ্ খোয়দিং অসি হাপ্ও। ফি মবাক্ তাইব অমন য়োম্ও। যীকুম্ফি ফৈজোম্ ইন্নফি কোয়েৎ, মাইবন ফৃহিং লূপ্তুন লাৎপদ সেৎনব অসি য়াও-ও। লাইমিংদি- "হে য়ুতেল্লৈম, হে ঈখৈনিংথৌ, হে ঈখৈলৈম নঙ্খোয়গী চাক্চা সুন পীববনে" হায়ন লূপ্ও। তাউবিব নূংদুগী মমিং সোল্লো।

সনা য়ুপাক্থক্ত সনাগী চোমায়, লুপাগী চোমায়, অথুম্ অহাও পান ক্বা, লৈসং কৎলো, খয়োম্ লাক্ও। লাইমিংদি সনা য়ুপাক্থক্পু তান খল্লিব

---

১ *ঈবিল্– মনিপুরগী খ্বাইদগী মকওইব তুবেল্শিংগী মনুংদ অমনি। তুবেল্ অসি মাওগী চীংখৈ পাংলপ্ন লৈব কোদোম্ অমসুং লখমৈ কৌব চীং অনীগী কাবক্ত লৈব লোক্তগী হৌবক্নি। ঈবিল্ তুবেল্বু অবিব ব্রাহ্মৈদ লিল্বাই ঈ কৌই। তুবেল্ অসিন মসিগী মকদগী হৌবক্লগ লম্বাঙ্দ ঈবম্ মচা কয়াগ ঈতিম্নদুন মখা মায়কৈ পাংন চেঙ্খবক্লগ লিলোংদ ইম্ফাল্ তুবেল্গ তিন্নবৈ।*

২ *তুবেল্ অচৌব– মাও মনাক্তগী হৌবক্প ঈবিল্ তুবেল্গ কাংপোক্পি মনীংগী চীংশাংদগী হৌবক্প ইম্ফাল্ তুবেল্গ লিলোংদ তিন্নবগ তুবেল্ অচৌব হায়দুন মখা পাংন অমুক্ চেঙ্খবক্লুন সুগনুগী নূংথোঙ্ হায়ন খঙনব মক্মদগী মোখ্রী চীংশাং পবেংশিংগী চীংলক্ত চীংনুংহুৎ কৌন চেন্থিদুন কবো তম্পক্তি কলে দিবিজন্দ চঙ্শিন্‌গ্রগ কবোগী নিংথি তুবেল্গ তিন্নবগ সমুদ্রদ তাখি।*

লাইবেন্ম লাইয়িংথৌও! নতেফম্দ তেরো, নহন্‌ফম্দ হল্‌লো হায়ন লাৎও। লৈব খৈবিক্ ঙাহোঙ্ চাক্‌হোঙ্‌বনে। য়াম্‌বপাৎত খয়োম্ লাক্‌ও।

চীংনিংথৌ চীংলৈম অনীমদি লৈমবেল্ গুরু অনীমগী সাল্‌ওন্‌নে। খুদম্ তৌববদি ঈবাৎতি লাইয়িংথৌগী ফিবোয় অসুব, লাইবেন্মা মমা মচা অনীগী ফিরোয় অসুব অনী, লৈসং অহুম্, পান, ক্বা মতোল্ চোংব অহুম্, লফোয় লফাং চঙ্ খোক্‌প অহুম্, চুঙৌ, অথুম্ অহাও, হৈ মনম্ নাইব অহুম্, য়েকম্ অহুম্, চেঙ্, থুম্, মোবোক্, ওক্, য়েল্, ঙানু, খুনু, হামেঙ্, ইবোই অঙৌব, সনা, লুপা পুজাউ অহুম্ অসি যাওন লাৎও।

লাইসোন্দি হে খোইয়ুম্ সিদবী সিদবও। খোইয়ুম্ নঙ্‌গী সনা য়োইকোল্‌নুংদি অসিদ হেবা কুপ্‌চল্, মীৎয়েংসেল্ চেংলৌ সক্ সক্‌কোন্‌গুম্ পুনুং লম্‌ঙান্ নাইব অসিদ অহিং কতাৎত, নোংথিল্ লীক্‌লা কংদব, অচুবন যৌদব, অসাবন ফংদব অসিদ য়াতাবিব লাইয়িংথৌও। পোইবৈ পুংখাঙ্ নিক্‌হন্‌গুনো, তেৎনৌ চিদাই নাইহন্‌গুনো, পোইবৈ খুঞ্জাউ লৈচাউবব্ কুবিও হায়ন খুকম্‌ও। লৈপাক্ নুংঙাইএ। নিংথৌ পুন্সি নুংসাংএ। কোল্‌লেন্দ সনা লুপা হীচন্ য়ুইচল্‌ও। কোল্‌লেন্ ঈবাৎসুঙ্ অসিগ অমতনে হায়ব খঙ্‌ও।

হৌজিক্তি থাঙ্‌গ চীংথাংলাক্‌প খঙ্‌নব হায়বক্‌কে। যৌবি নুংবী সেল্‌লোই মদাইম লংমাই লম্‌লেল্‌পাৎতগি হৌবক্‌পন পুম্‌লেন্দ থুংলে। অদুদগী লাক্তন লোক্তাক্ খা সোয়কুদ থুংলে। চীং নাপোম্ ১২ পান্‌ব চীংনে। চীং মমিংদি চীংখুজাউ কৌএ। পাৎসোয়দগী হাওবেংচীং থাংলক্‌এ। পকম্‌বিদগি মুকাপ্ থাংলক্‌এ। খুয়োল্ চখাং মকংব কিবাসোযদ থাঙ্ যাইওইব চঙহৈদ, থাঙ্ অথৌববুদি অখাব কৌএ। থাঙ্ অদুন লূ মথক্ত কাখৎলক্‌এ। অদুগি থাঙ্‌গ কৌএ। চীং নাপোম্‌ন অৱাং পাংএ। চীং মবুক্‌ন মখা পাংএ। মমৈ মকোক্ অনীম তিন্নন লৈএ। তিন্‌ব মফম্‌দি নিংথৌ খাগেম্ব হাক্‌তক্ত থাঙ্‌গ লোয়সঙ্ সাব মফম্ অদুনে। নাতোন্ মখুল্ অহোব অনীমক্তি লাইন লৈব মফম্ অদুনে। অদুগি মমাঙ্ নাপোম্ তম্‌থবক্‌প অদুদি শ্বাইবাক্‌পম্‌গি মমাঙ্‌দনে। মতোক্‌নে। চীংজিন্দ মতোক্‌ন ফাওবিবনে।

মাগী ঈবাৎতি থাঙ্‌জগি অহিং নোংয়াইদ কাংঙ অঙৌব ১ থোংদন খবাই মনা ৭ পান্‌ব ১ দ হাপ্‌লগ লাদি লৈহৌবান য়োম্‌লগ তৌও। চুঙৌ অহুম্, মনা মসিং, পান্‌ন কাবন্নন যুংও। কাবন্ ময়ায়দ খবায় অদু হাপ্‌তন নিও। লাইসোন্দি

হে ইবুংঙো অকু অয়েন্‌ব, অহোঙ্ অচাউব, অহম্ অবৈ ঙাক্পা নঙ্গন য়োক্পী কন্‌বীও হায়ন সোল্‌লো। লাইকক্ খুল্‌লো। অদু লোইববগ মী ৭ ন লাইরম্ ঝাংমদগি লৈপাক্ তৌদন খাংলা মনাদ হাপ্‌তুন খোঙ্‌জেন্ মঙাবক্ খোল্‌লম্‌ও। ঈসৈদি হে খোন্‌ব অসি সক্‌ও। অসি লাৎলবদি লৈম নিংথৌ পুন্সি নুংসাংন পাল্‌লে। লৈপাক্ হোঙ্ নুংঙাইএ। খুঙ্গাউ লৈচাউএ। অহল্ পুন্সি নুংসাংএ। থাদি ঝাক্‌চিং থাদ, নুমিৎতি থাঙ্‌জদ তৌও। অসিবু কেগে থাবা নহা লায়ববন খোইয়ুম্ মতীক্ অকববু খঙ্‌দুন খুকম্‌এ। নুংঙাই মবাং কায়ন পান্‌খিএ। অদুগী কেগে থাবা নহা লায়বব মচীংখঙ্‌ও তৌন কৌএ।

মৈতোন্দি হৈনৌগী নোংপোক্ পাংব ঙক্‌য়াদ লূপ্‌লিএ। মাগী ঈবাৎতি খবায় মনা তবেৎ পান্‌ব অমদ লায়য়লা থা-ও। য়েকম্ অফূৎপ তবেৎ হাপ্‌ও। তন্দুম্ তবেৎসুঙ্ হাপ্‌ও। সেল্‌বা তবেৎসু হাপ্‌ও। খয়োম্ অনী য়াওন লৈপাক্ তৌদুন ফুম্‌ও। লাইসোন্দি- "হুৎচৈ লাংঙচৈ, ফৌবাদগি য়েল্‌হোইচৈ, লফুয়েল্ কল্‌ও হৌবো। ককলা সিংজুও" অসুম্‌ন সোল্‌লো। সুক্‌তা সোইদাগদবনে।

খূদুং অনীমক্‌তি খোইমনাই চীংজিল্‌ন[১] খূদুং ওইবে। হাওবেং থংব চীংজিন্‌ন খূদুং য়েৎনে। পুত্রল্‌ব চীংদোল্‌ন খূমাঙ্ য়েৎনে। চীংলক্ চীংজিন্‌ন খূমাঙ্ ওয়নে। মযাদি মথবাক্‌ত চীক্‌ন লৈএ। মমীৎ অনীমক্‌তি লোয়সঙ্ মমাঙ্‌গি লোক্ অনীমক্‌তুনে। চীংজেংদি খোয়দৌনে। অম হাওবিজম্ চীংজেংনে। খূদুংগি ঈবাৎতি লৈতাল্ অমুবন সামু অম সা-ও। অঙাঙ্‌বন কাক্‌য়েন্ অম সা-ও। য়াম্‌ন ঙাবা অম সা-ও। লাতোল্ অমদ সমুন য়েৎত হাপ্‌ও। কাক্‌লেন্‌ন ওয়দ হাপ্‌ও। অনীমক্কি মবক্ত ঙাবা হাপ্‌ও। লাইসোন্দি- "হে লৈপুবাউব নোংবুবাউব নঙ্গী চাক্চানে তেবীবো" হায়ন সোল্‌লো অদুগা ঈসিংদ থাদবো।

---

১. *খাগি মাইবী— মৈদিংঙু খাগেম্বন পান্‌ব মতম্‌দ লম্‌দেংদ লৈরম্ব মৈদিংঙু খাগেম্বগী অমাইবীনি। খাগি মাইবী অসি খোঙ্‌ঙাক্ লাইবেগ্রীন ওইখিবনি। খোঙঙাক্ লাইবেগ্রীবু লাঙ্গোল্ লুখোইন মাগী নুপী ওইখিবদগী লাই ওইব ঙম্‌দদুন লম্‌দেংদ খাগি মাইবী কৌদুন লৈখি। মমৈদ লাইয়িংথৌ সনামহীন সনা ঝাপিহল্ কৌন মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা ওইন লাংওন্ তৌববদ লাইয়িংথৌ সানমহীগী লাংওন্ ওইব সনা ঝাপিহল্‌ন সোক্পিবদগী অমুক হন্ন লাইবেগ্রী ওইদুন খোঙ্‌ঙাক লাইবেগ্রীগী থৌ পুদুন লৈখি।*

অবাংথংব লোক্ অদুদি য়াইবোক্নে। হৈন্নাম্ পিবান পাল্লম্ব লোক্তুনে। ঈবাৎতি খবায় মনা ২২ পান্ব অমদ লা লৈ হাপ্ও। খবায় মনা অমদ সাবম্ ৭ ঙাবম্ ৭ খোংবসুঙ্ মচী অনীদ হাপ্ও। ময়ায়দ চেঙ্ঙৌ হাপ্ও, য়েকম্ খিল্লো। অয়ুক্ নুমিৎ খোক্লক্পদ তৌও। লাইসোন্দি- "হে ঈয়াইলৈম চাক্সৌ য়ুসৌবি য়াউসু কোক্লম্ চাউবিও। নথী নয়ুং তাবিও। নঙ্গি চাক্চা পীজববনে" হায়ন খুকম্ও। অফব নুংঙাইব খঙ্গদবনে।

চীংজেং অদুদি লাল্ লাউফম্নে। হাওবিজম্ লাল্নাব অদুনে। হৈন্নাম্ সলাম্ অনীমক্ লাল্নাব চীংজেং অদুনে। মাগী ঈবাৎতি হৈ লৈ, পান ক্বা, লৈসং, অথুম্ অহাও, যেল্ অঙৌবন য়েল্হিং থা-ও। অহিং নোংয়াইদ মী অহুম্ন তৌও। মী তাক্কুনু। লাইসোন্দি- "গুক খান চাউব খোঙ্ঙাবেল্ নঙ্গী চাক্চাদি অসিনে" হায়ন খুকম্ও। অদুগ য়ুম্দ হল্লক্ও। খোইজু লৈখাম্ ঈক্খোক্ও। খুল্ মনুং অনা অয়েক্ লৈতে।

মনীংগি চীংজেং অদুদ কাইন কৌব লাই অম লৈবনে। মাগি ঈবাৎতি নুমিৎ য়ুংবদ লাৎও। লম্ অম থগায় পাক্ন ফান্দোক্ও। অহিং নোংযাইদ চেঙ্পাক্ কবোক্, চুহী সল্গোম্ পুদুন মফম্ অদুদ ফোল্লা তোৎতুন লূক্ফম্ অহুম্ সেম্ও। লাইসোন্দি- "হে ইবুংঙো কাইন নিংথৌ অপান্ব নঙ্গি চাক্চানে। অহুম্ অবৈ ঙাক্পিও" হায়ন খুকম্ও। লাইব্বক্ খুল্লো। লোইবগ নীংথিন পোৎসি পোৎলোইসিল্লম্ও। হল্লক্লগ য়ূম্ অমদ মীযাম্ তিন্ন ফম্ও। নোংঙাল্লগ নুমিৎ মসক্ উবগ যৌকঙ্বম্ চীংজিন্ চীংদোন্দ য়েল্ অঙৌব অম য়েল্হিং থা-ও। অহিং অম তূম্দবদ হৈতুপ্সুঙ্ মখঙ্জব হায়বদি অসিনে। পুন্সিব ব্বানে নিংথৌ পুন্সি নিফম্নে।

ওইনাম্গি খুল্লক্তনে। মনীংগি চীং অঙাঙ্ব লাইবম্ অদুদি খোঙ্ঙাক্নে। লম্দি য়োৎপুলৈম নোংখাই নিংথৌ চনু ফম্লাংচাল্, মদু য়োইব ফাৎলৌচাম্ব মসোয়বেল্নে। মদুদ খয়োম্ অম লাক্ও। নুমিৎতি থাঙ্জদ থাদি ঈঙা থাদ তৌও। অদু হেন্খিব চীংজিন্ অদুসু খয়োম্ লাক্ও। অনীম অমতনে। নুমিৎসু অমতনে। অদুদি চীংদোন্দ লংমাইজিং নুমিৎত খোইহী, চুহী, সল্গোম্, পান ক্বা, লৈসং য়াওন মহাদেববু খুকম্ও। সা মাদি মবাই চঙ্দে।

মখোঙ্ মবিদ হূইন লাৎলো। খুল্লেল্দি চীংজিন্দ কৌব্রুদ খয়োম্ লাক্ও। মখাদি সম্চাইব মবীন্দ খযোম্ অহুম্নে। পুক্যু লাইয়ুনে ব্বাংব্রেন্দ পীও।

খুল্লেন্গী চীংদোল্দ লাল্ লাউফম্নে। ঈবাংতি পূক্য়ু লাইয়ুনে লাম্খম্ সিংজুগ লাংও। লাল্ চংলম্দাইদ তৌও। লোয়সঙ্গি চীংদোল্দ অথুম্ অহাউ লাংও। ফম্ নাইগে হায়ববদি তৌও। নীংব খৈবিক্ থুংবনে।

চীংলক্ অচৌবদ লৈব লাইদি তবেংনে। অয়াম্বদি নিগুনো। ঙাখালৈম মনাক্ খা থংবদ নিও। ঈবাংতি খবায় মনা পান্বদ লায়াইগী লা থা-ও। য়াম্না ঙাখা অমা সা-ও। সগোল্সেন্গী সন্ধ্যাদ লাংলো। নোং সোয়ববগ মংখাং খবায়নে সনা লুপা অহিংব পু অমনে, পূক্খ্রি ময়ুং মঙাল্ খুবোম্ মান্নন তৌও। ঈসিং হৈজিল্লো। লাইসোম্দি হে লাইয়িংথৌ নতে ননাউগি চাক্চানে পেন্বিবো হায়ন খুকম্ও। নমায় চীংলম্ পাংন খুকম্লবগ লাইজিং নিংথৌদ হে লৈ পান ক্না য়াম্ন কংলো। কাপ পুবাং নিংথৌবন চীং অসিবু লাংলম্ব ঈবাংতি অসিনে। অদুগী কাপ পুবাং নিংথৌব মচীংজিন্ও কৌএ।

হৌজিক্তি চীংমায অবাং থংবগি ঈবাং হাযগে। অবাং থংব লোক্নুংদ কোদে কৌব নুং খুদা নাইব অম লৈবনে। মাগি ঈবাংতি থাঙ্জগি নুমিৎ য়ুংবদ য়েল্ অঙৌবগি ঈ পীও। খুকম্লবগ হল্লক্ও। মঙ্গদ হায়বম্গদনে। মান চাগে হায়ববদো ঈন্ন পীজৌও। হাওবেঙ্গাব চীংজিন্ অদুদ খবায় অমদ হোংলু মনাদ লম্খং সিংজুগ পূক্য়ু লাইয়ুগ হাপ্তুন নোংমাইজিং নুমিংত লাংলো। অবাং থংব লোক্ অমদো নাম তাবিব লোক্ অদুনে। মুবালোক্ কৌএ। মাগি ঈবাংতি খুনু অমুবীবু থোংদুন লাংও। ফৌগাক্কি চাক্পু পাঙ্খোক্ মনাদ হাপ্তুন লাংও। লাইসোম্দি- "হেল্লা খাবা-ও সীং চল্লক্ও হায়ঙৈদ ফৌ পুবক্ও হাযঙৈদ সীং চল্লক্প নঙ্গি চাক্চানে। সে পেন্ন চাবো" হায়বম্ও। নীংব খৈবিক্ থুংবনে।

লোক্ মথং অমদ চীংদোল্গি ঙক্য়াইদ নুং অচংপ অম লৈবনে। মমিংদি তাংখোম্ব কৌএ। মাগি ঈবাংতি লফোয লফাং চঙ্ থোক্প অম চুঙৌ চুসাং ১৭, ক্না মতোল্ চোংব, লৈসং, ফম্ফি অম, ফিবাক্ অনী, য়োৎ খুনেৎ অনী, সেল্ অনী, কোন্য়াই পু অম অসি য়াওন লাংও। লাইসোম্দি- "হে ঈপু তাংখোম্ব নঙ্গি চাক্চানে। পোইবি চংপীগুনো। নসূ নচাসিংন কিন খংনৈএ। নথৌজান্বু চান্বিবম্ও" হায়ন খুকম্ও। অনা অয়েক্ লৈবোইদবনে।

অদুগি চীং মতোল্দ থাংজিংগি খুফম্নে। মাগি ঈবাংতি ঙাতোন্বু লৌদন লায়াই মথক্ত হাপ্ও। হে লৈ পান ক্না অথুম্ অহাউ মসীং সুন য়াম্ন

হাপ্ও। থাংজিং পাংন থা-ও। লাইসোন্দি হে ইবুংঙো চীংমাব লম্বু খল্লিবও। চীংসাং নাক্পক্ চীংমৈ চীংকোক্ ফাওন নসান কোন্বিও হায়ন খুরুম্ও। লাইরুক্ খুল্ও। যুম্দ পুবসুং নামুঙ্দে। অনা অয়েক্ লৈতে। নীংব খৈবিক্ থুংবনে।

মথং নোংচুপ্ পাংব নাপোম্ অদুদ য়োংপীগি থিন্থক্ খলোং লৈবনে। কাপ পুবাং নিংথৌবন লাংলম্ব মফম্নে। খম্নিং কৌব মফম্দি অদুনে। মাগী ঈবাংতি কাংঙ পুম্ন ঊৌব অম থোংদন খবায় তবা তিংদন হাপ্ও। নিংথৌকাব সন্ধ্যাদ লাংলো। লাইরুক্ খুল্লো। অবেম্বদি ফুম্লম্ও। নীংলিব খৈবিক্ থুংবনে।

খোইনাই চীংজিন্গি ঈবাংতি থাঙ্জ নুমিৎত থুব য়েকম্ন লাংও। সমুক্-কোল্ কৌবদ মোইরাং নিংথৌ অকোংজাম্বগি মসল্ লাংনুবীবু সন্সেন্ হঞ্জবন লোংলম্এ হায়বগি সমুক্কোল্ কৌএ। মাগি ঈবাংতি চাক্লুক্ সেম্ও। য়েন্সাংদি সবেং থোংদন লাংও। লাইসোন্দি হে সবোয় তবেংমক্ও ' নঙ্খোয়গি চাক্চা পীববনে সুক্ হোঙ্ব সোয় হোঙ্ব কুবিও হায়ন সোল্ও। খুকম্গনু। চীংজেং 'অদুদি সল্লাই চীংজেং কৌএ। মাগি ঈবাংতি য়াম্ন সবেং অম সাদুন ঙাতোল্ অমসু য়াও-ও। লাংলম্ তবেং য়াও-ও। নমায় নোংচুপ্ পাংন লেপ্তন থা-ও লাইসোন্দি-"হে থাংজিং গুক সিদব নঙ্গি ঈবাং উসিল্নে। নতেফম্দ তেবীবো" হায়ন খুকম্ও। লৈম নিংথৌ পুন্সিএ। লৈপাক্ নুংঙাইএ। খুঞ্জাউ লৈচাউবে খঙ্ও। মচিদ নোংদান লাংও। সৌবোল্সোয়দ কবাং হৌন খয়োম্ লাক্ও। লোক্ত সিদবনে। লাইবিক্য়েংব চীংদোল্ অদুদ সল্গোম্ অহিংবনে, চুহী কৎতুন খুকম্ও। পুন্সিবনে।

খাগি মাইবীদ হংএ। খাগি মাইবীন খুম্এ। লাইয়িংথৌও থাঙ্গ চীং কৌবদি অসিনে। চীং অসি লাই অকব লৈএ হায়ন তাক্এ। লাইয়িংথৌ খাগেম্বন লাইফম্ পুম্নমক্পু ঈবাং থৌনি তৌদন খুকম্খিএ। কবাং থেল্ কাখিএ। কবাং ঈব্বান্খিএ।

মিকৌথেল্গি ঈবাংতি চফু ঈব্বাল্ অহন্বদ চাক্ য়েন্সাং থোংদন চাক্লুক্ অম সেম্ও। হৈরুক্ অম পান তাঙ্গ অম, খোইরু থাংমৈ অম, ফিব্বাল্ অম, কোন্য়াই পু অম অসি য়াওন লাংও। লাইমিংদি-"হে লাইবেম্ম লাইয়িংথৌও' থবায় হান্নোইব মিরেল্ হাম্চৎপ পুম্নমক্পু খোম্জিন্বীও। দোসা লাংফম্

ফন্তব বৈবিক্পু কোক্চরগে” হায়ন খুকম্ও। থব্রায়মি পোইব দসা লাংফম্ ফন্তব বৈবিক্ কোক্পনে। নিংথৌ পুন্সি নিফম্নে।

কোন্নচীং নুংঙোল্চীং অনীমগি ঈরাংতি হৈ, লৈ, পান, ক্বা, লৈসং, চুঙৌ, অথুম্ অহাউ হৈ মনম্ নাইব কোন্য়াই পু অনী, ফিবোয় অনী, খোইক থাংমৈ অম ফিবাল্ অম অসি য়াওন লাংও। লাইমিংদি- “সনা মনিক্খোম্বী কৌএ” অসি হায়ন লাংও। খুকম্ও। নীংব খৈবিক্ থুংবনে। মতু পাম্ব থুংবনে। মচা পোক্তব মীন থৌনিবসুঙ্ পোক্পনে।

য়াঙম্থেল্গি ঈবাং হায়গে। লৈ পবেং অম, হৈকক্ তাঙ্গ অম, পান তাঙ্গ অম, অথুম্ অহাউ, পান, ক্বা, লৈসং, ফিবোয় অম, কোন্য়াই পু অম, খোইক থাংমৈ অম, ফিবাল্ অম অসি য়াওন লাংও। লাইসোন্দি- “হে লাইবেম্ম লাইয়িংথৌন হৈবাল্ লৈবাল্লক্পবু চাঙম্এ হায়বগি য়াঙম্থেল কৌএ। নীংলিব খৈবিক্ থুংজগে” হায়ন খুকম্ও। নীংলিব খৈবিক্ থুংবনে।

লাং কাইবগি ঈবাংতি সাবম্ ঙাবম্ তবেং থোংও। হৈকক্ পান অম, কোন্য়াই পু অম, খোইক থাউমৈ অম, ফিবাল্ অম অসি য়াওন লাংও। লাইমিংদি- “হে গুক লৈবক্ সাথৌব খোংবাল্ লাংয়ান্ব সাবঙ্ য়ান্ব নঙ্গি লাং কাইবিবো” হায়ন খুকম্ও। অনাব লাইপু খঙ্দব ফবনে।

লৈম নিংথৌ মিকৌবদি লৈমবেল্ গুক অনীমক্কি সায়্যানে। মাগি ঈবাংতি লৈসং অহুম্, ক্বা মতোল্ চোংব অহুম্, পানমনা অহুম্, অথুম্ অহাউ, লফোয় লফাং চঙ্ থোক্প অহুম্, চু, হৈ মনম্ নাইব অহুম্, কোন্য়াই পু অহুম্, খোইক থাংমৈ, ফিবাল্, পুখম্দ সংগোম্ হাপ্ও। সনা লুপা থাদও। ফিবোয়্ অহুম্, অসি য়াওন লাংও। লাইমিংদি- “হে নিংথৌ অপান্ব নমিংদি মিতোংলেল্ মিমনিক্ কৌএ। হে লাইবেম্ম নমিংদি রে হিং” অসি হায়দন খুকম্ও। নিংথৌগি পুন্সি নিফম্নে। ঙাহাপুং, ঙাসাপুং, ঙাচাপুং অহুম্মদি লৈপাক্ খুবোম্ অম তৌদুন খয়োম্ লাক্ও ঙা হোঙ্বনে। ◪

# ২০. পাখংব লম্লেন্

ইঁ লাইযিংথৌ অসুপ্প নঙ্বু খুকম্ন ইজগে। তাইবংপান্বগী মপু মাঙ্দ সিদব নঙ্বু খুকম্ন ইজবক্কে। পাখংবগী লম্লেন্বু হাযবক্কে। পাখংব কৌবদি নিংথৌ অসি খোইকগুম্বনে। মপাল্ মবা খিব খঙ্দব লাইনে। তোন্নিংথৌ সিদববু ফাওন হাযবক্কে। লৈখাবোল্ ৭ মবু ফাওন হাযখৎলক্কে।

লৈনুংদ নূং মবোল্ তবেৎমক্ক লোন্নন লৈবে মদুগীবু লোঙ্গা অবিব কৌএ। অদুগ থব্রাবেল্ন থিবক্এ। থব্রাবেল্ন ফাখিবে। মতূ সাবে। লাই খ্বাইগী মখাদ লোন্ন থম্লে। লোন্থম্বী কৌএ। থব্রাবেল্ন মতূ সাববগ অসীব পোংহন্ন পাখংববু থিবক্এ। অতিংঙা থব্রাবেল্ন মবৌ সাবে। খঙ্হল্লোই হাযন নীংলে। মমীৎ যুংযাৎনবে। মখা লাইখা যাৎনবে। মখোম্ লাইতঙ্ সোন্নবে। অদুগ পোংহন্ন মসক্পু খঙ্হন্দবে। থব্রাবেল্ন নঙ্দি কনানো হাযন হংঙম্এ। পোংহন্ন ঐদি পীসা কুক মী সাব অদুনে হাযন খুম্লবগ পোংহন্ন হাযএ। হে কুকও ! ননাই ঐদি অতোন্ববু থিববু খঙ্দবে কদাযবম্ হৌখিববনো হাযন হংববু কুকন খুম্এ। ঐগী লাই খুকম্বীব অদুবু লৈনুংদ নুপী ১০০০০ মগী নিংথৌ ওইহন্গে। চহি ১০০ সুববগ থব্রাবেল্দ সিন্নবে। লৈম ১০০০০ অমগী নিংথৌ অদুন লৈনুংদ লংন লৈবে। কুকন হাযএ। নঙ্বু নূং অহন্মগী মনুংদ লোৎলুও। হযেং কুম্সীং সুববগ নিংথৌ ওইও হাযববগ নূংমু অহন্মদ লোৎন লৈবে। মমিংদি নূংসাবেল্ কৌএ।

অসাইগী থবাবেল্ন লৈমগী মসক্ ওইন নৃংমু সিদব তান্ন চঙ্খিবে। লৈনুং লোঙ্গান মতৃ সাবে। নৃংমু সিদবদ য়াহীপ্ চাক্চা তম্লে। লৈনুং লোঙ্গানন লৈবে। অদুগী মমিং লোঙ্গা অবিব কৌএ। লৈনুং লোঙ্গা অরিবন লিন্ ওইবগী মপীবু ওইবে অদুগী লিন্বী লিন্বা অনীমন নৃংমু তুম্দব মাঙ্দবগী মথক্ত য়াওই কোন্ওই তম্লে। অদুগী লৈনুং অহুই অবাংব কৌএ। লোঙ্গা অবিবন নুমিৎ ওইবে। নৃংমুথক্ত খোয়বেন্লে অদুগীবু নৃংবাচা অহুইব কৌএ। নৃংনাংথক্ত নাউপেংলে মহাক্ পূম্ন ময়েক্ মবা নাইন লাংলে। অদুগী নৃংনাংবাচা অবাংব কৌএ। অদুগ তাইবংপান্বদ ফাওবগে হায়দন মখুল্ লোঙ্লে অদুগী খুন্বীলোঙ্ কৌএ।

অসাইগী লাই অদুবু মখুল্ মান্নবে। লোঙ্গা অরিববু থিববু খঙ্দরে। মহৌ অনীবক্ থিববু খঙ্দবে। অদুগী মহৌ লম্নেম্কোইও কৌএ। লাইবেন্ম সিদবীবু থানবে অদুগী লাইথা কৌএ। লোঙ্গা অবিবন ফংলবে। লৈম নঙ্দি ঐবু হেন্ন পূক্নিং লোঙ্ন নীংলে ঐন ব্রান থিএ হায়ববু ঐসুঙ্ নঙ্বু ব্রান থিবক্এ হায়নবে। ইপানে হায়নদি অসিদ খঙ্এ। অদুগী পাখংব কৌএ। ইপা নঙ্দি নখুল্ লোঙ্ঙম্এ হৈবোঙ্ নিংথৌ চনু কৌএ। হৈবোঙ্ নিংথৌ চনুন ইপা খঙ্লে হায়ন যোযনবে য়োইবিবোক্ কৌএ।

লৈনুং য়োইবিবোক্ন য়োয়নন লৈবে। চহৈ ১০০ সুববগ লৈনুংদগি থোক্লসে হায়দন থোক্লক্লে। য়োইবিবোক্তি হঞ্জিন্খিবে। নিংথৌ ওইবে। লৈনুংদ অতিংঙা সিদবন লৈমসুঙ্ নিংথৌসুঙ্ থবাবেল্সুঙ্ মান সাবনে। পাখংবদি লিন্ ওইদুন নোংলুম্ ওইন লৈববনে। কুরুন নিংথৌ ওইহন্গে নীংলবগী মফাপূংদ তোক্পন নুমিৎ যেংবদি অদুঙৈগীনে। পাখংববু নুমিৎন থান নাউবোইবীব কৌএ। কুরুনচিংন লৈব খৈবিক্ খঙ্লৌদে। অদুগী নিংথৌ অসি খোইরুগুম্ন মপান্ মবা থিব খঙ্দব কৌএ। অদুগ কুরুন নিংথৌ ওইননব অসিব পোংহন্ববু কৌবে। পোংহন্ নঙ্দি পুথিব কৌন পুথকও। নিংথৌ ওইবসুনো। নয়াদ উম্ন পুথবক্ও হায়বে। অসীবদি কাখিবে। পাখংববু ময়াদ উম্ন পুথবক্লে হায়বগিবু মমিংবু উম্বীবেল্ কৌএ। উম্বদি পাখংবনে। চৈবুল্ পাফন্নে।

সল্দি অসীবনে। পাখংবন সল্ সেল্লে। চৈবুল্ মখূৎসুন চৈপীব হায়বদি অসীববু চৈপীবনে। অদুঙৈগী লৈনুং তাংক্রু সল্সেন্ব কৌবদি অসীবনে।

অসীবদি মকু হুরে। মকু মহাক্তি পাম্থোইবীনে। মমিংদি কুহিংকু কৌএ। অসীবদি তীন্ন য়োম্ন লৈরে। তীন্ অদুদি লীক্ ওইরে। লংসুংদি অতিংঙানে। লংসুংগী মনুংদ অঙৌব লৈবদি পাখংবনে। অঙৌবগী মনুংদ অসংব অদুদি পাফন্ সিদবীনে। ৪ মগী মমিংদি হেয়ে কেয়ে হে কৌএ। অদুগ চীংখৈ সিদবগী নম্লোন্দ পাখংববু চহে ৫ লোৎন লৈখিও। ইখোমসুঙ্ নঙ্গীদমক্ লৈকু লৈবাই খাংপক্ খনঙমগে হায়ন থম্লম্লে।

অতিয়া সিদবন লৈকু লৈবাই হুৎন হুপ্লা হাবা কাঙ্লে হাযবগী নিংথৌ কাংব কৌএ। পাফন্ন হুপ্লা হাবা ফান খল্লে হায়বগী লৈম কাঙ্খল্ কৌএ। পাখংবগীদমক্পু খাংপক্ যীল্লুম্ চাক্সঙ্ খোয়বুঙ্ লৈব খৈবিক্পু তন্ন খল্লে তাবি কৌএ। লৈম তানু কৌএ। সঙ্ মঙাম লোইববদ নিংথৌ তাবিন নোংসান লৌকুম্লে। পাখংব উবে। কুক ওইবে হাযন মনম্দ তোংলে। নম্বু কৌএ। পাখংবও চহে সুবে নঙ্গী নযীম্ নকৈ লোইবে কুম্লসে। নোংসিৎপু ফাজেম্সে হাযবে।

চীংখৈগী চীংনুংহুৎ কৌবদি চীংনীংনে। কম্বোংপুৎ হাযবদি চীংমাঙ্নে। চীংনুংহুৎকি মমিংদি খেংপেৎ কৌএ। চীংখৈগী নম্লোন্দ লৈবদি মানে কম্বোংপুৎকি মমিংদি তিং তিং তিং তিং তিং সংঙাঙ্চি কৌএ। চীং অনীমবু কোযন খুকম্লে। অতিযা সিদবন হন্জিং চীংখৈ অনীমগী চীংমৈ ই খুন্কুম্লক্লে। অদুগ অতিযাগি মবৈন চক্থাঙ্ ওইবে। মনিংসান মৈ ওইবে। সোংযান মৈবুল্ ওইবে। মমৈন ইন্চম্ ওইবে। পাখংব খুন্কুম্লক্লে।

অসাইগী সঙ্ সাব অতিযা সিদবগি মতে কাংব অবিবনে। চাইবীব সাই অদুগি সবাবেল্ অহুম্মন চাইবীব কৌএ। পাখংবদি লাংসঙ্দ ৫ নি লৈএ। অসাংবম্ন খোঙ্ হাম্এ। অবাম্বম্ন সুম্চিৎ সীৎনৈএ। যাওবৈবম্ন ফম্হৌনৈএ। খুন্কাম্বম্ন ফম্ থানৈএ। লৈবোংজম্ন লৈকথক্ কোক্সা সানৈএ। তোক্পু চৈফৈব লৈঙাঙ্চা মৈমু তোম্সোল্ নোইনিংখোই উবেক্সেক্ লৈব খৈবিক্ সেম্লে। তিন্বীজম্ন খোঙ্কাঙ্ খুদা সেম্লে।

সবাং লৈসাংথেম্ন হক্মু ফুবাল্ যুম্ফম্ কৈফম্ ফম্বী কাইফম্ তীন্ফম্ লাইফম্ লৈব খৈবিক্ সেম্লে। অদুম্ তৌন লোইববদ লাংসঙ্দ ৫ নি সুববদ য়ীম্জাউদ হোংজিন্খিবে। ৬ নি সুববগ সঙ্গাইদ চঙ্লক্লে। অদুগ কংলাদ ফম্ তোংলে। অথুম্ব মবিগী খেল্ লংমাইজিংগী পূং মচেৎত নিংথৌ ওইবনে খঙ্ও। থা ১২ মক্ নুমিৎ চয়োন্ ৭ ম লৈব খৈবিক্পু মখূৎত থুম্লবনে খঙ্ও।

অতিংঙা সিদবন থাদ লৈব তাউবোইনাইৱু নুমিৎকি মনুংদ লৈব পাখংববু থেম্থকও হাযদন থেম্এ। অদুগ সবাং লৈসাংথেম্ কৌএ। পাখংবদি পুথিবন পুবক্এ। মমিং উম্বীহিং তবং কৌএ। নোংহুম্সঙ্ভদ থুংগে তৌববু লাইক্বান হাযএ। পুথিবও নযাদগি অঙাঙ্ব অদুবু কবিনো নীংথিএ হাযএ। থাদবক্ও হাযববু পুথিবন ৱাবু ঙাঙ্থোক্লবদি তাখিগনি নীংলদন ৱা থোক্তন হুম্ হুম্ হাযন ঙংএ। অদুদ লাইক্বান নোক্নৈএ। পুথিব অসিবু মবৈ লোম্লে হাযন নোক্নৈএ অদুগি মমিং পুবৈবোম্ব কৌএ হাযব খঙ্ও। ◪

# ২১. লোয়সঙ্ লিংখৎপ

ঽ লাইযিংথৌ পাখংব হাক্তক্ত যোইবেল্ লোযসঙ্[1], মাইব সঙ্লেন্[2], অসৈব লোযসঙ্, নহাকপ্ সঙ্লেন্, অহল্লুপ্ সঙ্লেন্, থাবম্ সঙ্লেন, লাইফম্ সঙ্লেন্, ব্রাংগোল্, চাবাপ্, লাইবেল্ লোযসঙ্, ঈমিংলোই লোযসঙ্, ফৈদা, থুম্কৈ, হিক হিনাউব, ফৌকৈ, সঙ্লাংমৈ, তান্যৈব লোযসঙ্[3], থাঙ্সা সঙ্, সিনাইব, কোন্সাব, অহৈব, অযেক্প, মোইবুংখোংব,

---

১ *য়োইবেল্ লোযসঙ্– মহৌশা নিংথৌ পাল্লিবেদ লৈবম্ব লোযশঙ্ অহুম্গী মনুং চন্ব লোযসঙ্নি। যোইবেন্ লোযশঙ্গী মসিল্দি লাইফম্ তীন্ফম্ লিংখৎপ অমদি লাই তীন্ শঙ্বনচিংবনি।*

২ *মাইব সঙ্লেন্– অমাইবশিংগী লোযশঙ্নি। মহৌশা নিংথৌ পাল্লিবেদ মাইব সঙ্লেম্ম পাঙ্থোক্লম্ব মথৌ মসিল্দি সনা ফম্জাউ মখা কোন্যাই হন্ব, মনুং চঙ্ফম্ অচৌব মচা কোন্যাই থাব, লম্ তু তাইব, তীন্ফম্- লাইফম্ লৈবম্ব কোন্যাই থাব, লৈতায নোংদাই, তূ খোং, লৈখোঙ্ নোংখোঙ্ তাইব, চূপ্স' মোইফেন্ তৌব, লৈম নিংথৌ সিবগ মংগাবক্পদ নাহাইব, ঔগ্রি খেঞ্জো সক্প, মাযকৈ নিপাল্ তাইব, কুম্গী থুন্থোঙ্ লাংপ, সজিবু লৈথোঙ্ ফাংপ, ফম্বান্ ব্রাংগোন্, চাবোক্ ব্রাংগোন্গী থৌরম্ অযাম্ব তৌব অসিনচিংবসিং অসি মাইব সঙ্লেন্গী মসিল্নি।*

৩ *তান্যৈব লোয়সঙ্– লোযসঙ্ অসিন পাঙ্থোক্লম্ব মসিল্শিংদি- পুংজা যৈব, যাইবুং যৈব, সেল্ যৈব, নিংথৌন সনা খোঙ্ লেঙ্লবদ পুং খঙ্নব থৌগল্ চংপ, অসিনচিংবশিং অসিনি।*

পাসিখোংব, পেনাখোংব[১], খূৎহৈব, মোইফেঙ্ব, হিসাব, ফিসাব, সেন্সাব অসি লিংখৎএ।

মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্ হাক্তক্ত খূৎতম্ব, পাচ[২] লিংখৎএ। মৈদিংঙু নাউথিংখোং হাক্তক্ত কংলা সঙ্ব লিংখৎএ। মৈদিংঙু কায়নৌ ঈবেংবগি হাক্তক্ত হাওমচা লিংখৎএ। মৈদিংঙু লোইয়ম্বগি হাক্থক্ত হিদাক্ফান্ব, পোৎসঙ্ব লিংখৎএ। মৈদিংঙু থব়ান্থাবগি হাক্থক্ত লৈকাই লোয়সঙ্, সঙ্লিংব লিংখৎএ। মৈদিংঙু পুন্সিবগি হাক্থক্ত হাওগি সঙ্ লিংখৎএ। মৈদিংঙু কিযাম্ব হাক্থক্ত ভান্দাবি লিংখৎএ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগি হাক্থক্ত অহল্লুপ্ সঙ্খুব, নহাকপ্ সঙ্খুব লিংখৎএ।

লাইয়িংথৌ খাগেম্বগি হাক্থক্ত সামুসঙ্, সগোল্সঙ্, দুলাইবোয়, লান্মী য়াইবেক্সঙ্, দোলাইপাব[৩], ময়াং হিসাব, সন্গোম্সঙ্, নান্দেব, পাঙন্ সঙ্লেন্[৪], সিংগাখোংব, পাঙন্ ফুন্দ্রে, তিল্লি লিংখৎএ। মৈদিংঙু পাম্হৈব

---

১ *পেনা খোংব— পেনা খোংব লোয়সঙ্গন পাঙথোক্লম্ব মশিন্দি- অহিংদ নিংথৌগী ফম্মাঙ্ ঈশৈ খন্ব, যাকৈবোল্ সকপ, লম্য়িন্ থৌগন্ চংপ, তীন্থৌ লাইথৌ চংপ, লাইবৌ অনোইবোল্ শকপ, লাইগী তীন্গী য়াহৌ য়াকৈ শকপ, তীন্পাউ লাইপাউ শকপ, অহিং ফম্মাঙ্ ঈশৈ খন্ব, সঙ্গাই খোঙ্জিন্ ময়াখদ খন্বনচিংবশিং অসিনি।*

২ *পাচ— পাচ লোয়সঙ্গী মসিল্দি- নিংথৌন সনা খেঙ্লেঙ্বদ পোং চৈ কংলম্ব পূম্নমক্ ওক্লনি। সঙ্গাই ফম্মাঙ্ ব়াই তৈব, সনা খুদোং মঙক্ অমদি মখোঙ্ খেংপদ ফুন্দ্রে চিংব, লাম্লূপ্ অমদি মৈপাউ চেন্ব, নিংথৌ সাগৈগী যুম্মাং পাউ চেন্ব, মবুথৌ পাখংব অমদি মবুথৌ সনামহীগী থাঙ্ ফান্ব, লৈম নিংথৌগী চক্থাঙ্ থৌগন্ খন্ব, নিপা নুপী খৎনবগী ব়ায়েন্ তৌব, চাক্যেন্ ফিয়েন্ব, লৈম নিংথৌ সিবগ মংগাবকপদ থোঙ্দ মৈহম্ ওকপনচিংবশিং অসিনি।*

৩ *দোলাইপাব— দোলাইপাবগী মশিন্দি- সনা য়াথং চৈবাপ্ত হায়দোক্পদ চৈবাপ্কি পাখোন্ চত্তুন মীফা মীপুন্ তৌব, কৈবোয় য়ুম্লোই কৌখৎপ অমুক্ নোংঙাম্লবগ চৈবাপ্ ব়াই সীংপ, ব়াই তৈব, ফাদোক্ পান্নব অমুক্ নুমিদাং মীকোক্ থীব, অহিং মৈবিংব, সনা থৌগন্ মাঙ্দ লুব়াংচৈ অমদি লীচৈ পায়দুন চংপ, মনাও ইবেম্মগী দোলাই কোঞ্জিল্, ওয় থংব পায়দুন অফৈ অবান্ য়েংব, লীচৈ লুব়াংচৈ পায়দুন লাখোঙ্দ থৌগন্ ঙাইব অসিনচিংবশিং অসিনি।*

৪ *পাঙন্ সঙ্লেন্— পাঙন্শিংগী লোয়সঙ্গনি পাঙন্ সঙ্লেন্গী মসিন্দি সগোল্ সজিক্ ফানব, সামু সজিক্ ফান্ব অসিনচিংবশিং অসিনি।*

হাক্থক্ত কৈকংব যাইবেক্সঙ্, অনাম্সঙ্, পাল্চি লোযসঙ্[১], খেত্রি লোযসঙ্ লিংখৎএ। মৈদিংঙু চিংথংখোম্ব হাক্থক্ত সঙ্সাবোই, অযোক্প, তেঙ্খল্, হাও পান্নব, সল্লুংসঙ্, নৌকংসঙ্, তখেল্সঙ্[২], মযাংসঙ্ লিংখৎএ। মৈদিংঙু নিংথেম্ অতোল্ হাক্থক্ত ফিতবিযা, বাম্সালা, লসমোল্ সালা, সংসপ্ত সঙ্ মবিম অসি লিংখৎএ। ◪

---

১ *পাল্চি লোযসঙ্– পাল্চি (পাঙ্খি) লোযসঙ্গী মসিল্দি তুলিব সঙ্কাব হোৎপ, গ্রহন্ হোৎপ, ব্রিস ক্রিত্তি হোৎপ, ভূম্বিকল্প হোৎপ, কুম্ খুদিংগী উসোব মেলা, গোষাই কর্ম্ম, থাসি থানিল্ একাদসি পূম্নমক্কি বিধি হোৎপ অমদি হোৎতুন কৎপ, মচা ইবুংঙোশিংগী অমদি মচা ইবেম্মাশিংগী না হুৎপ, চুবা কোবোন্ তৌব, লুগুন্ থাংব, নাম্ কোবোন্ তৌব, নিংথৌগী যাত্রা তৌব অসি পূম্নমক্ মখোযন যেংগনি।*

২ *তেঙ্খল্– তেঙ্খল্ লোযসঙ্ন পাঙ্থোক্লম্ব মাসল্দি নুং খেৎপ, নুং যান্ব, নুং পুব, নুং খাঙ্ব, সনা চীন্ চিনিনচিংব, হৈ নৈ থাব, ফুক্প, চেক্পন্ থোন্ব, লাংখোং তেংব, লৈবঙ্ থোন্ব, তৈব, অসিবগী হুমাইখোক্ পান্ব, মং সেম্ব, ফান্ব, মৈথিল্চৈ তুম্ব, মৈতান্ খোম্ব মুৎপ, ফুম্ব, কোম্ তৌব, ধাবা তৈব, মফম্ সেংব, খুচুম্ পেবেগী উৎ, খাংখগী উৎ, খোইনৌং, পূকসবি, হৈদ তোংব খোইগী জাৎ মখৈ খাঙ্ব, পোক্লাউবী, খোম্দ্রোক্পী, উঁচ হংগাম্, ঈশিং চাইব, হিদাক্, থাউনম্, ঙাবাউবী, থাউনম্, কেগে, সগোন্ তিদাক্, কক্চেং নোংমৈখৌ অসি খৌবক্ খাঙ্ব, থোংগী মসিন্ খাঙ্ব, লম্জৈ হুমাই খৌগন্ চঙ্ব, হান্মেঙ্ খাঙ্ব অসিবগী লং তিংব, মুক্সন্ খাঙ্বনাচিংব মাসল্শিং অসিনি।*

# ২২. নিংথৌফি সাব

ꣳ লাইবেল্ মৈদিংঙু খুইযোই তোম্পোক্ত মদাইবেম্, লাইকোক্সু চবৈ ফিসাহন্বন লাইবেল্ হন্কোক্ উন্যেক তম্, তুবী হৈনা মমি লাক্ন লংলা লংখন্ তৈ, কাব্রং চাচু লংন লাইবেল্ হৈকোক্ মমি লৌগে হাযবগী লোইদাম্ মেবা থা, মাক্মৈ ১৫ নি পান্ব থাঙ্জ নুমিৎ পৃং ৬ হৌখবব পৃং ৭ চঙ্লক্পদ লোকোল্ চাংলাই তম্, মের্হেন্দ্র পৃংজা লাক্ন পুনুং ব্রান্ফক্ ফিবু হৌন চবৈ ফিসা তম্এ। লাইবেল্ হৈকোক্ মযেক্ থোক্, তুবী যেক্পু যেক্সোযদ, লোইদাম্ থাবুম্ ৭ সুন চবৈ ফি সাববগী সঙ্দিং ফিবোই তম্, মদাইবেম্ খোবিযান্ ফিসাবন নাউব্রা খোযবেন্থাঙ্বু সমু খৃৎত পাযন পুনুং ফিকোই লেন্, চবৈ ফিজিন্ কক্ন ফিবোইখিএ।

কুম্সীং চা ৩৯৬ সুব লাইবেল্ নাউফংব সনা মহাক্থক্ত হেবু নোংখোল্ তেংমাই থীন্ব মসঙ্লেন্, সাযা সেল্পাযবোইন যাকাসঙ্দ তুবী মউন্ শু, লাইবেল্ মতাং সীৎলম্ববু মদাইবেম্ লোবি ঈমিংলোয হন্জবন

---

*লাইবেল্- নিংথৌবু তেংথাব বাহৈ। মৈদিংঙু মৈতৈ নিংথৌবু খঙনব তেংথা। খুইযোই তোম্পোক খৃঃ ১৫৩ দগী ২৬৯ ফাওব পান্খিব নিংথৌ। মদাইবেম্ মনাই। চবৈ ফি। ফিসাহন্ব ফিসাব লোযসঙ্গী মকোক্। তুবী লাইবেল্। চাচু লং চা শত্রুব লং। লোইদাম্ থা। মাক্মৈ থাবান্। লোকোল্ বাষি। চাংগোই নোংমাইজিং চাংখোঙ্দ চেন্ব তুবেল্ অম। পুনুং- ফি। ব্রান্ফক্ নিংথৌফি মখল্ অম। সঙ্দিং ঈযোং। নাউব্রা খোযবেন্থাঙ অঙাং পোক্লগ মখোয লেন্নব থাঙ্। লাইবেল্ নাউফংব খৃঃ ৪২৮ দগী ৫১৮ ফাওব পান্খিব নিংথৌ। হেবু নোংখোল্ তেংমাই থীন্ব ফম্ অমগী মমিং। সাযা সেল্পাযবোই ফম্ অমগী মমিং। তুবী লাইবেল্। মতাং শীংলম্ব মকু হবব্ব। ঈমিংলোয হঞ্জব ফম্ অমগী মমিং।*

সিন্নৌ নোংখোল্বগ অনীমন তুবী মউন্ পু, লাইবেল্ মকু পুন লাইবেল্ নাউফংবগী সনা মখোঙ্খাদ কৎলববগী লাইবেল্ নাউফংবন তুবী মউন্ যেংন নীংখন্খিএ। ইযু তুবী যেক্পু যেক্মাঙ্হল্লোই হাযন নীংখল্লক্তুন লাইবেল্ নাউফংবন মদাইবেম্ অকো ফিসাহন্ববু পাউকৌখৎতুন হাযযে। তযম্ ফিসাহন্ব-ও তা-ও ! ইযু তুবী যোইনোংদা নোংদা লাইবেল্ পাখংবগী তুবী হৈনা লৌ, লাইবেল্ যেক্তম্ লৌববু লৌযোন্ঙম্গবব হাযবদ মদাইবেম্ তযম্ অকো ফিসাহন্বন পাউখুম্লক্এ। লাইবেল্ মৈতেংঙু ইবুংঙো তাও-ও। তুবী হৈনা লৌ, লাইবেল্ হৈকোয সাববু লৌঙম্গবব যেংগে হাযদুন কাব্রং লংখেৎ তৈ, লংলা খাঙ্তিন্ সুংন, অকো ফিসাহন্বন লোইদাম্ ফাইবেল্ থা, মাক্মৈ ১৫ পান্ব ঈবাই নুমিৎকি পূং ৪ হৌখবব ৫ চঙ্লক্প লোকোল্ চিংলাই তম্, মেহেন্দ্রি খেন্ফম্ যেংন চাদ যুকৌ পোংপু ফক্লোং চবাই থা, চেঙ্পূম্ চিগ পৈ, সাবেল্ ফাহাপ্ন, খোং থাউমৈ মসীং সু, কম্বি নৌবৈখু, খোইজু তোল্লোং ঈক্, মমাইবন তাইবেল্ লোংন লৌ, লাইজ খীক্ফেন্ চাইন, তুবী মতীক্ থা, লাইবেল্ মঙল্ সক্ন পুকম্লবগ অকো ফিসাহন্বন চবৈ নিংথৌফিবু[1] সঙ্দিং ফিহৌ তম্, কাব্রং চাজু লংন লংলা খাদ থা, অঙৌবন থক্ক থোং, অমুব বাযতা লং মেমাল্বন তুবী যেক্সোল্ লৌ, সঙ্দিং ফিসা তম্, লংলা সীংখল্

---

*সিন্নৌ নোংখোল্ব ফম। ইযু- ইবুধৌ। মদাইবেম্- মনাই। তযম্ মনাই। নোংদা লাইবেল্ পাখংব খু: ৩৩ দগী ১৫৪ ফাওব পান্খিব মনিপুব ইতিহাসকি অহান্ব নিংথৌ। হৈকোয মযেক্ মখল্ অম। চাদ যুকৌব ঈবাং মখল্ অম। চবাই ফক্। কম্বি নৌবৈখু কঙ্দিদ ধুপ্ থাব। লাইজ ঈশিং। পুকম্লবগ খুকল্লবগ। চবৈ ফি। নিংথৌফি নিংথৌতন শেং ইন্ব ফি মখল্ অম। সঙ্দিং ঈযোং। চাজু লং চা মচু শঙ্ব লং। মেমাল্ব সংবান্নব মচু।*

---

১ *নিংথৌফি নিংথৌফি হাযবসি নিংথৌশিংন শীজিন্নব, মীচম্ অবাম্বশিংন শীজিন্নব যাদব, যাম্ন মতম্ চঙন অফব পুংফম্ খেন্ফম্ যেংন শাব হৌব মখল্ যাম্ব, খুৎ যাম্ন চঙন শাব ফি মখল্নি। নিংথৌফি শাব হাযব লাইবিক্তি মতুং ইন্ন খু: ১৫৪ দগী ২৬৪, ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্খিব মৈদিংঙু খুইযোই তোম্পোক্কি মতম্দগী লাইবেল্ হংকোক্ মউন্গী মযেক্ লৌদুন শাব হৌখিবদগী মথং মথং মখা তান পাল্লক্প নিংথৌ মবোল্শিংগী হাক্তক্তসু নিংথৌফি শাবগী চংনবী লৈবক্খি। নিংথৌফি খবগী মখল্ অমদি মমিং পন্ব তাববদি নিংথৌফি খান্ফক্, কাশৈ শীংনাংপাল্, নিংথৌফি সাইকক্প, নিংথৌফি সাইজোন্বনচিংব পন্ব যাই। হাযবিব নিংথৌফিশিং অসি নিংথৌগী অকল্ অথৌশিংন পাঙ্খোক্প শাকা লান্ফাগী মতীক্ যেংন মনাফি ওইন শীবগী চংনবীসু লৈবক্ই। মনা মথুম্ ওইন ফংলব মীওইশিংন মান মান ফংলিব নিংথৌফিশিং অদু শেংপ ইন্ব যাই।*

লৌ, উবিৎ লোন্য়াম্বীচা য়ীম্সান সূনা লংলা লংখল্ লৌ, কোবী সীংখল্ লৌ, থাঙ্লেন্ য়াইওইবন কোবী তুপাল্ লেন্, তুবী হৈনা লৌ, লাইবেল্ হৈকোয় সা, মুক্তম্ কোয়চা য়েক্ন তুবী হৈনা লৌ, লাইবেল্ য়েক্পু য়েক্সোয়দববগী লাইবেল্ নাউফংবদি তুবী পূক্নিং হবাউ থোইখিএ।

অকো ফিসাহন্বন চবৈ ফি সাববু লোইদাম্ থাবুম্ ১২ সুন তবা চাক্মাংদ সংলৌ য়েন্মাংদ, চবৈ ফিমাংদ, সঙ্দিং ফিসা লোই, চবৈ ফিখৈ লোম্লবগী মদাইবেম্ খোবিয়ান্ ফিসাবন নাউবা খোয়বেন্থাঙ্বু সমু খূৎত পায়ন চবৈ ফিকোয় লেন্, ফিবেন্ ফিচিন্ কক্পগ সায়া সেন্পায়সঙ্দ ইনুং সোয়ব চবৈ পোৎথাববগ লাংসঙ্ সঙ্লাংমৈদ[1] য়াকাববগ তাবু লুবাক্নুংদ হাপ্, লাংচল্ পুবি তু, সবা চাজুম্ নম্ন চবৈ পোথাখিএ।

কুম্সীং লীসিং ১০৩২ সুবদ মৈতেংঙু হেম্তৌ লোইয়ম্বদ লোসো ফসাহন্বন চবৈ নিংথৌফিবু কাব্রং লংলম্ ৭ সুন লংলা লংখেৎ তৈ, কাব্রং লংজা সুংন লোইদাম্ ফাইবেন্ থা, মাক্মৈ ১৫ নি পান্ব ঈবাই নুমিৎত লোসো ফসাহন্বন সঙ্দিং ফিহৌ তম্, অঙাঙ্ব খাগ থা, অসংব থক্ক থোং, মেল্মান্ব যাযদ চল্ হিগোক্ কোয়চা য়েক্, মকোং চিদাই খোম্, অমুব মুক্তম্ খিন্, সীংখল্ চাজুম্ থোক্, উবিৎ লোন্যাম্বিচা য়ীম্সান চবৈ নিংথৌফিবু সঙ্দিং নম্ফুন থাঙ্লেন্ যাইওইবন কোবী তুবান্ লেনন চবৈ ফি সাববু নুমিৎ সীংবুম্ চা ৩৫০ সুন চবৈ ফি সাববগী সঙ্দিং ফিখৈ লোম্লবদ মদাইবেম্ খোবিয়ান্ ফিসাবন নাউবা খোয়বেন্থাঙ্বু সমু খূৎত পাযন সঙ্দিং ফিকোয লেন্, ফিবেল্ নাতৈ কক্ন চবৈফি লোইববগ নাইখু সঙ্লান্চান্দ ইনুং সোয়ব পোৎথাববগ লাংসঙ্ সঙ্লাংমৈদ চবৈ ফিথূপ্ তৈন তাবু লুবাক্নুংদ হাপ্, লাংচল্ পুবি তু, সবা চাজুম্ নম্ন ফম্ফম্খিএ। ◪

চবৈফিখৈ লোম্লবগী- ফি সাব লোইববগী। মদাইবেম্- মনাই। সায়া সেন্পাযসঙ্- সঙ্ অম। ইনুং সোয়ব- অহিং চুম্ন। লাংসঙ্ সঙ্লাংমৈ- নৈম নিংথৌগী ফি সেংফম্। তাবু-পোং চৈ হাপ্লব লুবাক্ মখল্ অম। লাংচল্ পুবি তু- ফাজিন্ পুন্জিনব। সবা চাজুম্ নম্- চা নম্দুন সো লোন্সিনব। হেম্তৌ লোইয়ম্ব- খৃঃ ১০৭৪ দগী ১১২২ফাওব পান্খিব নিংথৌ। চবৈ- ফি। নিংথৌফি- নিংথৌন সেং ইন্ব ফি মখল্ অম। লোইদাম্- থা। মাক্মৈ- থাবান্। সঙ্দিং ফিহৌ তম্- ঈয়োংদ ফি শাব হৌব। মেল্মান্ব সংবান্নব মচু। মকোং- মৈবি মচু। সঙ্দিং ফিখৈ লোম্লবদ- ঈয়োংদ ফি সাব লোইববদ। ইনুং সোয়ব- অহিং চুম্ন। লাংসঙ্ সঙ্লাংমৈ- নৈম নিংথৌগী ফিজেং নৈতেংফম্ ওইব সঙ্। লাংচল্ পুবি তু- মচিন্ ফাজিন্ পুন্জিনব। সবা চাজুম্ নম্ন- চা নম্দুন সো লোন্সিল্লগ।

১ সঙ্লাংমৈ- নিংথৌ অমসুং নৈমবেম্বীগী ফি শেংফম্ ওইব শঙ্গনি।

# ২৩. চৈথাব

হঁ ঐবু সিজব ইবুংঙো, লাইযিংথৌ নোংথৌবেল্ অথৌব, তাইবং সোবাবেল্ নমু পোংহন্‌ব-ও' নমু তুবী যোইনোংদা নোংদা লাইবেল্ পাখংব, অঙৌব লংমাইনিংথৌ কাযনৌ চীংসোম্ব[1] চীংঙু অনীমগী লোইদাম্ মকুম্‌সাবু মৈন ব্রায তাংন সম্‌ন নমু নিংথৌবোল্ খুদিংদ কোংব লৈথোঙ্ ফাৎপ[2], সজিবু

---

*লাইযিংথৌ নোংথৌবেল্ অথৌব নিংথৌবু তেংথাব ব্রাহৈ। তাইবং সোবাবেল্ নমু পোংহন্‌ব নিংথৌবু তেংথাব ব্রাহৈ। নমু নবুথৌ। তুবী যোইনোংদা নোংদা লাইবেল্ পাখংব খৃষ্টগী ৩৩ সুব চহীদগী ১৫৪ ফাওব পান্‌খিব মনিপুরগী অহান্‌ব নিংথৌ। অঙৌব লংমাই নিংথৌ কাযনৌ চীংসোম্ব নোংপোক্ নিংথৌ। চীংঙু লাই। লোইদাম্- থা। মকুম্‌সা কুম্ খুদিংগী পাঙ্‌থোক্‌প থৌবম্। মৈন বায তাংন সম্- মৈন মথং মথং ব্রাযদুন চাক্‌পগুম্ মীবোল্ মীবোল্ খুদিংদ মথং মথং শম্‌বক্‌প।*

---

১ *কাযনৌ চীংসোম্ব– নোংপোক্ নিংথৌ কাযনৌ চীংসোম্ব। নোংপোক্ নিংথৌ কাযনৌ চীংসোম্ব অসি নোংমাইজিং চীংদ পান্‌ব নিংথৌনি। ব্রাংঙম্‌লোন্ খাবি লেংনাউ মোন্‌বী পাম্ভোইবীবু খাব তবম্ খোইনুচাগীদমক্ হাযন শীংনবগ মবাল্ নুহোং খোঙ্‌দোং তম্‌দুন কংলাদ পান্‌ব খাব মবাল্‌যাইদ লৈববদ নোংপোক্ নিংথৌ কাযনৌ চীংসোম্বগ নুংশি মবী লৈনবক্‌পদগী পাম্ভোইবীন খাব মবাল্‌যায থাদোক্কুন নোংপোক্ নিংথৌ কাযনৌ চীংসোম্বগ লোযনন নোংমাইজিং চীংদ কাখিদুন নোংমাইজিংগী মতেন্ খলোংদ ফম্বাল্ তেংদুন লৈম নিংথৌ ওইন পান্‌মিন্নখি।*

২. *কোংব লৈথোঙ্ ফাৎপ– থৌবম্ অসি কোংবদ লৈব অঙোম্ পোক্‌প অমদি নিংথেম্ পোক্‌প লাইফম্ অনীদ চহী খুদিংগী শজিবুগী পান্‌খংলক্‌প তবেংনি সুব থাবান্ নুমিংত পাঙ্‌থোক্‌ই। নুমিং অসিদ লাইফম্ অনী অসিদ হৈথা লৈথা, পোংচঙ্*

লৈখুল্ ফুন্‌ব, থাংজিং মখোক্‌লাং, খোক্‌লাং মচৈখঙ্, পাখং হুয়েল্ লান্‌পাম্বন লান্দাখোক্, কংলা মৈচেল্‌খোক্, হুয়েল্ লম্মামি লম্মাচাউ ফানচৈ, সিনাই নানিবোঙ্‌বন খোক্‌লাং লেংদ থোংন চৈথাব কুম্, লোইদাম্ কুম্‌বা অনৌবন চৈকারক্‌প অসিদ ফত্ত হৌদি সাপাউ লান্‌পাউ কল্লক্ য়েক্ন পূম্নমদি থবে লেম্‌লৈ[১] তারসুনো। ৱাবেম্ লাল্লেম্ খুন্‌চিন্ লান্‌চিন মিচিন্ মিপাউ হাইখি সোইনাই তীন্‌থুং লাইথুং পূম্নমদি নদাইরেম্ ঐন তাঙ্‌জ লূদ থোংন পূজবগে।

ঐবু সিজব ইবুংঙো লাইয়িংথৌ নোংথৌবেল্ অথৌবদি নুমিৎকুম্ মসোং চাউ, থবাগুম্ মঙাল্ নাই, কুম্‌জা তেক্‌হৌন থাজ নৌহৌন পুল্লি চাবি কুই ৱাংঙম্ খোংদোল্ সাংন তান্‌থোঙ্ ময়ুং কুই, লেম্‌থোঙ্ মফে পাক্ন পোইবে খুল্‌হোঙ্‌ব খুঞ্জাউ লৈচাউববু লেপ্‌ন তান্‌ফংঙেনে।

ঐবু সিজব ইবুংঙো লাইয়িংথৌ নোংথৌবেল্ অথৌব তাইবং সোবাবেল্ নমু পোংহন্‌ব-ও। ননাই ঐন পুব কুম্ অসিবু ননাই ইতাওন পুব কুম্ অসিদ লৈম নিংথৌ পুল্লিব, খুঞ্জাউ লৈচাউব, চাক্‌হোঙ্ ঙাহোঙ্‌র্ব পূম্নমবু থোইব হেন্‌ব ওইবসুনো। সিন্নববনে। ◪

---

থাংজিং মখোক্‌লাং- থাংজিং চীংদ হৌব ৱান শেম্ন মখোক্। খোক্‌লাং মচৈখঙ্- কবিগুম্ন কাম্নব, মিংচং ফংনিঙাই ওইব থবক্ত শীজিন্নখিব মখোক্। লান্দাখোক্- লান্দাবদ পায়ব মখোক্। কংলা মৈচেল্‌খোক্ কংলা মৈপাউ পীবদ পাযব মখোক্। হুয়েল্- লান্। সিনাই নানিবোঙ্‌ব- মচীন্ অনী লোঙ্ ব লম্বু। নদাইবেম্ ননাই। তাঙ্‌জ লূদ থোংন- কোক্ থক্ত থোংন। তান্‌ফংঙেনে- ফংঙেনে। ইতাও- মরূপ, ইমান্নবা।

---

* চৈজঙ্‌নচিংব থাবগ লৈপাক্ তৌদুন লৈবম্ন পোং-চৈ, তীম্নচিংব অদু নুমিৎ মঙানি চপ্র যুম্‌জাউ লাইবেম্নীগী মমাঙ্‌দ থকং অনীদ থম্লগ হিচম্ য়াইচম্ পাংত থাদোক্‌র্খিগনি। লৈথোঙ্ ফাংপদ লৈরম্ন তীল্, পোং-চৈনাচিংবশিংগী মপক্ মতুং ইন্ন লৈবাক্কি অফ-ফত্তগী খুদম্ থম্ভব ওম্‌ই।

---

১. থরে লেম্‌লৈ— মনিপুবগী তম্পাক্ লম্‌গী কোম্বাবোল্‌গী লায়াংনি। থবেগী লাযাংতি অবোং, কৌশাক্‌চাউদগী সুগনু ফাওবগী মনুংদ লৈব লম্‌থু থবে কৌই। লেম্‌লৈগী লাযাংন সুগনুদগী হৌবগ মখা থংব লম্‌মখৈবু লেম্‌লৈ কৌই। কোম্বাবোল্ সোন্‌ব মতম্‌দ থবেগী লম্‌দ-হৌ লো থবেবু লম্মহল্লো হায়গনি অদুগ লেম্‌লৈগী লম্‌দ-হৌ লো লেম্‌লৈবু লম্মহল্লো হায়গনি।

# ২৪. মাইবরোল্ মঙা

ꣻ হৌজিক্তি লাই মঙামন থবায মঙাম ওইন পোংখুগী লেঙহন্ চংহল্লিবদগী মমিংদি মাইববোল্ মঙাম কৌএ। মাইববোল্ মঙামন কোম্নবিব লাই মমিংদি অতিংকোক্, অতিয়া, অমম্ব, অসিব, কোনজিল্ তিংথোক্প লাই মঙামনে। অতিয়ান নোংচুপ্ হাওবোংমাই কৌএ। মিংখৈদি সনা কোন্সৌবেল্ কৌএ। নোংথৌ মাইবহন্ব সৌপুবেল্ চিবাই তাঙ্ব, যুম্দাব মমিংদি সৌবাম্ কৌএ। লাইদগি থোঙ্দি কংলানে খঙ্ও।

অমম্ব নমিংদি কোন্দে নাক্থংমাই[1] কৌএ। মিংখৈদি লাইয়েক্ লাইখোং চনু কৌএ। মথোঙ্দি যুম্জাউনে। মমিংদি কোন্নুং কৌএ। লৈপাক্ মাইবহন্ব কোন্দে খুবায় তাঙ্ব অয়াম্বদি থোঙ্নে। অতিংকোক্ন য়োইনৌ লাপোক্সু কৌএ। মিংখৈদি লংপি কৌএ। মথোঙ্দি নোংদম্সঙ্নে। অসিবন থিংকোল্ মোবিমাই কৌএ। মিংখৈদি খাক্প কৌএ। মথোঙ্দি লৈখোম্সঙ্নে। পনম্ নিংথৌ অপান্বন য়েংকোক্ঙা কৌএ। মিংখৈদি নুমি কৌএ। মথোঙ্দি সঙ্গাইনে। মাইববোল্ মঙামদি অসিনে খঙ্ও। অসৈব ৩ মদি খাব লাংথংচাদি[2] থোঙামনে। নোংমাই হাওবিজা ভৌবেল্বাক্ খোন্ কাবদি হাওবিজম্নে। নহাব

---

১. *কোন্দে নাক্থংমাই– নোংদা লাইবেল্ পাখংবগী মমাইবনি।*

২ *খাব লাংথংচা– খমুং লৈবাক্তগী লম্দম্সিদ চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্গ লোয়নন খুছোক্মিমবক্থিব চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্গী মদাইবেম্ অশৈবনি।*

মোইরেংচাম্বদি[১] মোইরেংজম্নে অহম্ম অসিনে। য়োইরেল্ সঙ্ নামুংগী সলাই তরেৎমগি তেংথা য়ুম্নাক্ মমিংদি সৈইরাক্ পুংক্রাইব, কৈবাৎ লাল্কৌব, মৈনম্ নোংচেন্ব অতোন্ লৌখাম্ব ৭ ম অসিনে। সা ঈবাৎতি অসাংবম্নে। পুংক্রাইবদি পুংক্রাইচম্নে। কৈবাৎতি খুমুচম্নে। লাল্কৌবদি লাংকোল্চম্নে। মৈনম্দি মৈয়েংবম্নে। নোংচেন্বদি খাব নোংচেন্বম্নে। অতোন্ লৌখাম্বদি লৌখাম্নে। ৭ ম অসিনে। ◪

---

১. *নহাব মোইরেংচাম্ব– মোইবাংগী পেনা শকপ অশৈবনি। অদুগুম্বা পাখংবন মোইবাংদ খুনগুম্বগুম্বা, মোইবাংদগী কংলৈ লম্ খুন্গাবক্পদ নহাব মোইরেংজাব্রন পেনা খৌগল্ তৌবগ কাবক্খি।*

# ২৫. লাইহৎলোন্

ꣳ লাইহৎলোন্দি খুন্বী নূংথোঙ্ চীং, চেঙ্জা লাম্নুম্থেল্গি লিলি নাউতংচাদি লৈনুং তাংক্রু সন্সেন্বন চৈবুল্ মখূৎসুন তাঙ্জ মকু হূ, লিল্লা মতাং সীংন চৈবিএ। কৌব কৌনু লাইদি ঙাঙোই যোইমোংবন[1] লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। চীংবল্ চাবা লাইদি চীংজেং নাবল্ পাঙ্গন্বন সমু মখূৎসুন চৈবিএ। সনাহল্ লোক্চাউ লাইদি নিংথৌ মহাবাব পায়ম মনিংসান চৈবিএ। হংগেল্ পৌবি লাইদি সিংজিল্ কাংবনাউ সৌজিল্ কাংবনাউন থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। মবোল্ মবাল্ থুম্নখিএ। অসৈ ৱাংবী লাইদি খাংসুনহা লাইবব লৈকাই তিমেন্ তা ৱায়ব তিমেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। লম্গা লাইগা লাইদি তুবী মকোক্ অনী লোঙ্ব লাইবেল্ মমৈ তোম্বু তুবী মকোক্ পাংমন লৈমোল্ জগোই লান্ন চাক্তাইএ। লাইবেল্ মকোক্ পাংমন নাগ খোক্খৈ লান্ন চাক্তাইএ। নোংবাল্ লাইবেল্জাম্বন কোংয়াং মখূৎসুন চৈবিএ।

ঈবিল্ লাই ১ দি খুৎলাইথংবন থাঙ্সাং মখূৎসুন চৈবিএ। ঈবিল্ লাই ১ দি তাউথিংমাংন[2] লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। পোইবৌ হাম্লৌ লাইদি

---

১. *ঙাঙোই যোইমোংব– মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্ন নোংখাম্লোন্ নোংমোইনু অহোঙ্বী পান্নবগ ঙাঙোই যোইমোংবগ মনাও যোইহৈতোন্ তাউথিংমাংগ অনী লোক্খি। মচিন্ মনাও অনীন তু তেংথৈদ ময়াম্ন ঙাঙোই যোইমোংবন ইম্ফাল্ তুবেল্ তেংখি। মনাও তাউথিংমাংন ঈবিল্ তুবেল্ তেংখি।*

২. *তাউথিংমাং– খৃ· ২৬৪ দগী ৩৬৪ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি ময়াম্ন ঙাঙোই যোইমোংবগ তু তেংথৈদ তাউথিংমাংন ঈবিল্ তুবেল্ তেংখি। মচিন্ মনাওন তু*

লংমাই সিংয়াংন থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। থৌবাল্ ঈরুম্ লাইদি তুবী মকোক্ লোঙ্ব লাইবেন্ মমৈ তোম্ববু ঙানব নহা তেক্চাপাম্ব সোবা লাইহাৎ থৌবন থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। চীংখঙ্ চাউপোক্ লাইদি কুক নেম্ও নেম্এ, কুক ৱাংও ৱাংএ। হৌতাংকোক্ সুখিবন থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। ঈবোং লল্হা লাইদি নিংথৌ কোক্চাউবন উতুপ্ মখূৎসুন চৈবিএ।

লম্দেং লাইদি নুংবাল্ চৌভ্রিবন[১] থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। হৌতক্ লাইদি খেন্দে নিংথৌ হাওতক্ লাইবন লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। ঈথাই পুনম্ লাইদি খিংক্রি নাচাউবন[২] লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। তুবেল্ তুয়া লাইদি থবৈ ঙাংতুচান লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। তেলোং লম্মপাক্কি লাইদি হৌনু লৈযাংনুন সীংজং মখূৎসুন চৈবিএ। খুন্বী লাল্লুম্ফাইগী লাইদি খুমু লৈবিবন থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। খুগা মাইতোং লাইদি কদেং থাঙ্জবন নূংথং মখূৎসুন চৈবিএ। সাবেল্ যাংগোই লাইদি নাতে নাচাউবন চৈবুল্ মখূৎসুন চৈবিএ।

লোক্তাক্ তাংলৈ ফাবুং লাইদি মথংলেন্ থৌয়াংবগ মকম্বী থবৈ ঙাংতুচাগ ইনুং সোযযাইমদ মৈবুল্ য়াদ চীক্ন মকম্বী কিযাম্বী মখূৎসু পজেং চৈবোংমন চৈবিএ। মথংলেন্দি অযাং কব লম্জাই তাল্নবৌএ। মকম্বিদি হৈকোয়্ মসীংসু লাইযাং ফিফম্ ফনবৌএ। লোক্তাক্ লাই ১দি লংব মাযপোম্ব থৌখাইচা ৱান্বন লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। থাঙ্গ চীংমৈ লাইদি পাসি খোল্য়াং খাযাংবন লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। চীংমৈ লাইদি কোইবেং যুপান্বন লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ।

---

* *তেংথখিবদ লোক্খা হাওখাগী লম্ য়ৌবক্পদ কাক্লেন্ মীওম্ব কৌব উচেক্ হিংচাব অমন লোক্খা হাওখাদ লান্দাবম্বদগী কনা অমত মপান্ ইপান্ থোক্প, লৌউ-শিংউ ওম্দন লৈবম্ববু মচিন্ মনাও অনীন কাক্লেন্ মীওম্ব হাংলগ লোক্খা হাওখা লোই চন্শিন্খি।*

---

১. *নুংবাল্ চৌভ্রিব– লুৱাংগী অথৌব অমনি। লাঙ্গোল্ চীংদগী চেম্ববক্প চৌভ্রিখোংবু নুংবাল্ চৌভ্রিবন সোয চাবম্ব খোংনি হাযদুন খোং অসিগী মমিং চৌভ্রিখোং কৌখি। চৌভ্রিখোংন চেম্ববক্পগ লুৱাংনি তুবেল্দ তাব মফম্দ লুপ্পগ অঙৌব পক্প লাযনা কোক্ই হাযদুন লুপ্নৈ।*

২. *খিংক্রি নাচাউব– মোইবাংদ পান্খিব মোইবাং নিংথৌনি। নিংথৌ অসিন পান্ব মতম্দ চোথেশিংবু মায়থীব পীখি। মসিন মবম্ ওইদুন নিংথৌ অসিগী মমিং চোথে থাঙ্ৱাই পাখংব হাযনসু কৌনৈ।*

ঐলোই কাইবুল্ লাইদি মৈদিংগু পোইবৈ খুন্নাউবন[১] লাংগোই সাযাঙ্থক্ত তিমেল্ মখূৎসুন চৈবিএ। খোইয়া পাংথি পাংলৌ লাইদি অহোংজম্ মবিংন লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। চীংমু চীংজাউ লাইদি মনাওন হিনাউ সাই, ময়াম্বন হিক তোংএ। লোঙ্লেন্ মখূৎসুন সাহুৎ লেংন চৈবিএ। তাক্মু সেন্তা লাইদি মথংলেন্ যৌয়াংবন মকন্নী থবৈ ঙাংতু চনুগ মথংলেন্ন চেল্লিগিদি মকন্নীন থৌতোংখিএ। মথংলেন্গী লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। মথংলেন্দি অয়াং লম্ কব লম্জাই তম্নবৌএ। মকন্নিদি হৈকোয় মসীং সু লাইয়াং ফিফম্ ফনবৌএ।

খোইয়াঙ্ব খুল্খাম্লেন্গি লাইদি লুহোং থৌসুবন থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। ঙাংলৌ ঙাংখম্ লাইদি ময়াংজম্ নিংথৌৱান যোক্লাংচাইব খেবেচা যাল্বদ খোক্লাং মখূৎসুন চৈবিএ। লৈমতাক্ মেন্দে লাইদি মেন্দে নিংথৌ সোবাবন থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। তোংদোই চীংনুংসোযগি পামেল্ উঘুংনুংগী তুবী খোল্তাম্ খাইদাম্ব লাইদি লম্জিল্ মবৈমাবী হৌনু লৈযাংনুন সীংজা মখূৎসুন চৈবিএ। নিংসোং মৌবিবোক্কি লাইদি লাল্তক্ থাঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। পুকম্ চীংখোঙ্ মবেম্ লাইদি হৌনু মচেক্পন চিক্ফাবৌএ। মনুং থাঙ্ন য়ান্ফাবৌএ।

তুবেল্ তুয়া লাইদি ঙাংঙোই য়োইমোংব লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। তুবেল্ ৱাংম লাইদি পুলৈ খোম্লৈবন উতুপ্ মখূৎসুন চৈবিএ। ঈবিল্ লাইদি ঈবোং ঈথিবন লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। মোইকৈচিগি লাইদি খোক্যি তাইব খোক্চুম্ তাচুম্বন খোক্লাং মখূৎসুন চৈবিএ। ঙানু পুংখোংব মেলোং থাঙ্জব কংলৈ লম্মহন্ব তুবী অচিব লাইবেল্ য়ানাইববু নিঙেল্ হৌচম্ চাব লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। খাবী নম্বোল্ লাইদি ঙাংঙোই য়োইমোংব লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। চীংবা ফুবা লাইদি পাসি চুকোক্ লাইহাবন লোঙ্লেন্ মখূৎসুনা চৈবিএ। লৈতাং মোইখোম্ লাইদি লংব মাযপোম্বন ময়াই য়াইবিং চাইন চৈবিএ।

পাল্তোল্ লাইদি সেল্লোই তোংদবেংবম্ কাও, লংমাই খোইচুম্ মোইচুম্ সা, কাওবেল্ ময়ুম্ চোংবন মাটি চিবেল্ য়েৎলম্গিন চৈবিএ। লাইসু লাইঙৌ

---

১. *মৈদিংগু পোইরৈ খুন্নাউব– খৃঃ ১৬৫২ দগী ১৬৬৬ ফাওব পান্খিব নিংথৌনি। মৈদিংগু খুন্নাউবসি মৈদিংগু খাগেম্বন মৈতৈলৈম তাইপোঙ্গী পান্নবগ পোক্পনি।*

লাইদি হৌতক্ নিংথৌ লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। থবৈ লেম্লৈ লাইদি হৌতা মতাচান লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। লৈকু লৈরাইদি ঙাংঙোই য়োইমোংব লোঙ্লেন্ মখূৎসুন চৈবিএ। নপুবু ইপুন ঙম্এ। নপাবু ইপান ঙম্এ। নয়াম্বু ইয়াম্বন ঙম্এ। নঙবু ঐন ঙম্এ। অঙম্বনে নক নয়াং ফুন কংন খুইন সিও।

ঃ পাখংব নমিং মিংখৈদি তকুপ্ তকুপ্ তবেংব কৌএ। ১ দি সনা লৈত্রেংখোম্ব কৌএ।

ঃ হাই তবংব হাই চি তবংব হুপ্ তবংব চিনাইব হুপ্নাইব সেং।

ঃ নিংথি তৌব নমিংদি চিবোং চিজাউব কৌএ। নঙ্ন চাব নচিঞ্জাক্তি য়েকম্ অচঙ্ব চাযএ। মাক্লং তৌব লাই নমিংদি চিবংব কৌএ। নঙ্ন চাব নচিঞ্জাক্তি য়েকম্ অহাম্ব চায়এ। ঈবিল্ তৌব লাই নমিংদি চিবোং চিফাক্প কৌএ। নঙ্ন চাবদি লাংগ্রৈ মপোপ্ অহুম্ চায়এ। থৌবাল্ তুবেল্ তৌব লাই নমিংদি চিবোং চিনাইব কৌএ। নচিঞ্জাক্তি মৈখু হিদাক্ মতোল্ ৩ চায়এ। ইম্ফাল্ তুরেল্ তৌব লাই নমিংদি চিবোং চিসাংব কৌএ। নচিঞ্জাক্তি হামৈ পোল্মন ৩ চায়এ। যাংগোই তৌব লাই নমিংদি চিবোংজাউ কৌএ। নচিঞ্জাক্তি খাচম্ চাযএ। লোক্তাক্ তৌব লাই ঐদি ইকোক ইক পান্দে, ইচা ইসূ য়াম্এ। ঐদি কবোক্ নাচল্ ৭ চাগে। ইমিংদি চিবোং চিফাক্ কৌএ। নুবাংই তৌব লাইদি চিবোং চিরাংব কৌএ।

অঁ উঁ ব্রুম্ অং ওঁ কৌএ। স ব হ হোং কুক্ কৌএ। ঈচিংবী নঙ্ চিংথবো। ঈখোম্বী নঙ্ খোম্থবো। ঈবোংহাই নঙ্ হাইথবো। তীম্লিবেল্নে, লাইয়িবেল্নে, থায়িবেল্নে, হুম্চিক্পী য়ুতাউবোই, তাউবোইনাই, লাইবেল্ পীনাইদব ৭ ম, পীনাইব ৭ মদ সিন্নবো। লিন্ন চীক্ লাইন তঙ্, লিন্ন পোম্ লাইন পাৎ, লিন্ন পোম্ লাইন চাইথবে। হৈয়িৎত হৈবাদ পীবেল্হৈদ কাংক্রৌদ বায়থুংলবে।

ঃ অনম্ অথৌব নাহৈবোল্ ঈক লাইসোল্ লোইবগ খাখোংনে লাইখোংনে মবোংখোংনে খোং ৩ মক্কি মনুংদ থিবোংবি লৈ। থিবোংবীগী মনুংদ তাউবোইনাই কৌব কুক্ন মমৈবু ময়ান চীক্তুন লৈএ। নমৈ অদু নয়ান চীক্সিন্বিয়ু। হে পাখংব নমিংদি সনা লৈত্রেংখোম্ব কৌএ। তাউবোইনাই নমিংদি হো হিং সং কৌএ। ক্রিং হো।

ই তীল্লিরেল্ সিও। খায়িবেল সিও। তাউরোইনাই সিও। লিন্দাউরেল্ সিও। হুপ্চীক্পী সিও। হুপ্তোন্‌ব সিও। লাই সলাই ৭ মক্কি নপাগী মমিংদি থিংকুপ্ মৈরোম্ব কৌএ। নমাগি মমিংদি চিংফৈসাবী কৌএ। সিও কংও। খুমন্ নিংথৌ নঙ্‌বু পোক্পদি অমুবনে। মমিংদি অবুংয়েংব কৌএ। সিও কংও। চবান্‌গিনে।

ই লাইহিংলোন্দি-লিন্ নঙ্ কনানো। ঐ তাউবোইনাইনি। তাউবোইনাই নঙ্ কনানো। ঐ পাখংবনি। পংখংব নঙ্ কনানো। ঐ আনন্তনি। আনন্ত নঙ্ কনানো। ঐ নিত্যাইনন্দনি। নিত্যাইনন্দ নঙ্ কনানো। ঐ গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনি। গৌবাঙ্গ নঙ্ কনানো। ঐ শ্রীমতি বাধিকানি। হো হিংও। লাই অসিব ওক্লবগ মন্ত্র অসি সোল্লম্ও লাইচুদে।

ই লাইচুব কোক্লবদি-তুবী পোক্লেন্ পোক্প লাইবেল্ সাংলেন্ সাংপ নহাচাদি তীনচুবে লাইচুবে তীন্‌কোক্পীও লাইকোক্পীও। নমিংদি খিউম্‌লেন্ হংকংপ খিউম্‌লেন হম্বুব কৌএ। থুদি সনামহীনে নমিংদি অচিব কৌএ। তিদি পাখংবনে নমিংদি কোন্‌চিন্ তুথোক্প কৌএ। হিদেন্ ৭ কি ঈসিংনে, মমা মপাগী ঈকবগী মচুম্ লাই মতোল্ মপাদ লৌবগ ঈসিং অদু তিন্দুন খব পীথক্উ খব তৈবীও লাইচুব ফবনে।

৮ ই যেন্‌সিন্ মনা ৭ পেকক্ মনা ৭ ফিনুংগী সম্ সেগ্রাক্কি তু ১, নাতোন্ মনুংগী তু ১, ঈসিংদ থাদবগ মীগী লুম্গ লাইগী লুম্গ লাইগী লুম্বু মীগী লুম্ন হেল্লে। অসি হাযদুন নৈবগ নুমিৎ ৫/৭ নি পীথক্উ খবসু তৈবিযু লাইচুব ফবনে।

ই অঙাওবগী মবম্ হাযগে। নোংম নোংম খব খব ফবক্পনে। লিন্‌জনাম্ হবে হবং হবৌ হ ব স ব্রহ্ম গাযত্রি ওঁ ব্রহ্ম হংস বিদ্মহে মহা হংস ধি মহি তনু হংস ব্রজ দযাৎ। সো সোং সো সোং কৌএ-২। মায় অরাং ওন্ন ফম্‌হল্লগ তুল্‌সিবুংদ ঈবাই নুমিৎকি নুমিৎ যুংবদ ঈসিংদ সোল্লগ মনম্ নম্‌হল্লু অদুগ লবাইদ হাপ্উ, খরসু পীথক্উ। ভুজপত্র মনাদ ইবগ যন্ত্রদ হাপ্তুন মঙক্ত সিহল্লু।

অঙাওব যেংনব মবম্ হাযগে।

ই নোংমাইজিং, নিংথৌকাব, লৈপাক্পোক্প, যুম্‌সকৈস, সগোল্‌সেন্, ঈবাই, থাঙ্‌জ। নমিংদি ক্লিং সেন্ মঙ্গুবি কৌএ। থাঙ্‌জ, ঈবাই সগোল্‌সেন্,

যুম্‌সকৈস, লৈপাক্‌পোক্‌প, নিংথৌকাব, নোংমাইজিং। অসুম্ম ৩/৪ হাযবগ খুবাক্ খুনম্‌দ থাউ অহিংব তৈবগ খুনম্‌দ লম্ ১ সাংব লং অহিংবন পুম্নগ মমাযদ তাইবেল্ মসান ফুবগ থাও তৈব মখূৎ খুনম্ অদুদ যেংহল্লু অসেম্ব খঙ্‌বনে। ◪

# ২৬. যুম্নাক্ন লাই সঙ্ব

ঁ হৌর্জিক্তি যিম্নাক্ন লাই সঙ্বগী হায়গে। লাইয়িংথৌহন্ব সঙ্বদি ইবোম্নে। মোংবহন্ব সঙ্বদি য়েন্খোম্নে।[1] নাউকন্ সঙ্বদি সঙাইকাপ্পম্নে। ইপু লুরাং সঙ্বদি লুরাংসঙ্বম্নে। কৌবরেল্ সঙ্বদি লৈসাংথেম্নে। মার্জিং সঙ্বদি লাইসঙ্বম্নে। খম্লাংব সঙবদি সিন্নাম্নে। চখাব সঙ্বদি য়েন্খোম্ চখাবসঙ্বম্নে। মুরানিংথৌ সঙ্বদি রাইবোক্পম্নে। পুথিব সঙ্বদি মোইবাংথেম্নে। লাইখুবোম্নী সঙ্বদি হৈবোম্নে। ফৌওইবী সঙ্বদি থোযদিংজম্নে। শ্ররাংব সঙ্বদি ফিজম্নে। থাবৈম সঙ্বদি থোংঙাম্নে।

সৌবোন্লৈম সঙ্বদি অবাম্বম্নে। পাখংব সঙ্বদি অসাংবম্নে। পুবৈবোম্ব সঙ্বদি হিজম্ সলাম্নে। যুম্জাউলৈম সঙ্বদি খুমুজম্নে। পান্থোইবী সঙ্বদি হৈম্নাম্নে। হুইদোম্পোক্পী সঙ্বদি লাইখুজম্নে। ঈসিংচাইব সঙ্বদি

---

১. *য়েনখোম্– নিংথৌজা সলাইগী ইহান্ হান্ন য়েন্থিব যুম্নাক্নি। পৃঃ ৪২৮ দগী ৫১৮ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্থিব মৈদিংঙু নাউফংবন মৈতৈলৈম কাযবৈমগ যাওবৈব চনুগ অনী পাম্নবগ মৈতৈলৈম কাযবৈমন সমৈবাং অদুগ যাওবৈব চনুন থমংলাং পোক্খি। সমৈবাংন নিংথৌ ওইকা মনাও থমংলাংন যুম্দাখিদুন মঙোন্দগী নিংথৌজা সলাইগী ইহান্ হান্ব যুম্নাক 'য়েন্খোম' (য়েংখোম) য়েন্ব হৌখি। যুম্নাক্ অসি য়েন্খোম্ কৌখিবসি 'নিংথৌ সলাইগী সাবাই অহান্ব য়েম্নি হায়বগী য়েন্খোম্ কৌখি'।*

পাউনম্নে। পেতংঙা সঙ্‌বদি খোইম্নাম্নে। পাঙনব সঙ্‌বদি তাইমজম্নে। লম্মাবী ২ ম সঙ্‌বদি সবাং নৈসাংথেম্নে। নুংসিংলৈম সঙ্‌বদি খোক্নাম্নে। যাওবৈবী সঙ্‌বদি মৈযেংবম্নে। কোন্থৌজম্ লাইবেম্ম[1] সঙ্‌বদি কোন্থৌজম্নে। ঈবোংলৈম সঙ্‌বদি লম্মাবম্নে।

চীংজবোইবী সঙ্‌বদি শুইবেম্নে। পুবৈবোম্ব সঙ্‌বদি শুইবেম্ পু পিবানে। চীংঙালৈম সঙ্‌বদি লৌবেম্বম্ খুবাইজম্নে। লিব্রালৈম সঙ্‌বদি কাতাম্নে। নুমিৎলৈম সঙ্‌বদি সাইখোম্নে। নোংসাব সঙ্‌বদি য়ুম্নাম্নে। চীংঙা সঙ্‌বদি নোংমাইথেম্নে।[2] তেল্লোংব সঙ্‌বদি নোংমাইথেম্নে। খোঙ্‌ঙাক্ পাম্বোইবী[3] সঙবদি যাংঙম্বম্নে। নূংদি কোন্থৌজম্নে। লম্‌দেংলৈম সঙ্‌বদি লম্‌দেং কাল্‌তেপ্পন সঙ্‌এ। কৈবাউন যাব নোংপোক্তি নিংঙোম্বম্ন সঙ্‌এ।

---

১ *কোন্থৌজম্ লাইবেম্ম অব্রাং পাখং যোইবেন্‌ব, থংব নোংনিংথৌ, চীংতু নোংথৌ সবাবেল্‌ন লৌবী হাওবোক্ কোন্থৌ চনু, অব্রাং কোবৌ নোংলৈম, ব্রাংবল্‌লৈম নাংইনুমু কোন্থৌজম্ লাইবেম্ম হায়ন খঙ্‌নৈ। লাইবেম্বী আসগী লাইকোন্ খুতম্ অসি ইম্ফাল্‌দগী চাউথাক্লা কি মি ১২ বোম্ চৎলগ লৈব কোন্থৌজম্ খুল্‌গী খুন্‌যাযদ লৈ। সংখ্রাখ্র রাখযচেং, খাইচেং অঙন্‌বন পোক্‌পী কোবৌ হুইমুলৈমন পোক্‌চবি নোংথৌ হেযবীফব, নাইবা পোংদাং সৌংপ্নু তব মুম্ শায়ন নাউযোক্ নাউকোন্‌বী পলেম্ শীথাঙ্ সিন্‌বীনি।*

২. *নোংমাইথেম্– অঙোম্ সলাইগী য়ুম্নাক্তি। হান্ন সেলোই লংমাই চীংদ পাম্লম্বদগী খেঙ্‌ন তম্পাক্রেম্‌দ কূমলকত্নন খুন্দাবখিব কাঙ্‌লূপ্নি। অঙন্‌ব মতম্‌দ কাঙ্‌লূপ্ অসিগী মীওইশিংশি সেলোই লংমাইচীংদ খুন্দাব কাঙ্‌বুনি হাযদুন সেলোই লংমাই হায়ন খঙ্‌নৈ। লংমাইচীংদগী (নোংমাইচীং) থেঙ্‌ন কূমকই হাযবগী নোংমাইথেম্ কৌখি। নোংমাইথেম্‌গ কাঙ্‌লূপ্ তিন্নব অতৈ য়ুম্নাকশিংদি যেক্লেম্বম্ অমসুং য়ুম্লেবম্ য়ুম্নাক্ অনী অসিনি।*

৩ *খোঙ্‌ঙাক্ পাম্বোইবী– নোংদা লাইবেল্ পাখংবগী মচম্নুপী সিবা কোংতিংনু ফানুন ওইখিবী লাইবেম্মনি। খোঙ্‌ঙাক্ লাইবেম্ম ওইন নৈববদ মমিং কাংঙোইনু কৌই। তাইবং মীন শিবগ অসিবগী থম্বাযবু থেম্ নৌন পুবগ অসিবগী লাই খম্মুং খোঙ্‌ঙাবেন্‌গী ফান্‌খোঙ যৌন পুই। মবম্ অসিন লাইবেম্বী অসিবু খম্মুং কিকোই লৌওন্‌বী নুবা পাউথেম্ হৈবী হাযনসু খঙ্‌নৈ। লাঙ্গোল্ চীংগী মতোন্ অব্রাংবদগী মৈবম্ পাংলপ্ন হাইথবক্লিব চীংসা নাপোম্‌গী চীংখোঙ্‌মক্তদ লাইবেম্বী অসিগী খুতম্ লৈ। হাযবিব চীংসা নাপোম্ অসিবু সিবা কোংতিংনু চীং হাযনসু কৌই।*

বাংগোল্ সঙ্বদি নোংনাংজম্ নিংঙোম্বম্নে। তকং সঙ্বদি তেক্চম্নে। হিয়াংথাং লৈমনাইদি সরাংথেম্নে। কালিকা সঙ্বদি তোক্পম্নে। লাই অচঙ্ব সঙ্বদি লাইশ্রম্নে। চীঙ্গোল্ নিংথৌ সঙ্বদি নাকন্বম্নে। চীংখৈ সঙ্বদি খৌদাম্নে। ফক্নুংগী পুবৈবোম্ব সঙ্বদি মংসদম্নে। চীংথাঙ্ সঙ্বদি কোন্থৌজম্নে। লাইবেন্ম নোঙ্গাবী সঙ্বদি লাইশ্রম্ নিংথৌকাবম্নে। ◩

# ২৭. থেংগৌরোল্

ই তাইবংপান্‌বগী মপু সিদব ক্রুবু খ্রুম্‌ন ইজবক্কে। তাইবংপান্‌ব মপু ক্রুন লৈসেম্‌লক্‌পদ লাইফংথৌ যাখংলোয ৯ মন লৈনেৎলক্‌পবু কাওন কাওন লাক্‌ই হায়বগী অকাও থেংগৌ কৌখিএ। চোংন চোংন নেৎতুন লাক্‌ই হাযবগী অচোং থেংগৌ কৌখিএ। চোংন চোংন নীক্‌ন নীক্‌ন নেৎতুন লাক্‌ই হাযবগী লৈনীক্ থেংগৌ কৌখিএ। চোংন চোংন লৈন লৈন নেৎতুন লাক্‌ই হাযবগী লৈফন্ থেংগৌ কৌখিএ। লৈন লৈন নীক্‌ন নীক্‌ন নেৎতুন লাক্‌ই হাযবগী নোংফন্ থেংগৌ কৌখিএ। লৈন লৈন হাইন হাইন নেৎতুন লাক্‌ই হাযবগী লৈকক্ থেংগৌ কৌখিএ। চোংথোক্ চোংসিন্ নেৎতুন লাক্‌ই হাযবগী লৈচাই থেংগৌ কৌখিএ। চোংন চোংন সীৎন সীৎন নেৎতুন লাক্‌ই হাযবগী অতান্ থেংগৌ কৌএ।

তাইবংপান্‌ব মপুন অকোন্‌বদ লৈফন্ ৩ লক্ ফল্‌লে, লৈনীক্ ৭ নীক্‌এ, খোঙ্‌ফম্ ৭ নেৎলে, কিসি ৭ লক্ কিএ। অসিবু অখম্ থেংগৌ কৌখিএ। অসুম্ম লৈপাক্ সেম্ব লোইববদ পাখংব ক্রুন কেক্রুপান্দ চৎখিদুন মতোম্মগী মঙক্ কক্কুন সাসীং ১০০ ফাবে লান্‌সীং ১০০ ফাবে হাযদুন চীংগোল্ থেল্ কাদুন অখম্ থেংগৌ সাখিএ। লাক্‌থদ সামিং লান্‌মিং কৌদুন য়েন্‌বুম্ হূইবোয় চন্‌খিএ।[1] মকোক্‌ন বাহ ওইখিএ। য়োইমোংব তাউথিংমাং ২ মন কাক্‌লেন্

১. *য়েন্‌বুম্ হূইবোয় চন্‌ব- লাপ্দ শিত্রব য়েক্রুবগী থবাথন অশি লৈবাক্ত চৎপদ লাপ্দ তূত্রব নংক্রগ শিত্রব মীশক্ অদুগী মথবাষ মমিন মহাক্কি থৌগল্ ওইন থোক্তবু* *

ফাব লোইববদসু সাসীং ১০০ লান্সীং ১০০ ফাবে হায়ন তাউথিংমাংন সবীক্পান্দ থেন কাদুন লৈখম্ থেংগৌ সাখিএ।

খুইন পাখংবগ হাৎনগুেদ পাখংবন খুইবু মণ্ডক্ কক্লুন সাসীং ১০০ ফাবে লান্সীং ১০০ ফাবে হায়ন চীংগোল্ থেল্ কাদুন লৈখম্ থেংগৌ সাখিএ। লাক্থদ সামিং লান্মিং কৌদুন যেন্বুম্ হূইবোই চন্খিএ। খুইগী মথাংয়ন শাকম্বোং ওইখিএ। অসুম্ন নিংথৌ মবোল্ তৌবক্প লাইয়িংথৌ চীংথংখোম্ন হাক্থক্ত অখোম্ মযোল্ন চীংগোল্ থেল্ কাদন লৈখম্ থেংগৌ সাখিএ। অখোম্ মযোল্ হাৎনববদ অঙোম্ কপিন লৈখম্ থেংগৌ সাখিএ।

হৌজিক্তি থেংগৌ মবোল্ খঙনব হায়গে। অকাও থেংগৌন খম্লবদি চাক হোংএ। অচোং থেংগৌন খম্লবদি লৈপাক্ নিংথৌ পূক্চেল্ তিন্নদে। লৈনীক্ থেংগৌন খম্লবদি নিংথৌ মপূক্ সাউএ। অতাল্ থেংগৌন খম্লবদি নিংথৌ পুন্সিএ। লৈপাক্ মবা তপ্এ। লৈচাই থেংগৌন খম্লবদি লৈপাক্ মপু সাউএ। লৈনেৎ থেংগৌন খম্লবদি লৈপাক্ মবা তপ্এ। লৈকক্ থেংগৌন খম্লবদি ঈসিং কংএ। লৈপাক্ মৈসা লাংএ। নোংফন্ থেংগৌন খম্লবদি সা লান্ লাক্এ। মৈসা লাংএ। লৈখম্ থেংগৌন খম্লবদি নিংথৌ পুন্সিএ। লৈপাক্ মবা তপ্এ। চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্এ। থেংগৌ কৌবদি লাইয়িংথৌ পাখংবগী মথেক্ ৭ মদ সাই হাম্নবগী থেংগৌ কৌএ।

থেংগৌগী ঈসে হায়গে। হোই হোই হোই হা হা হা হেবিল্লে হেবিল্লা ২ সে সে সে সাযানসিদ ২। হেবিল্লে হেবিল্লা ২। চফু কনম্ তাবসু চফু কনম্ ই মহাযযে। ইৱাল্ কনম্ তাবসু ইৱাল্ কনম্ ই মহায়এ। সাতুলোং লাল্তুবোং সানুংসি লান্নুংসি লান্নিংকাঙ্ লাললোইখম্ লালফা মবম্ মণ্ডা।

হৌজিক্তি মনা মথিল্গি হায়গে। নিংথৌফি সাইকক্পগ লুপা লৈখাম্গী ফিবাল্ নান্ব থোইব ১/৪ লোঙ্ব ১, সাইচান ১/৫ লোঙ্ব ১, নুংগী নিংথেম্নুবী ১, সনা খুজি খামেল্ চৎপ নিংথৌফি হৈকোয়ন কাইতোই চন্নব,

---

*ওইনব লাই তীন্দ পোৎকৎ চৈকৎ তৌদুন পাঙ্থোক্প ঈবাং থৌবম্ অমনি। থৌবম্ অসি যুম্গী নাক্থ মাঙ্সোক্লম্দ লাক্থ লান্মিং কৌব থৌবম্ পাঙ্থোক্লব মতুংদ কোম্ন পাঙ্থোক্লদব লাইথৌনি।*

তাঙ্বল্লোয়[1] পীব মনা ১০০, তাঙ্বল্লোয়নে, খুবোম্য়াইনে, ফিবাল্ নান্বনে, নিংথৌফি হৈকোয়নে, ৪ সুব নিপান অথম্ অচাই সাগনি। থেন্ফম্ ৭ সুন সাগনি অসুম্ খঙ্ও। ◪

---

১ *তাঙ্বল্লোয়– থাঙ্বল্লোইসু হায়। অকন্ অথৌদ পীব শাফা লান্ফাগী মনা অথোইব, লান্শীং চাম্ম ফাবব নংত্রগ শাশীং চাম্ম মঙা ফাবব নংত্রগ নিংথৌগী মথ্বায কম্না শা ফাব নংত্রগ লান্দ অতোপ্প মাযকৈগী নিংথৌ ফাব নংত্রগ নিংথৌগী মথ্বাব কন্ব অকন্ব অথৌবদ পীব মনানি। তাঙ্বল্লোই চাবব অথৌবশিংদি চীজোন্ থেন্ কাবসু য়াবে। তাঙ্বল্লোই চাব অথৌবশিংদ তাঙ্বল্লোইগ লোযনন পীনবম্ম মনাদি নিংথৌফি ওঙ্গা (হক্চাংগী) খুংক শংগোম্নব, খোজ্বাই মথক্ মখা, খুবোম্য়াই শিবোন্ব, খুদাংমাই চৌখুব, খুংশি, তান্শি, খোঙ্শি. উবেক্শেং, নোইনিংখোই, যেন্দু লাংমৈ, সনা লৈথম্, সনালীক্ লীক্তোম্, লৌ পবি যাথ্বে ইল্লি।*

# ২৮. শ্রীগবিন্দ লিংখৎপ

ই খামবন্ চিন্দুম্গী কুম্ সক্ ১৬৮১ দ সজিবু থা ৭ নি সগোল্সেন্দ মৈদিংঙু চীংথংখোম্ব অখাম্ চনুগ কন্বাল্ কাযএ। লাইশ্রম্ গংগাবাম্গী কুম সক্ ১৬৮৬ তা ব্রাকুচীং থাদ অবা লাক্তুন লৈবাক্ কাযবে। মৈদিংঙু চীংথংখোম্ব মহাবাজদি তেখাউ য়ৌন চেন্লে। তেখাউ নিংথৌন চান্ন য়োক্লম্এ। নুংঙাইরবদ মোইবাং নিংথৌ খেলৈ নুংনাং তেল্হৈকন হে ইতাও তেখাউ নিংথৌও। নঙ্ন য়োক্লিব নিংথৌ মচা অদুদি ফৎতব মীনে। নঙ্ মাঙ্গনি থম্গুনো হায়ন লাইবিক্ চিথি পীবক্লবদ তেখাউ লৈপাক্ পুম্নম তাম্নববদ তেখাউ নিংথৌন হায়এ। মৈতৈ নিংথৌ অসিবু মতীক্ চাউএ। মাগী মতীক্ য়েংসে। সামু লম্সা অঙাওব অসিবু ফাহন্সে হায়ন তানবদুন তেখাউ নিংথৌন হায়এ। মনিপুব মহাবাজ নঙ্বু ঐগী তেখাউ লৈপাক্ পুম্নমক্ন মৈতৈ নিংথৌ অসিবু মতীক্ চাউএ হাযন তায়এ। মাগী মতীক্ খঙ্সি। মহাবাজগী সামু লম্সা অঙাওব অসি মযা পায়হন্সি হায়রে। মনিপুব মহাবাজ হয়েংগী নুমিৎত সামু ময়া পায়রো হায়বদ মহাবাজন খুম্এ। ঐগী লৈপাক্ কায়ববগী নিংথৌ নঙ্গী লৈপাক্ত চেন্লক্পনে। মীওইবন তৌব ঙম্দববু তৌ হায়বদি হয়েং নুমিৎত ঐ সামু ময়া পায়বগে হায়ন খুম্এ।

মহাবাজন অহিং নোংসোইব পবত (ব্রত) তৌদুন শ্রীগবিন্দজিগী খুয়াবু নীংএ। মহারাজগী সবোন্দ শ্রীগবিন্দন ভাগ্যচন্দ্র ব্রাগনো ঐ লাক্লে হায়ববদ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজন খুকম্জেএ। ইবুংঙো নঙ্ন মনিপুবগী নিংথৌ অমুক্ত

ওইহন্বিও। ননাই ঐন ইবুংঙো নঙ্গী ননাই ভান্দাবি অমুক্ত ওইজগে হায়ববদ শ্রীগবিন্দন ফরে ঐগী মুর্ত্তি য়েক্হৌবো। নঙ্গী লৈবাক্ত পাল্লবদ নঙ্গী কাইন হায়ব চীং অদুদ থৈবোঙ্ ওইন হৌরম্গে। অদুগ ঐগী মুর্ত্তি সাউ-ও। হায়রম্লবগ শ্রীগবিন্দ থুপ্খবে। মহাবাজন ব্রাংখৈ পণ্ডিত্ গপিবাম্ সিংহ পাচহন্বদ সনা য়াথং তাক্তুন গবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তি য়েক্হল্লে।

নোং ঙাল্লবদ তেখাউ লৈপাক্ পূম্নমক্ন সোং তৌবে, পন্ সাবে, সগাই সাবে। নিংথৌনচিংব তেখাউ লৈপাক্ পূম্নমক্ সগাইদ ফম্দন কৃষ্মো য়েংলবদ ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজসু চাইথবে। ভজোন্ তৌব লোইববদ খামেল্ চপ্প ফৈজোম্ সেৎলে। নিংথৌন মনিপুব মহাবাজ চঙ্লো হায়ববদ ব্রাংখৈ গপিবাম্ পাচহন্ব, অয়েক্প বসমোল্ কৈকংব অনীমন সনা থৌগল্ তৌজম্এ। মপু মনাই অহম্ম চঙ্লক্লে। তেখাউ লৈপাক্ তিন্ব ময়ায় য়ৌববদ সামু লম্সা অঙাওব অদু থাদোক্লে। সামু অদুন মহাবাজগী সনামাঙ্ য়ৌন চঙ্সিল্লক্লে। সনামাঙ্ য়ৌববদ সামু ময়া অনীন লৈপাক্ত য়েসিন্দুন খুক খুদক্ কৃল্লবদ মহাবাজন সনা খোঙ্ অনীমন সামু ময়া অনীমবু নেৎলবদ ব্রাংখৈ পাণ্ডিত্ অয়েক্প কৈকংব অনীমন সামু মথক্ য়ৌনব সনা থৌগল্ তৌজৈএ। সামু অদু হৌগৎতুন তেখাউ লৈপাক্ তিপ্লিব অদু কোয়ন মহাবাজ পুবে। কোয়ব লোইববগ খুক খুদক্ কৃল্লে। সনা খোঙ্ লেঙ্থববগ সামু লম্সা অঙাওব তোম্চৎখবে।

ব্রাংখৈ পণ্ডিত্ন মহাবাজবু মনম্ তাক্তুন তেখাউ লৈপাক্ ময়ায় য়ৌন সনা থৌগল্ তৌএ। তেখাউ নিংথৌন মনিপুব মহাবাজ নঙ্গী খুযাদ ননাই ঐনা য়াম্ন লাল্লে। পাত্র মন্ত্রি পূম্নমসুং খুম্লে। তেখাউ নিংথৌন মাগী লৈপাক্ পূম্নমগ লোয়্নন মহাবাজগী সনা থৌগল্ লুন তৌবে।

বামোন্ হবিনন্দগী কুম্ সোক্ ১৬৮৯ দা মোইবাং নিংথৌ ঔব্রাদ চঙ্খিএ। মৈদিংঙু চীংথংখোম্ব মহাবাজ তেখাউদগী লাক্তুন নিংথৌ ওইবৈএ। মোইবাংদগী মৈতে খুন্ কাবক্লে। হৈন্নাম্ খোঙ্ঙম্গী কুম্ সোক্ ১৬৯৮ হিয়াঙ্গৈ থা ১২ নি পান্ব ঈবাই নুমিৎত মৈদিংঙু চীংথংখোম্ব মহাবাজন সনা য়াথং তাক্পিব মতুং ইন্ন ব্রাংখৈ পণ্ডিত্ গপিবাম্ সিংহ পাচহন্বন শ্রীগবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তিবু সাইএ।

বাসেম্ববীগী নির্পন্ তৌবদি খেত্র নেম্ নন্দসিং, কোন্সাব চক্রপানি, কোন্সাব অনিন্দ্রাম্, কোন্সাব খেলেম্ব, কোন্সাব হাওচৌ, কোন্সাব

সামুবোক্, কোন্সাব যোয়ব ৭ ম অসিন সাইএ। উতোন্ অদুন গপিনাথ[১], বিজয় গবিন্দ, আদ্বৈত্য[২], নিত্যাইনন্দ ৪ মসু সাইএ। গবিন্দগী জিবনাস লোইববদ বাংখৈ পণ্ডিত্ গপিবাম্ সিংহ পাচহন্বদ সনা খূজি, ঈবিন্ বাংম সামাঙ্ লাইবৌদ, লৌ পবী ৭, নাই ফুংগা ১, ইবোই ১, সগোল্ ১ অসি পীএ। মখোয় ৭ মদ লৌ পবী অহুম্ অহুম্, নাই অমমম্ ইবোই অমমম্ অসি পীএ।

বাইখোম্ খোযদোঙ্গী কুম্ ১৭১১ দ বাক্চীং থা ২৮ নি সগোল্সেন্ নুমিৎত মৈহৌববোন্ ইএ। বাংখৈ পণ্ডিত্ গপিবাম্ সিংহ পাচহন্বন ইএ। মৈহৌববোল্ ইবগী তাংখম্দ লৌ মণ্ডা পীএ। কক্চিং কৈথেল্গী কুম্ সোক্ ১৭১২ মেবা থা ২৫ নি যুম্সকৈসদ মবাল্ নাব মহাবাজ সাল্এ। মবাল্ন কল্লন্নদুন কাযববদ বাংখৈ পণ্ডিত্ গপিবাম্ সিংহ পাচহন্বন খম্লক্এ। বাংখৈ পণ্ডিত্ত নিংথৌফি সাইজোন্ব, পজেং ফিবাল্, অখম্ অচাই, খোঙ্গ্রাই মথক্ মখা, খুবোম্যাই, পাম্বোম্যাই, সনা খূজি, তাল্, সনা কুন্দোল্ পীএ। থাঙ্বল্লোই পীএ। অখম্ থেংগৌ সাখিএ।

সবাইসম্ চাইবগী কুম্ সোক্ ১৭১৮ সজিফোয থা ২৫ নি নিংথৌকাব লাংথবান্দগী খ্বাই খুন্ফম্দ[৩] হোংখৎলে। অদু নুমিৎত বাংখৈ পণ্ডিত্ গপিবাম্ সিংহ পাচহন্ববু বাংখৈবাক্প ওইহন্লে। অযেক্প বসমোন্ কৈকংববু সেনাপতি ওইহল্লে। ◪

---

১ *গপিনাথ– নিংথৌখোংগী কালাবাজাদ পীদুন নিংথৌখোংদ লাংখি।*

২ *আদ্বৈত্য– লমাংদোং বিষ্ণুপুবদ খুভম্ য়াদুন লাংখি।*

৩ *খ্বাই খুন্ফম্– কোম্বৌজম্ যুম্ফম্। হৌজিক্ হৌজিক্ মনিপুবগী গভর্নবগী লৈফম্ ওইবিব মফম্ অসি হায় খ্বাই খুন্ফম্ কোম্বৌজম্ যুম্ফম্ হায়ন খঙনবম্মি। মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্রন লাংথবান্দগী মফম্ অসিদ কোনুং হোংগৎলক্লিঙৈগী মমাঙ্দ হায় কোম্বৌজম্ কাঙ্বুন বৃন্দাবন্ন মফম্নি। মবম্ অসিন মফম্ অসিবু কোম্বৌজম্ যুম্ফম্ হায়ন খঙনখি।*

# ২৯. সনামহী খোঙ্গুল্

ইঁ হে লাইয়িংথৌও। নঙবু খুকম্‌ন ইগে তাথিবিগনো। নহাক্‌পু হম্‌গী মনুংদ তীন্ সিদব ওইন কূল্‌লে। নহাক্‌পু সনা ফৃদোংবগুম্ব, নসক্‌পু সনা অহিংবগুম্বও। নচুবু থাউমৈগুম্ব, ননম্‌বু লফূরিক্কি মনম্‌গুম্বও, নখোঞ্জেন্‌বু হবি নিংনাং খোইমু নোংসবীক্‌কি খোঞ্জেল্‌গুম্বও। লাইয়িংথৌ নমিং হায়গে। "হুম্ পীত্‌তো হ" কৌএ। মিং অসিবু খঙ্‌লবদি খোইবেল্ মহীগুম্ব অথূম্ব বানে। ঈবাংতি তিংথৌ মপোপ্ ৭, চেঙ্ খূৎন খোক্‌প ৭, লফোয ওম্‌পোৎ ৩ য়াওদন নমায় নোংপোক্ ওন্ন খুকম্‌ও। থা খূদিং তৌও চীঞ্জাক্ বাংতে থুংএ। থাদি ঈঙা থা, নুমিৎতি সগোল্‌সেন্‌গ ঈরাইগ অনীমদ তৌও।

লাইয়িংথৌও! মৈ তবঙ্, ঈসিং তবঙ্, নোংসিৎ তবঙ্ ৩ মবু নঙ্গী খূৎথুম্‌দ চঙ্‌লে। নহাক্ সম্থোং কৌএ। নমিংদি হ হি বিং রিং খিং খিং কৌএ। নঙ্গী চাক্‌চাদি লাতোন্ ১ দ লফোয় লফাং ১, হৈ মনম্ নাইব ১, লৈ মবম্ ৭, ক্বা মতোল্ চোংব ১ য়াওদন খুকম্‌ও। অসি তৌববদি যূম্‌দ অনা অয়েক্, অহূম্ অবৈ চন্‌ব, অঙাও অফৈব খৈবিক্ চঙ্‌ব ঙমদে, পুন্সিএ হায়ব তাঙ্গন খঙ্ও। ◩

# ৩০. পাখংব তুথেক্ লৈরোং

হূ লাইয়িংথৌ পাখংববু খুকম্ন ইজবক্কে। হৌজিক্তি লৈহৌ নোংহৌ ওইব তাইবংপান্ব মপু ক্রু সিদব নঙ্বু খিজিক্ত মপা হাযজবক্কে।

হৌজিক্তি অকুব বাবু হাযবক্কে পূক্রিং তপ্ন তা-ও। হে মী ওইবসিংও! পঙ্গুনো, সিংগুনো, ফক্কুনো। পাখংবন তাইবংপান্ব সেম্গে নীংলদুন ঈসিংগি মথক্ত হীপ্লে। মথেক্ অহুম্মদ সনা থম্বাল্ অহুম্ সাংলে। থম্বাল্গি মখোঙ্দ ঈসিং থোক্লে। ঈসিং মচুদি অঙৌবনে, মমিংদি "কিবিং তূএ হিং সং" কৌএ। অসিদি মিংথৈনে। মমিং অমদি "ওংথী" কৌএ অসিনে খঙ্ও। অসিদি তাইবংপান্ব মপু সিদবগি মথেক্ অহুম্মদগি থোক্লক্প ঈসিংনে।

মথেক্ কৌব খঙনব হাযবক্কে। মথেক্ অহুম্ম কৌবদি অমদি নোংহুম্সঙ্নে, অমদি থেংক্রুচীংনে, অমদি সনা কুপ্রম্ চীংনে। অসিবু থম্বাল্ মবোং অহুম্ম কৌএ। ঈসিংগি মথক্ত মনাল তাউবে। মনাগি মমিংদি নূংমু তুম্দ মাঙ্দব সিদব কৌএ। নূংমু অদুবু নাউফম্ কৌবে। নাউফম্ অদুবু থম্না কৌএ। থম্নাগি মমিংদি "কিবিং হবিং" কৌএ। যুহা হাববদি মঙোন্দ লাংও। পোংযাওদি সনা অহিংব, লুপা অহিংব, ওক্ অমুবন লাংও লৈপাক্ মবা চেংপনে। মথেক্ অহুম্মদগি অমদ লাংও ফৈএ খঙ্ও।

থম্বাল্ অহুম্মদ ফম্ব লাইদি লৈমবেল্ অহুম্মন ফম্বনে। লৈমবেল্ সিদবীন ক্রুম্চীংদ ফম্এ "সিবিং ওনংগ" কৌএ। লৈমবেল্ নামুংবিন সনা কুপ্রম্চীংদ

ফম্‌এ মমিংদি "সিরিং অংগ" কৌএ। অহুম্ম অসিদো সনা থম্বাল্‌গি ময়ায় থম্‌চেৎকি মথক্ত ফম্‌ন লৈবনে। অসিদি নিংথৌ পুন্সিগে হায়রবদি ঈ হৈন পুন্সি নিও সাংবনে। নিংথৌগি মমাঙ্‌দ লাইরেম্মন লাক্তন নোংসাংন পাল্‌ও হায়রগদনে লেপ্‌ন খঙ্‌ও। নুমিৎন থোক্‌প, নুমিৎন য়ুংব, নুমিৎন তাব ময়েক্ অহুম্ম অসিদনে। মঙাং, লুৱাং, খুমন্ অহুম্মন লৈএ, থৌগল্‌লিএ খঙ্‌ও। অসিবু লীক্‌ওন্ অহুম্ম কৌবসুং অসিনে। অসিবু সনচীং সুংদাই অহুম্ম কৌবসুং অসিনে খঙ্‌ও।

হৌজিক্তি লিম্দাউবেল্ পাখংবগি মখেক্ অহুম্ম খেক্‌পদ থরো অসংব সাংএ। মফম্‌দি সনা খেংক্রুচীং কৌব লৈপাক্ সঙ্‌নে। অমদি খৃপুন্‌চীং কৌব চীংজাউনে। অমদি খেংক্রুম্‌চীং কৌব ওক্‌সঙ্‌নে। থবো অসংবগি মথক্ত লৈমবেল্ অহুম্মন ফম্‌ন লৈএ। খুদুপ্ তকক্ লুন লৈবনে। লৈমরেল্ অহুম্মগি মমিং অসুপ্পদি "সিবিং সুৱা য়ো লৈম্রা হিংনপ্" কৌএ। মীবু ঙম্‌গে হায়ববদি অসিদ লাংও। পোৎযাওদি সনা লুপা অহিংব য়াওন ঈ হৈন লাৎও মীবু ঙম্‌এ।

হৌজিক্তি লাইয়িবেল্ পাখংবগি মখেক্ অহুম্মন খেক্‌লিবদি খেংক্রুচীং কৌব সঙ্গাইনে। অমদি চীং কৌব সৃম্‌সঙ্‌নে। মখেক্ অহুম্ম অসিদ লুপা থম্বাল্ সাংএ। মমিংদি "স হ হিং সনা হিং" কৌএ। মীগি লৈপাক্‌পু ঙম্‌গে হায়ববদি ঈবাৎ পোৎযাওদি য়েন্ অমুব, ওক্ অমুবগি ঈ হৈন লাৎও ঙম্‌জৈএ। লুপাগি থম্বাল্‌বু নৃংন নম্লিবনে। খুদুপ্ তকক্ লুন লৈবনে খঙ্‌ও।

হৌজিক্তি তীল্‌লিবেল্ পাখংবন মখেক্ অহুম্ ওইন খেক্‌পন অমন হন্‌চীং কৌব হিরুসঙ্‌নে। অমদি কৌবরু উসোইসঙ্‌নে। অমদি মেক্রুচীং কৌব কুচুনে। মখেক্ অহুম্মদ সনা থম্বাল্ অরাংব সাংএ অকব রানে। খুদুপ্ তকক্ মখায় লুন নৃংন নম্ন লৈএ, হায়হৈদে খঙ্‌ও ক্রুনে। হামেঙ্‌ন সল্‌ন লাৎও পৃক্লিংন নীংব নীংব মতুং ইন্ন থুংবনে।

হৌজিক্তি য়ুতাউরেল্ পাখংবগি মখেক্ অহুম্ খেক্‌পন মহৌ কৌবদ লৈবনে। খাংপক্ কৌব নোং চুবী খোংনে। তবংচীং কৌব য়োই সঙ্গাইনে মখেক্ অহুম্ম অসিনে। থম্বাল্ মনা অঙাঙ্‌ব মনা ১০০ সুব সাংএ। মমিংদি "সনা চীল্‌লেং তনৌব" কৌএ। থম্বাল্ অসিদি তাইবংপান্‌ব মপুগি নাউয়োম্‌নে খঙ্‌ও। ঈবাৎতি ওক্‌ন লাৎও। নিংথৌন পৃক্লিংন নঙ্ ফহন্‌গে মাঙ্‌হন্‌গে, তুম্‌হন্‌গে হায়ব মতুং ইন্ন পীবনে।

হৌজিক্তি খায়িবেল্ পাখংবন মথেক্ অহুম্ ওইন থেক্লিবদি অমদি লোয়বেন্ সনাপুংনে, অমদি লোয়রেন্ খুন্বিবোক্নে, অমদি লোয়রেন্ ফিরাল্য়ায়নে। অহুম্মদ থম্বাল্ হিগোক্ মান্ব মনা ১০৮ সুবন সাংএ। মমিংদি "কিবিং হুবহিং" কৌএ। লৈবোল্ নোংলোন্ মবোল্ ১৮ মগি মপুন ফম্ন লৈএ। ঈরাংতি সনা লুপা অহিংবনে নিংথৌগি ফিরোল্ য়াওন ঈ হৈন লাংও নিংথৌন পূক্লিং নীংলিবমখৈ থুংএ। খুদম্দি নোং লীক্লা তাক্কদনে। অমসুং নিংথৌন সিগনি হায়ববদ ফিবোয় ফিঙাম্ যাওন সনা লুপা য়াওন লাংও সাংবনে খঙ্ও। হে মী ওইবসিংও লেপ্ন খঙ্ও।

হৌজিক্তি তুবি পাখংবগি মথেক্ অহুম্মন থেক্প মফম্ হায়গে। পাখংবগি মখোয়দ সনা থম্বাল্ মঙা লোঙ্ব সাংএ। মথেক্ অমন থংগাল্দ ফাওএ, মথেক্ অমন থাংজিংদ ফাওএ। খূদোল্ন্ মেন্দেদ ফাওএ। থম্বাল্ মঙা লোঙ্বগি ময়ায় থংবদি মনা ১০০০ পাল্লে। লৈবীক্ লখা অমনে। থম্চেংকি মথক্ত যাওন্ন লৈবদি তাইবংপান্বগি মপু সিদব পাখংব ক্রুন লৈএ। মচু তরেৎমন লৈবিবনে। মপান্ থংবদি অমুবন যোম্এ। মথংদি অবাউবন য়োম্এ। মথংদদি অঙৌবন যোম্এ। মথংদি কবো লৈতেং মান্বি মচুন য়োম্এ। মথংদি হিগোক্ন যোম্এ। মথংদি সনা অহিংবন যোম্এ। হক্থংদি ৱান্দেংখোইবি মপান্গি মচুনে অসিন লেপ্লে। অকব বানে।

মমিং তবেৎনে সনাহিং পাখংব কৌএ। মমিংদি মহা মনিক্খোম্ব কৌএ। মমিংদি বেং বেং সনা ঈন্দ্রেংখোম্ব কৌএ। মমিং অমদি পাখং য়োয়বেন্ব কৌএ। মমিং অমদি মিতোংলেল্ মী মনিক্ কৌএ। মমিং অমদি সনা নোংত্রেন্খোম্ব মহামনিক্ কৌএ। মমিং তবেৎম অসিনে, খৈবে হায়ব খঙ্ও। অসিন লৈব খঙ্নব হায়গে। কংলাগি নোংচুপ্ পাংব ওক্সঙ্গিদি নোংপোক্ লাংসঙ্গিদি মনাক্ত খুদুপ্ তবেৎ লুন সনাগি কামূক্ন খুমদুন নূংন নল্লিবনে। থম্নাদি নূংগোইবীনে। থম্নাবু তাউবোইনাইন মমৈবু ময়ান চীক্ন কোল্লিবনে। মনা অমন য়াওবৈনে। ইপুবেল্ তাউবোইনাইন মমৈবু ময়ান চীক্ন কোল্লিএ।

অমসুং খঙ্নব হায়গে। সিংলী অহুম্মন অমন থম্বাল্গি লেনফু মবা ওইরে। অনীমন থম্নাগি মতা ওইবে। য়েৎলম্গি মতাবু সনাগি কেগাম্ন উপ্লিবনে। ওয়বম্গি মতাবু লুপাগি কেগাম্ন উপ্লিবনে। অমগি মমিংদি হ ব স কৌএ। অমগি মমিংদি স ব হ কৌএ। অমগি মমিংদি র হ স কৌএ।

অহম্মন লৈব মফম্‌দি লাংসঙ্দ খুদুপ্ তবেৎমখায় লুন লৈবনে। লাংসঙ্দগি খুদুপ্ অহুম্ থাগ্‌ন লৈবনে অসুম্ খঙ্‌ও। মাগি ঈরাৎতি সনা অহিংব লুপা অহিংব নোংখৈ য়াওন লাৎও মবুধৌ পাখংবন কুবিএ। নোংসাংন পান্‌বনে।

অদুদগি থম্বাল্ মনা মাপল্ পান্‌ব অম লৈবনে। অদুদগি উমংলাই মাপল্‌ম থোক্‌খিএ হায়ব খঙ্‌ও। মসা মবি লোঙ্‌খিবন অমদি খাগি লৈপাক্ ফাওদুন সাংলে অদুবু খাগিগি মেন্‌ফম্ ওইনবিএ। মনা মাপল্‌নে। অমদি লংকাগি লৈপাক্‌ত ফাওখিদুন সাংলে। মনা মঙা পাল্‌লে। লংকাগি মেন্‌ফম্ ওইনবিএ। অমদি পাসাগি লৈপাক্ ফাওখিদুন সাংলে। মনা তবেৎ পাল্‌লে। পাসাগি মেন্‌ফম্ ওইনবিএ। অমদি হোয়ষ্টিনা লৈপাক্ ফাওখিদুন সাংলে। মনা তকক্ পাল্‌লে হোয়ষ্টিনাগি মেন্‌ফম্ ওইনবিএ। অসুম্ন খঙ্‌ও। অবেগ্‌প রানে।

হৌজিক্তি অম হায়গে। মথেক্ অমন ফাওখিদুন থংগান্দ সাংলে। মনা ১০০ পাল্‌লে। অদুবু কোবীগি কামূক্‌ন খুম্‌দুন খুদুপ্ মাপল্‌মখায় লুন লৈবনে। নুং অঙাঙ্‌বন নল্লিবনে। মফম্ অদুবু থংগান্‌গি মেন্‌ফম্ ওইনরিএ।

হৌজিক্তি অম হায়গে। মথেক্ অম থাংজিংদ ফাওদন সাংলে। মনা ১০০০ পাল্লে। থম্বাল্ অদুবু সনাগি কামূক্‌ন খুম্‌দুন নুংন নল্লিবনে। খুদুপ্ তবেৎমখায লুন লৈবনে। অদুবু থম্বাল্ কৌএ। মমিংদি কিবিং সিবিং কিবিং হবে কৌএ। মফম্‌দি থাংজিংগি মেন্‌ফম্‌দনে। সিংলী অনীমবু সনাগি তেংকোৎন খুম্‌লিবনে। মফম্‌দি ফান্‌খোঙ্ অনীমন নল্লিবনে। অদুবু তুখোং লাইখোং কৌএ। খোং অনীমগি মমিংদি লাইহল্‌খোং কৌএ। থম্বাল্ অদুগি থম্বাদি থাংজিংগি নুংজেংদ নুং অসংব মসকক্‌কুম্‌ন লৈবনে। কেগেন লৈখোঙ্ কায়ববদি থম্‌নাদ লাৎও। সল্‌গি ঈ হৈও। উপ্‌ন লোংন ফুম্‌ও। যোবিদগি লৈপাক্ লৌদন তাইও। মৈতৈগি লৈখোঙ্ চেৎপনে খঙ্‌ও। থাংজিংগি মেল্ লাৎপদি সনাসুং লুপাসুং অহিংব সন্‌দংগি ঈ হৈন লাৎও। মৈতৈবু লোই চন্‌ব ঙম্বনে খঙ্‌ও।

হৌজিক্তি অম হায়গে। মথেক্ মতোল্‌ন ফাওখিদুন মেন্দেদ ফাওবে। থম্বাল্ লৈবোং অনী লোঙ্‌ন সাংলে। মনাদি মঙা মঙা পাল্‌লে। সনা থম্বাল্ মসক্‌তি থাগি মচেৎ মাল্‌লে। পাখংবগি খুজিন্ তরামন থাগি মচেৎকি মওঙ্‌গুম্ন ঙাল্‌ন লৈবে। থম্বাল্ অনীমগি মফম্‌দি অমদি মেন্দেগি মেল্‌ফম্‌নে। অমদি মেল্‌দে নুঙ্গাবিগি ইহম্‌দ সনাগি তেংকোৎন খুম্‌দুন নুংন নল্লিবনে। খুদুপ্ মবি মখায় লুন লৈবনে। অমন লুপাগি কামূক্‌ন খুম্‌দুন খুদুপ্ মবি লুন

লৈবনে। নিংথৌ পুন্সিগে হায়ববদি মফম্ অদুদ হীচন্ য়াইচল্দন ঈ হৈন লাৎও। নিংথৌ পুন্সি নোংসাংন পাল্লে। খুদম্দি তৌরিঙেদ মেল্খোঙ্ নীক্সিন্গদনে। নীক্ত্রবদি ফৎতে। নীক্সিল্লবদি ফবে হায়ব খঙ্ও। লাইমিংদি সনা হিং হুরে হুরে কিরিংস কৌএ। অকব ৱানে খঙ্ও।

মথেক্ অমন থাংজিং মেল্খোঙ্নে। সনা থম্বাল্ মনা মরি লোঙ্ব অম সাংলিএ। থম্বাল্ অদুবু সনাগি তেংকোংন খুম্লিবনে। অদুদি লাইয়িংথৌগি হক্নে খঙ্ও অদুবু থম্বাল্ কৌএ। মমিংদি কিবিং সিবিং কিবিং বে বে কৌএ। অকব ৱানে। মফম্দি থাংজিংগি মেল্দনে। সিংলী অনীমবু সনাগি তেংকোংন খুম্লিবনে। মফম্ অহুম্ ফাংখোঙ্ অনীমন নল্লিবনে। অদুবু তুখোং লাইখোং কৌরিএ। খোং অনীমগি মমিংদি লাইহল্খোং কৌএ। খোং অনীমদুগি মফম্দি থাংজিংগি নুংজেংদ নুং অসংবগি মসক্কুম্ন তাউন লৈবনে।

হৌজিক্তি ৱাবম্ অম হায়গে। পাখংবগি মকোক্ন থুপ্লিবদি নোংহুম্সঙ্বু যেৎলদুন ঙায়েল্দ মকোক্ থুপ্ন লৈবনে খঙ্ও। মাগি ঈবাৎতি মীগি লৈপাক্ন ইখোয়গি লৈপাক্পু ৱাক্চগে তৌববদি লাৎও। পোৎয়াওদি সনা অহিংব লুপা অহিংব য়াওন লাৎও। পোৎয়াওদি সনা অহিংব লুপা অহিংব য়াওন লাৎতন মলগি ঈ হৈও মীবু ঙম্বনে। ঙম্গনি ঙম্লোই হায়ব খঙ্বদি ঈ হৈবিবদো ঈ হন্খৎলক্পনে। ফৎতে হায়ব খঙ্ও। ফববদি হুবাউন থোক্লক্দনে খঙ্ও। খুৎ অনীমন অমন লোযসঙ্গিদ অমন মোংব সঙ্গাইদ অসুম্ন খঙ্ও। পাখংবগি মথেক্ মাপল্ম অসিদি খঙ্ন হায়ববনে। মাঙ্হন্গে হায়ববসুং লাৎলো মাঙ্বনে। লৈপাক্ অদু তুম্হন্গে তুম্বনে। চাউনব লাৎলবসুং চাউবনে খঙ্ও। লাইথিংথৌ পুন্সিহন্গে হায়ন লাৎলবসুং পুন্সিবনে। মচা পোক্কে হায়ববসু পোক্পনে। হে তাইবংপান্বসিংও নপূক্ তপ্ন নিংচেল্ চুম্ন তৌও। হায়হৈদব ৱানে।

হে লাইয়িংথৌ পাখংবও নমিং অখৈববু হায়গে। য়াং ওইবিঙেগি নমিংদি ঙাঙ্ হিং হো হবে কৌএ। হো কিবিং হবে হবে সনাহিং ম্রিমনিক্ কৌএ। পাখংব তুথেক্ লৈবোং কৌব লাইবিক্ অসিবু লাইয়িংথৌ খাগেম্ব ফম্বাল্দ কুম্সীং ৫৭ সুবন পুন্সিবদি ৭৭ সুবদ লোইখোম্সঙ্ ফম্দন কুক মাপল্মগ মায়য়োক্লন ফম্দন হায়বম্ব লাইরিক্নে। লাইয়িংথৌ খাগেম্বন লাইয়িংথৌ

খুঙ্গাউবদ সিন্নবম্ব ৱানে। ফম্বাল্দ চহৈ ১৫, পুল্সিদি ৪৫ নে। লাইয়িংথৌ খুঙ্গাউবন পাযখু লাম্বুবীদ সিন্নবম্ব ৱানে। পায়খু লাম্বুবীন মৈতেংঙু তুবি চবাইবোংবদ সিন্নবম্ব ৱানে। কুম্সীং ১৫ দ মূক্তি ফম্বাল্লাং ফংজৈএ। পুল্সিদি সূপ্প ৩৫ নে। হে মী ওইবসিং চেৎন থম্ও লায়ন তৌগনো। ◪

# ৩১. মোইরাং ফম্লোন্

ই মোইবাংগি ফম্লূপ্ হায়গে। কেগে থোইয়াদি থোইয়া ১২ নে। মোইবিদি ৩ নে। ৩ ম থোইলাইনে, থোইয়া রানে, থোইয়া রালোংনে অসিদি লাইবোল্নে। পুবিক্লাই পোংলেন্হন্‌ব হাক্থক্ত থাংজিংন মোবি লৌসিংবদ সিন্নদুন তাক্লন্ন ফম্সীং থৌবম্ পুম্নম হায়বক্কে।

কেগে পোক্মাব মোইবাং মপু লাইবু কুম্জা তংফবোই, কেগে মচেংমন লৈচিল্ নোংফাই লাংও, মোইবাং মচেংমন নুমিং খোক্লু তাইও, কেগে মচেংমন হিপুং য়াইপুং লাংও, মোইরাং মচেংমন লৌকু লৌকা লাংও, কেগে মচেংমন হিকা ফাংনৌ তাইও, মোইবাং মচেংমন খুয়োল্ তেবি তেসা লাংও, কেগে মচেংমন তুবু লম্বু লাংও, মোইবাং মচেংমন ঙাংলী ঙাংখম্ তাইও, কেগে পুম্ন তিল্ন কুবাক্ লম্দাইও, সাবল্ লম্থোক্ও, কোংলৌ লম্ য়েংও, থাঙ্গবক্ কুম্দম্ও, কাবাং থেন্ কা-ও, কেগেন খাংচেং কৌএ খাংচেং চেগপ্পুংদ থোইয়ম্ লাইরূপ্ তিল্ও। অমাই চান্মন য়াকাসঙ্, অসৈ চান্মন নাহেসঙ্, য়োইবেল্ সঙ্নামুং অতেংসঙ্ শূৎসা পুম্নমন থোইয়ম্ লাইবম্ সীলনও।

ইদাইবেম্ মোবি লৌসিংব নঙ্দি তুবেল্ রাংমগি অঙাপান্ন হায়ন রাঙলও। খাথাহন্‌বদি লৈপাক্কি লাক্লেল্নে, খুবায়বাক্পনে, মন্ত্রিদি পরৈনে, পুন্নন্‌বদি কিসিনে, নোংথোন্‌বদি লাইগি ফম্লূপ্নে। ঙাংখবাক্প, ওক্চিল্লাক্প, খুয়োল্লাক্প, খাম্বিবাক্প মবিম অসিদি লৈকাইবাক্পনে।

ঙাংলৌবাক্প, চেংলৈবাক্প, হিগারাক্প, য়াওসুবাক্প মরিমদি সঙ্লেন্ লাক্পনে। ঙাংলৌরাক্পদি লাইফম্লাক্পনে, চেংলৈবাক্পদি খাবম্লাক্পনে, হিগাবাক্পদি অহম্নুপ্লাক্পনে, য়াওসুবাক্পদি নহারুপ্ লাক্পনে, ফম্দৌ নিপাল্সু লাইগি ফম্লুপ্নে।

লাইবেল্লাক্প, নাউকম্হন্ব, লাংলেন্হন্ব, থোঙ্বুহন্ব, লিরাহন্ব, চাচৌহন্ব, খোইয়াহন্ব, লংমাইহন্ব, মোইবীহন্ব, মাইবীহন্ব, সীংসুহন্ব, লম্লৈবাক্প, থাঙ্সুহন্ব, রায়েন্হন্ব, চীংসুহন্ব, থঙাক্হন্ব, রাবীহন্ব, খোইকংহন্ব, নুংপুহন্ব, ঙাকংহন্ব, তেন্কাপ্হন্ব, সীংথাহন্ব, উকায়হন্ব, ফোইতুহন্ব, লেংলেংহন্ব, তাসোন্হন্ব, লাইবম্হন্ব, খুগাহন্ব, নাবাংহন্ব, রাবেংহন্ব, অমেংহন্ব, পাউপুহন্ব, য়াউতৌহন্ব, নাইখুবাক্প, সৈসুবাংহন্ব, লৈয়ারাংপ, উজাউলাংপ, ঈচাইলাক্প, সোইখুবাক্প, ঈতম্খুব, রায়েল্খুব, লিবেল্খুব, চৈতারাক্প, ললিখুব, লাইফাবাক্প, নোংদাখুব, মীকুপ্লাক্প, কৈরোইলাক্প, কৈবেল্খুব, ঈবক্খুব, থাঙ্খুবাক্প, রায়েল্খুব, সাকুরাক্প, লাবিংখুব, ঙাইখুবাক্প, হিয়াবাক্প, লৈয়োন্লাক্প, থৌদাখুব, সন্সেল্লাক্প মৈবম্লাক্প, চাঙান্খুব, রায়বিখুব, থোক্খুবাক্প, লৈসিংলাক্প, সিল্সুখুব অসিসু মদোম্দে।

খুন্থক্চা পাইবৌঙাইব সনাচিন্ব ১৫, খুন্খাচা সেল্লৌঙাইব লুপাচিন্ব ১৫, সায়াঙ্ তান্চৌ সিব ১৫, উবা পাম্চৌ চিন্ব ১৫, লাংমৈ পোংতু চিন্ব ১৫, য়েন্দু খোক্লোই থেংপ ১৫, পোংতু লৈখাম্ থেংপ ১৫, খুবোম্ য়াইসি লোন্ব ১৫, খুদাং য়াইচৌ সিব ১৫ সুপ্ন কেগে পুম্নমগ ঙাইরোইনন লোল্লে তোম্সোল্ চিল্ন, নীংখম্ সান, য়েন্নাউ ফিবু সেংন হৈক্রু হিদোংও হায়ন খোইয়ম্ লাইপাউ রাবু কেগে মনিংথৌদ খোইয়ম্ লাইপাউ তম্লবগ ইরাং মাঙ্ ফাঙ্ পোংলেল্হন্বন খোইয়ম্ কোল্লোয় ময়াথংবু সোয়ফরোইএ হায়ন খোইয়ম্ লাইবম্ সীন্খিএ।

পুবিক্লাই সনা লম্বাগি[1] হাক্থক্ত সেল্লুংব অনী সেম্লম্এ। পুবিক্লাই মাঙ্গ ঈফেল্ লাম্বাব হাক্থক্ত হাওমচা হঞ্জব হিদং অনী, পাখংলাক্প অনী,

১ *সনা লম্বা— মৈদিংগু ঙবা কোম্বৌব, লুবাং নিংথৌ পুলিব অমসুং খুমন্ নিংথৌ অদোম্ পুলি যুমোইবনচিংবশিংগ মতম্ অমতদ হিংমিন্নরগ খৃষ্টগী ৬ শুব অমদি ৭ শুব চহীচাগী মতম্দ পাম্লব মোইবাং সলাই লৈপাক্তি নিংথৌনি।*

পাখংলাক্পদি নিংথৌ সেন্বদ চঙ্খি। মরোয়সঙ্গদ চাউজে, চৈরাপ্তদি ফম্ফম্ লৈতে। হাওমচাদি মসঙ্ শিংখি। মাসু মবোয়সঙ্গদ চাউজে। হাওমচাগ পাখংলাক্পগ ফম্থিনৈএ। পুরিক্লাই চীংখু তেল্হৈব হাক্থক্ত সেলুংবহল্ সেম্এ।

পুবিক্লাই খেল্লৈ মহাক্থক্ত চন্ব লোইদি সচুং হাওনে। লান্দি সেল্তাক্লেল্নে ফায়এ। মসেম্বন চাফাবোল্ লহাল্মোম্বিগ ৱাঙম্লোন্ মায়ঙৌ চনুং অনীম পানদুন চাফাবোল্ লহাল্মোম্বীন কোযবেং নিংথৌনে, ঈথাই কায়রেম্বনে, কাব পুবাং নিংথৌবনে অহুম্ম পোক্এ। অহুম্ম নিংথৌ ওইএ। পুবিক্লাই কোযরেং নিংথৌবগি হাক্থক্ত চন্ব লোইদি তাংগং হাওনে। লান্দি অম্সিং লাম্বৌয়াঙ্নে ফায়এ।

কাব পুরাং নিংথৌবন উয়েল্লৈম সনবেম্বী পানদুন লীক্লাংখোম্বী কৌএ। পুবিক্লাই উবাহন্ব পোক্এ। উবাহন্বগি ঈদি মোইবাং কাবজম্নে। ঈথাই কায়রেম্বন নোংবাল্লোন্ মালং অহোঙ্ব চনুনে, লাইতোল্লৈম খাঙ্নৌবীনে, য়োইকম্লোন্ সনা পোন্চোল্বিনে অহুম্ম পান্নদুন লাইতোল্লৈম খাঙ্নৌবীনে যোইকম্লোন্ সনা পোন্চোল্বীনে অনীমদি লৈমনে। নোংবাল্লোন্ মালং অহোঙ্ব চনুন পুবিক্লাই খাংহল্ নীংথিব পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। মান লাইতোল্লৈম খাঙ্নৌবী পান্নদুন পুবিক্লাই উবা ঙাইখোম্ব পোক্এ। মান য়োইকম্লোন্ সনা পোন্চেন্বী পান্নদুন সাংতোল্ লৈনাউতাব পোক্এ। মান নোংবাল্লোন্ নোংলৈসংবি পান্নদুন পুবিক্লাই অতেবক্কি লোইচাঅম্ব পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। মান ৱাঙম্লোন্ হাওখা লাম্বী পান্নদুন পুবিক্লাই চীংখূ তেল্হৈবনে চীংখু অখুবনে থমং অতোন্বনে অহুম্ম পোক্এ। চীংখু তেল্হৈবন নিংথৌ ওইএ। মান ইন্দ্রান্নি থোইয়া পান্নদুন ঙাংঙোই পুন্সিবনে সনা হোঙ্বনে অনীম পোকএ। পুন্সিবন নিংথৌ ওইএ।

চীংখূ অখুবন ইবাংলোন্ থোইবী[1] পোক্এ। পুন্সিবগি হাক্থক্ত চন্ব লোইদি চক্পনে। লান্দি থমং মল্হৈব, থৌবুম্ হাও, খম্ব লাম্বৌয়াঙ্, ঙাইখোং হাও, লোক্সাং লাম্বৌয়াঙ্ ময়াংলান্ লান্হিংদি থোংনাং যুববাজ গম্ম্বিবাজ

---

১. *ইবাংলোন্ থোইবী— মোইবাং কংলৈবোল্গী খম্ব থোইবীগী ৱারীদ য়াওবি ইবাংলোন্ থোইবীবুনি।*

অথৌব ৱান ৱাতৌ অসিখাক্নে ফায়এ। সনাহোঙ্বগি ঈদি মোইবাং তেল্হৈবম্নে।

ঙাংঙোই পুন্সিবন নোংবাল্লোন্ লাইবোক্লেন্বী পান্নদুন পুবিক্লাই উবা খোংজোম্ব পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। মহাক্থক্ত চন্ব লোইদি মবিং হাও, অমে লৈখাম্ব ফায়এ। উবা খোঙ্জোম্বন খৈয়োইবোল্ পুয়াম্ চনু পান্নদুন পুবিক্লাই ওম্ব পোক্এ। মাগি ঈদি মোইবাং অচোইবম্নে। অচোম্ হায়বনি। ওম্বন ৱাংঙম্লোন্ লাইবোংলেন্বীনে ৱাংঙম্লোন্ ময়াম্বীনে অনীম পান্নদুন ময়াম্বীন পুবিক্লাই য়োইবেম্ব পোক্এ। মহাক্থক্ত চন্ব লোইদি খোইবোইনে, খোংয়াংনে। লান্দি সাইচুপ্লেংনে।

পুবিক্লাই য়োইবেম্বন ৱাংঙম্লোন্, চীংসোম্বীনে, ফৈবোইসু কোংয়াম্বীনে অনীম পান্নদুন ৱাংঙম্লোন্ চীংসোম্বীদি লৈমনে। মান পুন্সিব খুবেল্চন্বগ, য়োইচাবোল্গ অনীম পোক্এ। পুবিক্লাই খুরেল্চন্বন নিংথৌ ওইএ। ফৈবোইসু কোংয়াম্বীন চাফাব পোক্এ।

পুন্সিব খুবেন্চন্বন নোংবাল্লোন্ সনবেম্বী, ঙানুবোল্ যোইবেম্বী, চক্প চনু মেমোম্বীনে অহম্ম পান্নদুন নোংবাল্লোন্ সনবেম্বীদি লৈমনে। ঙানুবোল্ য়োইবেম্বীন খোংহল্ব পোক্এ নোংবাল্লোন্ সনবেম্বীন সনাহোঙ্বগ খেল্লেপাম্বগ অনীম পোক্এ। চক্প মেমোম্নুন য়াওসুরাক্প পোক্এ। সনাহোঙ্বন[1] নিংথৌ ওইএ। মহাক্থক্ত চন্ব লোইদি চক্প পুংপুন্, লান্দি খেল্লোন্ লাম্থোয়াঙ্, খাবম্ হাও, মেন্দে হাওবীবেং অথৌব, থোংনাং ময়াং লান্ সহুক্ নাবল্ অথৌব ফায়এ।

খেল্লেপাম্ব লয়ি লাম্বুবন নিংথৌ ওইএ। নোংবাল্লোন্ সনবেম্বী পান্নদুন পুবিক্লাই ওম্ব পোক্এ। নিংথৌ ওইএ। মান নোংবাল্লোন্, সনা থোইয়া পান্নদুন সবাবনে, নান্বনে, লাম্বানে অহম্ম পোক্এ। সবাবন নিংথৌ ওইএ।

---

১ *সনা হোঙ্বব– মোইবাং সলাই লৈপাক্তি মনীং মখা তম্ব পান্খিব নিংথৌশিংগী মনুংদ অবোইব নিংথৌনি। নিংথৌ অসিন পান্ব মতম্দ মৈদিংঙু পুন্সিবু লাক্চন তৌকবগী মলোম্ন মচানিপা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বন মপাগী লমন্ খুম্দ মোইবাংন মায়খীবদগী মনীং মখা তম্ব পান্নক্প মোইবাং সলাই লৈপাক্ নিংথৌ অসিগী হাক্তক্ত মাঙ্খি।*

পুবিক্লাই সবাবন যোইকম্লোন্ লৈহাউঙবী পান্নদুন অম্বীখোং পোক্এ। অম্বীখোংন কৌববোল্ তোম্সোল্ লাংমৈ চনু পান্নদুন হাওবচেংগ খম্বগ অনীম পোক্এ। নোংবান্নোন্ কোংহবেম্বীন নোংসিংচাইব পোক্এ, নিংথৌ ওইএ। খম্বগি ঈদি মোইবাংখাংবম্নে।

পুবিক্লাই নোংসিংচাইবন কৌববোল্ তোম্সোল্নুনে, ঝাঙম্লোন্ ওম্বীনে অনীম পান্নদুন কৌববোল্ তোম্সোল্নুন খবোইনাই পোক্এ, নিংথৌ ওইএ। পুবিক্লাই খবোইনাইন কৌববোল্ মোল্সাম্বী পান্নদুন অম্চি লাম্বুবগ, যুবাগ অনীম পোক্এ। অম্চি লাম্বুবন নিংথৌ ওইএ। যুবাগি ঈদি যুবাউবম্নে। পুবিক্লাই অম্চি লাম্বুবন ঝাংঙম্লোন্ কবাম্বী পান্নদুন চিংত্রেং লৈসংবনে চবাল্লোইনে অনীম পোক্এ। পুবিক্লাই চিংত্রেং লৈসংবন নিংথৌ ওইএ। চবাল্লোইগি ঈদি মোইবাং পাল্লোইবম্নে।

পুবিক্লাই চিংত্রেং লৈসংবন যোইকম্লোন্ হাওনু পান্নদুন তাইবিঅম্বনে চামিবনে অনীম পোক্এ। চামিবগি ঈদি মোইবাংখোম্বম্নে। পুবিক্লাই তাইবিঅম্বন নিংথৌ ওইএ। মান যোইকম্লোন্ নোইবীনে, হাওবিজম্ চনুনে অনীম পান্নদুন হাওবিজম্ চনুন লাখ্বা পোক্এ। যোইকম্লোন্ নোইবিন খোঙ্খৈ লোন্যাম্বনে, লুৱাংবনে, নাকৌনে, অহুম্ম পোক্এ। খোঙ্খৈ লোন্যাম্বন নিংথৌ ওইএ। লাখ্বাগি ঈদি লাক্খোম্নে। পুবিক্লাই খোঙ্খৈ লোন্যাম্বগি মখাদ ওইব নিংথৌদি মৈতৈন সেম্লে। পুবিক্লাই খোঙ্খৈ লোন্যাম্বন মোইবাংলৈম নোংচূপ্ পংগাবোন্ পান্নদুন খোযবি সাংদোল্নাউ পোক্এ। পুবিক্লাই খোযবি সাংদোল্নাউন খৈযোইবোল্ তৈবি সৌগাইসু পান্নদুন খেল্লৈনুংনাং তেল্হৈব পোক্এ।

পুবিক্লাই খেল্লৈনুংনাং তেল্হৈবন[১] তম্ফা ঝাংঙম্লোন্ মৈবা পোন্চেল্বীনে ঝাংঙম্লোন্ পাউনম্ চনুনে অনীম পান্নদুন মৈবা পোন্চেল্বিন

১ *খেল্লৈ নুংনাং তেল্হৈব— মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মমাগ পোক্মিন্নব মাম্মনি। গৌরশ্যাম্ন মমাগ পোক্মিন্নব মাম্ম খেল্লৈ নুংনাং তেল্হৈববু মোইবাংদ মনীং মখা তম্ব নিংথৌ ওইন অমুক্ হন্ন পাঙ্কবো হায়ন অমুক্ হন্ন মোইবাংগী নিংথৌ হান্নিখি। মহারাজ গৌরশ্যাম্গী মতুংদ মনাওনিপা ভাগ্যচন্দ্রন নিংথৌ ওইববদ মাগী মাম্ম খেল্লৈ নুংনাং তেল্হৈবগ যেরুমবকপদগী খেল্লৈ নুংনাং তেল্হৈবন অৱা নেঙ্কদুন মনিপুরদ লান্দাবক্তুন অৱা লান্গায নংখি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রন তেথাও তান্ন চেল্খিদুন **

য়োইতাবূং পোক্এ। পাউনম্ চনুন বোমাকান্তো নোংপোক্ ৱাযবং পাঙ্গুম্বনে, সিংচাম্বনে তাখেংনে অহুম্ম পোক্এ। অহুম্ম নিংথৌ ওইএ। খেল্লৈনুংনাং তেল্হৈবদি মচানিপা তবা পোক্এ। অতৈদি সোইনাইদে।

পুবিক্লাই বোমাকান্ত নোংপোক্ ৱায়বং পাঙ্গুম্বন সনাহল্ সত্রসিংনে, সনাযাইমনে, সনা হোঙ্বনে অহুম্ম পোক্এ। মসি মতুংদ পুবিক্লাই কোংখান নিংথৌ ওইএ। অসি মতুংদ নামৈবাক্পন নিংথৌ ওইএ। অসিগি মতুংদ অৱান তাম্বোক্কুন পুবিক্লাই সিংচাবন নিংথৌ ওইএ। অসি মতুংদ পুবিক্লাই তাখেংন ময়াম্ব সিংচাম্ববু হাৎতুন নিংথৌ ওইএ। অসিগি মতুংদদি মৈতৈন সেম্লে। পুবিক্লাই অচোইব লৈবিংখোম্বন নিংথৌ ওই। অসি মতুংদ মোইবাংথেম্ সুকপান নিংথৌ ওইএ। অসি মতুংদ মোইবাংথেম সুর্জোন নিংথৌ ওই। অসি মতুংদ অহৈব চৈতৈনানন্দন নিংথৌ ওই। অসি মতুংদ খাগোক্পন নিংথৌ ওই। অসি মতুংদ ৱাযেন্বম্চা সনাহোঙ্বন থা অহুম্ নিংথৌ ওই। অসি মতুংদ মোইবাংথেম্ বামানন্দন নিংথৌ ওইএ। ◩

---

* তেৱাও নিংথৌগী মতেংগ লোযনন অমুক্ মনিপুবদ হল্লক্কবদ খেল্লৈ নুংনাং তেল্হৈববু অৱা লৈপাক্তগী মনিপুবদ হল্লক্প লম্বীদ হাংখি। খেল্লৈ নুংনাং তেল্হৈবগী মতম্দ মোইবাংন মতেক্ খব মনীং তম্ব সলাই লৈপাক্ অম ওইক্নবসু খেল্লৈ নুংনাং তেল্হৈব হাৎলব মতুংদ অমুক্ হন্ন মোইবাংগী মনীং তম্ব মাঙখি।

# ৩২. হিজন্ হিরাউ

ਊ খোইয়ম্ য়াইবী য়েল্হৌগি অমম্ লৈসা হাল্লক্‌প, য়াইবী ওংথি হম্ওইন খেবে নুংকোন্ তকুপ্ হৌ, পুইদিং নোংথাঙ্ তবংলেন্, তবং লাইজ ঈপোক্‌প, চীংঙু লিন্দাউ তাউবি ইবোইনাই, লাইবেল্ তাউবোইনাই নুংমু সিদব নুঙ্গাং মহাবাব, য়াইবী নুংঙৌ পীমাব, চীংঙু কোবৌ অয়েংব, ব্রাংব নিংথৌ পাঙ্গুম্ব, হুপ্লা মপান্গি হাবা মউগি মি সেক্মোম্ কাইবি মহুম্নুংগি, পবিং লাংসঙ্ হুন্ উকাক্ মায়খোঙ্ য়ান্ন মাল্লেম্ লৈসেম্লক্‌প কোবৌ নোং হৌবক্‌প, কোবৌ নোংমদোন্ নুংনাং কাওথঙ্কোন্দ মালং নুংসিৎ সিদবন তোংলেন্ তপ্‌ন সীৎপদ চীংঙু য়াবা নখোঞ্জেন্, লাংবন্ খোইমু খোন্দানব খোঞ্জেন্ উংকাব ময়েক্ থোক্ল নপোক্ খোইবা য়াল্লক্‌প ইবুংঙো নঙ্গ নসানৌ য়োইবু খোইমোম্ লাইবেন্ম য়োইবু খুল্লৈম লন্কুচাউবিগ চীংঙু নতৈ ননাওন চীংঙু নঙ্গি ফম্বাল্লাং মীবাইমন চঙ্ঙম্দব পোংলাইমন য়ৌঙম্দব সঙ্ অসিদ চীংঙু নতৈ ননাওন নুমিৎ অনী থোক্‌পগুম্ থবা অনী পান্বগুম্ ফম্ফল্লব অসিদ নদাইবেম্ নখুন্ খুন্পূক্ অচঙ্ব খুন্থক্তি মবাং হৌ, খুন্খাদি মনিন্ নাইব অসিন তীন্চা লাইচা ফত্তব তীন্মু লাইমু ফত্তববুঁ থিবিবম্ও হায়বগি অসি কোবৌ নুমিৎ সীংবুম্ তবানি হবাউ সক্সেম্ তম্ খৌদোক্ কূম্মেববু চীংঙু খৌদোল্ লোম্ ইয়োং সঙ্দিং কক্কে হায়বক্‌লে।

---

*খোইয়ম্- লাই। যাইবী- থবায়। ওংথি- ঈশিং। তবং- অহাত্তব, ঈশিং। ঈপোক্‌প- ঈশিং পোক্‌প। চীংঙু- লাই। পীমাব- পীবিব মপু। নুংনাং কাওথঙ্কোন্-নোংখৌলৈবাক্, শর্গ, লাইবৈবাক্। মালং- নুংশিং। য়োইবু- ইবেন্ম। খোইমোম্- লাই। লন্কুচাউবি- খৌজাল্ হৌবী।*

লাইবেল্ মৈদিংঙুগি মদাইবেম্ পোইবৈ সৈসকপ ৱাংঙম্ তেংথাবন চীংঙু নঙ্গি চীংনুং চীংখোঙ্ যাকৈচেক্লন অযুক্ য়েন্দামাঙ্ অঙনবদ লফুৎ ফম্জিংলাংবু ফম্ পেনা নুংওনববু পেনা থাদ পম্ চৈজিং যেৎত পায়ন চীংঙু ইবুংঙো নঙবু হৌবো হৌবো হায়ন অহিং চীংনুং চীংখোঙ্ য়াকৈবসুং চীংঙু থৌদোল্ লোম্লগে হায়বক্লে।

চীংঙু নঙ্গি নমাইবী খাবি লৈবেল্হন্ অমাই সিংকোক্ ফম্বি, সিংয়েন্ লৈহন্লোই, চাম্লৌ লাথাবোইন অযুক্ য়েন্দামাঙ্ অঙনবদ চবৈ ফিঙৌ সেৎ, চীংঙু লাক্খোঙ্ কান চংবি লাবাক্ ফম্ সবীক্ লাইহুই খুত্ত পায়ন চীংঙু উদব মপা লাক্, খোইযম্ খঙ্দব মমি তন্নদুন চীংঙু লাইবাউ চেন্, খোইযম্ লাইৱা হায়বসুং চীংঙু থৌদোল্ লোম্লগে হায়বক্লে।

চীংঙু নবম্মু খোইযম্ নমাইব ঐখোযন নুমিদাং তাংলৌ লৈন থেঙ্, অমম্ তোন্ব নাবন্ সি, মীসল্ লাব লৌকুম্ তম্, মীনাই লাব লৌকা তম্, লম্বী নাক্তি হামুন্ চাবা লেপ্তম্ লৈবন চীংঙু লাইশ্রাই তম্মু ফং মান্বি নাক্তি লৈপৃং কোইজ্রাউবন কাওবেল্ সন্জ্রাই তম্মু ফংলক্লব, মৈদিংঙু লোইনাই খুম্বী লম্দাং অচৌবন মৃৎলক্লব অসিদ হযি খুনুং লাংব চক্ঙৈগি ঔগ্রি[1] ৱাক্ম খোল্লোন্সৈ, কোবৌ নোংন কাযববসুং নোংদাইসৈ, মালেম্ লৈন কাযববসুং লৈতাইসৈ, ঔগ্রি খোল্লোন্ থোক্, খেঞ্জো পাউসা মতোল্ লোম্লক্লব অসিদ চীংঙু খোইযম্ নতৈ ননাওন ৱাক্যৈ অনী খাজিক্ন, তোংচেং অনী খাবাংনন ৱাক্যৈ হিদান্নগে হায়বক্লে।

---

*লাইবেল্ নিংথৌ। চাম্লৌ- লা। চবৈ ফি। হযি খুনুং লাংব চক্- হযিচক্ খুনুংচক্ লাংবচক্। ঔগ্রি- লাইবোল্ ঈশৈ অম। ৱাক্ম- ঈশৈ শক্প। খেঞ্জো- লাইবোল্ ঈশৈ। ৱাক্যৈ- হি। তোংচেং হি।*

---

১ *ঔগ্রি— ঔগ্রি হায়বসি মৈতৈগী যাম্ন লিবব লাইবোল্ ঈশৈ অমনি। মৈতৈগী লৈসেম্ নোংসেম্লোন্গী ৱাবীদ লাইযিংথৌ অসীবগ মনাও কোঞ্জিল্ তুখোক্প পাখংবগ ফম্নাল্ মুম্নউে ঔগ্রি হংগেল্ চোংখিবগী ৱাবী লৈবি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল্ পাখংবগী ফম্নাল্ থৌবম্দ ঔগ্রি শক্খিবগী লীবুল্ ফংব ঙম্মি। ঔগ্রিগ নিংথৌবোল্গ তুন শক্মিম্নবন মৈদিংঙু লোইযম্বগী হাক্তক্তগী হৌখি। ঔগ্রিদ খুঞ্জাউ লৈচাউনব শৈশক্ অমদি খুত্তাক্ লৈতাক্নব লৈশক্ হাযদুন অনী থোক্ই। খুন্গী উমংলাইগী লাইবৃংদ হৃবাউবনচিংবদ ঔগ্রি শক্লবিবসি খুঞ্জাউ লৈচাউনব শৈশক্রি। অদুগ নিংথৌ পাম্লিঙৈ মখা থাব খুন্ অমন মপাঙ্গল্ কন্খংলক্লব, মবাই হাইগংলক্লবদি খুন্ অদুবু লান্ তাদুন মাযথীব পীবগ অমুক্ হন্ন মবাই হাইগংপ ঙম্দনব, খুত্তাক্ লৈতাক্নব ঔগ্রি শক্চিন্নশ্মি।*

চীংঙু খোইয়ম্ লাইয়িংথৌগি মদাইবেম্ পাখং লাংচেং মথোক্লক্প নখোয়বু নয়ু খোইমোম্ লাইয়িংথৌগি ব্রাক্যৈ মখুনেৎ, তোংচেং মনুংচঙ্ অসিবু ব্রাক্যৈ হিজগাংনুংদগি খোইয়ম্ কংলৈ মসূমাং অসিতংঙা য়ৌনব হয়াম্সা চিংথোক্সে। হি হি হি।

য়োইবু খোইমোম্ লাইবেম্মগি মদাইবেম্ নুজা লাংজেং মথোক্লক্পিসিং নখোয়বু নবেন্ খোইমোম্ লাইবেম্মগি ব্রাক্যৈ মখূনেৎ তোংজেং মনুংচঙ্ অসিবু ব্রাক্যৈ হিজগাংনুংদগি খোইয়ুম্ কংলৈ মসূমাঙ্ অসিতংঙা য়ৌনব হয়াম্সা চিংথোক্সে। হি হি হি।

চিংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ, য়োইবু খোইমোম্ লাইবেম্ম নবিংঙাগি ব্রাক্যৈ নখূনেৎ তোংজেং ননুংচঙ্ অসিবু কনান হিদোং হাল্লক্পনো হায়ববদি নহান্নোং ইয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবন সাবন্ লম্থোক্প কোংলৌ লম্য়েংবদ লম্লেন্ লোল্লোই সিংমিৎথা সিংথা খন্দোম্য়ি, সিংথা খন্দোম্য়িও কৌবদি ইয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবন মকল্বি ইবেম্ তাইদল্লৈম মোম্নু চনুবু হোইথিকঙৈদ মপল্ থবি চামোইবন মমোম্গিদমক্পু লন্উল্লক্প নেল্বি অবাইবদি নুংদ চল্, চবে ফি খূৎসা মাল্লৌ অচান্বদি পান্দ থোংন লন্উল্লক্পবু নয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবন মকল্বিগি লন্উন্সিংবু হয়েং পোইবৈ চাদোন্ন কাউদনববু সিংথাবম্গে হায়ন থাঙ্লেন্ নাপন্ হাই, কজেং যোৎহক্ চন্ন সিংথাবম্এ অদুনোংগিবু সিংথা খন্দোম্ঈও তৌন কৌএ।

সিংথা থোন্মবক্তি হাওকুচা পাখং তকক্মগ য়োইরুম্লোন্ নুংবান্ চনু তকক্ম কোবৌ নোঙ্গামনসে হাযন নোয়োই সিংবি মকুখোক্, সীংলেন্ মতাং থেক্ন কোবৌ নোংবূম্ মঙানি সিংথানবম্এ। অদুনোংগিবু লম্লেন্ লোল্লোই সিংমিৎথা সিংথা খন্দোম্ঈও তৌন কৌএ। সিংথা খন্দোম্ ঈন লাইজ মথি নাই ইমু মঙাও হৌবক্লবদ সাবন্ য়াঙ্বি মনম্ চাই, ব্রাংবন্ লাউথবক্ন খোংবান্ লোইথোং মরিল্ থন্ন, লিল্লি কোন্ন তাউ, কক্চেং তৌদোন্ খোম্, তাঙ্জ ফৈন লাম্ন লাইজ ইবেল্ পূংলক্লবদ নয়ু মুংবান্ হোঙ্নেম্ লুব্রাং

---

*লাংচেং মথোক্লক্প- মথোক্ কাবক্প। নয়ু- নবুধৌ। হিজগাং- হি থক্ফম্ শঙ্। নহান্নোং- থায়ন, মমাঙ্ঙৈ। মকল্বি- মতু। মপল্- মপা। চবৈ- ফি। মাল্লৌ- ইন্নফি, ফি, নাহোং। কজেং- থাঙ্। য়োইকম্লোন্- লুব্রাংয়েক্ ওইবী। নুংবান্- লুব্রাং। কোবৌ- নুমিৎ। লাইজ মথি নাই - ঈশিং ঈহৌব। ব্রাংবন্- অব্রাংব অতিয়া।*

নিংথৌ পুন্সিবন লাইজ ঈবেন্ পুংববু মীৎয়েং সান্কৈবিঙেদ লাংবন্ কৌজেং চোংবিচান চান লকা য়াদ চীক্ন লাইজ ঈবাল্লক্পবু মীৎয়েং সান্কৈবিঙেদ লবাই য়ুপুংকোই য়ুনাবেক্ চিব মৈসাংবনসুং খিক্লোই তাংম য়াদ চীক্ন চিব মমৈতোন্ন খুমু নৌগ ওইন লাইজ ঈবাল্লক্পবু মীৎয়েং সান্কৈববগি নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুরাং নিংথৌ পুন্সিবন পায়ম পীবুক্নুংদ নীংখন্খিএ।

নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুরাং নিংথৌ পুন্সিব ঐসুং তল্লা চাউথোইব, পামেল্ রাংথোইববু হোয়থিকববগ মবাং উকু হন্ন রাক্য়ৈ হি ওইববদি লাইজ ঈরাল্ ঙম্ঙেনে হায়ন নীংখল্লবগি নুংবান্ ময়ূম্নাক্ত হল্রাইবক্লবদ হে ইদাইবেম্ নুংবান্ রাংমিৎখু খুৎহৈব, লুরাং রাংমনাও সিল্হৈব নবিংঙাবু লাও-ও। নয়ু ঐগি রাক্য়ৈ ইখুনেৎ তোংজেং ইনুংচঙ্বু ওইনব কৌব ইঙেল্চীংদ[1] কান, তল্লা অঙন্ববু হোয়থিকও হায়ন পাউমেন্রাগি ময়ু কোল্লোয় ময়াথংবু কোবৌ

*মীৎযেং সান্কৈবিঙেদ- যেংলিঙেদ। চান- নাপী। চিব মৈসাংব- উচি। খিক্লোই- মতাং পান্ব পাপ্পী জাং অম। তাংম- মতাং অম। চিব উচি। মমৈতোন্ন মমৈ মতোন্ন। খুমু- নৌ। পায়ম- পূক্লিং। তল্লা উ। পামেল্- উ। রাক্যৈ- হি। হল্রাইবক্লবদ- হল্লক্লবদ। ইদাইবেম্- ইনাই। নবিংঙাবু- নখোয অনীবু। ইনুংচঙ্- ঐন যাম্ন পাম্জব। অঙন্- রাং চাউব। হোযথিকও- থিকও।*

১ *ইঙেল্চীং– ইম্ফালদগী ইম্ফাল্ ডিমাপুর লম্বী নেসনেল্ হায়রে নম্বর ৩৯ গী মনাক্মক্তদ থা- রাং ফৈন্ন লৈব, ইচুম্ লাইবেম্বীগী লাইকোন্দগী অরাং পাংন য়েংবদ লাইবেম্বীগী লাইশঙ্ শঙ্লেন্গী হেক্ মনীংমক্তদ চীংশি লৈব ওইন উব ফংঙি। চীংশিগী মমিং ইঙেল্চীং হায়ন থোন্খিবসি তোঙান্ তোঙান্ব থৌদোক্ রাথোক্শিংগ ঈবোযনন থোন্খিবগি লীখল্ ফংঙি। মদুদি- খোংজোম্নুবী নোংগাবোল্ লাইবিক্ত, খোংজোম্নুবী মতা তক্কন মমাল্মচা হাওকু পাখংব তক্কমবু লম্ওক্লগে হায়বগি অরাং লাইনা পাংব লম্দ নোংথৌগী চীংলুখুম্ লম্দ ইন্দান্খিববু লল্লেন্ মদাইম নুংবাল্ তেন্দোংযান্বু যৌববদ খোয়নৌ মতা তক্কমন হায়নএ- হে খোয়নৌ ইতাশিং- ও ! পঙ্খৌ নপা ইপাসুং, পলেম্ নমা ইমাসুং, নমাল্ ইমালমচাসুং লাক্তবে। ইখোযদি নুংবাল্ ইপম্নম্ লুরাং ইদুবম্বু পোইবৈ লম্বু য়েংমনখিসে হায়ন মমায় পোইবৈ মৈতে লম্ পাংনদি য়েংলম্এ। অদুনোংগীবু লোইবী খোয়নৌ লম্য়েংচীংও কৌববু পোইবৈ তাব থিবন রাংঙম্ হায়মন্ তান্বন নুংবাল্ ইংঙেল্চীং- ও তৌন কৌখি।*

*ইঙেল্চীং কৌখিবগী অতোম্ন লীখুল্ অমন চীংখোঙ্ পোইবৈতোন্গী মপাখি তাউবুং শিমিংনববু লোইদাম্ থাবুম্ তক্ক- সুববগ খম্লৈ মীনুংকোল্ শয়া মীখুবোন্গীবু হিংলক্এ। অদুনোংগীবু হিংলেন্- ও কৌববু পোইবৈ তাব থিবন ইংলেন্চীং- ও (ইঙেল্চীং) তৌন কৌখি।*

নোংদ কাফদ, মালেম্ লৈদ তাফদবগি তাঙ্জ লূদ থোংন নুংবান্ পাচা হূপ্, লুরাং সল্লাই তিন্ন, তরা চেঙ্জেন্ তম্, নোইনু থুম্ থুম্জেন্ লাং, লেম্লৈ ঙাচেন্ তম্ সীংজং লেংদ থোংন কৌব চীংদ কাদুন তল্লা অঙন্ব পামেল্ অবেম্ববু হোয়থিবক্পবু কৌব ঈবোক্ অসূপ্ন, চীংসা নাপোম্ অৱাংবগি হুইখবক্প তম্য়া লোক্মায় হেন্বদ তল্লা ৱাংনু নম্জাউ থোইব খয়োই লুৱাংবন কাঙম্দ, য়োংনাউ সাথিবন তান্ঙম্দব উবু লম্ওক্লববগি নুংবান্ ৱাংমীৎখু খূৎহৈব, লুৱাং ৱাংমনাও সিল্হৈব অনীমন পাউমেল্লক্এ।

লুৱাং ইমাইব থোইয়ম্ মবম্নুও। নখোয়বু তল্লা মায়খঙ্বি, পামেল্ পাউথেন্বিবো হায়বগি লুৱাং মমাইবন থাঙ্লেন্ নাপল্ হাই কদেং য়োৎহক্ চন্ন চাম্লৌ লাগ থান সীংলেন্ লৈহন্ তৈ, চেঙ্ঙৌ ফাহাপ্ন, য়েকম্ কাংখিন্ন, তাউজিং অসং য়েং, হৈবাং অমুন্ খন্ন মায়খঙ্বিববগ সনা য়াইগ হুন্ লুপা কোন্গ থান, কোবৌ লন্সাববগ কাইবৈ য়েল্হিং থান পামেল্ মমল্ তল্লবগ লুৱাং মমাইবন পাউমেল্লক্এ। নুংবান্ ৱাংমিৎখু খূৎহৈব-ও তল্লা উবাই থান পামেল্ মতীক্ হায়বো হায়ন পাউতাক্লবগি লুৱাং ৱাংমিৎখু খূৎহৈবন তল্লা নঙ্বু ননিংনববু নীংফবোই, পামেন্ নপাম্ পাম্নববু পাম্ফবোইএ হায়ন পামেল্ উবাই হক্সং পাউমেল্লবগ নুংবান্ ইপাচা লুৱাং ইয়েল্লুসিংও ইখোয়বু তম্য়া লোক্মায় অহেন্ব অসিদ ইকম্ খাংপক্ লৈন সান কৌব য়াইবেক্লসে, চীংনুং নোংফাইখিসে হায়ন কৌব য়াইবেক্খি।

চীংনুং নোংফাইবিঙদ অহিং সোয়য়াইমদ পলেম্ মমা ইবোক্ লাইচম্লৈম নীংথিবী, চীংসাং নাপোম্লৈম, মালেম্ কাপ্তু হুইবেন্ য়াইমক থোইবা লেন্ফু মপান্গি হুইবেন্ য়াইমকবু ওইন মালেম্ মপূং ফাবক্পি, চীংনুং নোংথাঙ্ কৃপ্নদ চেংলৌ সক্থোঙ ওইবক্পি, ঈবোক্ লাইচম্লৈম সাম্ব থাংথোং পোক্পি, ফৈজা ফৈঙৌ পোক্পি মমান পামেল্ ৱাংনু নম্থোইব, তল্লা অবেম্ববু থাদ কোন্ন পাউমেল্লক্এ।

---

*মমু- মবুখৌ। কেল্লোয়- মৱা। কোবৌ- অৱাংব, নোংমদোন্ অতিয়া। মালেম্- পৃথিবী। তাঙ্জ লূদ থোংন- কোক্ত থোংন। নুংবান্- লুৱাং। পাচা- মপা মচা। ঈবোক্- ঈপিং চেন্ব লোক্। চাম্লৌ- লা। সীংলেন্- লৈ। তাউজিং- হৈ। সনা য়াইগচন্, লুপা কোন্গ থান- সনা লুপা কোন্য়াই চন্দুন। কোবৌ লন্সাব- লাই নীংব, তপ্ ঔব। কাইবৈ- য়েন্। পামেল্- উ। ইয়েল্লু- ঐগী থাবা নালা। তম্য়া লোক্মায় অহেন্ব- তম্পাক্ক নক্লব লোমায় মজব। ইকম্- খাংপোক্, লৈনব শক্ত মচা। কৌব য়াইবেক্লসে- অহিং যাবেক্লসে। চীংনুং নোংফাইখিসে- চীংনুংদ অহিং লেন্খিসে। অহিং সোইয়াইমদ- অহিং নোংয়াইদ।*

পারি চাউখোইব পামেল্ ৱাংখোইব নঙবু ইমান হৈরাং চাবি নাতম্ হৌরক্তুন্দে সান্ন ওইও, থাংথোং ওইও হোয়য়াদবগিদমক্, তন্মু ওইও তল্হাও ওইও তল্লা ৱাংনু নম্জাউ খোইব খয়োই লুৱাংবন কাঙম্দ, য়োংনাউ সাথিবন তান্ঙম্দব উবু সাল্ওল্লবগিন নুংবান্ ৱাংমীৎখু খূৎহৈব, লুৱাং ৱাংমনাও সিল্হৈব অনীমন পামেল্ উৱাই হক্লবগি, তল্লা ননিংনববু নীংফন্দবে। হয়েং ইনুং কৌব চীংলেন্ নোংগ ঙাল্লক্লবদ পামেল্ নঙবু উরু তূপ্কে হায়বক্লে। ইমান কৌব ঈবোক্ লাইচম্ খুদিংদ তল্লা নমান্নববু কনা য়াওবিএ। ইমাদি তল্লা নমান্নববু কনা য়েংন পাল্হৌবসিবনো হায়ন মীৎকোয় লাইজ ঈফম্ তাউ, চীংজুম্ লাইজ ঈফুৎ থোক্লুম্ কৌব ঈ হৈথববু মিকপ্খিএ।

মপল্ পল্লৌ নিংথৌ কোবৌ নোং ওইব মালেম্ তম্পাক্ লৈ ওইব ঈবোক্ নিংথৌ নীংথিব, চীংসোং নিংথৌ অবেম্ব, তল্লা চাউথোইব, পামেল্ অবেম্ব পোক্প মপান পাবি তল্লা অঙনব পামেল্ অবেম্ব নঙবু নপল্ পল্লেম্ থৌতিক্খোন্বু ৱাচানদবগি তল্লা ননিংনববু নঙন পামেল্ ৱাংনু নম্নু সাল্ওল্লবগি নুংবান্ ৱাংমিৎখু খূৎহৈব, লুৱাং ৱাংমনাও সিল্হৈব অনীমন হাওসি ঙম্গ চিংন নুংবান্ পাচা হূপ্ন পামেল্ উক তূপকে হায়বে। ইপন্ন পাবি নমান্নববু কনা য়েংন পাল্হৌবসিবনো হায়ন কোবৌ নোংলাউ খোন্গুম্, মালেম্ লৈবাওগুম্ন মীৎকোয় লাইজ ঈফম্ তাউন কৌব ঈবোক্ লাইচম্ সীন্ন মিকপ্লবগ তল্লা চিংন য়েংন ফান্ন লন্কুহৌবক্লে।

পাবি নঙবু হয়েং নুংবান্ ময়ুম্নাক্, লুৱাং মসাইকোন্বু য়ৌববদ নকোক্ খোইয়ম্ লাইকোক্ তা, নমৈ খোইমোম্ লাইমৈ তা, নথা সেন্গ তোপ্, ননুং খেবান্ লূপ্ন, নুংবান্ তীন্চা থৈন হি, লুৱাং লাইজ তান্ন হি, লোইদাম্ হিয়াঙ্গে কুম্সা হিবু ওইকও হায়ন লন্কুবম্লবগ মপল্ অনীমন ইনুং কৌব চীংলেন্ নোংগ ঙাল্লক্লবগি থিংলৌ নীংন তেন হল্ৱাইখিববদ নুংবান্ পাচা পূম্ন হূপ্, লুৱাং সল্লাই তিন্ন পামেল্ উখোঙ্ পায়ন লেপ্, তল্লা উক তূপ্, পামেল্ উমৈ কক্, মবাং উকু হল্, উনৌ খোংজা সম্, হীরী খোংজি নাবেং

---

*পামেল্ ৱাংনু নম্খোইব- খোইন হেন্ন ৱাং চাউব উ। পাবি- ইচানিশা। পামেল্ উৱাই হক্প- উদ থাড়ন হক্প। ঈবোক্- ঈশিং চেন্নব লোক্। লাইচম্- ঈশিং নৈব মকম্। মপল্- মপা। পল্লৌ- মপা। নপল্ পল্লেম্- নমা। থৌতিক্খোন্- য়াথং, পাউতাক্। ৱাচানদব- য়াদব। হাওসি ঙম্গ চিংন - লুচিংদুন, মকোক্ ওইন। মসাইকোন্- নৈকম্। থিংলৌ নীংন তেন হল্ৱাইখিববদ- তুংদ হল্লব্রবদ।*

লোন্গে তৌগুম্লক্লবদ লুৱাং মাইবন মালেম্ থিংলৌ কাওন লম্ওক্লরবগ পামেল্ লুগ নাউগ অনীমদ সনা য়ায়গ হুন্, লুপা কোন্গ থান হীবী খোংজি নারেং লোন্, ঔবী লিয়ায় নোপ্প হোয়সোন্থরক্পবু তল্লা চাউথোইবনিগিন পামেল্ চিংঙম্দববগি লুৱাং ৱাংমীংখু খূৎহৈবন পামেল্ লুদ তোং, তল্লা হোয়থেম্চৈ, পামেল্ উবাউ চৈবু খূৎত সূন পামেল্ নঙবু ননিংফবোই, তল্লা নপাম্নববু পাম্ফবোইএ। নপন্ পল্লেম্ নমা ঈবোক্ লাইচম্লৈম, মালেম্ কাপ্তু হুইরেন্ য়াই মরুবু ওইরিবিগ, নপল্ পথৌ নিংথৌ, কোরৌ নোং ওইব, মালেম্ তম্পাক্ লৈ ওইব, ঈবোক্ নিংথৌ নীংথিব নপল্ অনীমন মীকপ্প তাবগুনো।

ইয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন পামেল্ নঙবু মবাং উকু হন্ন, মোংব য়ূমলেন্ সাইগং খাদ কোবৌ নোংয়া হিবু য়ান্গে হায়দে। পামেল্ উপাক্ তংখাই ওইন তুবেল্ মোংব ঈবু ফৈন থিংন নমু পোংবু চৎনগে হায়দে হায়ন পামেল্ মতীক্ থা, তল্লা মঙন্ হায়ববদ পামেল্ মিংথা লাউন কৌব ঈবোক্ লাইচম্ লান্ চীংসাং নাপোম্ সম্ম নুংবান্ ময়ূম্নাক্ত ৱায়থুংলববদ ইয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন হাওসি ঙম্গ চিংন হাঙ্মৈ ফান্ফক্ লৌ, ফেন্দিন্ নাক্লৌ থিন্, হিংঙোন্ নাক্লৌ সিন্, জমেন্ চিদাই খোম্, মনুং খেবান্ লূপ্প ৱাক্ৱৈ হিসা লোইববদ নয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন ৱাক্ৱৈ লুবু পায, তোংজেং নাউবু নান্ন নীংখন্থিএ। ৱাক্ৱৈ ইখূনেৎ তোংজেং ইনুংচঙ্ অসিবু ৱাক্ৱৈ কনাবু হান্ন হিদোং হাল্হন্সিবনো হায়ন নীংখল্লবগি লহান্নোংগিবু লৈএ।

ইসাবি লুৱাং পুদাংকোই খূৎকোইবন লোইরেন্ খুন্বিরোক্ত মবাল্ থৌচৎপদ নোংথি ইলুম্ হৌববু খোয়ম মায়য়োক্লববগি কোবৌ অচু য়াঙম্দ, ৱাংবল্ অসা খাঙ্ঙম্দ্রবগি ঐদি কোবৌ নোংন য়েংব সা, মালেম্ লৈন নীংব সাবু ওইবগে হায়ন সদু মান্দে লৈন ফোয়ন য়াওরৌ মতু ওইখি সা, লোঙ্খুম্

---

*ঔবী লিয়ায় নোপ্প- থৌবি তিংদুন। হোয়সোন্থবকপবু- হোই লাউন চিংথবক্পবু। তল্লা চাউথোইবনিগিন- অচৌব উ ওইব মবম্ন। মোংব- য়ুম্। ৱাইথুংলববদ- থুংলরবদ। হাওসি ঙম্গ চিংন- লুচিংদুন, মকোক্ চিংন। ফেন্দিন্- খূৎলাই মথল্ অম। জমেন্- য়েক্ খোংপদ শীজিন্নব নাপু মচু মানব পোংলক্। হিংঙোন্- নাপু মচু মানব য়েক্খোংপদ শীজিন্নব পোংলক্। খে- খে পান্নীদগী লৌব অমুব মচুগী মহী। ৱাক্ৱৈ- হি। তোংজেং- হি। তোংজেং ইনুংচঙ্- ঐন পাম্জব হি। ইসাবি- ইয়াম্ব। মবাল্ থৌচৎপদ- ময়ুম্দগী থবক চৎপদ। নোংথি ইলুম্ হৌব- নোংন ফুদিংফুন তাব।*

নামৈ য়েপ্পন সারেল্ মনা ওইখি সা, পাখং সঙ্গাই য়াইনম্ মখূৎসূন চিবেন্ তোম্পোক্পবু ওইখি সাবু লৈএ। য়াবৌ সানিগিসুং ইসাবিনে। ইসাবিন নুমিৎ হান্ন খঙ্এ, থবি হান্ন উইএ। ইসাবিবু ৱাক্কয়ৈ লূদ তোংহল্ও। ইসাবিবু লাইজ ঈফাই চন্গনে খুদোং ঙাইজা য়েপ্পিও। লৈকু য়ুসিন্বিও, লৈবাই খম্খাঙ্বিও, তুবেল্ লাতাউবিও হায়ন পাউমেন্ৱাগি লূৱাং মমাইবন লৈকু য়ুসিন্বি, লৈবাই খম্খাঙ্বি, তুবেল্ লাতাউবিববদ নয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুবাং নিংথৌ পুন্সিবন নুংবান্ ইপাচা লূবাং ইয়েল্লুসিংও। লাইজ ঈন ৱাংববা হায়ববু কম্বোং নান ৱাংথোইএ। কম্বোং নান ৱাংববা হায়ববু ৱাক্কয়ৈ লুন ৱাংথোইএ হায়ন পাউমেল্লবগ নয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুবাং নিংথৌ পুন্সিবন লম্লেন্ মদাইম চেংলৈ লুৱাংঈ, তাক্ন লৈবোং ঈ, থাওখুব খুদম্ ঈ, থাওহন্ব খাইদম্ ঈদ কোবৌ মচি সোয়সেন্ ঈ, ৱাংবন্ মনাও ঙাইবোং ঈ, মমোম্ লাইবেন্ লাইপাউ তাউবি, লাইক্রি লাইসন্থান্বি, থিক্লেন্ খোম্মুক্ হাংবিন মপাবি লম্বোং ঙাথিব, ইনফু তোন্গ লং, ইল্লেন্ থাকুপ্ হৌব, লেম্লৈ ঙাহা তান্ববু লাক্তবে হায়ন মীৎকোয় লাইজ ঈফম্ তাউন নুংসিখোং লম্লেন্ চেংলৈ লুৱাংঈদ নয়ু নুংবান্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন মনিন্ হৈব পোংকম্ নৌ, ঈৱাং সংসং খায়ফব ফনাম্বাদ নৌচিন্ তুম্হৈব নৌদ পোংকম্ নৌবু কেগে মোইবাং সোংকি নৌবু নৌবেল্ খাঙ্তপ্ লাক্ন তন্মু নাকনফু ইমু নম্দ হন্ন হিয়াং কংদং য়ৈন পুনুং লোইদাম্ কুম্সাববু চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম্ লাইবেন্ম চীংঙু নতৈ ননাওসুং লোইদাম্ নকুম্সাবু ফংলক্লবগি ৱাক্কয়ৈ অনী খাজিক্ল তোংজেং অনী খাবাংনন ৱাক্কয়ৈ হিদান্নগে হায়বক্লেদ। চীংঙুওদ হে খোইয়ম্ লাইয়িংথৌও।

চীংঙু খোইয়ম্ লাইয়িংথৌ, য়োইবু খোইমোম্ লাইবেন্মগি মদাইবেম্সিংও ! নখোয়বু তন্ব অকন্ব নবাং হৌ, নুজা অসোন্বি মথি নাইন চীংঙু মতৈ মনাওগি ৱাক্কয়ৈ মখূনেৎ, তোংজেং মনুংচঙ্ অসিবু লাইবেন্ ঙাংঙোই য়োইমোংব তুসাকোন্, নোংমোইনু অহোঙ্বী তুদেংকোন্,

*সদু মান্দে- নাপী শীংবী। য়াওবৌ- সা। সঙ্গাই- থাঙ্ মখল্ অম। লাইজ ঈফাই চন্গনে- ঈশিংদ তাগনি। ইয়েল্লু- ঐগী থাবা নালা। কম্বোং- ঈশিংদ হৌব পাম্বী মখল্ অম। তন্মু- নৌ। ইমু- ঈশিং। নম্দ হন্ন- তুংওইনন থম্ব। তন্ব- নিপা। নুজা- নুপী।*

তুরেল্ লাইজ ঈপাক্থক্ত হয়াম্সা চিংথোক্সে। হি হি। হি হা হিও হিও নঙ্বু হোন্দেদ। লাইয়িংথৌবু হোন্বনে হিও সম্জেৎ করেংঙা। হা হিও। হিও হি নঙ্বু হোন্দেদ। লাইরেম্মবু হোন্বনে। হিও সম্জেৎ কবেংঙা। ◪

---

*লাইরেন্ ভাংতোই য়োইমোংব- খু: ২৬৪ দগী ৩৬৪ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্খিব মৈদিংগু তাউথিংমাংগী মন্নাম্ব। নোংমোইনু অহোঙ্বী- খু: ১৫৪ দগী ২৬৪ ফাওব নিংথৌ ওইদুন পান্খিব খুইয়োই তোম্পোক্কি লৈমরেন্বী।*

# এন্, আই, সেরিজগী
## রেগুলর লাইরিক্শিং

১) **মৈতৈ য়ূম্শারোল্:** য়েল্হৌভেদগী মৈতৈ খুন্নাইদ মী অমন লৈনব য়ূম্ শাবগী অকন্নব কাঙলোন্, অকনব য়ূম্ অম ওইনব শাগন্দৌবিব য়ূম্ অদুগী অকনব য়ূম্থম্ খনবা, অকনব কা য়াংপ, অকনব পুংতম্ খেন্তম্ খল্লগ উবেপ্ উয়ুংজেম্দুন য়ূম্ শাবগ য়ূম্ অদুগী মনুংদ লৈবদ পুক্নি নুংশাংব, নুংঙাই য়াইকব অমদি চাদা নাউদা মরাংকায়বগী অকুপ্পা বারোল্ ইবা লাইরিক্নি।

২) **পাখংবা লাইহুই:** মৈতৈগী চক্ মরি হায়রিপ হয়িচক্, হয়াচক্, লাংবচক্ অমসুং কোন্নচক্নি মতম্দ পান্থিবা পাখংবশিং- হয়িচক লোইলাই পাখংব, হয়াচক লৈপুংলোল্লা পাখংব (ভাঙজাংলা পাখংব), লাংবচক লোলাংপাখংব অমদি কোন্নচক নোংদা লাইরেল পাখংব হায়বিব পাখংবশিংঅসিগী হৌরকফম অমদি মখোয়গী এনম লোয়নন নোংদা লাইরেল্ পাখংবগী মতুংদ পান্থিবা লাইরুপ্ চিংবা নিংথৌশিংগী মরমদ ইবন্ন লাইরিক্নি।

৩) **বিথি নোংদম্ন:** মৈতৈ খুন্নাইদ লৌন পোক্‌পা অভাংগী ওনি ইপান থাওয় থৌরম্দ বাবী ওইনা পাক্-সন্ন লীনব, পোক্‌পদ ভাইবিব অভাংঅমগী লাইবক খেন্নাই ইবা বিথি নোংদম্ন কৌবা লাইন অভাংঅদুগী চুংগী পুক্নিদ থোক্লকপদবশিং নোংদ্রীবগী বাবী ইবা লাইরিক্নি।

৪) **পেন্লোন্ তেংথা:** লম্দম্সিদ খুন্দাবিব মৈতৈ কুরুপ্‌কি মনুংচান্নব তোঙা-তোঙানব সলাইশিংগী চনু নিংতোন্নশিংদু মাগী মাগী হৌরকফম্ সলাই খুঙনব মিংগী মমাঙদ শাজিন্নব তেংথা অমদি নিংথৌ পোক্পীশিংগী মাগী মাগী খুঙনব তেংথাশিং ইবা লাইরিক্নি।

৫) **করথোঙ লম্লেন্:** তোঙান্-তোঙানব মায়কৈ শাক্‌প শাগীশংগী লাইনুংথৌশিং, লাইরুপ্ চিংবা নিংথৌশিংদু পোক্‌পা নিংগী পোক্পীশিংগী লাইহুই, লৈশেম-নোংশেমবিংগী লাইনুপীশিংঅমদি লাইনিংথৌ সনামহীন মৈদিংগু থাগেন্দ্রগী মচা ওইনা নোংচুপাংবা পশা বাপিহলন লাই ওইথিবা লোয়নন বাংগোইদ মহাক্কী খুভম্ চিংবা অমদি থোন্ন করথোঙ এম্দমদ লাইথিংথৌ সনামহীন অমুক হন্না লাংওন তৌদুনা কাওথিবগী বারোল ইবা লাইরিক্নি।

৬) **কম্বাললোন্:** মৈতৈ নিংথৌশিংন পাঙথোক্লবন্ন নিংথৌ কম্বাল্ তোংবগী থৌরম্দ শোয়বা য়াদন পাঙথোক্লদব থৌরম্ পরেংশিংমথং-মনাও নাইন ইবা অমদি নিংথৌ মরোল্ কয়া পাঙথোক্খিবা কম্বাল্ তোংব থৌরমগী মতিক্ চুম্ন বারোল্ লোয়নন কম্বাল্ তোংবগী নুংগী ওইবা অকুপ্পা বারোলশিং ইবা লাইরিক্নি।

৭) **সুবিকা:** মৈতৈ খুন্নাই অসিদ ভসি ভসিমক্ চংনবিব কয়াশিংহায়বদি য়ূম্শাব, লুহোংকৈহোঙব, য়ূহাব হাব, মী পোক্‌প, থৌ চংপগী অক-কত, লৌউ-শিংউব, হক্চাংগী মরমদ অক-কত, থাবালগী অক-কত, নুমিৎ-থা, থবান্থিজাক্ অমদি থবক্কী অক-কত কয়াগী মরমদ ইবা মৈতৈ পান্জিগী লাইরিক্নি।